

ডাঃ ওয় নাম ইবোচাউবা সিংহ

# ফোকলোর বিজ্ঞান

(অহানবা শরুক)

অনীশুবা শেমদোক্লবা অমদি চাউথোকহল্লবা খৃৎনম



লেখক্কী অতোপ্পা মরী নৈনবা লাইরিক

*ফোকলোর মচাকঃ খোমজিন-পৈশিনবা অমসুং নৈনবা*

*(ফোকলোর রিসর্চকী থৌরমশিং)*

ইমফোক মোনোগ্রাফ সিরিজ- ১ (১৯৮৭)

ইমফোক মোনোগ্রাফ সিরিজ—২

# ফোকলোর বিজ্ঞান

(অহানবা শরুক)

অনীশুবা শেমদোক্লবা অমদি চাউথোকহল্লবা খৃৎনম

ডাঃ ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ
প্রোফেসর, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি

ইম্ফাল
ইন্সটিট্যুট আফ মণিপুরী ফোকলোর
২০০১

# *Folklore Bigyan*

**(Folkloristics)** Part One

A Manipuri book on the theories and concepts of Folkloristics by Dr. Oynam Ibochaoba Singh, Professor in Folklore, Department of Manipuri, Manipur University. Published at Imphal by the Institute of Manipuri Foklore. First edition 1993. Second revised and enlarged edition 2001. Pp. xi+156. Price Rs. 100.00

Smt. Wahengbam Shantilata Devi
Institute of Manipuri Folklore
Nagamapal Singjubung Leirak
IMPHAL-795 001



Cover : A Manipuri bard with his *pena*
Drawing by O. I. Singh



খুৎনম

অহানবাঃ মার্চ ১৯৯৩

অনীশুবাঃ শেমদোক্লবা অমদি চাউথোকহল্লবা
জানুয়ারী ২০০১

অফোঙবাঃ ইন্সটিট্যুট আফ মণিপুরী ফোকলোর
নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক
ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১

ছাপা নম্বাঃ পদ্মা প্রিন্টার্স (ওপসেট ডিভিজন)
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

ফংফমঃ অইবা মশা
খ্বাই নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক
গুরুময়ুম মমাঙ লম্বী
ইম্ফাল

মমলঃ লুপা ১০০

লৈবাক্লা 'ওঝা বীরহরি' হায়না শকখঙবিখিবা
ইখূৎ পায়দুনা তাকপিরকখিবা
পাবুংদা কৎচরি।

# ৱাহৈ খরদং

হৌজিক্কী মতমদা মালেমগী অখণ্ড-অহৈশিংনা জাতি অমগী ফোকলোর মচাকশিংবু জাতি অদুগী সংস্কৃতি মশক খঙনবা হোৎনবগী খ্বায়দগী অথোইবা পাম্বৈনি হায়না লৌনরক্রি। মসিগী অচৌবা মরম অমদি ফোকলোরনা জাতি অমগী খ্বায়দগী মশীং য়াম্বা মীওইশিংগী খ্বায়দগী শেংবা থম্মোয়নুংগী খ্বায়দগী মহৌশা ওইবা অমদি খ্বায়দগী পাক-শনবা চৎনবী পূক্নীং-ৱাখল, পোৎলম-পোৎশক, অমদি শাজৎ-থৌরম ওইবননি। ফোকলোরগী ওইবা অহেনবা খুদোংচাবশিং অসিগী মতেং এন্থ্রোপোলোজি, হিস্টরি, সাইকোলোজি, আর্কিওলোজি, লিঙ্গুইষ্টিক্সনচিংবা তোঙান-তোঙানবা সোসিয়েল সাইন্সকী অখণ্ড-অহৈশিংনা মখোয়-মখোয়গী বিদ্যাদা হেন্না-হেন্না লৌনরক্রি। অসুন্না খ্বায়গী মতেং ওইরিবা ফোকলোর হায়বসিগী মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা কাঙলোন কয়া লৈজে। কাঙলোনশিং অদু ফোকলোরিষ্টিক্সনা থিজিল্লি, পুথোকই, অমদি নৈনদুনা উৎলি। ফোকলোরিষ্টিক্সপু, মথক্কী মরম অসিদগী, অনৌবা মরু ওইবা বিদ্যা অমা ওইনা পৃথিবীগী নোংপোক-নোংচুপ অনীমক্তা য়ুনিভর্সিটি-শিংনা নোংম-নোংমগী তম্নবা অমদি নৈনবা হেনগৎলক্রি।

মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদসু গ্রেজুয়েট অমদি পোষ্ট-গ্রেজুয়েটকী থাক্তা 'ফোকলোর' (ফোকলোরিষ্টিক্স) তোঙানবা বিষয় অমা ওইনা তম্নরে। লাইবক থীবদি, বিদ্যা অসিগী থিওরী অমদি কন্সেপ্টশিংগী ওইবা লাইরিক মণিপুরীদা ঙসিফাওবা লৈত্রি। অৱাৎপা অসি মেনখৎনবা হোৎনবগী পান্দমদা *ফোকলোর বিজ্ঞান* হাযবা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। লাইবিক অসি মপুং ওইনা বিদ্যা অসিবু নৌনা তমখৎলক্রিবা মহৈরোইশিংগীদমক ইজবনি। মরম অসিনা লাইরিকসিদা ফোকলোরিষ্টিক্সকী পাক-শনখ্রবা কাঙলোনশিংগী মনুংদগী তঙাইফদনা খঙদবা য়াদ্রবা মচং ওইবশিং অদুদং খনগৎলগা হাপ্পবা হোৎনজে। টেক্সবুক্কী মওঙদা ৱাহৈ-ৱাতা য়ারিবমখৈ মশা তাশিনহন্নবসু হোৎনজৈ। কন্সেপ্ট অমদি ইনফোর্মেসনশিং য়ারিবমখৈ হৌজিক্কী মতমগী খ্বায়দগী নৌবা ওইহন্নবা হোৎনজৈ। হৌজিক্কী মতমগী ফোকলোর স্কোলারসিপকী খ্বায়দগী মপুং ওইরিবা লৈবাক আমেরিকাগী মীৎয়েং য়ারিবমখৈ য়াওহন্নবা হোৎনজৈ। বিদ্যা অসিদা থরায় য়াওবিবশিংনা মখা তানা অঙ্গ্রেজী লাইরিকশিং পারকপদা খরমখৈ খুৎলোয়নবগীদমক অঙ্গ্রেজী ৱাহৈশিং য়ারিবমখৈ হাপ্পবা হোৎনজৈ। মসিমক্তা বিদ্যা অসি নৈনবদা অঙ্গ্রেজী ৱাহৈ অমদি নোংচুপকী মীৎয়েং তঙাইফদে হায়বগী

ৱাফমদি নত্তে। ইমালোনগী ৱাহৈদা অমদি ইবমদমগী মীৎযেংদা নৈনবগী মতুৎ শিনবা যাববোইদবা তোপতোপ্পা কান্নবা কযামকম লৈ। খুদমদি মণিপুৰী ফোকলোৰ নৈনবদা মণিপুৰগী ওইনা পীবা তঙাইফদে। লাইৰিক অসিদদি, মালেমগী ওইবা মশক্তা, মণিপুৰী খুদম লৈতবা নৎত্রগা চুনদবা মতাংশিংদা অঙ্গ্রেজীগী ওইবা খুদম খৰ পীৰি। যামদ্রবদা লাইৰিক অসিনা মহৈৰোযশিংদতা নত্তনা ফোকলোৰবু নুংশিবা মীওইশিংগী মফমদসু বিদ্যা অসিগী মৰমদা হৌজিক্কী মতমগী **অনৌবা অচুম্বা** মশক খৰদংবু খঙহনবা ঙম্লবদি হোৎনজমল মহৈ য়াম্লে খঙ্গনি।

লাইৰিক অসি খুদোংচাদবা মৰম খৰদগী শকক শকক ওইনা খাযদোক্তুনা পুথোকচবগীদমক পাবিবিবশিংনা ঙাকপিগনি নীংজৈ।

অৱোইবদা, লাইৰিক অসি ইনবগীদমক থৌঙ্গনাশিল পীৰিখিবা অমদি ইতেং পাংবিখিবা মক্দপ-মপাং পুম্নমক্কী মফমদা অমদি লাইৰিক অসি নীংথিজনা নম্বিনবা হোৎনবিখিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী প্রোপাইটৰ শ্রী গোপাল শর্ম্মা অমদি অতৈ নুংশিবা ইনাওশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

মণিপুৰী ডিপার্টমেন্ট  
মণিপুৰ য়ুনিভর্সিটি  
ইম্ফাল মার্চ ৫, ১৯৯৩

ইবোচাউবা

## অনীশুবা খৃৎনমগী ৱাহৈ খৰদং

লৈবাব মীযাম্না, থোইদোক্লা ছাত্র কাওলপা নুংশিবিবদগী *ফোকলোৰ বিজ্ঞান* গী অহানবা খৃৎনম থুনা লোইশিনখ্রবা ও দা ডসি অমুব হন্না লাইৰিক অসিগী অংঙ্গুবা শেমদোক্লব অমদি চাউখোকহল্লবা খৃৎনম অমা পুথোকপা ঙমংবসিদা লাইৰিক অসিবু নুংশিবিখিবা ছাত্রশিং ওঝাশিং অমদি অতৈ পাঠকশিং পুম্নমক্কী মফমদা পকচেল শনা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। খৃৎনম অসিদা যানিনমখৈ অনৌবা মতমগী বাখললশিং হাপ্লবা হোৎনজৈ। হান্নগী খৃৎনমগী টেক্সতা অশংবা খৰ মেনশিনজৈ, অহেনবা খৰ হাপচিনজৈ ফুটনোট মর্শীংসু হেনগৎহনজৈ। লাইৰিক অসিবু ফংংনবা তাকপিনবপশিং তবাম্না লৌজগনি।

মণিপুৰী ডিপার্টমেন্ট  
মণিপুৰ য়ুনিভর্সিটি  
ইম্ফাল, জানুয়ারী ৩১ ২০০১

ইবোচাউবা

# হীরম লামায়



রাইহে থবদং

## অহানবা পন্দুপ
## ফোকলোর



## অনীশুবা পন্দুপ
## ফোকলোর বিজ্ঞান

অহুমশুবা পন্দুপ

## ফোকলোর বিজ্ঞান অমসুং অতৈ বিদ্যাশিং



মবিশুবা পন্দুপ

## পৃথিবীদা ফোকলোর নৈনবগী খোঙথাং

মঙাশুবা পন্দুপ

## ফোকলোরগী মখল খায়বা



তরুকশুবা পন্দুপ

## চীনবুংগী ওইবা ফোকলোর

## অহানবা পন্দুপ

# ফোকলোর

'ফোক-লোর' (হাইফেন য়াওবা folk-lore) হায়বা ৱাহৈ অসি ইংলেণ্ডগী অরিবা পোৎলম নৈনবা (antiquarian) ৱিলিযম টামস (William John Thoms) কৌবা নিপা অমনা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৬ তা পুথোকখি। মহাক্না মিঙ্গৌ অসি পুথোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা অঙ্গ্রেজীদা ফোকলোরগী বিষযবু 'popular literature' নত্ত্রগা 'popular antiquities' হাযবনচিংবা মিঙ্গৌশিংনা খঙনবম্মী। মতম অদুদা ফোকলোরগী বিষযবু তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংদা তোঙান-তোঙানবা মিঙ্গৌশিংনা, খুদম ওইনা, জর্মনীদা 'ফোক্সকুন্দে' (volkskunde), ফ্রান্সতা 'ত্রদীৎসিওং পোপুলাগে' (tradition populage), ইটলীদা 'ত্রদীৎসিওনি পাপলারি' (tradizioni populari), রুসতা 'নরোৎনোএ ত্বরচোসত্বে' (narodnye tvorcestva) হাযনা খঙনবম্মী।[1] টামসনা পুথোক্লবা মতুংদগীদি 'ফোক লোর' হাযবা ৱাহৈ অসি পৃথিৱীগী মফম অযাম্বদা থোইদোক্না পাম্নখি। 'ফোক-লোর' ৱাহৈবু হৌজিক পৃথিৱীগী অখণ্ড অহৈ অযাম্বনা 'ফোকলোর' হাযনা ইনবে।[2]

ফোকলোর অশেংবা নত্তবা, অশেংবা মাম্না শেম্বা অশাবা ফোকলোরবু 'ফেকলোর' (fakelore) হাযনা খঙনৈ। ফেকলোর হাযবা ৱাহৈ অসি আমেরিকাগী থোইদোক্না মমিং চৎলবা ফোকলোরিষ্ট রিচর্ড ডারসন (Richard M Dorson) না খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ দা পুথোকখিবনি।

## ফোকলোরগী মিঙ্গৌরোল

ফোকলোরগী মিঙ্গৌরোল (পরিভাষা/definition) অমদি মিঙ্গৌরোলগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়ামরুম লৈ। খৃঃ ১৮৪৬ তগী হৌনা তোঙান-তোঙানবা অখণ্ড অহৈশিংনা

---

[1]ফোক্স = মীযাম (গী) কুন্দে = মপাউ (লৌশিং)। ত্রদীৎসিওং/ত্রদীৎসিওনি = চৎনবী, পোপুলাগে/পাপলারি = মযাম (গী)। নরোৎনোএ = মীযাম (না) ত্বরচোসত্বে = শেম্বা।

[2]মীতৈলোন্দা 'ফোকলোর' অসি খুন্নাই মনুংগী ওইবা ৱারোল 'খুন্নুংলোন' হাযনা খঙনবা যাই।

পুথোক্লবকখিব' তোঙান-তোঙানবা মিঙ্গৌরোলশিংগী মনুংদা 'মসিমনা মচুম্নে', 'মসিমদি যেৎননীংঙাই লৈত্রে', 'মসিনা খ্বায়দগী মপুং ফারে' হায়দুনা খ্বায় পুন্নমক্লা চপ মান্ননা য়ানরবা মিঙ্গৌরোল থোইদোকপা লৈত্রি। খৃঃ ১৯৪৯ দা ফোঙখিবা *Standard Dictionary of Folklore, Mythology and Legend* না মতম অদু ফাওবগী তোঙান-তোঙানবা অখঙ-অহৈশিংনা পীরম্বা folklore গী মিঙ্গৌরোল কুনমাথোই হাপখি। ফোকলোরগী *Standard Dictionary* অসিগী মমাঙদা চৎখিবা, ডিক্সনারী অসিদা য়াওরিবা, অমদি মতুংদা লাকপা মশক নাইবা অখঙ-অহৈ খরগী ফোকলোরগী মিঙ্গৌরোল মরু ওইবা খরদং যেংলবদাঃ

১। টামসনা ফোকলোরগী মিঙ্গৌ পুথোকপা মতমদা মিঙ্গৌরোলদি পুথোক্লমদে। মহাক্না য়াম্না শন্না ফোকলোরবু "Folk-lore-*the Lore of the People*" হায়না মশক তাকখি অমসুং ফোকলোরগী মনুংদা অরিবা মতমগী চৎনবী মচাক কয়ামরুম—"the manners, customs, observances, superstitions, ballads, proverbs, etc. of the olden time" হায়না—চলহনখি।[৩]

২। গোম্মেনা ফোকলোরবু অরিবা চৎনবী কয়াগী হৌজিক হিংহৌরিবা লেমহৌখাকশিং—"the survivals of archaic beliefs, customs, and traditions in modern ages"—নি হায়বম্মী।[৪]

৩। শ্রীমতী বর্ননা ফোকলোরবু খুন্নাইগী হস্থবা থাক্কী মীওইশিংদা উবা ফংবা য়েলহৌঙৈগী ৱাখল্লোনগী মফোঙদোক—"the expression of the psychology of early man"— নি হায়বম্মী।[৫]

৪। ক্রেপনা ফোকলোববু অনৌবা মতমদা উবা ফংবা রেকোর্ড তৌদ্রিবা অরিবা চৎনবীশিং—"unrecorded traditions of the people as they appear in popular fiction, custom and belief, magic and ritual"—নি হায়রম্মী।[৬]

---

[৩]William Thoms, 'Folklore' in *The Study of Folkore*, ed Alan Dundes (Englewood Cliffs, N J Prentice Hall, 1965), p.5

[৪]George Laurence Gomme, *The Handbook of Folkore* (London· David Nutt, 1890), p.5

[৫]Charlotte Sophia Burne, *The Handbook of Folklore* (London Sidgwick and Jackson, 1914), p 1

[৬]Alexander Haggerty Krappe, *The Science of Folk-lore* (London: Methuen, 1930), p. xv.

৫। বেসকম (William R Bascom) না ফোকলোরবু চীনবুংদা লৈবা সাহিত্যগী মশক্তি 'ভর্বেল আর্ট' নি হায়বম্মী:

In anthropological usage, the term folkore has come to mean myths legends, folktales, proverbs, riddles, verse, and a variety of other forms of artistic expression whose medium is the spoken word Thus folklore can be defind as verbal art [৭]

৬। লিচ (Mac Edward Leach) না ফোকলোববু শাজং মান্নবা মীচম কাঙলুপকী ভুংশিল্পবা পুক্নীং লৌশিংনি হায়বম্মী:

Folklore is the generic term to disignate the customs, beliefs, traditions tales magical practices proverbs songs, etc in short the accumulated knowledge of a homogeneous unsophisticated people tied together not only by common physical bonds but also by emotional ones which color their every expression giving it unity and individual distinction [৮]

৭। টেলব (Archer Taylor) না ফোকলোববু অহানবা হৌদোকখিবা মীশক থোইনা খঙনদবা চৎনবীগী মচাকশিংনি শাবনি হায়বম্মী:

Folklore consists of materials that are handed on traditionally from generation to generation without a reliable ascription to an inventor or author

৮। ষ্টিথ টামসন (Stith Thompson) না ফোকলোববু অইবা মশক্কী নত্তবা চৎনবীনি হায়বম্মী।

The common idea present in all folklore is that of tradition something handed down from one person to another and preserved either by memory or practice rather than written record [১০]

---

[৭] Maria Leach ed *Standard Dictinary of Folklore Mythology and Legend* (New York Funk and Wagnalls 1949) p 398

[৮] *Ibid* p 401

[৯] *Ibid* p 402

[১০] *Ibid* p 403

৯। মারাগা মতৈ-মনাওনা ফোকলোরবু শক্তম লাংদ্রিবা ৱাখলগী পোথোক্নি হায়রম্মীঃ

folklore is unrecorded mentifacts.[১১]

১০। বেন-আমোসনা ফোকলোরবু অপিকপা মীওই-কাঙলুপকী মনুংদা ৱাখল ফোঙদোক্নবগী নীংথিজবা থৌরম-থৌওঙনি হায়রম্মীঃ

In sum, folklore is artistic communication in small groups.[১২]

১১। বেরি টৌলকিন্না ফোকলোরবু ফম্না কুইনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ওইরবা থেম্নবা নাইবা মফোঙদোকশিংনা শাগৎপনি হায়রম্মীঃ

Folklore is made up of informal expressions passed around long enough to have been become recurrent in form and content, but changeable in performance.[১৩]

১২। অব্রাহমনা ফোকলোরবু খুম্নাইগী মীওই-কাঙলুপ অমনা ভূংশিন্নকপা পূক্নীং-লৌশিং অমসুং থৌদৌ ওইনা লৌনবগী মওঙ তাক্লম্মীঃ

... folklore is employed as a term for the accumulated wisdom and practice of a social group, one in which there is a close relationship between the producers and the consumers : the makers and the users in the case of material culture; the performer and the audience with regard to expressive culture[১৪]

পৃথিবীনা শকখঙলবা তোঙান-তোঙানবা অখণ্ড অহৈশিংনা পীরম্বা মথক্কী মিঙ্গৌরোলশিং অসিদগী মরু ওইনা মান্নবা ৱাফম খর লৌখৎপা য়াই। খুদম ওইনা,

[১১]Elli Kongas Maranda and Pierre Maranda, *Structural Models in Folklore and Transformational Essays* (The Hague: Mouton, 1971), p. 16

[১২]Dan Ben-Amos, "Toward a Definition of Folklore in Context" in *Toward New Perspectives in Folklore*, eds. Americo Paredes and Richard Bauman (Austin: Univ. of Texas Press, 1972), p. 13.

[১৩]Barre Toelkin, *The Dynamics of Folkore* (Boston: Houghton Mifflin, 1979), p. 32.

[১৪]Roger D. Abrahams, "Interpreting Folklore Ethnographically and Sociologically" in *Handbook of American Folklore*, ed. Richard M. Dorson (Bloomington: Indiana Univ Press, 1983), p. 345.

(১) ফোকলোর হায়বসি খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপ অমনা মতম কয়াগী মমাঙদগী তৃংশিন্দুনা লৈবক্রবনি অমদি মীরোল কয়া লাম্না মথং-মথং শিন্নবক্রবনি।

(২) ফোকলোর হায়বসি অহানবা হৌদোকপা মীশক মশক খঙদবা অমদি রেকোর্ড তৌদ্রিবা (শক্তম লাংদ্রিবা) চীনবুংদা লৈবা মশক্নি।

(৩) ফোকলোর হায়বসি ফজবা-নীংথিবা মফোঙদোক্কা মরী লৈনবা থৌরম-থৌওঙনি।

(৪) ফোকলোর হায়বসি মতম পুন্নমক্তা মীওই-কাঙলুপ অমগী চৎনবীগী মশক্নি।

(৫) ফোকলোর হায়বসি খুন্নাইগী মীওইশিংনা হঞ্জিন হঞ্জিন ফোঙদোকই অমসুং হঞ্জিনবা খুদিংগী হোংবসু নাই।

(৬) ফোকলোর হায়বসি মযামগী অপুনবা পুক্নীং-লৌশিং (রাখল্লোন) অমদি হৈনবী থৌদৌ (পোৎলম-থৌরম) গী মশক্নি।

মথক্কী মান্নবা রাফমশিং অসিদা যুম্ফম ওইদুনা ঐখোযনা ফোকলোরগী মিঙ্গৌরোল ওইনা অসুন্না হায়বা য়াইঃ

"ফোকলোর হায়বসি খুন্নাই মনুংদা মীওই কাঙলুপ অমনা কনানা হৌদোকখিবগে খঙদনা মতম কয়াগী মমাঙদগী তৃংশিল্লকপা অমদি মথং মথং শিন্নবকপা চীনবুংদা হিংবা নীংথিবা চৎনবী ওইনা হোংবা নাইনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ফোঙদোকপা অপুনবা পুক্নীং-লৌশিং অমদি থৌদৌ অদুনি।

মথক্কী মিঙ্গৌরোল অসি খ্বাযদগী পৌনা তেনশিল্লবদা, মীওই কাঙলুপ অমগী **হোংবা নাইবা চৎনবীবু** ফোকলোর কৌই হায়না চাউবাক্না হায়বা যাই।

## ফোক অমসুং লোর

ফোকলোর নৈনবা মতমদা 'ফোক' অমসুং 'লোর' হায়বা রাহৈ অনী অসি হান্না মশক খঙবা দরকার ওই।

### ফোক

'ফোক' (folk) হায়বগা (এডজেক্টিব রাহৈ ওইনা) খুন্নাই মনুংদা মশাগী মান্নবা শাজৎ লৈজবা মী মযামগী অপুনবা মরল ওইবা, হঞ্জিন-হঞ্জিন থোকপা চৎনবী ওইবা, অমদি মান্নবদা খেন্নবা নাইবা মগুণ চেনববু খঙনৈ।[১৫]

[১৫] 'ফোক' হায়বগা মীতৈলোন্দা 'খুন্নুং' (খুন্নাই নৎত্রগা খুন মনুংগী ওইনা) হায়না খঙনবা যাই।

'ফোক গ্রুপ' (folk group) হায়বগা ফোক ওইবগী মগুণ চেনবা, হায়বদি, ময়ামগী অপূনবা হোংনাইবা চৎনবী শাগোন্নবা, মীওই-কাঙলুপ অদুবু খঙনৈ। মীওই কাঙলুপ অসিগী মীওই খুদিংমক্তা মান্নবা তোপতোপ্পা শাজৎ (characteristics) খবা লৈ। খুদম ওইনা, 'মৈতৈ' কাঙলুপকী মীওইশিংদা সনামহীবু যুমগী নিংথৌনি থাজবা, যুমজাও খুদিংমক মমাঙ (নোংপোক) ওন্না শাবা, দেব-কর্ম্মনচিংবদা ফৈজোম ইন্নফি পুমঙৌফনেক শীজিন্নবা, মনাওনুপীনা মকোক খুমদনা মতৈগী মনাক চঙদবা, অসিনচিংবা মান্নবা শাজৎশিং উবা ফংই। মান্নবা শাজৎশিং অসি ৱাখলদা ওইবা যাই, পোৎলমদা ওইবা যাই, থৌবম থৌওঙদা ওইবা যাই নৎত্রগা লমচৎ-শাজত্তা ওইবা যাই। শাজৎশিং অসিগী মশীং অমা-অনীদং ওইবা যাই নৎত্রগা যাম্না যাম্বা যাই। শাজৎশিং অসি কাঙলুপ অদুগী মীওই খুদিংমক্কা মহাক্কুম্বা ময়াম পূম্নমক্কী অপূনবা মান্নবা শাজৎ ঙাক্কি হায়না থঞ্জে। কাঙলুপ অদুগী মীওই অমনা কাঙলুপ অদুগী মীওই অতৈ '্ন্নমকপু মশক খঙদবদি যাই, অদুবু কাঙলুপ অদুগী মান্নবা শাজৎশিংবুদি মশক খঙই। মহাক্কা শাজৎশিং অসিবু ময়ামগী অপূনবা মবল ওইনা খল্লি, হায়বদি শাজৎশিং অসি মখোয় মবন্নাই ওইবা কনা অমতগী নত্তে, ময়াম অপূনবগীনি হায়না খল্লি। শাজৎশিং অসি কাঙলুপ অদুগী চৎনবী ওইবা ঙাক্কনি — অনৌবা চৎনবীবু ওইববসু, অবিবা চৎনবীবু ওইববসু। চৎনবী শাজৎশিং অসি কাঙলুপ অদুগী মনুংদা হন্না হন্না উবা ফংই। শাজৎ খুদিংমক মপূংদদি মান্নে অদুবু মীশক, পোৎলম মফম, মতম ফিভম অসিনচিংবগী মতুংইন্না খেন্নবা নাই। অসিগুম্বা ফোক ওইবা মান্নবা শাজৎশিং শাগোন্নবিবা মীওই-কাঙলুপ (গ্রুপ) অদু অপিকপা কাঙলুপ ওইবা যাই নৎত্রগা অচৌবা কাঙলুপ ওইবা যাই। অচৌবা ফোক গ্রুপ অমগী মনুংদা অমুক অপিকপা ফোক গ্রুপ কয়া থোক্না লৈবসু যাই। খুদম ওইনা, 'মণিপুরবা' ফোক গ্রুপকী মনুংদা 'চকপা' ফোক গ্রুপ, 'চফু শাবা' ফোক গ্রুপ, 'নিঙোল মরা' ফোক গ্রুপ হায়বনচিংবা কয়ামকম লৈবা যাই। ফোক গ্রুপ অসি যাম্না পিকপদা চাউবাক্কা মী মনি মঙানা (যামদ্রবদা অনীনা) শাবদগী (খুদম ওইনা, 'খাইদেম ইমু' ফোক গ্রুপ) যাম্না চাউবদা মী ক্রোড কয়ানা শাবা (খুদম ওইনা ইণ্ডিয়ান' ফোক গ্রুপ) ফাওবা যাই। ফোক গ্রুপ হায়বসিমক সহবদা লৈবা মান্নবা চৎনবী শাজৎ চৎপা ফোক গ্রুপ অমগী মমিং ওইবা যাই। ফোক গ্রুপ অসি হান্না লৈবম্বা, হৌজিক্তি লৈত্রবা, ওইবা যাই নৎত্রগা হৌজিক হৌজিকমক লৈরিবা ওইবা যাই। খুদম ওইনা, থায়নঙৈগী 'হৈবেম খুঞ্জান মচাশিং', হৌজিক্কী 'সনামহী লাইনীংগী মীতৈ' হায়বনচিংবা ফোক গ্রুপশিং।

'ফোক মেম্বর' (folk member) হায়বগা ফোক গ্রুপ অমগী মনুংদা লৈবা অমদি গ্রুপ অদুগী মান্নবা শাজৎ চৎপা মীওইবু খঙনৈ। ফোক মেম্বরবু শন্না (নাউন রাহে ওইনা) 'ফোক' হায়নসু খঙনৈ। ফোক গ্রুপ অমগী মনুং চনফম থোক্লগা মীওই অমবু ফোক মেম্বরনি হাযবা হেক্তা যাদে। গ্রুপ অদুগী ওইবা মান্নবা শাজৎ যামদ্রবদা খবদি মীওই অদুনা খঙবা তাই অমসুং মান্নবা শাজৎশিং অদু মহাক মশাগী শাজৎ ওইবসু তাই। অসুন্না কাঙলুপকী শাজৎপু মশাগী শাজৎ ওইববা মতমদা মীওই অদু কাঙলুপ অদুগী 'মেম্বর' ওইবে। অসুন্না মেম্বর ওইবসি, অযাম্বা মতমদা, মীওই অদুগী মশাগী অপাম্বগী মখা পোল্লি। অপাম্বা শাজৎ চৎলগা অপাম্বা গ্রুপকী মেম্বর ওইবা যাই। পাম্বু পান্নবদি মীওই অমনা মতম অমতদা ফোক গ্রুপ কযামকমগী মেম্বর ওইবা যাই। খুদম ওইনা, 'মীতৈ কাঙলুপ' কী নুপী অমনা 'জগোই শাবী কাঙলুপ' কী মনুং চনবসু যাই, 'লৈশাবী কাঙলুপ' কী মনুং চনবসু যাই, 'কোলেজ ছাত্রী কাঙলুপ' কী মনুং চনবসু যাই, অসিনচিংবা। তৌবতদি, তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ কযাগী মেম্বর ওইরিবা মীওই অদুনা মহাক্কী তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপকী ওইবা শাজৎশি, অদু মবী লৈনবা কাঙলুপ অদুগী মনুংদতা উৎলি।

## লোর

'লোর' হায়বগা কবিগুম্বা পোৎলম থৌবম অমগা মবী লৈনবা পূক্নীং লৌশিং (জ্ঞান) অদুবু খঙনৈ। পূক্নীং লৌশিং ফোঙদোক্লিবা পানগী শাজৎ ওইবা রাবোলবুসু লোর হাযনা খঙনৈ।

পূক্নীং লৌশিং (জ্ঞান) হায়বসি এবষ্ট্রেক (abstract) ওইবা, হাযবদি পূক্নীং লৌশিং লৈবিবা নৎত্রগা ফংলিবা মীশক অদুনা মপূক্নীংদা মতোমতমক ফাওজবা শোকপা উবা তাবনাচিংবা ফংদবা মশক মওঙ নাইদবা গুণগী মশক্নি। গুণ ওইবা পূক্নীং-লৌশিং অসিগা লৌশিং পোকহনগদৌবিবা পোৎলম থৌবম ওইবা মচাকশিংগা খেন্নে। জ্ঞান অর্মদি জ্ঞানগী মচাক হাযবিবা অনীসি অমমমনি। জ্ঞান লৈবি ফংলিবা মীশক অদুদগী জ্ঞান হাযবসি তোঙান্না লৌথোক্নুনা খাইদোকপা যাদে। জ্ঞানগী মচাক অদুদি জ্ঞান লৈবি-ফংলিবা মীশক অদুদগী খাইদোকপা যাই। খুদম ওইনা নুংগী মূর্ত্তি অমা জ্ঞান লৈবিবা ফোক মেম্বর মূর্ত্তিকার অদুদগী অমসুং জ্ঞান ফংলিবা অতোপ্পা ফোক মেম্বর নৎত্রগা ফোকলোবিষ্ট বিসচব অমদগী তোঙান্না খাইদোকপা যাই। চৎনবীগী মশক ওইবা মূর্ত্তি অমা মতৌ করগা শাগদগে হাযবগী জ্ঞান অদুদি মূর্ত্তিকার অদুদগী খাইদোকপা যাদে।

"লোর' বু মীতৈলোন্দা 'লৌশিং' নৎত্রগা 'বাবোল' হাযনা খঙনবা যাই।

ফোকলোরগী 'লোর' অসি মহৌশা ওইনা ফোক মেম্বরশিংদা শাগোন্নরিবা ফোক গ্রুপকী চৎনবী ওইবা মান্নবা শাজৎকা মরী লৈনবা পূক্লীং-লৌশিং (জ্ঞান) অদুনি। হায়রিবা পূক্লীং-লৌশিং (লোর) অসি ফোক গ্রুপ অমগী ফোক মেম্বর খুদিংমক্তা অহিং-নুংথিল নাইদনা মতম পুন্নমক্তা শাগোন্নদুনা লৈ। মরম অসিনা ফোকলোর হায়বসি ফোক মেম্বর মশাদগী তোঙান্না লৌথোক্তুনা খাইদোকপা খক য়াদে। মী মঙোন্দগী খাইদোকপা য়ারিবদি ফোকলোর নত্তে, ফোকলোরগী মচাক্লি নৎত্রগা মচাক অদুগী রেকোর্ডিংনচিংবনি। খুদম ওইনা, মীতৈ অমাইবী অমদগী লাই হরাওবগী ঈশৈ অমতা তোঙান্না খাইদোক্তুনা লৌথোকপা য়াবা হৌনদে; লৌবা য়ারিবদি ঈশৈ অদুগী রেকোর্ডিংনি। রেকোর্ডিং কয়ারক হন্না তৌখ্রবসু ঈশৈদি অমাইবী মহাক্কা মতম পুন্নমক শাগোন্নদুনা লৈ। অমাইবী অদুদগী খাইদোকপা য়ারিবা ঈশৈগী রেকোর্ডিং অদু ফোকলোর নত্তে, ফোকলোরগী মচাক্লি। অশেংবা ফোকলোরদি অমাইবী অদুগা মতম পুন্নমও। শাগোন্নদুনা লৈরিবা ঈশৈ অদুনি। ঈশৈ অদু করম্বা মফম, মতম, ফিভম, মওঙ, অসিনচিংবদা শক্তদগে হায়বগী ময়াম্না য়ানবা চৎনবীগা মরী লৈনবা পূক্লীং-লৌশিং অমাইবী অদুদা লৈ। মহাক্কী লৈরিবা পূক্লীং-লৌশিং অসি চুনবা শাজৎ নহাক্কা ঈশৈ অদু শকপা মতমতদা পাঙথোকই। মহাক্কী শাজৎ অসি অমুক, মতৌ অসুন্না, ঈশৈ অদুগী মখা তারকপা চৎনবীগী মনুং চনখি। মওঙ অসিদা, অহিংবা চৎনবীগী মশক ওইবা নুংগী পূক্লীং-লৌশিং অমদি পানগী শাজৎ অনীমক অমাইবী অদুগা শাগোন্নবা ফোকলোরনি।

মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই মদুদি 'লোব' ওইরিবা পূক্লীং-লৌশিং হায়বসি মপাঙ্গোংদা উবা-তাবনচিংবা ফংবা পোৎলম নত্তে। মরম অসিনা উবা তাবা-শোকপনচিংবা যাবা মওঙদা ওইবক্লবগীদমক বাখল-লৌশিং ওইবা লোর খুদিংমক মপাঙ্গোংদা থৌরম নৎত্রগা পোৎশক্কী মতেং লৌই। মতেং ওইরিবা থৌরম নৎত্রগা পোৎশক অসিগা মতেং লৌরিবা পূক্লীং-লৌশিংগা তোঙান-তোঙানবা নত্তে, অমতনি। অমনা নুংগী উদবা থৌঈনশিন্নি, অমনা পানগী অউবা শাজৎনি। মবম অসিনা ফোকলোরগী মনুংচন্না অনী অসিবু মশা অম ৩া ওইনা 'লোর' হায়না লৌনৈ।

## ফোকলোরগী মহৌশা



ফোকলোরগী মশাগী ওইবা শাজৎপু ফোকলোরগী মহৌশা (nature) কৌই। ফোকলোরগী মহৌশা শাগোন্নরবা মতমদা রাখল, পোৎশক, নৎত্রগা থৌরম অমনা

ফোকলোব ওই। ফোকলোবগী মহৌশা ওইবা তোপ-তোপ্পা শাজৎ-শক্তমশিং (characteristics) মখাদা নৈনবি।

**১। ফোকলোব হায়বসি মীওই-কাঙলুপ অমগী মশাগী ওইবা অপূনবা মরলনি।** ফোকলোব মচাকশিংগী, হায়বদি থাজনবীনচিংবা ৱাখল, শান্নপোৎনচিংবা পোৎশক অমদি জগোযনচিংবা থৌবমশিংগী অহানবা হৌদোকপা মীশক অদু অযাম্বনা মশক খঙদবদে নৎত্রগা কাউথোক্লে। থাঙ্গৈশেংবদি, ফোকলোব মচাক খুদিংমক মীওই অমনা হৌদোকখিবনি নৎত্রগা মীওই-কাঙলুপ মচা অমনা পূন্না শেম্মিন্নখিবনি নৎত্রগা মীওই অমনা হৌদোক্লগা মযাম্না মথং মথং শেমদোক-শেমদোক্লুনা চৎনখিবনি, লাইনা অতিযাদগী থাদবকখিবা নত্তে। অসুম্না অহানবা হৌদোকপা মীশক অমা লৈফম থোক্তুনসু নৎত্রগা লৈদুনসু অবোইবদদি ফোকলোব মচাক অদু মীযাম্না মথংশিংনা পাম্না শীজিন্নখ্রবা মবম্না মীওই অমখক্কী পোখোক ওইদ্রে, মযাম্না পূন্না মশা মশাগী ওইনা শীজিন্নবা মযামগী অপূনবা পোখোক অর্মদি মবল ওইবে। মীযাম্না চৎনববা মতমদদি অহানবা হৌদোকখিবা মী অদুগী মমিং খঙঙুবগী দবকাব থোইনা ওইদ্রে, মযাম্না মহাকপু কাউথোক্রবে। খূদম ওইনা, 'হূবানববু হূবানবনা ফাববদি কনানা বিচাব তৌবিনি' হাযবা পাউবৌ অসিদা, ফোকলোব মচাক্কী থাক্তা, পাউবৌ অসি হৌদোকখিবা ডাঃ কমলগী মমিং মীযাম্না খঙবগী দবকাব ওইদ্রে। পাউবৌ অসি ডাঃ কমল মথন্তগী মবল ওইদ্রে।

মাযামগী মবল ওইবা মবম্না ফোকলোব মচাক অমবু মীওই খুদিংমক্না মশা-মশামক্কী মপোৎকুম্না খল্লি। মবম অসিনা ফোকলোব মচাকপু মীওই খুদিংমক্না মানা মানা পাম্বা মওংদা খবমখৈ শেমদোক-শাদোকপদা কবিসু চিংনবা পোক্তে। খূদম ওইনা মযামগী চৎনবী খূম্ন ঈশৈ অমদা অমাইবী কনাগুম্বীনা মহান্না পামজবা ৱাহৈ অমা-অনীগুম্বা হাপচিল্লি নৎত্রগা লৌথোকই। তৌবত্রদি, মহাক্না শেমদোক্লিবসি চৎন-লোনচৎ মনুংদা ওইবা তাই।

মীযামগী অপূনবা মবল অসি কাঙলুপকী মীওইশিংনা মখোয মশেল পূন্না শীজিন্নবদগী ওইবকপনি। মসি মখোযনা শেমদোক শাদোকপা ঙম্বা পোৎশক্তুবু মখোয মশাগী ওইনা খনবদগীনি। মখোযনা শেমদোক শাদোকপা ঙমদবা, মযেক শেংনা মী অতোপ্পগী ওইবিবা পোৎলম থৌবমশিং অদুবুদি মখোযনা মশাগী অপূনবা মবল ওইনা লৌদে। খূদম ওইনা, মীতৈ ফুমশা কৈশাবুদি মীতৈ-কাঙলুপ্না মখোযগী অপূনবা মবল ওইনা লৌই, মথোল-মথোল লোঙবা চেক্কী-নুংগী ফুমশা-কৈশাবুদি মখোযগী অশেংবা চৎনবী পোৎলম ওইনা লৌদে। মবম অসিনা চেক্কী নুংগী ফুমশা-কৈশা মীতৈগী ফোকলোবগী মনুং চন্দে।

২। **ফোকলোর হায়বসি খেন্নবা নাইবা চৎনবীগী মশক্কি।** 'চৎনবী' হায়রগা মাঙগী করিগুম্বা মতম-তাঙ্কক অমদগী মথংশিংনা হঞ্জিন-হঞ্জিন চত্থরকপা মান্নবা শকওঙ (form) গী পোৎলম-থৌবম অদুবু খঙনৈ। 'চৎনবী' অসিগী হোংনাইদবা অমসুং হোংনাইবা হায়বা মশক অনী লৈ। হোংবা নৎত্রগা খেন্নবা য়াদবা, শোয়বা য়াদবা নৎত্রগা শেমদোকপা য়াদবা চৎনবী মখল অদুদি ফোকলোর ওইদে। ফোকলোর মচাক অমনা চৎনবী ওইনা হঞ্জিল্লকপা খুদিংগী অহোংবা নৎত্রগা খেন্নবা উবা ফংই। খেন্নবা অসি তোঙান-তোঙানবা মফম, মীশক অমসুং ফিভমদা মতম অমতদা উবা ফংই। খেন্নবা অসি মচাক অদুগী মপাম্ভোংগী শকওঙ (form) দা ওইবা য়াই, নুংগী হীবম (content) দা ওইবা য়াই, ৱাহৈ-ৱাতা (diction) দা, থৌওঙ (style) দা, মতাং-মফম (context) দা নৎত্রগা ৱাহম্ভোক (meaning) তা ওইবা য়াই। খেন্নবগী চাং খজিক্তং নৎত্রগা য়াম্না ওইবা য়াই। খুদম ওইনা, কবিগুম্বা ফুঙ্গাৱাবী অমগী মশক (version) অমা মফম যাংখৈদা লীনরম্বা থেংনবদা ৱাবী যাংখৈদুগী মনুংদা করিগুম্বা মখলগী খেন্নবা মশক (variant) অমতা ফংদ্রবদি ৱাবী অদু ফোকলোবগী মনুং চল্লোই মতৌ অসুম্না, লাইবিক্তা যাওবা, লাইদা যেকপা, রেডিওদা শন্দোকপা, টেলিভিজন্দা উৎপা, মেছিন্দা শাবা, ষ্টেজদা উৎপা, অসিনচিংবা ফোকলোব মচাককী শক্তম লাংবা (recording), মতৌ তম্বা (duplication), অমসুং উখোকপা (show) পোৎলম থৌবমশিং অদু মশাগী মহৌশা ওইবা মতাং-মফম (context) দগী তোঙান্না লৌথোক্লবা মবম্না অমদি মশাদা অহোংবা লৈত্রবা মবম্না অশেংবা ফোকলোবগী মনুং চল্লোই। ফোকলোব মচাক্কী মশক খুদিংদা অহোংবা নৎত্রগা খেন্নবা মতৌ (variation) খবদি শোযদনা লৈগদবনি। অচুম-চুমদগী মীৎযেংদসু চুম্নগী মশক (version) অমসু খেন্নবা মশক (variant) অনীমক্কী মমল চপ মান্নে। ফোকলোবদা অনীমক অচুম্বা ঙাক্কি।

ফোকলোবগী চৎনবী হাযবসি মতম চুপ্পদা অবিবা নৎত্রগা যুগ কযাদগী লৈবক্লবা ঙাক্তা ওইগদবনি হাযবা ৱাফম লৈতে। 'ঙবাং-নহালতগী,' হাযবদি, ইকুই-কুইদ্রিবা চৎনবীসু ফোকলোর ওইবা যাই। ফোকলোবগী চৎনবীদি মতম-মতমগী অমদি মতাং মতাংগী মতুং ইন্না নৌথোকই, অনৌ-অনৌবা কযাসু পোকই। হন্না-হন্না নৌনা পোকপা, মযাম্না যাবা, অমসুং তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংনা খেন্নবা নাইনা হঞ্জিন-হঞ্জিন শীঞ্জিন্নবা হাযবসিনা ফোকলোবগী চৎনবীগী খ্বায়দগী মক ওইবা চাংয়েং-পাদমশিংনি।

৩। **ফোকলোর হায়বসি শক্তম অকক্লদবা মচাকশিংনো শাগৎলি।** ফোকলোরগী চৎনবী খুদিংমক মতৌ তম্বদা য়ূম্ফম ওইবা চীনবুংগী নৎত্রগা খুদমগী পাম্বৈনা মথাঙ চৎলি। খুদম্বু

শব্দোক্লা তাকপগী থবকসু চীনবুংদা তৌই। মবম অসিনা ফোকলোব মচাক খুদিংমক্তা 'মসিনা মবোইবে', 'মসিদগী হোংবা যাদ্রে' হায়বা অকক্নবা শক্তম লৈতে। চীনবুংগী বাহৈ-ৱাতা অমদি খোম্থোক্কী পাম্বৈনা (খুদম ওইনা, ৱাবী শাবা, ৱাবী লীবা, ঈশৈ শকপা, পাউখোং চনবা, লাউবা, খোংবা, কপ্পা, অসিনচিংবনা) ফোকলোর মচাক ওইবা ৱাখল, পোৎশক নৎত্রেগা থৌবম্মু ফোঙদোকপা অমদি মথাঙ চৎহনবদা অইবা মযেক (লাইরিক), অনম্বা মমি (ফিল্ম, ফোটো), অনম্বা মখোল (টেপ, ডিস্ক), অসিনচিংবগী মতেং চঙদে। মী অমগী চীন, মী অমগী নাকোঙ, অনীসিদনি চঙলিবা। কনাগুম্বনা পামজদুনা ফোকলোব মচাকশিংবু মযেক্তা, মমিদা নৎত্রেগা মখোলদা ফাজিন্দুনা থম্লবসু মখোয অসিনা ফোকলোবগী মথাঙ চৎপগী থৌবম লোইহনবা ঙমদে। ফাজিল্লবা লেঙদবা (static ওইবা) মশকশিং অসি ফনা লৈদুনসু ফোকলোব মচাক্কী হান্নগী চীনবুংদা লৈবাহোংনাইবা (dynamic ওইবা) মশক অদুদি অদুম লেঙদনা মথংশিংনা মথাঙ চত্থদুনা লৈ। চীনবুংগী নত্তবা চৎনবী পোৎলম (খুদম ওইনা, চফূ, থুমোক, লৈতেং, জগোই, অসিনচিংবা) অমবু মতৌ তম্বগী পাম্বৈনা মথাঙ চৎপা মশক্তসু ফোকলোব মচাকশিংগী অকক্নবা মশক লৈতে।

হোংবা যাদবা অকক্নবা কাঙলোন লৈববা পোৎলম থৌবমশিং অদুদি ফোকলোব ওইদে। অইবা লাইরিক, শাস্ত্র, বিজ্ঞান, যন্ত্র, অসিনচিংবগী পাম্বৈ শীজিন্নদুনা নিংথৌ, পুরোহিত, সরকার, বিশ্ববিদ্যালয, কোরপোরেসন, অসিনচিংবনা লৈবাক্কীদমক অকক্নবা লোনচত্তা শেমগৎ শাগৎলবা, লৈবাক্তা লাউথোক্লবা নৎত্রেগা মথাঙ চৎনহল্লবা মচং ওইববা (elite) অমসুং মশক নাইববা (normative) থাক্কী পোৎলম-থৌবমশিং অদু ফোকলোব নত্তে।

৪। **ফোকলোব হায়বসি ৱাখল, পোৎশক অমদি থৌরম ওইবা মচাকশিংগী নীংথিবা মশক্লি।** ফোকলোব হাযবসি চৎনবীগী অপৌবা, ফজদবা, মপূং ফাদবা, থাক নেম্বা নৎত্রেগা কাঙলোন নাইদবা মশক ঙাক্তা নত্তে। থাঙ্গৈশেংবমক্তি, ফোকলোব হাযবিবসি মীওই-কাঙলুপ অমগী মহৌশা ওইনা মবোমদোম থোকচবকপা ফজবা কযাগী অপূনবা মশক্লি। মবম অসিনা ফোক ওইবিবা মীওই-কাঙলুপ অদুগী মীৎযেংদা মশাগী ফোকলোব মচাক খুদিংমক মহৌশা ওইবা, কাঙলোন কুপ্পা, ফজবা, মপূংফাবা অমসুং থাক ৱাংবা ঙাক্লি। হোংলক-হোংলকপা মতমগী খোঙলৈগা চুশিন্ননা খুৎশেমগী ওইবা ফজবা মশক অমদি অকুপ্পা কাঙলোন কযামকম হাপচিন্দুনা হান্নগী ফোকলোব মচাক্তুদা অহোংবা কয়া লাকহনবা মতমদসু মচাক অদু ফোক ওইনা অদুম লৈবা য়াই। মীৎযেং অসিদা ফোকলোব মচাক খুদিংমক কাঙলোন খব পৌবা নৎত্রেগা খর কুপ্পা, থাক খব নেম্বা খব ৱাংবা, অসিনচিংবা

মওঙ কয়া থোক্লা খায়দোকপা য়াই। তৌবতদি, পুন্নমক নীংথিবা পোথোক ঙাক্তনি। নীংথিদ্রবদা নৎত্রগা কান্নদ্রবদা করিগুম্বা ৱাখল, পোৎশক নৎত্রগা থৌরম অমতা খুন্নাইগী চৎনবী ওইনা হিংদুনা লৈতে।

ফোকলোর মচাকশিংগী ফজবা অমসুং কান্নবা মশক্কী মতীক খঙবদগী অয়াম্বা মতমদা খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপ্পা মশাগী ফোকলোর মচাকশিংবু মখোয় মশেল মরক্তা পাউতাক পীবদা, মহৈ তম্বিবদা, ৱারকপদা, নুংঙাইবা অমদি পেন্দবা ফোঙদোকপদা খ্বায়দগী ফবা পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নৈ। খুদম ওইনা, হৈশিংবা অহল অমনা মচা-মনাওবু ৱারকপদা ৱাহৈ চাম্মা শীজিন্নবগী মহুত্তা ফজবা চুনবা পাউরৌ অমা শীজিন্নরগা তোকই।

ফোকলোরগী চৎনবী মফোঙদোকশিং অসি খুন্নুং-কাঙলুপ অমগী মীওইশিংনা ফজে হায়না লৌনবা অমদি মতম শাংনা মওঙ কাযদনা শীজিন্নবা মরমদগী অযাম্বা শরুক্তা মান্ননা হঞ্জিনবী ফোর্মুলা (formula) গী মশক ওই। অসুম্না ফোর্মুলাগী মশক ওইবা মফোঙদোকশিং অসি শীজিন্নরগা ফোকলোর মচাক অদু ফজবা শীংদা চন্নৈ। খুদম ওইনা, খোংজোম পরর্ব হায়বা চীনবুংগী লীরোলশৈ (ballad) শকপদা নায়িকাগী ফজবা, নায়ক্কী থৌনা ফবা, নুংশিৎকী নামিবা, অসিনচিংবা কয়া শৈথাবা মতমদা ফোর্মুলাগী মশক ওইবা মাঙলমচৎকী চৎনবী শৈথাবোল কয়া খোয়দানা শীজিন্নৈ। অগোই, কুম্মৈনচিংবা খুদম্না মপুং ওইবা পোৎলম-থৌবমশিংদসু হান্নগী চৎনবী ওইবা শাথেক, ঈঙ্গিৎ, শকওঙ, লৈরোং, হৈনবী, অসিনচিংবা তঙাইফদনা শীজিন্নৈ।

**৫। ফোকলোর হায়বসি মীওই-কাঙলুপকী চৎনরোলগী মশক ওইবা অপুনবা পুক্নীং-লৌশিংনি।** মসি খুন্নাই মনুংগী শাজৎ মান্নবা মীওই কাঙলুপ খুদিংমক্তা লৈ। কাঙলুপ মনুংদা ফোকলোর শাগোন্নদবা মীওই অমফাওবা লৈতে। মীওই খুদিংমক্তা মহাক্কী পুন্সিদা মশা খঙনা নৎত্রগা খঙদনা মহৌশা ওইনা তপ্না-তপ্না মহাক্কী কাঙলুপকী চৎনবীশিং অদু চীনবুংগী ৱাহৈ, খোম্লোক, নৎএগা খুদমগী পাম্বৈনা খঙজিল্লি, মশাগী ওইহল্লি, অমসুং কাঙলুপকী অতোপ্পা মীওই অমদা ফোঙদোক্নুনা শীজিন্নৈ। অসুম্না, কাঙলুপ অমগী মনুং শীন্থুংনা মীওই মশেল পুন্না থৌবম পাওথোকমিন্নদুনা (interact তৌদুনা) ফোকলোর পোকহনবা অমসুং মথাঙ চৎহনবা মরম্না ফোকলোর হায়বসি খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপকী লাইরিক হৈবা-হৈতবা মীওই খুদিংমক্তা, চাওখৎপা-চাওখত্তবা থাক খুদিংমক্তা, খুঙ্গং-সহর ওইবা মফম খুদিংমক্তা, অরিবা-অনৌবা মতম খুদিংমক্তা অমদি নিপা-নুপী অঙাং-অহল খুদিংমক্তা ফংই।

কাঙলুপ মনুংগী মীওই মশেল পূন্না চৎনবী থৌরমশিং পাঙথোকমিন্নবদগী ফোকলোব পোকপা মবন্না ফোকলোব হায়বসি চৎনবোলগী মশক ওই। পূক্নীংদা মান্নবা মশক্তা লৈবিবা রাখল্লোন (psyche) অদু, মপাঙ্গোংদা মান্নবা মশক্তা শেম্নীংবা পোৎলম (item) অদু নৎত্রগা মযাম মবক্তা মান্নবা মশক্তা পাঙথোক্লীংবা থৌবম (event) অদু মতৌ কবন্না কাঙলুপকী অতৈ মীওই মযাম্না যাবা মওঙদা ফোঙদোক্কদগে, ফোঙদোকফম থোকপগে হায়বনচিংবগী চৎন-লোনচৎশিং কাঙলুপ অদুগী মীওই খুদিংমক্না খঙবা তাই। চৎনবোলশিং অসি খঙনবা হোৎনবদা অমদি খঙবদা কাঙলুপকী মীওইশিং অদুদা পোক্রকপা পূক্নীং-লৌশিং অদু কাঙলুপ অদুগী মীওইশিং অদুগী ফোকলোবনি। অসিগুম্বা ফোকলোব অসি মীওই অমমমদুগী তোঙান-তোঙানবা পূক্নীং-লৌশিং নত্তে, মীওইশিংদুদা পোক্লিবা অপূম্বগী মান্নবা মশক ওইবা পূক্নীং-লৌশিং অদুনি। অসুম্না চৎনবোলগী মশক্তা অপূনবা পূক্নীং-লৌশিং ওইনিবা ফোকলোব মশকসিদা কাঙলুপকী মীওই অমমমগী ওইবা খেন্নবা লৈতে।

অপূনবা মান্নবা পূক্নী লৌশিংগী মশক অসি মীওই কাঙলুপকী অপিকপা মশক্তগী মথংশিংনা মথাঙ্ড চত্তুনা কাঙলুপকী অচৌবা মশক ফাওবা শন্দোকই। খুদম ওইনা, রাবী লাবা, পাউখোং চন্নবা, চাক চানবা হায়বনচি বা ফোকলোবগী থৌবমশিং অসি মশাং যাম্মদবা মীওই খবদংগী মনুংদতা ওইথোকই। ফোকলোবগী মচাক অমা শেম্নবগীদমক কাঙলুপকী মীওইশিং অদু অমগা অমগা চকথেংনা থৌবম পাঙথোকমিন্নবা তাই। অসুম্না ফোকলোব শেম্নদগী শন্দোকপা ফাওবদা মীওই কাঙলুপ মচা-মচা চঙই। কোন্না কাঙলুপ মচা মচা কযানা মথংশিংনা হঞ্জিনবদগী অমসুং যামখৎপদগী ফোকলোবনা অচৌবা মীওই-কাঙলুপকী মনুং শীঙ্খুংলকই।

পূক্নীং লৌশিংগী মশক ওইবা মবন্না ফোকলোব হায়বসি নুংশিবা নীংতম্বা, ওসিন চিংবগুম শক্লাংদবা (abstract ওইবা) পোৎলম অমনি। [৭] ফোকলোব হায়বা শক্লাইদবা পোৎলম অসিদি ফোক ওইরিবা মীওইশিং অদুদগী শেত্তোক থাইদোকপা যাদে। ফোকলোববু শকপান্নহন্দুনা মপাঙ্গোংদা ফোঙদোক্লিবা পোৎশকশিং অমদি থবক থৌবমশিংগী পান্থেনা মশক খঙবা ঙমই।

---

[৭] "The word *folklore*, is of course as abstract a term as are the words *love liberty*, and *literature* Its precise meaning lies in the mind of its definer not in the thing itself, which is both as real and as unreal as any of the concepts mentioned above "

–W Edson Richmond, "Introduction" to *Handbook of American Folklore* ed R M Dorson (Bloomington Indiana University Press 1983) p xi



## ফোকলোরগী মঙম

ফোকলোরগী মঙম (scope) হায়রগা ফোকলোরনা কোনশিনবা ঙম্বা লমদমগী পাক-চাউবা শরুকপূ অমদি মথৌ পাঙথোকপা ঙম্বগী মপাঙ্গলবু খঙনৈ। মঙম অসিগী ৱাংমদা ফোকলোরনা শন্দোক্তে অমদি অর্থ থোক্তে। ফোকলোর হায়বসি, মপুংদা, ফোক গ্রূপ অমগী মেম্বর খুদিংমক্তা শাগোন্নবা নুংগী ওইবা পোৎলম অমনি। চৎন-লোনচৎকী মশক্তা ৱাখন্দা লৈবা পোৎলম অসি পান্দা মীৎনা উবা, নাকোঙনা তাবা, অসিনচিংবা মওঙদা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা খঙবা ঙম্বা পোৎলম (item) অমসুং থৌরম (event) ওইনা ফোঙদোরকই। খুদম ওইনা, ৱারী, ঈশৈ, পাউখোং, য়ুম, ইন্নফি, অসিনচিংবসি পোৎলম ঙাক্তনি: বাবী লীবা, ঈশৈ শকপা, পাউখোং চন্নবা, য়ুম শাবা, ফি শাবা, অসিনচিংবনা থৌরমশিংনি। পোৎলম-থৌবমশিং অসিগী মিঙ্গৌ, মখল, মশক, মথৌ, ৱাহঙ্গোক, মশীজিন্ন, অসিনচিংবগা মরী লৈনবা পূর- লৌশিং ওইবা ৱাফম ফোক গ্রূপ অদুনা খঙলিবা পুন্নমক পোৎলম-থৌরমশিং অসিগী চৎন-লোনচৎকী মনুং চল্লি। মবম অসিনা হায়রিবা পোৎলম-থৌরমগী ওইবা থৌদৌ পুন্নমকসি ফোকলোবনা কোনশিল্লি।

ৱাখন্দা লৈবা চৎনবী পূর্কীং-লৌশিং (জ্ঞান) গী মফোঙদোক ওইবা পোৎলম-থৌবমশিংগী শক্তম (aspect) অহুম লৈ : (১) চীনবুংগী ওইবা (oral), (২) চৎনরোলগী ওইবা (customary), অমসুং (৩) পোৎশক্কী ওইবা (physical)। চীনবুংগী ওইবা পোৎলম-থৌবমশিং অয়াম্বা শরুক্তা ৱাহৈনা ফোঙদোকই, কবিগুম্বদা চুম্নগী খোঞ্জেলনা ফোঙদোকই। চীনবুংগী ওইবা শক্তম অসিদা কাঙলুপকী ৱাঙাঙ-ৱাতা (speech), পাম্থে-পাউরৌ (proverbial saying and proverb), পাউখোং (riddle), শৈরেং-শৈবাউ (rhyme and cry), মিংথোল (naming), ৱারী (narrative), অমসুং ঈশৈ (song)গী মখলশিং মনুং চল্লি। চৎনরোলগী ওইবা পোৎলম-থৌবমশিং বাহৈগী ওইবা অমদি ওইদবা মচাক (element) অনামক্তা লৈ। হায়রিবা পোৎলম-থৌরমশিং অসিগী মনুংদা কাঙলুপ অমগী থাজনবী (belief), চৎনরোল (custom), থৌগল্লোন-ব্যবহার (etiquette), হরাও-কুম্মৈ (festival), মশান্না (game), লায়েং-হিদাক (cure and medicine), খুদম-ঈঙ্গিৎ (gesture), জগোই (dance), কুম্মৈ-লীলা (play and drama), পুং-ঈশৈ (music), লাইথৌ-তীনথৌ (ritual), অসিনচিংবা মখলশিং য়াওই। পোৎশক ওইবা পোৎলমশিংগী মনুংদা য়ুমশা-কৈশা (architecture), পোৎশা-চৈশা (crafts), লাইয়েক-লাইশা (painting and sculpture), ফজেৎ-লৈতেং (costume), চাকচা-য়িথক (foodways), অসিনচিংবা চল্লি।

ফোকলোরগী চীনবুং ওইবা, চৎনবোল ওইবা, অমসুং পোৎশক ওইবা চৎনবী মফোঙদোক মওঙশিং (traditional modes of expression) অসি খুন্নাইগী মনুংদা অখন্নবা মীওই-কাঙলুপ্পু পুন্না কোনশিনবা ফোকলোর মচাক ওাক্নি। মচাকশিং অসিনা অখন্নবা ফোক গ্রূপ অমগী মনুংদা হঞ্জিন-হঞ্জিন মশক উৎপা চৎনবী ওই। চৎনবী ওইবা মবন্না মচাকশিং অসি কাঙলুপ অদুগী অখন্নবা মীওই মথন্তগী মপোৎ ওইদে, মযাম পুন্নমক্কী অপুনবা মবল ওই। কনাগুম্বা মীওই অমখক্তা মশা মথন্তগী ওইনা পুথোকপা নৎত্রগা তৌথোবকপা পোৎলম-থৌবম অদুদি ফোকলোর নত্তে। হায়রিবা ফোকলোর নৎত্রিবা মীওই অমখক্কী ওইবা পোৎলম-থৌবম অসি মতমগী মতুংইন্না কাঙলুপ অদুগী অতৈ মীওইশিংনা পুন্না যানীংদুনা মখোযগী অপুনবা 'চৎনবী' গী মশক্তা লৌশিন্দুনা শীজিন্নবক্রবা মতমদা ফোকলোর ওইবকই। মবম অসিনা, কাঙলুপ মনুংদা চৎনদ্রিমখৈ মীওই অমখক্কী ওইবা কবিগুম্বা মচাক অমতা, তুংদা ফোকলোর ওইবকপা যাবগী গুণ ফনা চেন্দুনসু ফোকলোরগী মঙম মনু চন্দে। মতৌ অসুন্না কাঙলুপ অমনা পোৎলম থৌবম অমবু মখোয মযামগী মবক্তা উবা ফংলবসু, কাঙলুপ ব্রাংমগী অতোপ্পা হৌবকফম অমদগীনি নৎত্রগা কাঙলুপকী মহৌশা ওইবা চৎনবীগা চুনশিন্নবা যাদবনি নৎত্রগা কাঙলুপ মনুংদা শাম্পুংনা চৎনদ্রিবনি হায়বনচিংবা বাখন্দগী, মখোযগী অশেংবা অপুনবা চৎনবী ওইববনি হায়না লৌবা ঙমদ্রবদি পোৎলম থৌবম অদু কাঙলুপ অদুগী ফোকলোরগী মনুং চন্দে।

* খুন্নাই মনুংগী (খুন্নুংগী) মান্নবা চৎনবীশিং অসিগী, অমুক, হো নাইবা নৎত্রগা খেন্নবা নাইবামশক অদুতমক ফোকলোরন' কোনশিল্লি। ফোকলোরগী ঙমখৈ মনুংদা চল্লিবা মরীমগী ওইবা চৎনবীশিং অসি চপ মান্নবা মতম অমতদা মফম, মীশক, অমসুং ফিভম্নচিংবা খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্নবা, হায়বদি হোংবা, নাই। অহোংবশিং অসি, তৌনবুদি চৎনবী অদুগা মচেৎ মচেৎ ওইবা অপিকপা শব কশিংদা হোংবনি, অচৌবা মপূং ওইবা নৎত্রগা যাঙলেন শক্ত ওইবা শকক্তা হোংবা নত্তে। অপিকপা অহোংবশিং অসিনা ফোকলোর মচাক অদু মথবায পানহল্লি, মপাঙ্গল লৈহল্লি অমদি পুক্সি-নুংশাংহল্লি। হোংনাইবা মশক অসিনা ফোকলোর মচাক অদবু মশা যান্না চেৎপা, কাঙলোন যান্না কুপ্পা, অমদি যান্না খূৎ চঙনা নান্না শেমদোক-শাদোক্লবা ওইহন্দে। মীযামগী 'চৎনবী' ফনা ওইদুনসু পোৎলম-থৌবম অমনা কাঙলোন কুপ্পা খূৎ-চঙনা শেম-শাবা হোংহৈ-কাযহৈদবা মওঙদা লৈববদি মদু ফোকলোরগী ঙমখৈ ব্রাংমদনি। খূৎ চঙনা নান্না শেন্নবা অকুপ্পা কাযহৈদবা কাঙলোনগী মশকশিংবু ক্লাসিকেল (classical) ওইবা অমদি নোর্মেটিব (normative) ওইবা হায়না খঙনৈ। খদম ওইনা,

ৱাহৈ-বাতা, মীৎযেং-নায়েং, খোঙলোন-খুত্থেক, ফিজেৎ-লৈতেং, শৈশক-শৈদা, অসিন চিংবদা অহোংবা হাপ্পদা থোইনা অকাযবা লৈতবা মীয়ামগী চৎনবী ওইবা খুৎলং ঈশৈ, লৈম জগোইনচিংবসি ফোকলোবগী মনুং চনগনি। অকক্লবা ভঙ্গি, মুদ্রা, রাগ-রাগিণীনচিংবা নাইবা বাস নৃত্য, নট সঙ্কীর্ত্তন, অসিনচিংবদি ফোকলোবগী মঙম ৱাংমনি।

চৎনবীশিংগী মনুংদা কনাগুম্বনা অখন্ননা শেমগৎলবা নৎত্রগা লৈবাক্কী ওইনবা য়াথং ওইনা অখন্ননা লাউথোক্লবা মচাকশিংদুদি ফোকলোরগী মনুং চন্দে। লৈঙাক্লোই, লাইনীং-লোই নৎত্রগা মহৈরোইগী অরাংবা খুৎপু অমনা শেমগৎ-শাগৎলবা অমদি লৈবাক মীয়ামগী চৎননবা লেপ্পবা পোৎলম-থৌবমশিং—খুদম ওইনা, লোযশঙ মথৌ, শিনযেন-শিম্থা, রায়েন চৈবাক, পোৎনা-পোৎকৎ, শাস্ত্রীয ধর্ম্ম, শাস্ত্রীয় দর্শন, বিজ্ঞানগী সিদ্ধান্ত, যন্ত্রগী থৌবম, অসিনচিংবা— ফোকলোবগী মঙন্না কোনশিন্দে। ফোকলোব ওইনবগীদমক চৎন-লোনচৎকী মচাক অদু ফোক গ্রুপ অদুনা ম...য মশেল পূয়া থৌবম পাঙথোকমিন্নদুনা পুন্না পুথোকমিন্নবা, শেমগৎমিন্নবা, শকক যামিন্নবা, অমদি মথাঙ চৎথহনমিন্নবা ওইগদবনি। কবিগুম্বা অকক্লবা যাথং নৎত্রগা কাঙলোন অদু মফম-মতম-ফিভমগী মতৃংইন্না কোম্নক-হোংলকপা থোক্লকপদগী অকক্লবা পোৎলম থৌবম অদু মীযাম মবক্তা অকরুদবা খেন্নবা নাইবা মওঙদা চৎনবকপা যাওই। মওঙ অসি ওইববদি পোৎলম-থৌবম অদু ফোকলোবগী মনুং চন্নগনি। খুদম ওইনা, খুঙ্গং খুন্দোল, লোইজিং লোইযাগী চর্চ্চশিংদা খৃষ্ট্যান লাইথৌগী অহোংবা মশক, অশেংবা হিন্দু বৈষ্ণব লাইথৌগা সনামহী লাইনীংগী লাইথৌগা যানশিন্নবা মশক, অসিনচিংবসি ফোকলোবগী মনুং চনগনি।

ফোকলোব শাগৎলিবা চৎনবী খুদিংমক মশা-মশাগী মহৌশা ওইবা মতাং মফম (context) দা লেগদবনি। কাঙলুপ মনুংগী মীওই মশেল হকথেন্নেনা পাঙথোকপা নত্তবা, মতো ৎসা অশেন্না কন্টেক্স (artificial context) অমগী 'চৎনবী' মানবা মচাক্তুদি ফোকলোবগী মনুং চন্দে। অহিংবা চৎনবীশিং অদুগী মমি নৎত্রগা মখোল ওইবা পোৎলম-থৌবমশিংসু ফোকলোবগী মনুং চন্নোই। খুদম ওইনা, শুমাঙ, লম্পাক, মণ্ডপচিংবদা ভাবোক নিপা-নুপী মখং-অহল কয়াগী মমাঙদা নুমিদাংনচিংবদা মহৌশা ওইবা অকোয়বগী অমদি পূক্লীংগী ফিভম কয়াগা লোযননা শান্নবা শুমাঙ লীলা অদু ফোকলোরগী মনুং চনগনি। শুমাঙ লীলা অদমক ফেষ্টিবেল অমগী শকক ওইনা শান্নববদি নৎত্রগা তোপতোপ্পা অখন্নবা ষ্টেজ অমদা পুখত্তুনা শান্নববদি মশাগী লৈফম থোকপা মহৌশা ওইনা কন্টেক্স (natural context) লৈত্রবা মবন্না অশেংবা ফোকলোব মচাক কৌরোই। মতৌ অসুন্না, লাই হরাওবা

লাইথোঁদা চৎনবী ওইনা অমাইবীনা শকপা ঈশৈ অমসুং শাবা জগোই অদু মহাক্না শক্লিউঙে-শাবিঙে মতম অদুতদা অশেংবা ফোকলোবগী পোৎলম-থৌবম ওইগনি। মহাক্না শকখি-শাখিবা মতুংদা তাবা নৎত্রগা যেংবা থৌবম অদুগী ওইবা ওডিও টেপ, ভিডিও টেপ, ফিলম, স্লাইড, ফোটোগ্রাফ, পেন্টিংনচিংবা কয়া অদুদি ফোকলোবগী মনুং চক্লোই। মখোয অসিদি চুম্নগী 'বেকোর্ডিং' নি, 'ডোকুমেন্টেসন' নি। অসুন্না, ফোক-গ্রূপ (খুন্নুং-কাঙলুপ) মনুংদা খুৎ-শা হৈবা মেম্বৰশিংনা মখোয়গী কাঙলুপকী অঙাংশিংনা শান্ননবা শাবা শান্নপোৎ—খুদম ওইনা, উগী হরাগাডী মচা— অদু চপমান্নবা মওঙদা কবিগুম্বা মেছিন অমনা শাদুনা পুথোক্লকপদা হায়বিবা অকোনবা পুথোক্লক্লিবা শান্নপোৎ অসি ফোকলোবগী ঙমখৈ মনুং চক্লোই, মবমদি পোৎলম অসি হৌবকফমগী ওইফম থোকপা অশেংবা কন্টেক্স (context) অদুদগী লাপথোক্লবা 'দুপ্লিকেসন অমনি। মতৌ অসুন্না, মাইবী নত্তবনা শাবা মাইবী জগোই, বাঙ্গালীনা শকপা মৈতৈ খুল্লং ঈশৈ, অসিনচিংবসু ফোকলোবগী মনুং চক্লোই, মবমদি হাযবিবা থৌবমশিং অসি মশা মশাগী মহৌশা ওইবা কন্টেক্সতগী থৈববা 'সবসটিট্যুসন' শিংনি।

ফোক-গ্রূপ অমগী চৎনবী ওইবা পোৎলম থৌবমশিংগী মনুংদা শেমগৎ-শাগৎনীংবগী (creative) অমদি ফজবা পাম্বগী (aesthetic) পূক্নীং ঈহুলনা ওইহনবশিং অদুতমক ফোকলোবগী মঙম মনুং চনগনি। খুদম ওইনা, কাঙলুপকী মীওইশিংনা অযুক্তা মযা থিনবা মওঙ, নুংথিন্দা তন্দুনা পংতূম-তূমশিনবা মতৌ, সডক্তা ফক্লাংদা ফৈবেং তুবেং পংই-ইশিনবা ৱাহৈ, অসিনচিংবা 'চৎনবী' নি হাযনা লৌবা যাবা থৌবম-পোৎলম পূন্নমক, কবিগুম্বা অখাকপা অমতা লৈতনা, ফোকলোবগী মনুং চনগদবা নত্তে। পোৎলম থৌবমশিং অদুগী মনুংদা খুন্নাইগী ওইনা কান্নবা মচাক, ৱাহৈ অমসুং অর্থগী লৈতেং ওইবা ফজবা মশক, অৱাংবা নীংথিবা গুণ খঙহনবা মতৌ, অসিনচিংবা যাওববদি হাযবিবা চৎনবী পোৎলম থৌবমশিং অদু ফোকলোবগী মনুং চল্লি। খুদম ওইনা, অযুক্কী যা থিনবদা শীজিন্নবা যাবী যাখোঙ ফহনবা চৎনবী হিদাক-মচল, নুংথিন্দা হকচাং ফহন্নবা অৱা-পোখাবা ওইনা ঙাইহাক তূম্বা, পূক্নীং-হকচাং নৎত্রগা খুন্নাইগী মৰী ফগৎহনবা অমদি ফজবা অলঙ্কাব, প্রতীরুচিংবা যাওবা অকাম্বা ৱাহৈ, অসিনচিংবদি ফোকলোবগী মঙম মনুং চনবা য়াই। মতৌ অসুন্না, মওঙ অমদি পান্দম অনীমক্তা ফজবা অমদি কান্নবদা যুমফম ওইবা অপূনবা মীযামগী পূক্নীংগী হকথেংনবা হোংনাইবা চৎনবী ওইবা পোথোক মখল খুদিংমক ফোকলোবগী মনুং চল্লি।

## ফোকলোরগী মথৌ

ফোকলোবগী মথৌ (function) হায়রগা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী পুন্সি মরেলদা ফোকলোরনা লৌরিবা থৌদাং (role) বু খঙনৈ। ফোকলোরনা খুন্নাইচাশিংগী পুন্সিদা অখন্নবা থৌদাং কয়ামরুম লৌই। ফোকলোরনা লৌবিবা থৌদাংশিং, হায়বদি পাঙথোক্লিবা মথৌশিং, অসিদগী খুন্নাইচাশিংনা কান্নবা কয়ামরুম ফংই। কান্নবশিং অসি পীবা মরম্না ফোকলোবনা খুন্নাই অমগী হৌরকঙৈদগী খুন্নাই অদুগা থানবা লৈতনা শাগোন্নদুনা হিংদুনা লৈবা ওইথোক্লিবনি।

খুন্নাইদা ফোকলোরনা মথৌ মঙা পাঙথোকই হায়না আমেরিকাগী শরুাইবা এন্থ্রোপোলোজিষ্ট ফোকলোবিষ্ট ৱিলিয়ম বেসকম্না হায়রম্মী। মহাক্কী ৱাহৈদা 'amusement' (হরাও-নুংঙাইহনবা), 'validating culture' (নাৎ শৌগৎপা), 'education' (লৌশিং পীবা), 'maintaining conformity to the accepted patterns of behaviour' (চৎনবী শাজৎকা চুশিন্নহনবা) অমসুং 'instrument of social and political change' (খুন্নাইগী অমদি লৈঙাক্লোনগী অহোংবা পুবরুবা খুৎলাই ওইবা) হাযবা মথৌ মঙা অসি ফোকলোবনা পাঙথোকই।[১৮] বেসকম্না পল্লম্লিবা খুন্নাই কাঙলুপ অমদা ফোকলোবনা পাঙথোকপা মথৌশিং অসি চাউবাক্লা মখাগী অসুম্না মশক তাকপা য়াইঃ

### ১. হরাও-নুংঙাইহনবা

ফোকলোরগী মখল কয়াগী মচাকশিংদগী খুন্নাইচাশিংনা হরাও-নুংঙাইবা (amusement) নৎত্রগা অৱা-পোৎথোকপা (recreation) ফংজে। ৱানী লীদুনা-তাদুনা, ঈশৈ শক্নুনা-তাদুনা, পাউখোং চন্নদুনা, কুম্মৈ-ফিয়োংদা শরুক য়াদুনা, মশান্ন কযা য়াওদুনা-য়েংদুনা নৎত্রগা লীলা, জগোইনচিংবা যাও-যেংদুনা খুন্নাইচাশিংনা মতাং-মতাংগী ওইনা নুংঙাইবা লৌই, হবাও-নুংঙাইনা মতম লেল্লি অমদি অৱাবা পোৎথোকই। খুদম খবদং পল্লবদা, নিঙোল মৱা অপঙগী ফুঙ্গাৱাবী তাবদা মখোযনা থৱায তানা নোকচৈ, তোনু লাইজিং লেম্বীগী লৌরিং ঈশৈ তাদুনা লৌ লিংবগী অৱাবা পোৎথোকচৈ, মখোয়না মরূম কোনবী শান্নদুনা নুংঙাইনা মতম লেল্লি নৎত্রগা শুমাঙ লীলা য়েংদুনা নুংথিল চুপ্পগী অৱাবা পোত্থানৈ।

---

[১৮] William R Bascom, *Contributions to Folkloristics* (Meerut Folklore Institute, 1981), pp 40-64, 212-14

## নাৎ শৌগৎপা

খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী নাৎ (সংস্কৃতি) শৌগৎপা হায়বা মথৌ অসি ফোকলোবনা পাঙথোকপা মথৌশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী মকওইবা অমনি। খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী ফোকলোব মচাকশিংনা কাঙলুপ অদুগী চৎনবী নাৎপু মতম পুম্নমক্তা মপুং ফানা শৌগৎলি। কাঙলুপ অদুগী নাৎ শাগৎলিবা পোৎশক-পোৎলম, থৌবম-থৌদোক, থাজনবী-ৱাখল্লোন, অসিনচিংবা পুম্নমকপু কাঙলুপ অদুগী ফোকলোব মচাকশিংনা মাগী-মাগী ওইবা ঙমদাইদা শৌগত্তুনা মীবোল কযা-কযা মথৎশিংনা হিংহল্লি। চৎনবী অমসুং মতমগী চৈথেংদা নাৎকী মনুং চন্না হৌদোকপা, বাবী ৱাখোঙনা শৌগৎপা অমদি চৎনবোলদা মখা শমথহনবগী থৌদাং ফোকলোবনা লৌই। খুন্নাইগী খ্বাযদগী মশীং য়াম্বা মীওইশিংনা খ্বাযদগী পাক-শন্না খ্বাযদগী মাহৌশা ওইবা মওঙদা ফোঙদোকপা মবন্না ফোকলোবনা শৌগৎ-যোকখৎপা হাযবসি নাৎকী খ্বাযদগী চাউবা পাঙ্গলনি। নাৎকী মচাকশিংবু ফোকলোবনা অশেংবনি-অওইবনি অচুম্বনি অফবনি হাযনা শৌগৎলবদা নাৎ অদুনা খুন্নাইদা মতম শাংনা লৈবা ওইথোকই। মীৎযেং অসিদা খুন্নাইগী নাৎপু শৌগৎনবগীদমক ফোকলোবগী মচাক ওইবা লাই তীনগী ৱাৰী (myth) না লৈশেম্লোন, লাই-তীনগী ৱাৱোল, লাইথৌ তীনথৌ, লাইনীংলোন, খুন্নাইবোল, অসিনচিংবা কযাবু লাই হাক্তক্তগী হৌনা থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবা ওইনা উৎলি অমদি শৌগৎলি। থাজ-ৱাবী (legend) অমসুং লীবোলশৈ (ballad) কযানসু খুন্নাইগী পোৎলম-থৌবম কযাবু অচুম্বা ওইনা উৎলি। নাৎকী চৎনবী পোৎলম-থৌবমশিং অসিবু পোৎশা-চৈশা, ফিজেৎ লৈতেং, চাকচা যিথক, কুম্মৈ-ফিযোং, লাইনীং-লাইশোল, লাইথৌ তীনথৌ লায়েং পথাপ, অসিনচিংবা কযানসু যোকখৎ-শৌগত্তুনা খুন্নাই কাঙলুপকী মনুংদা চৎনদুনা লৈহল্লি।

## লৌশিং পীবা

চুম্নগী নুংঙাইবা ফংহনবতা নত্তনা ফোকলোবনা খুন্নাই-কাঙলুপকী মীওইশিংদা মখল-মখাগী ওইবা মহৈ-মশিং (education) নৎত্রগা লৌশিং (knowledge) কযামকমসু পী। খুন্নাই-পুন্সিদা থেংনবক্তদবা পোৎশক-পোৎলম অমদি থৌদোক-থৌবম কযাগী জ্ঞান খুন্নাইগী মীওইশিং অদুনা ফোকলোবগী তোঙান তোঙানবা মচাকশিংদগী ফংবা ঙম্মী। খুদম খবদং ওইনা, ফুঙ্গাৱাবী কয়াদগী ইমুং-মনুংগী অফবা লমচৎ-শাজৎ কযাগী জ্ঞান ফংবা ঙম্মী, লীবোলশৈ (ballad) কযাদগী অবি-অনৌ পুৱাবী (history) কযাগী জ্ঞান ফংবা ঙম্মী, পাউবৌ কযাদগী পাউতাক্কী মশক ওইবা খুন্নাইগী তুংশিল্লবা লৌশিং কযা পোকহল্লি,

মশান্না কয়ানা নুমিৎ-থাগী খোঙচৎনচিংবা মহৌশাগী কাঙলোন কয়া খঙহল্লি, লাইয়েক-লাইখোৎ, য়ুমশা-কৈশানচিংবা শিন কয়ানা শিনফমশিংগী কান্নবা-ফজবা শকখঙবা ঙমহল্লি, অমদি লাইনীং-খুদাগী ওইবা জগোই খুথেক কয়ানা পুন্সিগী বাংঙুরোল খঙহল্লি। ফোকলোর মচাকশিংনা লৌশিং-জ্ঞান পীবগী চাং অসি লাইরিক-লাইশু হৈবগী থাক হৃক্কবিবা খুন্নাই-কাঙলুপশিংদনা খ্বায়দগী হেল্লি। লাইরিক-লাইশু কয়া হৈনব্রিঙৈদদি খুন্নাইচাশিংবু মহৈ-মশিং তম্বিনবগী খ্বায়দগী অচৌবা পাম্বৈ ফোকলোরনা ওই। ইতিহাস, ভূগোল, কাব্য, সমাজনীতি, রাজনীতি, অর্থনীতি পুম্নমক ফোকলোরগী পাম্বৈনা মরু ওইনা তম্বিনৈ। খুদম ওইনা, কংলৈরোলগী ঈশৈশিংদা ইতিহাস হাপ্পী, লম্মিৎলোন শৈথাশিংদা ভূগোল হাপ্পী, পেনা লীরোলশৈ কয়াদা কাব্য শাগোম্নহল্লি, পাউরৌ-পাউতাক কয়াদা সমাজনীতি য়াওহল্লি, ফিজেৎ-লৈতেং কয়াদা রাজনীতি চঙহল্লি, অমদি লাইথৌ-তীনথৌ কয়াদা অর্থনীতি চেলহল্লি। লাইরিক-লাইশু হৈতবা খুন্নাইদদি, খুন্নাইচাশিংগী পোকপদগী শিবফাওবা, মহৈ-মশিং তম্বগী অমতা ঙায়বা পাম্বৈ ফোকলোরনা ওই।

ঙসিগী চাওখৎলবা লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈনরবা মতম অসিদফাওবা ফোকলোর মচাকশিংনা লৌশিং পীবা ঙম্বগী মথৌ পাঙথোকপা লেপ্পা লৈত্রি। ঙসিসু পৃথিবীদা ফোকলোরনা 'ইনফোর্মেল এড়ুকেসন' গী খ্বায়দগী অচৌবা পাম্বৈ ওইরি। যুগ কয়া তুংশিল্লক্লবা খেৎঙমদ্রবা লৌশিং-পুক্কৈগী মশক্তা ঙসিফাওবা মালেমগী মফম পুম্বদা পাউরৌশিংবু তত্তনা শীজিন্নবি। আফ্রিকানচিংবা মফম খরদদি পাউরৌশিংবু লেঙদ্রবা অচুম্বা রাফমশিংগী মশক ওইনা কোর্টকী অচুম্বা রায়েন (justice) ফংনবা উকিলশিংনা মরৈ য়েৎনবা ফাওবদা য়াম্না তোয়না শীজিন্নৈ।

## খুন্নাইগা চুনহনবা

নাৎপু অচুম্বা-অফবা ওইনা শৌগৎপদা নত্তনা ফোকলোরনা খুন্নাইচাশিংবু খুন্নাই অদুগী নাৎনা য়ারবা চৎনবী লমচৎ-শাজৎশিংগা চুনহনবগী (socialization) মথৌসু পাঙথোকই। ফোকলোরনা মতম পুম্নমক্তা খুন্নাইচাশিংবু খুন্নাইগী চৎনবীশিংগী মতুং ইলহন্নবা হোৎনৈ। খুন্নাইনা অচুম্বা, অশেংবা, অফবা ওইনা য়ানরবা পোৎলম-থৌরমশিংগা চুননা চৎপা মীওইশিংবু শৌগত্তুনা অমদি য়ানরবা পোৎলম-থৌরমশিংসিগী মায়োক্তা চৎপা মীওই-শিংবু হুন্দুনা ফোকলোরনা খুন্নাইচা খুদিংমকপু খুন্নাইগা চুশিনহন্নবা হোৎনৈ। অসুন্না হোৎনবা অসিদা ফোকলোরনা খুন্নাইগী ওইবা মায়কৈদগী তকশিনবা (social pressure) অমসুং লাকশিনবা (social control) মওঙ অনীমক শীজিন্নৈ।

ফোকলোরনা খুন্নাই-কাঙলুপকী মীওই খুদিংমকপু অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা নাংকী চৎনবী পোৎলম-থৌবম শৌগৎপা অমসুং য়োকখৎপা তম্বি। ঈশৈ, লীবোলশৈ, লাই-তীনগী বাবী, থাজবাবী, ফুঙ্গাবাবী অমসুং পাউবৌনচিংবদা মখল-মথেলগী ফিদমগী বাবী, বাবোল অমদি পাউতাক হাপ্তুনা ফোকলোবনা খুন্নাইচাশিংদা খুন্নাইনা যানববা নাংকী পোৎলম-থৌবমশিংগী লেঙদ্রবা মমল খঙহল্লি। ফিজেৎ-লৈতেং, পোৎশা-চৈশা, লাইথৌ-তীনথৌনচিংবা ফোকলোব মচাক কযানসু খুন্নাইদা লৈবিবা মীওইশিংগী পুন্সিগী মমল অমদি পুন্সি-বাংমগী মমল অনীমকপু খঙহল্লি, থাজহল্লি। ফিভমশিং অসিদা খুন্নুং-বাখল্লোন (folk psyche) দা ফোকলোবনা অফবা তৌবগী মনা (reward) অমদি ফত্তবা তৌবগী চৈবাক (punishment) কী অপাম-পামদ অনীবু য়াম্না চেৎনা শাগৎলি। অপাম-পামদ বাখল অনীসিনা ঈনশিনহন্দুনা ফোকলোবনা খুন্নাইচাশিংবু, মশা খঙনা নৎত্রগা খঙদনা, খুন্নাইনা যাববা অফবশিংবু শীজিন্নহন্নবা পাঙথোকহন্নবা অমদি খলহন্নবা মতম পুম্নমক্তা নু"দা--বাখলগী থাক্তা —তকশিল্লি।

পান্দা—শাজৎকী থাক্তা—ফোকলোব মচাকশিংনা খুন্নাইগী চৎনবাশিংগা চুশিন্ননা চৎলিবা মীওইবু 'থাগৎপা' ফোঙদোকই অমসুং চৎনবীশিংগা ওন্নতৈননা চৎপা মীওইবু শাউবা ফোঙদোকই। খুন্নাইগা চুনবা, খুন্নাইগী কান্নবা তৌবা মীওইশিংবু খুন্নুংশৈ (folk song), লীবোলশৈ (ballad), লীবেলশৈ (epic) নচিংবনা বাংনা থাঙ্গত্তুনা শৈথাই, ফুঙ্গাবাবী (folktale), থাজ-বাবী (legend), হেঞ্জিন-বাবী (tall tale), কুম্মৈ লীলা (play), পাউরৌ পাউতাক (proverb), চৎন-বাহায (folk saying) অসিনচিংবনা থাগৎলি। অমবোমদা খুন্নাইগা চুনদবা, ফত্তবা থৌবম তৌবা মীওইশিংবু ঈশৈ বাবা লীলানচিংবশিং অসিনা নোক্নৈ, কবেম্নৈ। মতৌ অসুম্না খুন্নাইনা থাগৎপা পামহন্দুনা অমদি নোক্নবা-কবেম্নবনচিংবা কিহন্দুনা ফোকলোবনা খুন্নাইচাশিংদা মশাবু অমদি অতৈ মীওইশিংবু খুন্নাইগা চুনদবা খুদিং তৌহন্দনবা লাকশিল্লি।

## অহোংবা পুরকপা

খুন্নাই কাঙলুপ অমগী নাৎপু শৌগত্তুনা নাৎ অদুনা যাবা চৎনবী পোৎলম থৌবমশিংদা খুন্নাইশিংবু চুশিনহন্নবা মতম পুম্নমক্তা হোৎনববসু ফোকলোবনা হোংলক হোংলকপা মতম অমসুং ফিভমগা চুংশিন্ননা অনৌবা অহোংবা (change) কযা পুবকপগী অচৌবা মথৌ অমসু পাঙথোকই। মতাং মতাংগী মতুংইন্না ফোকলোবনা খুন্নাই কাঙলুপ অমগী মনুংদা খুন্নাইগী ওইবা (social) অমদি লৈঙাক্লোনগী ওইবা (political)

অহোংবা কয়া পুবকই। অহোংবশিং অসি পুবক্লবা হোৎনবদা ফোকলোবনা মতম-মতমগী মীশক, পোৎশক, থৌবম, থৌদোক্লচিংবগী মাযোক্তা পেন্দবা ফোঙদোকই অমসুং মতাং-মতাংগী মতুংইন্না রাখল্লোন শন্দোক্লবা পাম্বৈশিং (propaganda media) ওইবকই। পেন্দবা ফোঙদোক্লবা অমদি মত প্রচাব তৌনবা তোযনা শীজিন্নবা ফোকলোর মচাকশিংগী মনুংদা খুনুং-ঈশৈ, লীবোলশৈ, লাই তীনগী রাবী, থাজ-রাবী, ফাগি-জুগাই(jokes), অসিনচিংবা থোইদোক্লা মক ওই। প্রচাব তৌনবা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবদা ঈশৈনা খ্বাযদগী খুৎলোযনা থোকই। খুদম ওইনা, আফ্রিকাগী খুন্নাই-কাঙলুপ কযামকমদা নেসনেলিজম, বিজনেলিজম, পান আফ্রিকানিজমচিংবা শাগৎনবা হোৎনবদা মতম-মতমগী মতুংইন্না শেম্বা খুন্নুং-ঈশৈশিংনা খ্বাযদগী চাউবা থৌদাং লৌখি। জর্মনীদা নাজিশিংনা বাজনীতিগী অহোংবা পুবকপদা জর্মনশিংগী মশাগী লাই-তীনগী বাবীশিংনা খ্বাযদগী মপাঙ্গল লৈবা খুৎলাই ওইখি। বশিযানশিংনা মখোযগী ক্লাস স্ট্রগলগী অনৌবা বাখল্লোন মখোযগী ফোকলোবনা পাম্বৈ ওইদুনা শাগৎখি। চীনাদসু ফোকলোববু নোংচুপ লৈবাকশিংগী মাযোক্তা প্রচাব তৌনবা খ্বাযদগী অচৌবা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নখি। মণিপুবদসু ১৮ শুবা চহী-চাগী অহৌবদা নৌনা চঙলকপা হিন্দু ধর্ম্মগী মাযোক্তা পেন্দবা ফোঙদোক্লবা অচৌবা পাম্বৈ ফোকলোবগী খুন্নুং ঈশৈশিং, থৌদোক রাবীশিং অমদি পাম্বৈ-পাউবৌনা ওইখি, নৌনা চঙলকপা হিন্দু ধর্ম্ম অসি শন্দোক্লনগী অচৌবা পাম্বৈসু লাই-তীনগী বাবী, থাজ-রাবী, খুনুং ঈশৈ, লীবোলশৈ, জগোই, লীলা, ফিজেৎ-লৈতেং, চাকচা-যিথক, কুম্মৈ-ফিযোং, লাইযেক-লাইশা লাইথৌ-তীনথৌ, অসিনচিংবা ফোকলোব মচাক কযানা ওইখি।

## অনীশুবা পন্দুপ

# ফোকলোর বিজ্ঞান

### ফোকলোরিষ্টিক্স

ফোকলোবগী মবমদা কাঙলোন চুম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা নৈনবা বিদ্যাবু ফোকলোবিষ্টিক্স (folkloristics) নৎত্রগা ফোকলোব-বিজ্ঞান হাযনা খঙনৈ। মতম অমদা ফোকলোবগী বিষয় অমসুং বিদ্যা অনীমকপু 'ফোকলোব' হাযবা ৱাহৈসিমতনা পুন্না খঙনবম্মী। ঙসি শিনফম নাইববা ফোকলোবগী অখঙ-অহৈ (professional folklorist) শিংনা মযেক শেংনা 'ফোকলোব' বু বিষযগী অর্থদা অমসুং 'যোকলোবিষ্টিক্স পু শিদ্যাগী অর্থদা শীজিন্নৈ।[১৯]

ফোকলোবিষ্টিক্স হৌজিকমক চাওখৎলক্লিবা বিদ্যা অমনি। প্রোফেসনেল ফোকলোবিষ্টশিংনা চাউবাক্লা চহী ৫০ বোমগী মমাঙদগী হৌনা অতৈ সোসিযেল সাইন্স কযামকমদগী লৌশিন্দুনা শেমগৎপা অমদি ফোকলোবিষ্টিক্স মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা কাঙলোন কযামকমগী মতেংনা 'ফোকলোবিষ্টিক্স' হাযবা বিদ্যা অসি মীওই খুদিংমক্লা হকথেংননা শকক যাবা খুম্নাইগী পুন্সি-মবেল অমগী মযাম্না যানবা মনী-ওম্বা বিজ্ঞান অমা ওইনা নোংম নোংমগী মপূং ফাবক্লি।

### ফোকলোবিষ্টিক্সকী মহৌশা

ফোকলোবিষ্টিক্সনা, বিজ্ঞান অমা ওইনা, নৈনবগী বৈজ্ঞানিক ওইবা পাম্বৈ শীজিন্নৈ। বিদ্যা অসিনা ফোকলোবগা মবী লৈনবা ৱাফমশিংবু বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা থিজিন-খোমজিল্লি অমদি নৈনৈ। বৈজ্ঞানিক ওইনা থিজিন-খোমজিনবা অমদি নৈনবগী পাম্বৈ— খুদম ওইনা, প্রোব্লেম, হাইপোথেসিস, ওবজার্ভেসন, ইন্টবভিউ কেসনবি, ক্লাসিফিকেসন স্টেটিষ্টিকেল এনালিসিস, অসিনচিংবা— খুদিংমক বিদ্যা অসিনা ফোকলোব নৈনবগীদমক শীজিন্নৈ। মযামগী ওইবা কাঙলোন (generalisation) শেম্বা মতমদা বিদ্যা অসিনা,

[১৯] ফোকলোবিষ্টিক্সপু মীতৈলোন্দা 'খুন্নুং লোনমীৎ হাযনা খঙনবা যাই।

বিজ্ঞান অতৈগুম্না, খ্বায়না য়াবা অচুম্বা রাফম (accepted fact) তমক য়ুম্ফম ওইনা শীজিন্নে।

ফোকলোরিষ্টিক্সনা থাঙ্গৈশেংনা লৈববা (factual) পোৎলম-থৌরমশিংতমক নৈনৈ। মশাগী মান্নবা চৎনবী-শাজৎ পূম্না তশেংনা লৈববা ফোক-গ্রুপকী মনুংদা মীওই খুদিংমক্কী তশেংনা অপূনবা মবল ওইববা পোৎলম-থৌবমশিং অদুতমক ফোকলোরিষ্টিক্সনা থিজিন-খোমজিল্লি অমসুং নৈনৈ। ফোকলোর মচাকশিং অসিগী মশক-মওঙ, মখল, মহৌশা, মথৌ, মমলনচিংবা লেপ্লদা অমদি মচাকশিংগী মনুংদা লৈনবা মরীনচিংবা পুথোকপদা বিদ্যা অসিনা মচাকশিং অদুগী তশেংনা ওইববা মশক্তমক লৌখৎলি।

ফোকলোবিষ্টিক্সনা মতম পূম্নমক্তা মালেমগী ওইবা কাঙলোনশিং (universal laws) পুথোক্নবা হোৎনৈ। বিদ্যা অসিনা পুথোকপা চৎনবোলগী কাঙলোন খুদিংমক মালেমগী মফম পূম্নমক্তা, মহৌশা ওই॑ মান্নবা ফিভমদা, চপ মান্ননা উবা ফংই।

## ফোকলোরিষ্টিক্সকী মওম

ফোকলোবিষ্টিক্সনা খুনাই মনুংদা লৈবা মীওই-কাঙলুপকী শক্তম লাংদ্রিবা হাযবদি বেকোর্ড তৌদ্রিবা চৎনবীশিংবু নৈনৈ। মীওই-কাঙলুপ অমগী চৎনবোল ওইবা নুংগী রাখল্লোনবু পান্দা ফোঙদোকপা চৎনবী পোৎলম-থৌবমশিংবু ওইথোকপা যাবা মীৎযেং-ফিবেপ (perspective) খুদিংদগী যেংনবা বিদ্যা অসিনা হোৎনৈ। ফোকলোব অমসুং ফোকলোব মচাকশিংগী মিঙ্গৌবোল(definition), মখল (classification), হীবম (content), মহৌশা (nature), মওম (scope), শাজৎ (characteristics), হৌবকফম (origin), মথৌ (function), মথাঙ-খূৎচৎ (transmission), মহোং-মতৌ (variation), মশক-মশা (structure), মশক-মওঙ (form), রাহম্ভোক (meaning), পান্দম (purpose), মশীজিন্ন (use), অসিনচিংবা নৈননবা ফোকলোবিষ্টিক্সনা হোৎনৈ।

ফোকলোব বিজ্ঞান্না 'কাঙলুপ' কী তোঙান-তোঙানবা চৎনবীশিংগী মরক্তা লৈবা মরীশিং মশক খঙননবসু হোৎনৈ। বিদ্যা অসিনা অখন্নবা কাঙলুপ অমগী নাৎ (culture) কী তোপতোপ্পা নাক-যেৎকী ফিভম (setting) অদুসু থিজিল্লি। বিদ্যা অসিনা নাৎকী শক্লাইরবা শক্তমশিং (formal records) নত্তবা মীয়াম-পুন্সিগী অপূনবা মশকশিংবু শকখঙনবা হোৎনৈ। অপূনবা মশকশিং অসিগী মনুংদা করম করম্বনা করি মরমগীদমক করম্না পোক্লকপগে, চাউখৎলকপগে, হোংলকপগে অমদি মথাঙ চৎপগে হায়বনচিংবসু

বিদ্যা অসিনা নৈনৈ। শম্না, কাঙলুপকী মীওই মশেল থৌপাঙমিন্নবদগী (interaction দগী) ওইরকপা পুন্সি-মশকপু থোইদোকপা কাঙলোন (theory) অমদি খ্বায়গী কাঙলোন (generalisation) শীজিন্নদুনা ফোকলোবিষ্টিক্সনা নৈনৈ।

## সোসিয়েল সাইন্স অমা ওইনা

প্রোফেসনেল ফোকলোবিষ্টশিং থোবক্তিংউগে ফোকলোবগী তোঙানবা ডিসিপ্লিন অমা শাগৎনবা হোৎনখিবা মীওইশিংদু এন্থ্রোপোলোজি, হিষ্টবি, লিটবেচবনচিংবা ডিসিপ্লিন কযাগী অখঙ অহৈশিংনি। মখোযনা ফোকলোববু মখোয মখোযগী বিদ্যাশিংগী মনুংচন্না নৈনখি। মখোযনা লেপ্তুনা নৈনবদগী, মতমগী মতুংইন্না, ফোকলোব বিদ্যাতগী ওইবা প্রোফেসনেল ফোকলোবিষ্টশিং থোক্লকখি। ফোকলোবিষ্টশিংগী অকোনবা মীবোল অসি থোক্লকপদগীদি ফোকলোবিষ্টিক্সনা তপ্না তপ্না খ্বায়না যাববা মনীংতম্বা সাইন্স অমা ওইবকপা ঙমখি।

ফোকলোবিষ্টিক্স হাযবসি মপুং ওইনা ফিল্ড-ডেটাদা যুম্ফম ওইবা সোসিযেল সাইন্স অমনি। ফোকলোবগী পোৎলম-থৌবম অমা ফোকগ্রুপকী মীওই খুদিংমক্কী চৎনবীগী মশক্তা তশেংলা অপূনবা মবল ওইবব্রা-ওইদ্রিব্রা হাযবা থিজিনবা তাবা মবন্না ফিল্ড-ৱার্ক তঙাইফদনা চঙলকই। মবম অসিনা এন্থ্রোপোলোজিগুম ফোকলোবিষ্টিক্সসু ফিল্ড-স্টডিগী মফম চাউনা লৈবা বিদ্যা অমনি।

ফোকলোবিষ্টশিংনা মতম পুন্নমক্তা খুন্নাই মনুংগী মশাগী চৎনবী মান্নবা মীওই-কাঙলুপশিং, মখোযগী অপূনবা পুন্সি অমদি মখোযগী চৎনবী পোথোকশিংবু যেংশিল্লি। মীওই কাঙলুপশিং অদুগী চৎনবী শাগোন্নবিবা মীশক 'ট্রেডিসন বিযবব' (tradition bearer) খুদিংমক্তা চেল্লিবা নুংগী ৱাখল্লোন, ৱাখল্লোন অদুবু পান্দা ময়াম পূন্না থৌপাঙমিন্নদুনা ফোঙদোক্লিবা অমদি মথাঙ চৎহল্লিবা পোৎশক-পোৎলমশিং অমসুং শাজৎ-থৌবমশিংবু ফোকলোবিষ্টশিংনা মীৎযেং কযামকম থোক্লা নৈনৈ। কাঙলুপকী মীওইশিং অদুগী মবক্তা লৈনবা মবী, মীওইশিং অদুগী পোৎলম-থৌবমশিংগী মবক্তা লৈনবা মবী— অনীমকপু ফোকলোবিষ্টশিংনা নৈনৈ। খুন্নাইগী মীওইশিং অদুনা শাগৎপা অপূনবা খুন্নুং পুন্সি (folklife) গী মশকপু কাঙলুপ অদুগী নাৎ (culture) অমসুং তাইবং ৱাখল্লোন (worldview) গী যুম্ফমগা কোম্ননা ফোকলোবিষ্টশিংনা নৈনৈ। খুন্নুং (হাযবদি, খুন্নাই মনুংগী) কাঙলুপকী মীওইশিংনা মখোয় মশেল লৈমিন্নবা অমদি থৌরম পাঙথোকমিন্নবদা মখোয়গী চৎনরোলনা য়াবা পুক্নীং-লৌশিংবু পান্দা ফোঙদোকপা অমদি মথাঙ চৎহনবা

পোৎলম (item) অমসুং থৌরম (event) শিংবু ফোকলোরিষ্টশিংনা ফোকলোরগী তঙাইফদবা শকখঙ-পাম্বে ওইনৈ। অপূনবা পোখোক ওইবা পোৎলম- থৌরমশিং অসিনা ফোকলোর নৈনবগী অমতা ঙাইবা পাম্বে ওইনৈ। মতৌ অসুম্না খুন্নাইগী মনুংচনবা মীওই-কাঙলুপশিং, কাঙলুপকী মীওইশিং অমসুং কাঙলুপকী পোখোকশিংবু নৈনবা মরম্না ফোকলোরিষ্টিক্স হায়বা বিদ্যা অসি সোসিয়েল সাইন্স (সমাজ বিজ্ঞান) কী মনুং চনগনি।

ফোকলোরিষ্টিক্সনা সাইন্স অমা ওইবগী তোপতোপ্পা পাদম কয়ামরুম লৈ। বিদ্যা অসিনা খুন্নাই মনুংগী মীওই-কাঙলুপকী পুন্সিগী অচুম্বশিংবু পুথোক্নবা হোৎনৈ। অচুম্বা থিবদা বিদ্যা অসিনা লনাই মত য়াওদবা (objective) মওঙদা ময়াম্না য়ানরবা অচুম্বা ৱাফম (accepted fact) তমক শীজিন্নদুনা ময়ামগী ওইবা কাঙলোন (generalisation) শেমই। বিদ্যা অসিনা তশেংনা লৈরবা মচাকশিং (factual materials) তমক শীজিন্নৈ। বিদ্যা অসিনা মতম পূন্নমক্তা মালেমগী ওইবা কাঙলোন (universal laws) পুথোক্নবা হোৎনৈ। কাঙলোনশিংগী চাংয়েং তৌবগী অমদি শীজিন্নবগী পাম্বৈশিংসু পুথোক্নবা হোৎনৈ। পোৎলম-থৌরমশিংগী মগুণ-মমল (values) নৈনবা মতমদসু বিদ্যা অসিনা তশেংবা অওইবা (factual) অমসুং লনাই মত য়াওদবা (objective) মশক্তা নৈনৈ। বিদ্যা অসিগী মীৎয়েংদা ফোকলোর মচাক অমগী তোঙান-তোঙানবা খেন্নবা মশক (variant) খুদিং-মক মগুণ-মমল চপ মান্নৈ। বিদ্যা অসিনা ফোকলোর মচাকশিংগী মশক-মওঙ, মথৌ, মগুণ-মমলনচিংবা শক্তাক্নবা হোৎনবদা মচাক খোম্বা, মখল খাযবা, নৈনবা, কাঙলোন পুথোকপা, অসিনচিংবগী বৈজ্ঞানিক ওইবা পাম্বৈশিং মথংশিংনা পরম নাইনা লৌখৎলি।

## ফোকলোরিষ্টিক্সকী পান্দম

ফোকলোরিষ্টিক্সনা খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপশিংগী শকপাল্লবা (formal) রেকোর্ড শিংদা য়াওবা নত্তবা রেকোর্ড তৌদ্রিবা (শকপান্দ্রিবা) চৎনবীশিংবু, বিষয় (content) অমসুং থৌওঙ (process) অনীমক্তা, মীয়ামগী নাৎ শাগৎপা অপূনবা পূর্ক্নীং অমদি পুন্সিগী মশকশিং খঙহনবা মওঙদা নৈননবা হোৎনৈ।

## ফোকলোরিষ্টিক্সকী মীৎয়েং-ফিরেপ

ফোকলোরিষ্টিক্সনা ফোকলোর মচাক ওইবা পোৎলম থৌরম অমবু য়েংবদা মতম পূন্নমক্তা মখাগী ৱাফম অনী অসিনা শাগৎপা মীৎয়েং-ফিরেপ অমদা য়েংইঃ

(ক) চৎনবীগী 'ফোক' ওইবা মশক—খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপ মনুংদা লৈবা চৎনবী অদু কাঙলুপ অদুগী মীওই পুম্নমক্কী অপূনবা মবল ওইগদবনি, বেকোর্ড তৌদবা ওইগদবনি অমদি মতম অমতদা মান্নবা মশকশিংদা হোংবা (খেন্নবা) নাইগদবনি।

(খ) মীওই অমদি পুন্সিগী অপূনবা মশক—খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপকী মীওই অমমমদু মক ওইদে, কাঙলুপকী অপূনবা মশক অদুনা মকনি। করিগুম্বা মতাংদা মীওই অমমম্বু নৈনবা তাববদি মীওই অমমমদু অপূনবা কাঙলুপ অদুগী মহুৎশিনবা অমমম ওইনা লৌগদবনি। কাঙলুপকী পুন্সিবুসু মীযামগী ওইবা খুন্নাইবোল (সমাজনীতি), লৈঙাক্লোন (বাজনীতি), শেনমীৎলোন (অর্থনীতি) অমদি লাইনীংলোন (ধর্ম্মনীতি) গী অপূনবা শক্তমশিংদা মখোযগী অমগা অমগা লৈনবা মবীশিং পুথোক্তুনা যেংগদবনি।

## ফোকলোরিষ্টিক্সকী কান্নবা

ফোকলোবিষ্টিক্সকী পাম্বৈনা তোঙান-তোঙানবা খুন্নাইশিংগী ফোকলোবদা, মসিগী মশক মওঙ, শাজৎ, রাহঙ্গোক, থৌদাং, অসিনচিংবগী মবমদা থিজিন্দুনা অমদি চৎনবী ময়ামগী মবক্ত। লেবা মবীশিং পুথোক্তুনা নৈনবগা তাইবং মীগী লৌশিং অমসুং অৱাংবা রাখলগী ওইবা পুন্সিবু খ্বাযদগী হেন্না কুপ্পা, খ্বাযদগী হেন্না পাক-শনবা অমদি খ্বাযদগী হেন্না থাজনীংঙাই ওইবা মওঙদা শকখঙবা ঙম্মী।

## অহুমশুবা পন্দুপ

# ফোকলোর বিজ্ঞান অমসুং অতৈ বিদ্যাশিং

হৌজিক্কী মতমদা কবিগুম্বা বিজ্ঞান অমতা মশা মথন্তগী ওইবা কাঙলোনশিংতনা ফাজিন-পুনশিন্নদে। বিজ্ঞান খুদিংমক অতৈ বিজ্ঞানশিংগা নক্নবা মবী থমদুনা মখোয মযামদগী মবী লৈনবা কাঙলোন কয়া লৌশিন্দুনা মশাগী ওইবা কাঙলোনশিং শেমগৎলি। ফোকলোবিষ্টিক্স হাযবা বিজ্ঞান অসিসু অতৈ সোসিযেল সাইন্স (সমাজ বিজ্ঞান) কযামকমগা মহৌশা ওইবা তঙাইফদবা মবী নক্না লৈনৈ। ফোকলোবদা অতৈ সোসিযেল সাইন্সশিংগী মচাক ওইবা যাবা কযা শাগোন্নবি। খুদম ওইনা, ফোকলোবগী চৎনবোল ওইবা মচাকশিংদা নাৎকী ওইবা যাবা কুপ্ন-কুপ্নবা পোৎলম-থৌবমশিং, ইতিহাসকী ওইবা যাবা চীনবুং রাবীশিং, সাইকোলোজিগী ওইবা য়াবা পূক্নীং-খ্বাখলগী থুপ্পবা মশকশিং, সোসিওলোজিগী ওইবা যাবা লাইথৌনচিংবগী সোসিযেল মোটিফশিং, আর্কিওলোজিগী ওইবা যাবা থাজ-বাবীশিং, লিঙ্গুইষ্টিক্সকী ওইবা যাবা পাষ্টেশিং, এড়ুকেসনগী ওইবা যাবা মশান্নশিং, ভূগোলগী ওইবা যাবা লম্মিৎলোনশিং, অসিনচিংবা কযা মশীং নাইদনা যাওবি। সোসিযেল সাইন্সশিংগী মনুংদা ফোকলোবিষ্টিক্সকী হীবমশিংনা খ্বাযদগী তেন্না পাক-শাপ্ন।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং এন্থ্রোপোলোজি

ফোকলোবিষ্টিক্সকা খ্বাযদগী মবী নক্নবা বিদ্যাদি কলচবেল এন্থ্রোপোলোজিনি। নাৎকী মনুং চন্না তাইবং মীগী শাজৎ অমসুং পোখোকশিং নৈনবা কলচবেল এন্থ্রোপোলোজি হায়বিবা, চাউবাক্না সোসিযেল এন্থ্রোপোজি, এথনোলোজি নৎত্রগা এথনোগ্রাফি হাযনসু খঙনবা, বিজ্ঞান অসিগা ফোকলোবিষ্টিক্সকা মতেং যাম্না লৌথোক-লৌশিন তৌনৈ। কলচবেল এন্থ্রোপোলোজিনা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী নাৎকী মশক তাকপদা কাঙলুপ অদুগী ফোকলোবগী মশক যাওদ্রবদি মপুংফাবা ওইথোক্তে। এন্থ্রোপোলোজিদা ফোকলোববু নাৎকী তঙাইফদবা শরুক অমা ওইনা লৌই। এন্থ্রোপোলোজিষ্টশিংনা ফোকলোববু নাৎকী অতৈ চৎনবীগুম্না মশক-মওঙ, মথৌ, অমদি নাৎকী অতৈ মচাকশিংগা লৈনবা মবীগী মীৎযেংদা নৈননবা হোৎনৈ। মখোযনা পুক্সিগী নোংম-নোংমগী মশক্তা ফোকলোবগী মফম, খুন্নাইদা

ফোকলোবগী অকোয়বদা লৈবা ফিভম, অমদি ফোকলোরগী মচাকশিংদা মবী লৈনবা খুন্নাই-কাঙলুপকী মীওইশিংনা খনবা ৱাখলবু থিজিল্লি। ফোকলোবগী মচাকশিংবু সাহিত্যগী মীৎয়েংদা নৈনবগী লৌশিং, ফোকলোবগী মচাক ফোঙদোক্লিবা ৱাবী লীবা মীওইনচিংবগী মফোঙদোক অমদি ৱারী শেমগৎপা ওস্বগী শক্তি, অসিনচিংবা ৱাফম কয়া-কয়া এন্থ্রোপোলোজিষ্টশিংনা ফোকলোবিষ্টশিংদগী খঙবা পাম্মী।

অমবোমদা, ফোকলোবিষ্টশিংনসু ফোকলোব মচাকী কন্টেক্স (context) নৈনবা মতমদা, ফোকলোব মচাক অদুগী মপুংফাবা ৱাহছোক নাংকা মবী লৈননা পুথোকপা মতমদা, অমদি ফোকলোব মচাক খোম্বদা শীজিন্নবা ফিল্ড থিওবীশিংগী অকুপ্পা মশক থিবা মতমদা এথনোলোজি অমসুং এথনোগ্রাফিগী মতেং লৌই।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং হিষ্টরি

ফোকলোবিষ্টিক্স অমসুং হিষ্টবিগী মবক্তা যাম্না নকবা মবী লৈনৈ। ফোকলোবগী মনুংচনবা ৱাবী-শীংবুলশিং (narratives), তশেংবা থৌদোক ৱাবীশিং (anecdotes), অমদি থাজ-ৱাবীশিং (legends) দা যাওবা চীনবুং ইতিহাসকী মশকপু ইতিহাসকাব শিংনা যাম্না মক ওইনা লৌই। চীনবুং ইতিহাসশিং অসি তশেংবা ইতিহাসকী মচাক হুনবদা যাম্না মতেং ওই। মীৎনা উহৌবা থৌদোকশিংগী চীনবুংবাবীনা ৱাবী লীবগী মওং অদু শাইদোক্লগদি, অশেংবা বাফম পীবা ওস্মী অমসুং তশে বা থৌদোকশিংগী মবমদা খ্বাফ মীযাম্না খনবা ৱাখল্লোন খঙহনবা ঙম্মী। কা হেঙ্গিনবা ৱাবী (tall tale) গী মচাকশিং দফাওনা হে শিংবা ইতিহাসকাবনা ইতিহাসকী ওইবা অচুম্বগী মফোল কয়া লৌখৎনবা হোৎনৈ। ফোকলোবগী পোৎশক পোৎলম (material) ওইবা মশকশিংদসু, খুদম ওইনা, যুমশা কৈশা, খুৎকী পোখোক্লচিংবদা, ইতিহাসকাবশিংনা খুন্দা মওং, শক তাবিখ, অসিনচিংবগী কান্নবা ঈঙ্গিৎ কয়া ফংনবা হোৎনৈ। ঈশৈ (song) লীবোলশৈ (ballad), পাউরৌ (proverb), অসিনচিংবদসু মখোযনা ইতিহাসকী মচাক থিনবা হোৎনৈ।

ফোকলোবিষ্টশিংনসু ফোকলোবগী মচাকশিংদা মতমগী মতুংইন্না মথংশিংনা হাপকৎখিবা অহোংবা মবোলশিং (layers) বু মথংশিংনা অমুক হন্না শেঙ্োক খাইদোকপা মতাংদা ইতিহাসকী ওইবা লমজঙশিং তঙাইফদনা লৌখৎলি। ফোকলোব পোৎলম থৌবম অমগী পোক্লকপা, হৌবকপা, চাউখৎলকপা, শিথরকপা, মুৎখিবা, অসিনচিংবা মপুঙ্গিগী পবিং থিবকপা মতাংদসু ফোকলোবিষ্টশিংনা হিষ্টবিগী ওইবা মীৎযেং ফিবেপ শীজিন্নৈ।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং সাইকোলোজি

ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং সাইকোলোজি—থোইদোক্না সাইকো-এনালিসিস—গী মরক্তা নকুবা মরী লৈনৈ। সাইকোলোজিষ্টশিংনা ফোকলোরগী মচাকশিংবু হোংবা নাইবা পুক্নীংগী থৌওঙশিংগী পোথোক্নি, পানগী নৎত্রগা নুংগী দরকারশিংদগী থোক্লকপা খুন্নাই মনুংগী মীওইবগী লৌশিং(folk soul)গী পাউখুম্নি, অমদি মখল-মখাগী থুপ্না লৈখ্রবা অপাম্বশিং অমসুং অকিবশিংগী মফোঙদোক্নি হায়না লৌই। মরম অসিনা মখোয়না ফোকলোরগী মচাকশিংবু খুন্নাইগী অমদি খুন্নাইচাশিংগী পুক্নীং-লৌশিং মশক খঙনবগীদমক নৈনৈ। সাইকো এনালিষ্টশিংগী মত্তা মীওইবগী জ্ঞান তাবা (conscious) ৱাখল, অপাম্বা, থাজবা, অকিবনচিংবা অসি জ্ঞান তাদবা (unconscious) পুক্নীংগী ফিভমদগী অহানবা হৌরকখিবা ঙাক্তনি। য়েলহৌঙৈগী মীওইশিংগী ওইবা (primitive) নৎত্রগা অঙাং ওইরিঙৈগী ওইবা (infantile) পুক্নীংগী জ্ঞান তাদবা ফিভমগী মশক হোংবা (transformation) লৈতবা হিংহৌবা মশকশিং নৎত্রগা লেমহৌখাকশিং (survivals) না ফোকলোরগী অয়াম্বা শরুক শাগৎলি হায়না সাইকোলোজিষ্টশিংনা লৌই। মরম অসিনা সাইকোলোজিষ্টশিংনা ফোকলোরগা ভাবনা পংশা শাগৎপা ৱাখল (fantasy) অমসুং মঙ (dream) গা মান্নবা মওঙ কয়া পুথোক্তুনা তাইবং মীওইবগী জ্ঞান তাদবা পুক্নীং (unconscious mind) গী লংলা-লংজিন কয়ামরুম ফোকলোরগী মচাকশিংদা থিনবা হোৎনৈ। খুন্নুং-কাঙলুপকী লাইথৌ, চৎনবী, থাজনবী, যাদু-মন্ত্রগী ৱারী, অসিনচিংবা ফোকলোর মচাকশিংদা য়াওরিবা নাতৈ চাবা অমদি চাদবা মানবা ৱাখল্লোন, শাজৎ, অমদি মহুৎ-খূদম (symbol) গী—থোইদোক্না পা-পীগী ওইবা মহুৎ-খূদম (sexual symbol)গী হৌরকফম অমসুং মরম চাবা ৱাহয়োক সাইকোলোজিষ্টশিংনা পুথোক্নবা হোৎনৈ।

ফোকলোরিষ্টশিংনসু সাইকোলোজিগী মতেং লৌই। খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপকী পুক্নীং (folk mind) অমসুং মসিগী তোঙান-তোঙানবা থাকশিংগী মশক খঙনবা লাক্নবদা ফোকলোরিষ্টশিংনা সাইকোলোজিগী কাঙলুপশিং অমসুং শাজৎশিং খঙবা তারকই। মীওই-কাঙলুপ অমগী পুক্নীংগী ফিভমবু মালেমগী তাইবং মীওইবা ময়ামগী পুক্নীংগী ফিভমগা চুংশিন্নবা মতাংদসু সাইকোলোজিগী মতেং চঙলকই। মাঙলমচৎকী চৎনবী ৱাখল্লোন্না মতম কুইনা করিগীদমক খুন্নাইদা মমল লৈনা হিংলিবনো হায়বগী মরম থিবা মতাংদসু সাইকোলোজিগী ওইবা কাঙলোন চঙলকই। মরমশিং অসিদগী ফোকলোরিষ্টিক্সনা সাইকোলোজিগা নকুবা মরী থম্মী।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং সোসিওলোজি

ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং সোসিওলোজিগী মরক্তা য়াম্না নক্কবা মরী লৈ। সোসিওলোজিষ্টশিংনা 'ফোক-গ্রুপ' পু মখোয়গী 'অপিকপা কাঙলুপ' (small group) কী মওঙদা মতম শাংনা শক্কা-শক্কা উন্নদুনা হকথেংননা থবক-থৌরম পাঙথোকমিন্নবা মীওই খরগী অপুনবা মশক ওইনা লৌই অমসুং ফোকলোরগী মচাক ওইবা পোৎলম-থৌবমশিংবু মখোয়গী চাং মান্ননা হুজ্জিনবা মওঙগী 'সোসিয়েল ফেক্ট' (social fact) শিং ওইনা লৌই। মরম অসিনা মখোয়না ফোকলোর পোৎলম-থৌরমগী মপাঙথোক (performance) খুদিংদা খুন্নাই মশাগী মান্নবা মশকশিং (social identities) থিনবা হোৎনৈ। খুন্নাইগী মশা চেৎপা মীওই-কাঙলুপ অমগী চৎনবী মচাকশিং (norms), মমলশিং (values), অমদি শাজৎ-মওঙশিং (behavioral patterns) শকখঙনবগীদমক মখোযনা ফোকলোবগী মচাক ওইবা লাইথৌ, লাইনীং-খুদা, থাজনবী, লাই-তীনগী ব্লাবী, থৌগল্লোন-ব্যবহাব, শাজৎ-ঈঙ্গিৎ, অসিনচিংবদা থোইদোক্লা পূক্নীং চঙই। কাঙলুপকী মীওইশিংবু খুন্নাইগা চুনহনবা (socialization), খুন্নাইনা লাকশিনবা (social control), খুন্নাইগী পেন্দবা ফোঙদোকপা (social protest), অসিনচিংবা পাঙথোকপা ফোকলোবগী মথৌশিংগী মরমদা মখোযনা পূক্নীং থিংজিল্লি। মখোযনা খুন্নাই পুন্সিগী অপুনবা মশক, খুন্নাই-শাজৎকী হীবম, অমদি খুন্নাই কাঙলুপকী শরুক অমমম ওইবা খুন্নাইচাশিংগী শক্তম তাকপা মীৎয়েং কযাদা নৈনবা যাবা অপুনবা খুন্নাই-কাঙলুপ অদুগী পুন্সি অমসুং শাজৎকা মবী লৈনবা যাম্না থাজনীঙাই ওইবা ডেটা কযামকম ফোকলোবদগী মবাং কাযনা ফংনবা হোৎনৈ।

✗ ফোকলোবিষ্টশিংনা সোসিওলোজিদগী মতেং কযামকম অমস্ লৌই। ফোক গ্রুপ মনুংদা খুন্নাইগী ওইবা মশা চেৎপা মওঙ (cohesion) অমদি অপুনবা মশক (integration) মতৌ কবম্না ওইথোক্লিবনো, খুন্নাইগী ওইবা অহোংবা মশক (change), অবেঙবা মশক (mobility), খোঙচৎ (movement), লৈবোল নাইবা মশক (stratification), নুং-পানগী শক-ওঙ (structure) অসিনচিংবা কবিনো, মীওই-কাঙলুপ অমনা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগী নাৎকী ব্লাখল-শাজৎশিং কবিগী অমদি কবম্না লৌশিনবগে (acculturation), চুপশিনবগে (assimilation), অমদি শন্দোকপগে (diffusion) হায়বনচিংবগী কাঙলোনশিং নৈনবা মতাংদা ফোকলোবিষ্টিক্সনা সোসিওলোজিগী মতেং যাম্না লৌই। ✗

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং লিঙ্গুইষ্টিক্স

ফোলোবিষ্টিক্স অমসুং লিঙ্গুইষ্টিক্সকী মবক্তা নরুম্বা মরী লৈ। লিঙ্গুইষ্টশিংনা থোইদোক্লা সোসিওলিঙ্গুইষ্টশিংনা— লোল ভাঙলিবা মীওই খুদিংমক খুন্নাইগী থাদোক্লবা য়াদবা শরুক অমনি অমসুং মবম অসিনা মহাক্কী খুন্নাইগী লোন (social dialect) গী মশক অদু মহাক্কী অকোয়বগী ফিভম (environment) না মপূং ওইনা লেপ্পী হায়না লৌই। মীওই-কাঙলুপ অমগী 'ফোক' ওইবা চৎনরোল ফোঙদোকপা পোৎলম-থৌবমশিংগী মবক্তা খুন্নুং ৱাঙাঙ (folk speech) শেমগৎ-চাউখৎলকপনি হায়না লৌদুনা লিঙ্গুইষ্টশিংনা খুন্নুং ৱাঙাঙ নৈনবদা খুন্নাইগী ওইবা ফিভম (setting) অমদি মতাং-মফম (context) গী বাখল খক থাদোক্কে। খুন্নাইগী মতাং-মফমগা মরী নৈনবা ৱাবোলশিং (text), অমদি ৱাবোলশিং অদুগী শীজিন্নবা (usage), চত্থবা (persistence), শন্দোকপা (diffusion), অমদি হোংবা (change) ঃ ওঙশিংগা মরী লৈনবা ডেটা ফোকলোবনা লিঙ্গুইষ্টশিংদা যাম্না মরাং কায়না পী। লাই-তৌনগী ৱারী, ফুঙ্গাৱারী, খুন্নুং ঈশৈ, পাউখোং, পাউরৌ, অসিন-চিংবা চীনবুংসাহিত্যগী মচাকশিংনা খুন্নাইগী মশক যাম্না নীংথিজনা তাকপা ঙম্মী। চীনবুং সাহিত্যগী ওইবা পোৎলম-থৌবমশিং অসিগী মফোঙদোকশিং (stylistic modes) অমদি মফোঙদোকশিং অসিদা শাগোন্নবিবা খুন্নাইচাশিংগী তোঙান-তোঙানবা মীৎযেংশিং (attitudes) বু লিঙ্গুইষ্টশিংনা খুন্নুং ৱাঙাঙগী মনুংচন্না নৈনৈ। মতাং অসিদা ফোকলোবিষ্টিক্সনা লিঙ্গুইষ্টিক্সকী মতেং যাম্না চাউনা পাংই।

অমরোমদা, লিঙ্গুইষ্টিক্সকী মতেংদগী ফোকলোবিষ্টিক্সনা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী চৎনর্ব বাহৈশিংগী হৌবকপা অমসুং হোংলকপা মশকশিং খঙবা ঙম্মী। চীনবুংগী ওইবা ফোকলোবগী 'ষ্টাইল' (style) নৈনবদা লিঙ্গুইষ্টিক্সনা অচৌবা মতেং পাংই। খুন্নুং ৱাঙাঙগা মরী লৈননা লোন তম্বা (language learning), লোন শীজিন্নবগী হৈ-শিংবা (verbal skill), লোনগী খোম্থোক, লোঞ্জন, ৱাহৈ-পুক্কৈ, অসিনচিংবগী মান্নবা মশক লেপ্পা (language standardization), মফম-মতম তোঙানবগী মতুংইনবা লোনগী খেন্নবা (language variety) থিবা, অসিনচিংবগী কাঙলোনশিং অমদি লোনগী শাওঙ-শাদাগী ওইবা (structural) লমজঙশিং ফোকলোরিষ্টশিংনা লিঙ্গুইষ্টিক্সতগী খঙবা ঙম্মী। লোইদ্রে ওইবা খুন্নুং বাঙাঙনচিংবদা লোনগী মোর্ফোলোজি, ফোনোলোজি, সিমান্টিক্স, ডাইলেক্টোলোজি, এটিমোলোজি, অসিনচিংবগা মরী লৈনবা অহোংবশিং লৈরকপা মতমদা লিঙ্গুইষ্টিক্সকী জ্ঞান তঙাইফদনা চঙই।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং আর্কিওলোজি

ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং আর্কিওলোজিগী মরক্তসু নক্লবা মরী লৈ। অবিবা মতমগী খুন্নাইচাশিংনা, মপুংওইনা নুংঠিগী পুন্সিদা, শীজিন্নবম্বা পোৎশকশিং থিদুনা মুৎথ্রবা নাৎকী ইতিহাস অমুক হুন্না শাগৎপগী খোঙজংদা আর্কিওলোজিষ্টশিংনা ফোকলোরদগী থৌঈনশিল অমসুং থিজিনফমগী ঈঙ্গিৎ ফংই। আর্কিওলোজিগী লৈনুং তৌবা থৌবাংদা অবিবা পোৎলম ফংবা যাবগী লংলা-লংজিন ওইবা ৱারোল কয়া ফোকলোরগী থাজ-ৱারী (legend), লাই তীনগী ৱারী (myth), অসিনচিংবদা যাওই। অবিবা পোৎশক ফংলবা মতুংদসু ফংলিবা পোৎশক অদুগী ৱাহঙ্খোক নৎত্রগা শন্দোকপা ৱারী-ৱাখোঙ ওইবা য়াবা ৱাফম কয়া মরী লৈনবা মীওই-কাঙলুপকী ফোকলোরদা ফংবা ওইথোকই। আর্কিওলোজিষ্ট শিংনা ফংবা অবিবা পোৎশকশিংনা প্রমাণ তৌবা ইতিহাসকী তোঙান তোঙানবা থৌদোক-শিংগী মরক শন্নহনবা মাঙখ্রবা শরুক (missing link) সু ফোকলোরগী ৱারীশিং (narratives) না ওইবা যাই।

অমরোমদা, আর্কিওলোজিনা তাকপা মাঙলমচৎকী মীওই-কাঙলুপকী চাওখৎ খোঙথাং, খুঙ্গোক-খুন্দা, যুম্লৈ-কৈরৈ পোৎশক পোখোরুচিংবনা ফোকলোরিষ্টশিংবু মখোযগী ফোকলোর হীবম মমুৎ তানা খঙবদা যান্না মতেং পাংই। ফোকলোরগী মনুংচন্না চুম্নগী পংহায হাযজিনবা বাবেম্নি নৎত্রগা চুম্নগী নুংঙাইনবা পংশেম শেমজিনবা ৱারীনি হায়নবম্বা ৱাফম কয়াসু আর্কিওলোজিনা থিজিনবদগী ইতিহাসকী অচুম্বা ৱারোল ওইনা ফংই।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং অতৈ সোসিয়েল সাইন্সশিং

মথক্কী সোসিয়েল সাইন্সশিং অসি নত্তবা অতৈ সোসিয়েল সাইন্স কয়ামকুমগসু ফোকলোরিষ্টিক্সকা নক্লবা মরী লৈনৈ। তোঙান-তোঙানবা বিজ্ঞানশিং অসিদগী মখোয মখোয়গী ওইবা লমজঙগী কাঙলোনশিং পুশিন্দুনা ফোকলোর মচাক নৈনবদা ফোকলোরিষ্টশিংনা বিজ্ঞানশিং অসিদগী মতেং য়ান্না ফংই। অমরোমদা, বিজ্ঞানশিং অসিনা মখোয-মখোযগী ওইবা মীৎযেংদা খুন্নাইগী মীওই-কাঙলুপ নৈনবদা কাঙলুপ অদুগী ফোকলোর মচাকশিংদগীসু মতেং যান্না ফংই। খুদম ওইনা, জিওগ্রাফরশিংনা ফোকলোরগী লম মমিংশিংগী হৌবকফম, তোপ-তোপ্পা লৈমাযগী ফিভমশিংগী ৱারী-বাখোঙ, খ্বাযগা মওঙ-মতৌ মান্নদবা মফম, নুং, চীং, পাৎ, তুরেলনচিংবগী থাজ-ৱারী, অসিনচিংবা কযা খঙবা ঙম্মী। এডুকেটরশিংনা অঙাংশিংগী মহৌশাগী মশক মুন্না খঙনবা হোৎনবদা

ারগী মনুংচনবা অঙাংগী মশান্নশিং, শান্ন-ঈশৈশিং অমসুং শান্ন- ৱাহাযশিংদগী মতেং য়াম্না ফংবা য়াই। ইকোনোমিষ্টশিংনা খুন্নাই-কাঙলুপকী য়ুম্নে-কৈরৈ, ফিজেৎ-লৈতেং, চাকচা-য়ুথক, কুম্মৈ-ফিয়োং, লাইথৌ-তীনথৌ, অসিনচিংবদা শেল চৎপগী মওঙ অমদি কাঙলুপকী মীওইশিংনা শেম্থোক-শেনচৎকী মরমদা খনবা ৱাখল্লোন অসিনচিংবা নৈনবা য়াই। পোলিটিকেল সাইন্টিষ্টশিংনা লৈবাক-নিংথৌগী মফমদা খুন্নাইচাশিংনা য়েংবা মীৎয়েং, পাউরৌ, পাম্থে, ৱারী, ঈশৈনচিংবা ফোকলোর মচাকশিংদা য়াওরিবশিং নৈনবা য়াই। ম্যাজিকোলোজিষ্টশিংনা খুন্নুং ঈশৈগী তোঙান-তোঙানবা মশক-মওঙ, শাজৎ অসিনচিংবা কয়া নৈনবা য়াই। গেষ্ট্রোনোমিষ্টশিংনা চৎনবী খুন্নুং চাকচা-য়ুথক্কী মরমদা মরাং কায়না থিজিনবা য়াই। মেডিকেল এথ্নোপোলোজিষ্টশিংনা খুন্নুং হিদাক (folk medicine) অমদি মাইবা-মাইবীনচিংবগী খুন্নুং লায়েং (folk curing) গী মরমদা নৈনবা য়াই। ওনোমেটোলোজিষ্টশিংনা খুনুং মিঙ্গৌ (folk naming) গী হৌরকফম, ৱাহম্থোক অমদি চৎনবী থৌদাংনচিংবা থিজিনবা য়াই। ফাইন আর্টিষ্টশিংনা খুন্নুং লাইয়েক (folk art), খুন্নুং লাইশা (folk sculpture), খুন্নুং য়ুমশা (folk architecture), খুন্নুং জগোই (folk dance), অসিনচিংবগী মশক, মওঙ, মীৎয়েং, য়ুম্ফম্নচিংবা নৈনবা য়াই।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং সাহিত্য

সোসিয়েল সাইন্স ওইজরবসু ফোকলোরিষ্টিক্স হ্যুমেনিটিজগী সাহিত্য (literature) গা য়াম্না নকন্না মরী লৈনৈ। হ্যুমেনিটিজগা যাম্না নকশিন্নবা মশক অসি ফোকলোরিষ্টিক্সকী তোপ-তোপ্পা শাজৎ অমনি।

খুন্নাই অয়াম্বদা ফোকলোরগা সাহিত্যগা মশা অমতা ওইবা মশক কয়ামকুম লৈ। পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা অরিবা অমসুং ময়ায়চনবা যুগশিংগী সাহিত্যগী অয়াম্বা শরুক ফোকলোরগী মশক ওই। হায়রিবা মতমশিং অসিদা চীনবুংগী সাহিত্যবু অইবা মশক্তা থমহৌদুনা ঙসিফাওবা মতমশিং অদুগী সাহিত্য ওইনা লৈরি। ঙসিসু পৃথিবীগী মফম খুদিংদা 'ফোক' ওইবা চৎনবী পাম্থেশিং (idioms) অমসুং পাউরৌশিং (proverbs) বু সাহিত্যগী ওইবা পাম্থে-পাউরৌশিং ওইনা শীজিন্নরি।

সাহিত্যকারশিংনা ফোকলোরগী মচাক কয়ামরুম সাহিত্যদা লৌশিন্দুনা শীজিন্নৈ। সাহিত্যগী পোখোক অমদা লমদম মচু (local colour) হাপ্পবা, পোখোক্কী মওঙ-মতৌ (design) শেম-শাবদা চৎনবী থৌওঙ-মতাশিং (traditional modes) হাপ্পবা অমদি

পোখোক মনুংগী বর্ণন্দা চৎনবী চাংদম প্রমাণশিং (traditional metaphors) হাপ্পবা হোৎনবদা সাহিত্যকাবনা ফোকলোবগী মচাকশিং শীজিন্নৈ। লাই-তীনগী বাবী, থাজ-বাবী, ফুঙ্গাবাবী, খুন্নুং ঈশৈ, লীবোলশৈ, পাউবৌ, পাউখোঙ, খুন্নুং বাঙাঙ, অসিনচিংবা চীনবুং-সাহিত্যগী মথলশিং অসি সাহিত্যকাবশিংনা মখোযগী অইবা সাহিত্যদা মশক হোংনা নৎত্রগা হোংদনা হাপ্পুনা সাহিত্য পোখোক অদুগী মপাঙ্গল হাপ্পী।

অমবোমদা, ফোকলোবিষ্টশিংনা চীনবুং সাহিত্যগী মশকশিংবু থোইদোক্লা বাবীশিং (narratives) অমদি ঈশৈশিং (songs) বু হীবম অমদি খুৎহায খুৎশক অনীমক্তা মফোঙদোক্পী নৈনবোল (stylistics) অমসুং ফজবগী নৈনবোল (aesthetics) ওইবা মীৎযেং-ফিবেপশিংদা নৈননবগীদমক সাহিত্যগী নৈন-কাঙলোনশিং লৌশিল্লি।

## ফোকলোরিষ্টিক্স অমসুং ইন্টরডিসিপ্লিনেরি ওইবা লমজঙ

সোসিয়েল সাইন্সকী অমসুং হ্যমেনিটিজগী ওইবা ডিসিপ্লিন কয়ামকমগা ফোকলোবিষ্টিক্সকা নকুবা মবী লৈনবা মবল্লা অমদি তোঙান-তোঙানবা ডিসিপ্লিনশিং অসিনা মতম অমতদা পুন্না মখোয-মখোযগী ওইবা মীৎযেং-ফিবেপশিংদা ফোকলোব মচাকশিংবু নৈনবা যাবা মবল্লা ডিসিপ্লিন মযামগী, ফোকলোবিষ্টিক্স মশাগীসু যাওনা, অপুনবা লৌশিংগী চুৎশিন্নবা মশক অমা ফোকলোব মচাকশিং নৈনবদা ওইথোকহনবা যাই। মসি ফোকলোবগী ওইবা খদোংচাবা অমনি।

মরিশুবা পন্দুপ

# পৃথিবীদা ফোকলোর নৈনবগী খোঙথাং

পৃথিবীদা ফোকলোর নৈনবগী অহানবা খোঙথাং য়ুরোপ্তা ১৯শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপা মতমদা হৌখি। হায়রিবা মতম অসিগী মাঙওইননা ১৮ শুবা শতাব্দীদা য়ুরোপকী জাতিশিংনো সমুদ্র লান্দুনা লম কোয়বা অমদি লল্লোনবা চৎপদগী পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংবু শকখঙখি। য়ুরোপকী জাতিশিং অসিনা, থোইদোক্না ইংলেণ্ড, ফ্রান্স অমসুং জর্মনীনা, মখোয়-মখোয়গী জাতিবু খ্বায়দগী অথোইবনি তারুবা মশা-মশাগী খ্বায়না পান্নবা চৎনবী ওইবা অরিবা পোৎশক-পোৎলমশিং খোম্নবগী অকনবা ঈহৌ অমা পুরকখি। ঈহৌ অসিগী মনুংচন্না ইংলেণ্ড, ইটলী, ফ্রান্স, জর্মনী, স্পেন্নচিংবা লৈবাকশিংদা ১৮শুবা শতাব্দীদা অরিবা পোৎলম থিজিনবা এন্টিক্বেরিয়ানশিংনা অরিবা ৱারী, ঈশৈ, লীবোলশৈ, অমদি থাজনবীচিংবা কয়া পাক-শন্না খোম্নখি।

১৯ শুবা শতাব্দীগী হৌবকপা খৃঃ ১৮১৩ দা জর্মন প্রোফেসর গ্রিম মচিন মনাও (Jacob Grimm অমসুং Wilhelm Grimm) অনীনা জর্মনী লোন নৈনবগী শরুক অমা ওইনা মখোযগী খুঙ্গংগী য়ুম-য়ুমদা লীনবা হেলোইগী ৱারীশিংগী *Kinder-und Hausmarchen* কৌবা (ময়াম্না Grimm's Household Tales হায়না খঙনবা) লাইবিক অমা পুথোকখি। ফুঙ্গাৱারীশিং অসিদা য়ুম্নম ওইদুনা মখোয অনীনা লাইবিক অসিগী ২ শুবা খৃৎনম (১৮১৯) অমসুং ৩ শুবা খৃৎনম (১৮২২) গী হেন্না হেন্না চাউবা ৱাহৌদোকশিংদা খুন্নুং ৱারীগী হৌবকপা অমদি শন্দোকপগী মরমদা নৈনৱা মখোযগী থিওরী হাপখি। অসুম্না অরিবা খুন্নুং ৱারীবু নিয়ম নাইনা নৈনবগী অহানবা খৃৎমাবা ওইখিবা মরম্না মচীন-মনাও অনীসিবু ফোকলোর নৈনবা হৌদোকখিবা মীশক্নি হায়না লৌনৈ। মচীন-মনাও অনীসিগী মতুংদগী ঈহৌ অমা ওইনা রুস, নোর্বে, ডেনমার্ক, হঙ্গেরি, গ্রীস, ইটলী, ফ্রান্স, ইংলেণ্ডনচিংবদা খুন্নুং ৱারী অমসুং খুন্নুং ঈশৈ খোম্বা অমদি মখোয়বু কাঙলোন নাইনা নৈনবা হৌরকখি। মচীন-মনাও অনীসিনা জর্মন লাই-তীনগী ৱারীশিং খোমজিন্দুনা নৈনবা লাইরিক *Deutsche Mythologie* (Teutonic Mythology, 1835) না তুংলমচৎকী স্কোলাবশিংদা অচৌবা থৌঈনশিন পীখি। মচীন-মনাও অনীসিগী

লাইরিকশিংদা পুথোকখিবা 'হেরিটেজ থিওরী' হায়না খঙনবা হৌরকফম তিন্নবা ৱারীশিং চাংদম্নবগী কাঙলোন শীজিন্নবা থিওরীগী মতুংইন্না যাদু-মন্ত্রগী ওইবা ৱাবীশিং ইন্দো-জর্মনিক জাতিশিংনা হৌদোকখিবনি, ৱারীশিংসি অতে জাতিশিংনা খুম্হোক-খুন্দা অমদি নাৎ শন্নবদগী পৃথিবনি, ফুঙ্গাৱাবীশিংসি ইন্দো-জর্মনশিংগী অবিবা লাই তীনগী ৱাবীশিং (মিথোলোজি)গী কোন্নথংগী লেমহৌথাকশিংনি অমসুং কায়থরক্লবা লাই-তীনগী ৱাবী ওইবা ফুঙ্গাৱাবীশিং অসিদগী লাই-তীনগী অমদি অকল-অথৌশিংগী ৱাবীশিং অমুক হন্না শেমগৎপা য়াই। গ্রিম মচীন-মনাও অনীনা মখোয় অনীতগী ওইবা থাক্তা পুথোকখিবা থিওরী অসিনা য়েলহৌঙেগী লাই-তীনগী ওইবা ৱাবীশিংগী মবমদা থোইদোকপা নৈনখিদ্রবসু তুংদা লাক্কদৌরিবা লাই-তীনগী ৱাবীগী হৌবকফম স্কুলগী থাক্তা নৈনবা মিথোলোজিষ্টশিংগী লম্বী ফাংখি।

## 1) মিথোলোজিকেল স্কুল অমসুং সোলর থিওরী

গ্রিম মচীন-মনাওগী থিওরীদগী থৌঈনশিন ফংদুনা জর্মনী মচা, ইংলেণ্ডগী ওক্সফোর্ড য়ুনিভর্সিটিগী সংস্কৃত প্রোফেসব, মেক্সমুলব (Max Muller) না 'সোলব মিথোলোজি' (নৎত্রগা শন্না 'সোলব থিওবী') হায়না খঙনবা থিওবী অমা শাগৎখি অমসুং মহাক্কী থিওবী অসিবু শৌগৎপা তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংগী স্কোলাব কয়ামুক থোবকখি। মেক্সমুলব অমদি মতুং ইনবা পণ্ডিতশিং অসিনা পূন্না 'মিথোলোজিকেল স্কুল' নৎত্রগা 'কম্পবেটিব ফিলোলোজিকেল স্কুল' অমা শাগৎখি।

মিথোলোজিকেল স্কুলগী সোলব মিথোলোজি থিওবীদা মেক্সমুলবনা ভাবত, গ্রীস-নচিংবা তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংগী লাই-তীনগী ৱাবীশিং থিজিল্লবা মতুংদা ইন্দো-য়ুবোপিয়ান জাতি পূন্নমক আর্য্যশিংগী হৌবকফম অমদগী মখোযগী ৱাবী-শীংবুলগা লোযননা মথংশিংনা শন্দোকখিবনি (diffuse তৌখিবনি) হাযবা মত পীখি। মহাক্কী মত্তা, ফিভম মান্নদবা তোঙান-তোঙানবা দেশ কযাদা মতম কযা চঙনা শন্দোকখিবদগী ইন্দো-য়ুবোপিযান জাতিশিং অসিনা মখোযগী অহানবা হৌবকখিবা সংস্কৃত লোন্দা যাওবম্বা লাইশিংগী অশেংবা অর্থশিং অদু কাউনখিদুনা লাইশিংগী মমিংগী অতোপ্পা অনৌবা অর্থ নৌহৌনা হন্নখিবনি অমসুং অনৌবা অর্থশিং অদুগী ফল ওইবা হায়গী লাইগী অনৌবা ৱারী কয়া শেম্নখিবনি। অসুন্না মতম-মতমদা পোকখিবা লাই-তীনগী ওইবা ৱাবীশিংদা মকওইবা লাই পূন্নমক্কী মমিং খুদিংমক অহানবদা অভিযাদা থোক্লিবা পোৎশকশিংগী—

থোইদোক্লা, নুমিৎকী—খোঙচৎকা মরী লৈনরম্মী। অতিয়াগী পোৎশকশিং অসিগী থৌদোকশিংদগী—মরুওইনা, অহিং-নুংথিল্লা হঞ্জিন-হঞ্জিন ওইবা থৌদোক্তগী—তোঙান-তোঙানবা লাই-তীনগী ৱাবী কয়া পোকখিবনি। অসুম্না মেক্সমুলবগী মত্তা, লাই-তীনগী ৱারী (মিথ) হায়বসি লোনগী লায়না (disease of language) দগী পোকখিবনি। মহাক্কী মত্তা, ফুঙ্গাৱাবীনচিংবা খুম্নুং ৱাবীশিং লাই-তীনগী ৱারীদগী শঙ্করকপনি অমসুং বারীশিং অসিদা লাই-তীনগী ৱাবীগী ওইবা চপ-মান্নবা সিম্বোলিজম য়াওই।

লোন্দা ৱাহৈগী অর্থ হোংবদগী লাই-তীনগী ৱাবীনচিংবা পোক্লকপগী মতাংদা মেক্সমুলবনা মীওইবগী লোন অমদি ৱাখলগী খোঙথাংদা মতমগী ওইবা তাঙ্কক মরি খায়দোক্লম্মীঃ (১) ৱাহৈগী ধাতু অমদি ব্যাকরণগী মওঙশিং পোকপগী 'থিমেটিক' (thematic) হায়না খঙনবা মতম, (২) লোনগী মপূং ওইবা কাঙলুপশিং (basic families) পোকপগী 'দাইলেক্টিক' (dialectic) হায়না খঙনবা মতম, (৩) লাই-তীনগী বারীশিং পোকপগী 'মিথোলোজিকেল' (mythological) হায়না খঙনবা মতম, অমসুং (৪) জাতিগী ওইবা লোন মযাম (national languages) পোকপগী 'পোপুলার' (popular) হায়না খঙনবা মতম। মহাক্কী মত্তা, য়েলহৌঙৈগী মীওইশিংনা শীজিন্নবম্বা ৱাহৈগী অর্থশিং অদু, লোনগী থাক ওইবা মতম-তাঙ্কক হোংবা খুদিংগী, অর্থগী মখল-মথেল নাইবা অমদি অর্থগী মবা চেৎপা ৱাৎপা মরম্না, হোংবা নাই, অহোংবশিং অসিগী ফল ওইনা তুংলমচৎকী মীওইশিংদা ৱাখল-ৱাবোল কয়া চযেৎনবকই অমদি মমি-শামি লাকশিনবা অনৌবা ব্যাখ্যা কযামকুম থোবকই; অমসুং অসিগুম্বা ব্যাখ্যাশিং অসিনা অনৌবা লাই-তীনগী ৱাবী কয়া পোকহল্লকই। মেক্সমুলর মশানা পীরম্বা খুদম অমা যেংলবদাঃ য়েলহৌঙৈ লাই-তীনগী ৱারী পোকপা মতম-তাঙ্কক্তা কনাগুম্বা অমনা 'নোংঙাল্লবা মতুংদা নুমিৎ থোরকই' হায়নীংবদগী 'অচাকপগী মতুং অরুংবনা ইল্লি' হায়খি হায়না লৌরসি। 'অচাকপা' খঙহনবা ৱাহৈ অদু সংস্কৃত ৱাহৈ 'অহন' নৎত্রগা 'দহুন' (dawn) হায়বসিগী ইহান-হানবা হৌরকফম আর্য্য ৱাহৈদুনি হায়না লৌরসি; 'অরংবা' খঙহনবা ৱাহৈ অদু গ্রীক ৱাহৈ helios (sun) হায়বসিগী হৌরকফম ওইবা আর্য্য ৱাহৈদুনি হায়না লৌরসি। মথংদা, জাতিগী ওইবা লোনশিং পোকপা মতম-তাঙ্কক্তা 'অচাকপা' খঙনবা য়েলহৌঙৈগী আর্য্য ৱাহৈ অদু সংস্কৃত 'অহন' নৎত্রগা 'দহন' গুম্বা ৱাহৈ অমদগী গ্রীক 'দফনি' (daphne) ওনখ্রে হায়না লৌরসি, অমসুং ময়াম্না য়াম্না মুন্না মশক খঙনবা উ মখল অমসু মৈ য়াম্না চাক্নবা মরমদগী দফনি কৌনরম্মী হায়না লৌরসি। Helios কী হৌরকফম ওইবা আর্য্য

ৱাহৈ অদুগী অর্থসু গ্রীকশিংনা Apollo ওইনা লাল্লা লৌবে হায়না লৌবসি, মরমদি Apollo হায়বা লাইসিদা অবংবা নুমিৎকী শাক্তং অমসুং মশক-মগুণ পূন্নমক য়াওই। অসুম্না ৱাহৈগী অর্থ হোংবা মশকশিং অসি লাকখ্রবা অমদি অহোংবা অর্থশিংনি হায়বা কাউথোক্লখ্রবা মতমদুদা গ্রীকশিংনা 'অচাকপগী মতুং অবংবনা ইল্লি' হায়বদু 'দফনিগী মতুংদা এপোল্লোনা তাল্লি' হায়না লৌনখ্রে খল্লসি। অমবোমদা, 'দফনি' নুপী খঙনবা ৱাহৈনি, 'এপোল্লো না নিপা খঙনবা ৱাহৈনি। মসিদগী অমুক, 'দফনি কৌবী শকহেনবী মথোং কাবকপী লাইবেম্বী অমগী মতুংদা নুংশি ৱাখলনা ঙাওববা লাইয়িংথৌ নহা এপোল্লো কৌবা অমনা তান্নখি, এপোল্লোনা ফংদনবা চেনবদা লাইবেম্বী দফনি মহাক্কা মমিং মান্নবা উ পাম্বী অমা ওন্দুনা লৈখি' হায়বা গ্রীক্কী হৌজিক চৎনবিবা লাই-তীনগী ৱাৰী অসি পোকখি হায়না লৌবা যাই।

কম্পবেটিব ফিলোলোজিগী মতেংনা পুথোকপা কম্পবেটিব মিথোলোজি'দা যুম্ফম ওইবা মেক্সমুলবগী সোলব থিওবী অসিগী খ্বাযদগী মকওইবা লাইবিক মহাক্কী 'Comparative Mythology' (1856) হায়বনচিংবা বাবেং (essay) কযামকমগী অপূনবা লাইবিক *Chips from a German Workshop* (1872) না ওইখি। সোলব থিওবী অসি মবা চেৎহনবদা মহাক্কী মতেং ইংলেণ্ডগী কাক্স (George William Cox) অমসুং ব্রাউন (Robert Brown) অমসুং আমেবিকাগী ব্রিন্টন (Daniel Brinton) না পাংখি। রুসকী মিলব (Orest Fedorovich Miller), জমনীগী মেনহার্ট (Wilhelm Mannhardt) নচিংবনসু থিওবী অসিবু শৌগৎখি।

কম্পবেটিব মিথোলোজিষ্টশিংগী সোলব থিওবী অসি তুংলমচৎকী স্কোলাবশিংনা মক ওইনা ব্রিটিশ এথনোগ্রাফবশিংনা, যাম্না কন্না হন্থখি। থিওবী অসিগী ভাবনা শাবা মানবা মতৌ, গ্রামাবগী জেন্দবনচিংবা কাঙলোনশিংদা যাম্না ঙাবা মশক, অতিযাগী পোৎশকশিংগী খোঙথাং ঙাক্তদা লাইগী মশাক্তং, মশক মগুণনচিংবা লোইহনবা মগুণ, অসিনচিংবা ৱাফম কযাদা এন্থ্রোপোলোজিষ্টশিং (এথনোগ্রাফবশিং) না সোলব থিওবীগী অশোয়বা পুথোকখি। থিওবী অসিবু শৌগৎলম্বা স্কোলাব কযাসু মশাগী অশোযবা খঙলকপদগী স্কুল অসিদগী তম্না-তম্না হন্দোক্লখি।

## এন্থ্রোপোলোজিকেল স্কুল অমসুং সরবাইবেলস থিওরী

সংসাবগী লোন অমদি মবী নৈনবা নাৎকী চৎনবোল পূন্নমক ইহান হানবগী হৌবকফম পোকফম অমখক (monogenesis) তগী মথংশিংনা শন্দোকখিবনি হায়বা দিফ্যুজনিষ্ট

থিওরী (Diffusionist Theory) অমা কম্পরেটিব সোলর মিথোলোজিষ্টশিংনা ফিলোলোজি (লিঙ্গুইষ্টিক্স) গী মীৎয়েংদা শাগৎখিবদু তুংলমচৎকী কম্পরেটিব এথনোগ্রাফর মিথোলোজিষ্টশিংনা য়াম্না কন্না য়ানীংদবা ফোঙদোকখি। লাই-তীনগী ৱারী অমদি নাৎকী অতৈ মচাকশিংগী হৌরকফমগী মরমদা সোলর থিওরীবু য়ানীংদবা এন্থ্রোপোলোজিষ্ট (ethnographer) ময়াম্না ১৯ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা অমদি ২০ শুবা শতাব্দীগী অহৌবদা স্কুল অমগী মশক লৌখি। স্কুল অসিবু ব্রিটিশ ফোকলোরিষ্টশিংগী এন্থ্রোপোলোজিকেল স্কুল হায়না অমসুং মখোয়গী থিওরী অসিবু 'Theory of Survivals' হায়না খঙনখি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৫৯ দা ইংলেণ্ডগী নেচরেলিষ্ট ডারবিন (Charles Robert Darwin) না *The Origin of Species* ফোঙদুনা বাইওলোজিকেল ইভোলুসনগী থিওরী পুথোকখি। মওঙ অসিদা ইংলেণ্ডগী এথনোগ্রাফর টাইলর (Edward Burnett Tylor) নসু মহাক্কী *Primitive Culture* (1871) কৌবা লাইরিক্তা 'কলচরেল ইভোলুসন' গী থিওরী পুথোকখি। স্কোটলেণ্ড মচা ওক্সফোর্ড য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর লেং (Andrew Lang) না মহাক্কী ওঝা টাইলরগী 'কলচরেল ইভোলুসন' অমসুং 'সরবাইবেলস থিওরী' বু খ্বায়দগী মপাঙ্গল লৈনা শন্দোকখি অমদি স্কুল অসিগী খ্বায়দগী মশক্লাইবা লুচিংবা ওইখি। মহাক্না *Custom and Myth* (1884), *Myth, Ritual and Religion* (1887), *Modern Mythology* (1897) অমসুং *The Making of Religion* (1898) হায়বা মশক্লাইবা লাইরিকশিংদা লাই-তীনগী ৱারীবু নাৎকী অতৈ মচাকশিংগুম্না য়েলহৌঙেগী ইতিহাস-মমাঙগী পুন্সি-মরেলগী মমি ('reflection') নি হায়রম্মী। ইংলেণ্ডগী ফ্রেজর (James George Frazer), গোম্মে (George Lawrence Gomme), মেরিয়ান কাক্স(Marian Emily Roalfe Cox), ক্লোড (Edward Clodd), হার্টলেণ্ড (Edwin Sidney Hartland) নচিংবা স্কোলার অতৈসু স্কুল অসিদা য়াওখি। ফ্রেজরনা মহাক্কী *The Golden Bough* (1911-15) হায়বা ভোল্যুম ১২ গী লাইরিক্তা পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা ধর্ম্ম অমসুং যাদু-মন্ত্রগা শাগোম্নলা ফংবা অরিবা মতমগী মান্নবা লাইথৌ-তীনথৌশিং, থাজনবীশিং অমদি চৎনবীশিংবু নৈনখি।

এন্থ্রোপোলোজিকেল স্কুল অসিনা উৎনীংলিবদি — পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা উবা ফংলিবা নাৎ (culture) কী মান্নবা মশকশিং অসি ইহান-হানবা হৌরকফম ওইবা অকক্লবা মফম অমদগী মথংশিংনা শন্দোকখিদুনা মান্নবা নত্তে, নাৎকী ফিভম চপ

মান্নবা তোঙান-তোঙানবা পোকফমশিং (polygenesis) দা তোঙান-তোঙান্না পোকখিবদগী মান্নবনি; পাম্বীশিং অমদি জীবশিংগুম্না নাৎশিংদসু মান্নবা গুণশিংগী অচম্বা মশক অমদগী মান্নদবা গুণশিংগী চয়েৎনবা মশক অমদা মথংশিংনা চাওখৎলকই; পৃথিবীগী খুন্নাই পূন্নমক্তা মীওইবগী পূক্লীং-ব্রাখল চাওখৎপগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা ফংলিবা নাৎ (culture) কী মান্নবা মশকশিং অসি ইহান-হানবা হৌরকফম ওইবা অকক্নবা মফম অমদগী মথংশিংনা শন্দোকখিদুনা মান্নবা নত্তে, নাৎকী ফিভম চপ মান্নবা তোঙান-তোঙানবা পোকফমশিং (polygenesis) দা তোঙান-তোঙান্না পোকখিবদগী মান্নবনি; পাম্বীশিং অমদি জীবশিংগুম্না নাৎশিংদসু মান্নবা গুণশিংগী অচম্বা মশক অমদগী মান্নদবা গুণশিংগী চয়েৎনবা মশক অমদা মথংশিংনা চাওখৎলকই; পৃথিবীগী খুন্নাই পূন্নমক্তা মীওইবগী পূক্লীং-ব্রাখল চাওখৎপগী তোঙান-তোঙানবা থাকশিং খোঙথাংগী তপ্পা-থুবা খেন্নরবসু চপ-মান্নবা মথং-মনাও অমদা ওইবা মরম্না অমসুং পূক্লীং-ব্রাখল চাওখৎপগী মান্ন-মান্নবা থাকশিংদা নাৎকী চৎনবী অমদি থাজনবীশিংগী মশক মান্ন-মান্ননা ফংবা মরম্না ঙসি পৃথিবীদা লৈরিবা 'প্রিমিটিব' হায়না খঙনরিবা অমদি খুঙ্গংগী ওইবিবা নাৎশিংদা অতৈ সহবগী চাওখৎলবা অনৌবা সভাতা যাওরবা নাৎশিংগী হান্নগী চাওখৎত্রিঙৈ থাক (savage stage)কী হিংহৌবা মশকশিং(survivals) উবা ফংই। মরম অসিনা য়ুরোপতা ফংলিবা ফোকলোবগী হান্নগী শিস্রবা মশকশিং পৃথিবীগী চাওখৎত্রিবা খুন্নাইশিংগী চৎনরোলশিংদা হিংদুনা লৈবা উবা ফংগনি অমসুং অসিগুম্বা চৎনরোল ময়াম অসিদগী য়ুরোপকী খুঙ্গংগী (লৌমীশিংগী) নাৎকী মথং-মথং হোংখিবা থাকশিং অমুক হন্না শাগৎপা য়াগনি হায়না এন্থ্রোপোলোজিকেল স্কুল অসিনা চেৎনা থাজরম্মী।

লেংগী মত্তা ফোকলোর নৈনবগীদমক এন্থ্রোপোলোজিকেল মেথড তঙাইফদে; ফোকলোরগী মনুংদা চৎনবীশিং অমসুং থাজনবীশিংদা নত্তনা 'সরবাইবেল' য়াওরবা থাজ-ব্রারীশিং (legends) অমসুং ঈশৈশিং (songs) সু চনফম থোকই; ফোকলোরবু এথনোলোজিগী ওইবা মওঙদা নৈনবা মতমদতা নাৎ চাংদম্নবা ওইথোকই; অমসুং চাংদম্নবদা ফংবা নাৎকী মান্নবা মশকশিংনা মান্নরিবা খুন্নাইশিং অদু হৌরকফম তিন্নবনি নৎত্রগা করিগুম্বা মতাংদা উন্নখিবনি হায়বসি মতম পূন্নমক্তা প্রমাণ তৌদে। তোঙান-তোঙানবা খুন্নাইশিংদা উবা ফংবা লাইনীং-লীচৎকী অমদি অতৈ নাৎ-মচাকশিংগী মান্নবা মশকশিং অদু মীওইবগী পূক্লীং-ব্রাখলগী মান্নবা থাক্লনি হায়না কম্পরেটিব এন্থ্রোপোলোজিস্টশিং অসিনা লৌই।

অমরোমদা, স্কুল অসিনা 'মিথ' অমদি 'পোইটিক মোটিফ' শিং অহানবা পোকখিবা মওঙগী মরমদদি খক নৈনখিদে। মসিগীসু মথক্তা, স্কুল অসিনা ফোকলোর অমদি অতৈ নাৎ-মচাকশিংবু মশক খঙনবা হোৎনবা খুদিংগী, হনগৎ-হনগৎনা, চাওখৎত্রিঙৈ পুন্সি-মরেলগী থৌরম-শাজৎশিং খরগা হেক্তা চাংদম্নদুনা য়েংখৎনবা হোৎনৈ। মসিনা—তোঙান-তোঙানবা নাৎশিংগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈ হায়বা খঙবা ঙমদবা অমসুং নাৎকী অমদি ফোকলোরগী মচাকশিংবু নাইতোম-পোখোকশিং ওইনা য়েংবা ঙমদবা অসিনা—স্কুল অসিগী খ্বায়দগী অশোনবা ওইখি।



## বেনফী স্কুল অমসুং মাইগ্রেসনেল থিওরী

১৯ শুবা চহী-চাগী ময়ায় চল্লকপা মতম, প্রোফেসর মেক্সমুলরনা বেদদা য়ুম্ফম ওইবা মহাক্কী মিথোলোজিকেল থিওরীবু য়ুবোপ্তা কন্না মবা চেৎহন্নবা হোৎনরিঙৈ, জর্মনীগী অতোপ্পা ফিলোলোজিষ্ট প্রোফেসর থিওদোর বেনফী(Theodor Benfey) না *পঞ্চতন্ত্র*দা য়ুম্ফম ওইবা মহাক্কী 'মাইগ্রেসনেল থিওরী' পুথোকখি। মহাক্না জর্মন লোন্দা হন্দোকপা *পঞ্চতন্ত্র* (১৮৫৯) লাইরিক্কী লামায় ৬০০ লোম পানবা ৱাহৌদোক্তা ফুঙ্গাৱারীশিংনা ইতিহাসকী খোঙচত্তা মথংশিংনা খুষ্টোক-খুন্দাবগী থিওরী নৈনখি। ফুঙ্গাৱারী চাংদম্নদনা ইতিহাসকী মীৎয়েংদা অহানবা ওইনা নৈনবা মরমদগী মহাকপু "The father of historical comparative folktale research" হায়না খঙনৈ।

বেনফীনা মিথোলোজিগী, অমসুং মরম অসিনা, খুন্নুং ৱারী (folk narrative) গী পোক্লকপগী মরমদা পল্লমদ্রবসু খুন্নুং ৱারী নৈনবগী কাঙলোনশিংবুদি নোংমদোন্দগী মালেমথক্তা পুথরকখি। মহাক্কী মত্তা, খুন্নুং ৱারী নৈনবা হায়বসি ৱারী অদুবু মথাঙ চৎহন্নবা মীয়াম্না চীনবুংদা লীনরিবা নৎত্রগা লাইরিক ওইনা ইনরিবা পাম্বৈশিং অদুদা মপুং ওইবা য়ুম্ফম ওইহল্লগা পাঙথোক্কদবনি।

বেনফীনা *পঞ্চতন্ত্র*গী ৱারীশিংবু চীনবুংগী অমসুং লাইরিক্কী ওইবা পাম্বৈ অনীমক্তা য়েংলবা তুংদা ভারতকী অমসুং য়ুরোপকী ৱারীশিংগী য়াম্না মান্নবা মশক ফংখি। বিষয়দা মান্নবা মশক অসি, মহাক্কী মত্তা, চুম্না লাই মশেল হৌরকফম তিম্নবগী ৱাফম ঙাক্তনা নত্তে, নাৎকী ইতিহাসকী খোঙচত্তা মরী লৈনখিবা হায়বদি পুথোক-পুশিন (borrowing) তৌনখিবনা থোকহনবনি। মহাক্কী মত্তা, পুথোক-পুশিন তৌনখিবা অসি জাতিশিংগী মীওই-কাঙলুপশিংনা লম চৎপা, লান তাবা অসিনচিংবগী য়ুমহোং-থৌদোক(migration)শিংনা

থোকহনখিবনি। য়ুমহোং-থৌদোকশিংসিগী মীৎয়েংদা মহাক্না য়ুরোপকী ফুঙ্গাৱারী পুম্নমক্কী হৌরকফম ভারতনি হায়বা থিওরী অমা শাগৎলম্মী। মহাক্কী থিওরী অসিবু ময়াম্না migrational theory, theory of borrowing, theory of travelling or roving subjects, theory of transient narrative, Orientalist theory, Oriental-historical theory, Indianist theory হায়বনচিংবা তোঙান-তোঙানবা মমিংনা খঙনবম্মী।

নোংপোক-নোংচুপ হাবম অনীমক্কী ফুঙ্গাৱারীগী মওঙ-মতৌদা চীনবুং ওইনা লৈরম্বা, লাইবিরক ওইনা ইথোকপা, অমদি লাইরিক্কী অহোংবা কযাগা লোয়ননা চীনবুংগী অমুক ওইরকপা হাযবা মশক অহুম ময়েক শেংনা লৈরম্বা মতৌ বেনফীনা পুথোকখি। মহাক্না ফুঙ্গাৱারীগী মচলশিং (motifs) বু জাতি অমগী মনুংদা মতোম্মতা পোকচখিবা (spontaneous creation) ঙাক্লি অমদি মচল কয়ামকুম য়াওবা বারীশিং জাতি মশেল পুথোক-পুশিন তৌবদগী পোকখিবনি হাযবম্মী। অকক্লবা হৌবকফম অমদগী ৱাবীশিংনা ঈ মৰী তিন্নবা তিন্নদবা জাতি কযামকমগী মবক্তা পুথোক-পুশিনগী পাম্বৈনা মথংশিংনা শন্দোকই হাযবসি বেনফীগী অচেৎপা মতনি। মহাক্না ৱারীশিংগী ইতিহাস উৎপদা নত্তনা বারীশিং অদুনা শন্দোকখিবগী ভৌগোলিক ওইবা লম্বৈলসু ময়েক শেংনা শাগত্তুনা উৎলম্মী।

বেনফীগী থিওরী শৌগৎপা স্কোলার কয়ামকুম য়ুরোপকী মফম কয়াদা থোক্লকখি। মখোযগী মনুংদা জর্মনীগী কোলব (Reinhold Kohler), আস্ট্রিয়াগী লেণ্ডো (Marcus Landau), ফ্রান্সকী কোস্কিন (Emmanuel Cosquin), , অমসুং রূসকী বেসেলোবসকি (Aleksandr Nikolaevich Veselovskii) গী মমিং থোইদোক্না পনবা য়াই।

বেনফীগী থিওরী অসি ভুংলমচৎকী 'হৌফম তিন্নদবা' (polygenesis) গী ঈহৌদা স্কোলারশিংনা অদুক হাক্না পান্নখিদ্রবসু থিওরী অসি ১৯ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা অমদি মথংগী শতাব্দীগী অহৌবা শকক ফাওবদা য়াম্না মপাঙ্গল কনবা অমা ওইদুনা লৈখি।

## ফিন্নিশ স্কুল অমসুং হিস্টরিক-জিওগ্রাফিক মেথড

খৃষ্টগী ১৯ শুবা চহী-চাগী অথেঙবা মতমদা ফিনলেণ্ডগী ক্রোন মপা-মচানা মশক্লাইনা হৌদোকখিবা, ফুঙ্গাৱারীনচিংবা ফোকলোর মচাকশিংগী ইহান-হানবা মশকশিং অমসুং হৌরক-চাউরকপগী ৱারী-ৱাখোঙশিংবু ইতিহাস অমসুং ভুগোলগী পাম্বৈ শীজিন্নদুনা থিজিনবা ফোকলোরিস্টশিংগী অপুনবা, ৱাখল্লোন মান্নবা, কাঙলুপ্পু ফিন্নিশ স্কুল হায়না খঙই। স্কুল

অসিগী ওইবা তোপতোপ্পা থিওরী লৈতে। স্কুল অসিগী ফোকলোবিষ্টপু চাংদম্নবদা থাজবা 'কম্পবেটিব ফোকলোবিষ্ট' হায়না কৌনৈ। ভূগোলগী মীৎয়েংদা ফোকলোব মচাক অমগী অহানবা পোকফম অমসুং ইতিহাসকী মীৎয়েংদা ফোকলোব মচাক অদুনা মথংশিংনা শন্দোকখিবগী লম্বী থিবা মবম্না স্কুল অসিগী নৈন-কাঙলোনবু 'হিষ্টবিক-জিওগ্রাফিক' (হিষ্টবিকেল-জিওগ্রফিকেল, জিওগ্রাফিকো-হিষ্টরিকেল) মেথড হায়না খঙনৈ। খৃঃ ১৮৮০-৯০ গী অদুবাইদা ফিনলেণ্ডগী জুলিয়স ক্রোন (Julius Krohn), কার্ল ক্রোন (Kaarl Krohn) নচিংবনা অহানবা পুখৎলম্বনি হায়দুনা মখোয়গী মেথড অসিবু 'ফিন্নিশ মেথড' হায়নসু খঙনৈ। ফিনলেণ্ডদগী মেথড অসি পৃথিবীগী লৈবাকশিং শীষ্টুংনা শন্দোকখি। জর্মনীগী বাল্টব এণ্ডবসন (Walter Anderson) বু মেথড অসি শীজিন্নবা খ্বাযদগী অথোইবা ফোকলোরিষ্টনি হায়না লৌনৈ। নোরবেগী ক্রিশ্চনসেন (Reidar Christiansen), আমেবিকাগী টেলব (Archer Taylor) অমসুং টামসন (Stith Thompson) বুসু স্কুল অসিগী অথোইবা ফোকলোবিষ্টশিংনি হায়না লৌনৈ। স্কুল অসিগী মকণ্ডইবা লাইবিকশিংগী মনুংদা কার্ল ক্রোনগী *Die folkloristiche Arbeitsmethode* (The Folklore Methodology, 1926), আর্নে-টামসন (Antti Aarne অমসুং Stith Thompson) গী *The Types of the Folktale* (1928) অমসুং টামসনগী *Motif-Index of Folk Literature* (1955-58) থোইদোক্না পনবা য়াই।

ফিন্নিশ মেথড অসিদা অহানবা ওইনা জুলিয়স ক্রোন্না ফিনলেণ্ডগী *কালেবালা (Kalevala)* ফোক এপিক নৈর্নখি। মথংদা কার্ল ক্রোন্না ফিনলেণ্ডগী ফোকটেলশিং নৈর্নখি। মতুংদা মথংশিংনা পৃথিবীগী অতৈ ফোকলোবিষ্টশিংনা লেজেণ্ড, গেম, বিডল, বেলেড নচিংবসু মেথড অসিদা নৈনখি। মেথর্ডসি মপূং ওইনা শীজিন্নবদি ফোকটেল নৈনবদনি।

ফিন্নিশ স্কুলগী বাখল্লোন্দা, ফোকটেল (নৎত্রগা ফোকলোব মচাক) খুদিংমক্কী মশা মশাগী ওইবা ইতিহাস অমমম তোপ্পা-তোপ্পা লৈফম থোকই অমসুং মবম অসিনা ফোকলোব মচাক খুদিংমক অমমমতা ওইনা তোপ্পা-তোপ্পা নৈনবা চুম্মি। ফোকলোব মচাক খুদিংমক অহানবদা অচম্বা মশক ওইনা করিগুম্বা অকক্কবা মফম অমখক্তদা হৌরকপা (monogenesis) ওইফম থোকই অমসুং মথংদা মফম অদুদগী মথংশিংনা মী অমদগী মী অমদা শন্দোবক্তুনা (auto-migration দা) পাক-শনখিবা কোন্নথংগী চযেৎনবা (complex) মশক ওইফম থোকই। বাখল্লোনসিগী মতুংইন্না স্কুল অসিনা ফুঙ্গাবাবী-নচিংবা ফোকলোব মচাক খুদিংমক্কী অমমমতা ওইনা মফম-মতমগী হোংবা নাইখিবা

পুন্সি-ৱারী (life history) শাগৎনবা হোৎনৈ, মচাক অদুগী ইহান-হানবা হৌরকপগী ওইবা য়াবা মফম-মতম লেপ্পবা হোৎনৈ। ফোকলোর মচাক অমগী ইহান-হান্না ওইরম্বা য়াবা ভাবনা শাবা মশক অসিবু archetype (আর্কেটাইপ), Ur-type (উর টাইপ) নৎত্রগা Ur-form হায়না খঙনৈ।

স্কুল অসিনা ফুঙ্গাৱারী (নৎত্রগা ফোকলোর মচাক) অমগী আর্কেটাইপ শাগৎনবা হোৎনবদা অঙ্ক মশীং অমসুং চাংদম্নবগী য়ুম্ফমদা বৈজ্ঞানিক ওইনা থাক তরেৎতা নিয়ম নাইনা মতম চঙনা নৈনরগা আর্কেটাইপ শাগৎলি। আর্কেটাইপ অমা শাগৎনবা হোৎনবদা ফুঙ্গাৱারী অমমমগী পৃথিবীদা ফংবা তোঙান-তোঙানবা মওঙ (variant) পুম্নমক খোমজিন্লি। অফংবা টেক্স খুদিংমক অদু লোল খুদিংমক্কী ওইনা মশক খঙনবা শক্তাক-খুদম (label) অমমম পুথোকই। অইবা টেক্সশিংবু ইতিহাসকী মীৎয়েংদা অমসুং চীনবুংগী টেক্সশিংবু ভূগোলগী মীৎয়েংদা মথং-মনাও নাইনা শীন্দোকই। নৈনগদৌরিবা শাজৎ-শক্তম অচৌবা-মচা (traits and sub-traits) খুদিংমক পুথোকই। টেক্স অমমমগী শাজৎ-শক্তম খুদিংমক্কী অশম্বা ৱারোল ইথোকই। শাজৎ - শক্তমশিং অদু অমমমতা ওইনা চাংদম্নরগা ফুঙ্গাৱারী (নৎত্রগা ফোকলোর মচাক) অদুগী সব-টাইপশিং (নৎত্রগা সব-ক্লাসশিং) পুথোকই। মথংদা আর্কেটাইপ অমা নিয়মগী মতুংইন্না শাগৎলি। অরোইবা ওইনা, অখন্নবা ফুঙ্গাৱারী নৎত্রগা ফোকলোর মচাক অদুগী পুন্সিৱারী অমা শাগত্তুনা পৃথিবীদা হৌজিক ফংলিবা মরী লৈনবা তোঙান-তোঙানবা টেক্স খুদিংমক্কী ৱারী-ৱাখোঙ তাকই।

হিষ্টরিক জিওগ্রাফিক মেথড অসিদগী স্বিডেনগী ৱান সৈডো (Carl Wilhelm von Sydow) না অচৌবা খেন্নবা মত অনী পুথোকখি। মহাক্না আর্কেটাইপতা নত্তুনা 'ওইকোটাইপ' (oikotype) কৌবা অখন্নবা লমদম অমগী অখন্নবা সংস্কৃতিগী মনুংদা পোকপা ফুঙ্গাৱারী (নৎত্রগা ফোকলোর মচাক অমা) গী অহানবা মশক অমসু লৈফম থোকই হায়রম্মী। মহাক্না ফুঙ্গাৱারীনচিংবা ফোকলোর মচাক শন্দোকপা মীওইশিংগী মখল অনী থোক্লা—active and passive informants হায়না[২০]— খায়দোক্তুনা মখোয়না ফোকলোর মচাক অদুবু কদায়ফাওবা চুম্না পুকচেল শেংনা শন্দোকপগে হায়বসু য়েংশিনগদবনি হায়খি।

---

[২০] ফোকলোর মচাক অমগী পরম্পরাবু মথংশিংনা মফম-মতম কয়াদা শন্দোক্তুনা হিংহল্লিবা মীওইশিংবু 'এক্টিব ইনফোরমেন্ট' অমসুং পরম্পরা অদুবু য়েংবা-তাবতমক তৌবা, শন্দোকপদদি মতেং থোইনা পাংদবা, মীওইশিংবু 'পেসিব ইনফোরমেন্ট' হায়না খঙনৈ।

ফোকলোব মচাক অমবু তশেংনা মশক খঙগে হায়রবদি মচাক অদুগী তোঙান-তোঙানবা খেন্নবা টেক্স পূন্নমক কুপ্না থিগত্তুনা নৈনবা তঙাইফদে হায়না থাজবা ফিম্নিশ মেথড চাউবাক্লা ২০ শুবা শতাব্দীগী ময়ায়ফাওবা পৃথিবীদা য়াম্না পান্নখি। মেথোডোলোজি অসিগী নিয়ম য়াম্না চেৎপা মতৌ, যন্ত্রগী পোথোক মানবা মতৌ, স্টাইলবু হন্না য়েংদবা মওঙ, পোথোক্কী চাংদগী খৌরাংগী চাংনা য়াম্না কা-হেন্না চাউবা মওঙ, অসিনচিংবা কয়ানা মেথড অসি মতুং তাবদা পান্নরক্তবগী মরম ওইখি। অদুম ওইনমক, হিষ্টরিকেল ফোকলোরিষ্টিক্সকী মনুংদদি মেথড অসিনা বৈজ্ঞানিক ওইবনা ঙসিফাওবা খ্বায়দগী পান্নবা অমা ওইরি। মেথড অসিদা হৌজিক ইলেক্ট্রোনিক কম্প্যুটরফাওবা শীজিন্নরক্লে।

## সাইকোএনালিটিকেল স্কুল অমসুং সাইকোএনালিটিক থিওরী

ফোকলোরবু খুন্নাইগী ম ়ইশিংগী মখোয় মশা-মশানা খঙজদবা মখোয়গী পূক্নীংদা পোকখিবা অপাম্বশিংনা পাঙথোকহনবা থবক-থৌরমশিংগী মমিনি হায়না লৌবা রাখল্লোনবু ফোকলোবগী সাইকোএনালিটিক থিওরী হায়না খঙনৈ। থিওরীসিবু শৌগত্তুনা ফোকলোবব খুন্নাই-পূক্নীংগী ফোংনা শকখঙদবা অপাম্বশিংগী মশক্তা রাহম্বোক পীনবা হোৎনবা অখঙ অহৈশিংগী কাঙবুবু পূন্না সাইকোএনালিটিকেল স্কুল হায়না খঙনৈ।

খৃষ্টগী ২০ শুবা শতাব্দীগী অহৌবদা আষ্ট্রিয়ান ন্যুরোলোজিষ্ট সিগমণ্ড ফ্রোয়ড (Sigmund Freud) না মীওইবগী পূক্নীংগী জ্ঞান তাদবা (unconscious) শরুক নৈনবা সাইকোএনালিসিস (psychoanalysis) কী থিওরী শাগৎনবা হোৎনবদা লাই-তীনগী ৱারীশিং (myths), ফুঙ্গাৱারীশিং (tales) অমদি থোইদোক্লা ফুঙ্গাৱারীগী মনুং চনবা মঙশিং (dreams) নৈনরম্মী। মঙশিং অসিবু মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈগী পা-পী ৱাখল (infantile sexuality) গী মকালাম্না ফোংঙমদনা নমথদুনা থমখিবা অপাম্বা অমসুং অকিবশিংনা মহুৎ-খূদম (sy. ıbol) ওইনা মশক ওম্থোক্লকপনি হায়না লৌরম্মী। মঙশিং অসিনা মীওই-কাঙলুপকী পূক্নীং-ৱাখলগী থাক্তা লাই-তীনগী ৱারীশিং অমদি ফোকলোরগী অতৈ মচাকশিং ওইরকপনি হায়নসু লৌরম্মী। ফ্রোয়ডকী ৱাখল্লোন অসিবু মহাক্কী ছাত্র ওইখিবা অমদি 'কলেক্টিব অনকন্সস' (collective unconscious) কী ৱাফম পুথোকখিবা স্বিজরলেণ্ডগী জুং (Carl Gustav Jung) নসু শৌগৎখি। অসুন্না, ফ্রোয়ড, জুং অমদি মতুংইনবা অতৈ সাইকোএনালিষ্টশিংনা ফোকলোরবু মেক্সমুলর-নচিংবগী সোলর সিম্বোল (solar symbol) শিংগী মহুত্তা সেক্সুয়েল সিম্বোল (sexual

symbol) শিংগী মতেং লৌদুনা হৌবকফম থিনবা অমসুং ত র্থ হন্নবা হোৎনখি। হৌবকফম থিবগী মতাংদা সাইকোএনালিষ্টশিং অসিনা এন্থ্রোপোলোজিষ্টশিংগুম্না ফোকলোবগী তোঙান-তোঙানবা হৌবকফম যাম্বা মশক (polygenesis) পু শৌগৎখি। অর্থ হনবগী মতাংদা, সাইকোএনালিষ্টশিংগী ৱাখল্লোন্দা, মঙনা অঙাং ওইবিঙৈগী অপাম্বশিংবু ফোঙদোকপগুম্না লাই-তীনগী ৱাবীনচিংবা যেলহৌঙৈগী ওইবা ফোকলোব মচাকশিংনা অপুনবা জাতি নৎত্রগা সংস্কৃতি অমগী পোকপা নৌবিঙৈগী মকা-লাম্না ফোঙওম্মদনা নমথখিবা পূক্নীং-ৱাখলগী অপাম্বশিং ফোঙদোকই। জাতি-সংস্কৃতি অদুগী অদুগুম্বা অপাম্বশিং অদুনা মশক ওষ্থোক্তুনা খুন্নাইগী নুংতিগী পুন্সিদা মযাম্না অযাবা পীববা সিম্বোল ওইনা শানফোংলকই। অসিগুম্বা সিম্বোলশিং অসিগী নুংগী অর্থ খঙলবদি অমসুং নী থিনা লেংশিন্দুনা পবিং নাইনা শেন্নবদি সিম্বোলশিংসিগা শাগোন্নবিবা ফোকলোব মচাকশিংনা জাতি নৎত্রগা সংস্কৃতি অমগী সেক্সুযেল (পাদোং-ৱাখলগী) ওইবা ঈযৌ লাংবা (hunger), অকায়বা (guilt), অমদি ঈকাযবা (shame) কযাগী পৃবাবী অমা শাগৎপা যাই।

সেক্সুযেল সিম্বোলশিংবু সাইকোএনালিষ্টশিংনা মাওই-কাঙলুপ অমগী লোভ্নুনা নৈবা পূক্নীংগী অপাম্বশিংবু (castration, body-destruction penis-envy, incest, অসিনচিংববু) শকখঙনবা হোৎনবদা অমতা ঙাযবা পাম্বে ওইনা শীঁজিন্নে। ফোকলোব মচাকশিংদা যাওবা সিম্বোলশিংগী মনুংদা মখোযনা খুদম ওইনা, চি ঙ, ছাতিন, থাঙ, পেন্সিল, নুংথং, শুৎ, অসিনচিংববু নিপাগী ইন্দ্রিযগী মশক ওইনা শুব° লিক্লি ডুপু থোঙ, লৈকোল, লৈ, কপ খাং অসিনচিংববু নুপীগী ইন্দ্রিযগী মশক ওইনা অমসুং জগোই শাবা শগোল তোংবা, উ কাবা, মালংদা পাইবা অসিনচিংববু হকতিন্নবগী মশক ওইনা লৌই। ফোকলোব মচাক্তা যাওবিবা সেক্সুযেল সিম্বোলশিং কুপ্পা নৈনবগী মাওই-কাঙলুপ অমগী অশেংবা মশক খঙবা ঙম্মা হাযবসি সাইকোএনালিটিকেল ফোকলোবিষ্টশিংনা চেৎনা থাজে।

স্কুল অসিগী ফোকলোবিষ্টশিংগী মনুংদা আষ্ট্রিযাগী জোন্স (Earnest Jones), জর্মনীগী ফ্রোম (Erich Fromm), হঙ্গেরীগী রোহেম (Geza Roheim), আমেরিকাগী লেগমেন (Gershon Legman) অসিনচিংবা থোইদোক্না মশক নাই। মকওইবা লাইবিকশিংগী মনুংদা ফ্রোযড (Freud) কী *Interpretation of Dreams* (1900), ফ্রোয়ড অমসুং ওপেনহেম (Oppenheim) গী *Dreams in Folklore* (1958) জুং (Jung) গী *Psychology of the Unconscious* (1942), রোহেমগী *The Gates of the Dream* (1952) থোইদোক্না পনবা য়াই।

সাইকোএনালিটিক থিওরীনা মশক নাইবা হেক হৌরকঙৈদগী পৃথিবীগী এন্থ্রোপোলোজিষ্ট অমসুং ফোকলোরিষ্ট কয়ানা থিওরী অসিগী মায়োক্তা য়ানীংদবা কয়া ফোঙদোক্লখি। মখোয়না থিওরী অসিবু নাতৈ চাদবনি হায়বতা নত্তনা থৌগল্লোন য়াওদবনিসু হায়রম্মী। মখোয়না থিওরী অসিবু মপূংদা হৌজিক্কী মতমগী মীওইগী পূক্লীং-ৱাখলগী য়ুম্ফমদা কা-হেন্না ভাবনা শাগৎপা থিওরীনি অমসুং, মরম অসিনা, অরিবা য়েলহৌঙৈগী মীওইশিংগী পূক্লীং-ৱাখলগী ফিভমদুগা চুনদবা ওইবসু য়াই হায়না য়েৎলম্মী। অসুন্না থিওরী অসিবু য়ানীংবা-য়ানীংদবগী কন্না য়েৎনবা কয়া অখঙ-অহৈশিংগী মরক্তা লৈখ্রবসু থিওরী অসিনা ফোকলোর মচাকশিংগী মওঙ-মতৌ(form)গী নত্তবা অতোপ্পা মীৎয়েংদা অর্থ হন্নবা অচৌবা পাম্বৈ অমনি হায়বসিদি খ্বায় পূম্নমক্না য়ানৈ। মবম অসিনা থিওরী অসিবু মপুংফানা য়ৈথৎপগী মহুত্তা অখঙ-অহৈশিংনা ঙসি ফাওবা শেমদোক-শেমজিন খরমখৈগা লোযননা চৎনহল্লি।

## স্ট্রকচরেল স্কুল অমসুং স্ট্রকচরেল থিওরী

২০ শুবা শতাব্দীগী ময়ায চনবা মতম— থোইদোক্না ১৯৬০ গী চহীশিংদা ফোকলোর মচাকশিংগী ষ্ট্রকচর নৈনবগী ঈহৌ অমা লাকখি। লাই-তীনগী ৱাবী, ফুঙ্গাৱারী, অসিনচিংবা ফোকলোর মচাকশিংগী হৌবকফম অতৈ মাঙলমচৎকী স্কুলশিংগুন্না থিদ্রিঙৈগী মমাঙদা মচাকশিং অদুগী শকওঙ-শাদা (structure) হান্না খঙবা তঙাইফদবনি হায়না ষ্ট্রকচরেল স্কুলগী ফোকলোরিষ্টশিংনা চেৎপা থাজরম্মী। মবম অসিদগী মখোয়না ফোকলোর মচাক্কী 'স্ট্রকচরেলিজম' হায়বদি ফোকলোর মচাক অমা শেমগৎ-শাগৎলিবা তোঙান-তোঙানবা শরুকশিংগী মরক্তা লৈনবা মরীশিংবু খঙননবা হোৎনখি।

রূসকী ফোকলোরিষ্ট প্রাপ (Vladimir Jakovlevic Propp) না খৃঃ ১৯২৮ দা *Morphologiya Skazki* (Morphology of the Folktale) ইদুনা স্ট্রকচরেল থিওরী অহানবা ওইনা হৌদোকখি। মহাক্কী লাইরিক অসি চহী ৩০ গী মতুং (খৃঃ ১৯৫৮) দা অঙ্গ্রেজীদা হন্দোক্তুনা নোংচুপ্পমগী অখঙ-অহৈশিংনা পাবা ফংখি। মহাক্না রূসকী যাদু-মন্ত্রগী ৱারীশিং নৈনরগা পৃথিবীগী ওইবা য়াবা মওঙদা পুথোরকপা ফুঙ্গাৱারীগী স্ট্রকচর উবদগী নোংচুপ্পমদা স্ট্রকচরেলিজমগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। ফ্রান্সকী এন্থ্রোপোলোজিষ্ট লেভি-ষ্ট্রাস (Claude Levi-Strauss) না খৃঃ ১৯৫৫ দা *The Structural School of Myth* ইদুনা গ্রীসকী অমসুং অৱাং আমেরিকাগী লাই-তীনগী ৱারীশিংগী য়ুম্ফমদা

অতোপ্পা স্ট্রকচরগী লমজঙ অমসু উৎখি। খৃঃ ১৯৬৪ দা আমেরিকাগী ফোকলোরিষ্ট ডণ্ডিস (Alan Dundes) না *The Morphology of North American Indian Folktales* ইদুনা স্ট্রকচরেল থিওরীগী মপাঙ্গল ময়েক লানা উৎখি।

৬ স্ট্রকচরেল থিওরীনা ইহান-হানবদা ফোকলোর মচাক অমগী খ্বায়দগী পিকপা খুজিং ওইবা পোৎচঙ (minimal unit) পুথোক্লবা অমসুং মশক লেপ্পবা হোৎনৈ; মথংদা ফোকলোর মচাক অদুগী মনুংদা য়াওরিবা খ্বায়দগী পিকপা খুজিং-পোৎচঙময়াম্না চৎনবী মওঙ-মতা (pattern) অমা শাগৎনবা হোৎনবদা মখোয় মশেলগী মরক্তা লৈনবা মরী (inter relation) পুথোক্লবা অমসুং শন্দোক্লা তাক্লবা হোৎনৈ।

৭ ভ্লাডিমির প্রাপনা মহাক্কী *মোরফোলোজি* দা রূসকী ফুঙ্গাবারীগী খ্বায়দগী পিকপা কায়াৎ-শরুকপু 'থৌরম' ('function') হায়না মমিং থোক্লম্মী অমসুং মসি ফুঙ্গাবারীশিংগী মনুংদা তোঙান-তোঙানবা মীশক-মীওই, শা-উচেক্লচিংবা য়াওরিবশিং (dramatis personae) অদুনা চপ মান্ননা হোংবা নাইদনা পাঙথোকপা থবকশিং অদুনি হায়রম্মী। মহাক্না ফুঙ্গারাবী অমদা ওইথোকপা য়াবা থৌরম (function) শিংগী মশীং ৩১ পুথোক্লম্মী। থৌরমশিং অসিনা ফুঙ্গাবারী অমগী মনুংদা অকক্লবা মওঙ-মতাদা অকক্লবা নিয়মগী মতুং ইন্না মথংশিংনা পরিং নাইনা লেংশিন্দুনা য়াওই। নিয়ম নাইবা অকক্লবা পরিং অমদা কায়াৎ-শরুকশিং লেংশিনবগী মওঙ পুথোকই হায়দুনা প্রাপকী, মহাক মশানা 'মোরফোলোজিকেল' হায়না মমিং থোনবা, স্ট্রকচরেল মোডেলবু ময়াম্না 'সিন্টেগমেটিক' (syntagmatic) হায়নসু খঙনৈ।

স্বিস লিংগুইষ্ট সস্যুর (Ferdinaned de Saussure) গী স্ট্রকচরেল লিংগুইষ্টিক্সতা যুম্ফম ওইদুনা ফ্রেঞ্চ এন্থ্রোপোলোজিষ্ট লেভি-স্ট্রসনা লাই-তীনগী ৱারী (myth) দা শাগৎপা 'পেরেডিগমেটিক' (paradigmatic) হায়না খঙনবা স্ট্রকচরেল মোডেল অমা পুথোক্খি। লেভি-স্ট্রাসনা লোনগী মতৌগুম লাই-তীনগী ৱারীবুসু 'কোড' (code) হায়বদি অকক্লবা নিয়মদা মশক হোংলবা ৱারোলনি হায়না লৌরম্মী। মরম অসিনা ৱারীদা হোংদোক্লবা মশক্কী নুংগী অশেংবা মওঙ-মতা অদু খঙনবগীদমক ৱারীগী খ্বায়দগী মরুওইবা পোৎচঙ (element)শিং অদুগী লৈফম থোকপা মফম-মফমশিংদা অমুক হন্না শীন্দোক্লনা 'লেং' (langue), 'পেরোল' (parole), 'সিনক্রোনি' (synchrony), 'ডায়েক্রোনি' (diachrony), অমসুং 'বাইনেরিজম' (binarism) গী মীৎয়েংশিংদা য়েংবা দরকার ওই হায়না মহাক্না হায়রম্মী। অসুম্না 'পেরেডিজম'(paradigm)গী মশক্তা শীন্দোক্লগা ফংবা

বারীগী তোঙান-তোঙানবা পোৎচঙশিং অদুগী মরক্তা লৈনরিবা মরী-চবুলশিং (bundles of relations) অদু মশক খঙলবা মতমদা বারী অদুগী অশেংবা স্ট্রকচব খঙবা ঙম্মী হায়না মহাক্না লৌরম্মী। মরীশিং (relationships) গী মশক ওইবা লাই-তীনগী বারী (মিথ) গী খ্বায়দগী পিকপা খুজিং-পোৎচঙ (unit) বু মহাক্না 'মিথিম' ('mytheme') হায়না কৌরম্মী। হায়রিবা মিথকী মোটিফ মানবা 'মিথিম' অসি মহাক্না থবক-থৌদৌ ('action') গী মখল অমনি হায়না লৌরম্মী। মহাক্কী 'মিথিম' অসিগা প্রাপকী 'ফংসন'গা খরমখৈ অদুম মান্নৈ।

আমেরিকাগী এলন ডণ্ডিসনা প্রাপকী 'ফংসন' বু 'মোটিফিম' (motifeme) হায়না মমিং ওন্থোকপা পামখি অমসুং মোটিফিম অমগী মনুংদা য়াওবা বারী-পোৎচঙ ওইবা 'মোটিফ' (motif) পু 'এলোমোটিফ' (allomotif) হায়না খঙনবা পামখি। মতৌ অসুন্না ডণ্ডিসনা টামসন (Stith Thompson) গী ময়েক শেংফাত্তনা বারীগী খ্বায়দগী পিকপা খুজিং-পোৎচঙগী অর্থদা শীজিন্নরম্বা বাহৈ 'মোটিফ' পু স্ট্রকচবেলিজমদা য়ুম্ফম ওইদুনা হেন্না ময়েক শেংবা অমদি কাঙলোন চেৎপা মশীজিন্ন অমদা পুখৎনবা হোৎনখি।

ফোকলোর মচাক্কী টেক্স (text) কী ওইবা মীৎয়েংদা নৈনবা থিওরীশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী বৈজ্ঞানিক ওইবা অমা ওইনা স্ট্রকচরেল থিওরী অসিবু ঙসিফাওবা পৃথিবী অপুম্বদা পান্নরি।

ফোকলোর হায়বসি বারোল (text) দা লৈবা নত্তে, থৌদোক (event) তা লৈবনি হায়বা অনৌবা মীৎয়েং-ফিরেপ অমা ডসি বেন-আমোস (Dan Ben-Amos) নচিংবা শক্লাইরবা নহারোল ফোকলোরিষ্টশিংগী মরক্তা থোরকঙৈদগী হান্নগী মাঙলমচৎকী টেক্সতা য়ুম্ফম ওইবা থিওরী পুম্নমকসি হুন্দোক্নুনা মখোয়না ফোকলোর পার্ফোমেন্সকী 'থ্রি-ডাইমেন্সনেল' ওইবা কন্টেক্সচুয়েল (contextual) থিওরী অমা শাগৎনবা কন্না হোৎনরক্নি। কন্টেক্সচুয়েল ফোকলোরিষ্টশিং অসিগী তোঙানবা স্কুল হৌজিকফাওবদি লৈত্রি।

মঙাশুবা পন্দুপ

# ফোকলোরগী মখল খায়বা

## মখল খায়বগী সমস্যাশিং

কবিগুম্বা বিদ্যা অমদা বিদ্যা অদুগী তোঙান তোঙানবা মচাকশিং নৎত্রগা শরুকশিংগী মখল খাযদোকপা হাযবসি বিদ্যা অদুবু কুপ্না যেংদুনা মশক খঙনবা হোৎনবদা চঙদবা য়াদবা তঙাইফদবা থৌবম অমনি। অদুবু মখল খাযবা হাযবসিমক বিদ্যা অদুগী মবমদা মতম চঙনা কুপ্না নৈনববা মতুংদা ওইথোকপা থৌবম্নি, তবাই-তবাইবা নত্তে।

কবিগুম্বা বিদ্যা অমগী মনুংচন্না 'মখল খাযবা' হাযবগা ঐখোযনা মবী লৈনবা পোৎলম থৌবম অদুগী মহৌশা, মঙম, মথৌ, মশক-মওঙ, কাযাৎনচিংবা মুন্না খঙলবা মতুংদা পোৎলম-থৌবম অদুবু অখঙ-অহৈ মযাম্না যানববা অকক্লবা মফম অমদা থম্লবা হোৎনবনি। 'অখঙ অহৈ মযাম্না যানববা' হাযবা অসিদা অখঙ-অহৈশিংগী মীৎযেং মশক অনী থোক্লা লৈবা যাইঃ লম-লমগী ওইবা মীৎযেং অমসুং মালেম অপুম্বগী ওইবা মীৎযেং। লম-লমগী ওইবা মীৎয়েংদা খাযবা মখলবু 'জাতিগী ওইবা মখল' (ethnic genre) নৎত্রগা 'লম মশাগী মখল' (native genre) হাযনা খঙনৈ। খুদম ওইনা, 'খুৎলঙ (খুল্লং) ঈশৈ,' 'থাবল লীবোলশৈ,' 'লমইন পেনা,' 'লম বাসোক,' 'খোংজোম পর্ব,' অসিনচিংবসি মীতৈশিংগী মীৎযেংদা মীতৈশিংতনা থোঞ্জবা জাতিগী ওইবা মখলশিংনি। জাতিগী ওইবা মখলশিং অসি লম-লমগী, জাতি-জাতিগী, কবিগুম্বদা মতম মতমগী অমদি মীশক-মীশকী মতুংইন্না খেন্নবা নাই। মবম অসিনা মালেম অপুম্বগী ওইবা মীৎযেংদা মান্নবদা চাংদম্নবগা খাযবা মখলশিংবু 'নৈনবগী ওইবা মখলশিং' (analytic genres) হাযনা খঙনদুনা অখঙ-অহৈশিংনা বির্সচকীদমক লৌখৎলি। খুদম ওইনা, ফোকলোবিষ্টিক্সতা অখঙ-অহৈশিংনা 'ফোকসোং' (খুম্মুং ঈশৈ), 'বেলেড' (লীবোলশৈ), 'এপিক' (লীবেলশৈ) হায়বনচিংবা নৈনবগী ওইবা মখলশিং শীজিন্নৈ। জাতিগী ওইবা অমসুং নৈনবগী ওইবা মখলশিং অসি কবি-কবিগুম্বা মতাংদা যাম্না খেন্নবা যাওববসু অযাম্বা মতাংদদি মান্নবা চুংশিন্নবা যাই, যাম্না খেন্নবকপা মতাংদা মখল খাসবগী অচৌবা সমস্যা থোক্লকই।

মশীং লিশীং-লাখ কয়া য়ৌনা য়ামগ্রবা ফোকলোর মচাকশিংবু নৈনবগীদমক মালেমগী ওইনা অখণ্ড-অহৈ পূম্নমক্কা চপ মান্নরা য়ানবা বৈজ্ঞানিক ওইবা মখলশিং পুথোকপা হায়বসিমকসু য়াম্না চাউবা সমস্যা অমনি।

ফোকলোর মচাক কয়ামরুমদি মীওইবগী পুক্কীংগা মরী লৈনবা, লমচৎ-শাজৎকা শাগোম্নদুনা লৈবা অমদি খুন্নাইগী থৌরম-থৌদোকশিংগা শেৎনবা য়াদনা লৈবা, মপুংদা 'এবস্ট্রেক্ট' (abstract) ওইবা পোৎলম-থৌরমশিংনি। মরম অসিনা ফোকলোর মচাক কয়ামরুমগী মখলশিংবু অমগা অমগা ময়েক শেংনা তোপ্পা-তোপ্পা তাহনবা ওইথোক্কেঃ মওঙ অমসুং শাজৎ তিন্নবা ফোকলোর মচাকশিংগী তোঙান-তোঙানবা মখলগী ভমখৈশিং অমনা অমদা চঙশিন্নে। মতৌ অসুম্না, মান্নরপ তৌবা মখলশিংগী ভমখৈশিং ময়েক শেংনা থম্বা হায়বসিসু মখল খায়বগী মতাংদা অচৌবা সমস্যা অমনি।

সমস্যা কয়া লৈদুনসু বিদ্যা অমবু মমুৎতানা নৈনবগীদমক মখল খায়বগী থৌরমদি তঙাইফদবা অমনি। নৈনবগীতা নত্তনা, মচাকশিংবু খোম্নবগীদমক, পৈশিন্নবগীদমক অমদি ফোঙদোক্নবগীদমকসু মখল খায়বা তঙাইফদে। বিব্লিওগ্রাফি, ইণ্ডেক্স, কেটলোগনচিংবা শেম্নবগীদমকসু মখল খায়বা হায়বসি চঙদবা য়াদে। মরম অসিনা অব্রাৎপা-অশোয়বা খরমখৈ মহৌশা ওইনা শাগোম্নজরবসু মালেমগী অখণ্ড-অহৈ ময়াম্না খ্বায়দগী হেন্না য়ানরবা মখল খায়দোকপগী মওঙ শেমগৎনবা ফোকলোরিষ্টিক্সনা মতম পূম্নমক্তা হোৎনৈ।

ফোকলোরিষ্টিক্সকা মরী লৈনবা অঙনবা আমেরিকান টেক্সবুকশিংগী মনুংদা থোইদোক্পা মমিং চৎখিবা *Folklore and Folklife : An Introduction* (1972) দা প্রোঃ ডারসন্না ফোকলোর অমসুং ফোকলাইফকী নৈনফম (fields of folklore and folklife studies) কাঙলুপ অচৌবা মরি থোক্পা খায়দোক্লম্মীঃ Oral literature, material culture, social folk custom, অমসুং performing folk arts। অসুম্না খায়দোক্লিবা শরুক মরিসিদা ফোকলোর অমসুং ফোকলাইফকী নৈননীংঙাই পূম্নমক মনুং চপ্লে নৎত্রগা শরুক মরি অসি অমগা অমগা চঙশিন্নদ্রে হায়বা য়াদ্রি হায়না প্রোঃ ডারসন মশানা হায়রম্মী।[২১] তুংদা থোক্লকপা অতোপ্পা মশক নাইবা আমেরিকান টেক্সবুক *The Study of American Folklore : An Introduction* (1978) দা প্রোঃ ব্রনভাণ্ডনা ফোকলোরগী মখলশিংবু

[২১] Richard M. Dorson, ed., *Folklore and Folklife: An Introduction* (Chicago: Univ. of Chicago Press, 1972), p.5:

The four divisions sketched here are not all-inclusive or mutually exclusive.

মখোয়গী লৈফম-মওঙগী মীৎয়েংদা পথাপ নাইনা কাঙলুপ অহুম থোক্লা খাযরম্মীঃ Oral folklore, customary folklore, অমসুং material folk traditions।[২২] ফোকলোব মখলশিংগী কাঙলুপ অহুম থোক্লা ময়েক শেংনা মচা তানা খায়বা মওঙ অসি তুংলমচৎকী প্রোঃ টোলকিন্নচিংবা আমেরিকান ফোকলোরিষ্ট অখঙ-অহৈশিংনা থোইদোক্লা শীংথানখি।[২৩]

## মখল খায়বা

লৈফম-মওঙ (mode of existence) গী মীৎযেংদা ফোকলোর মচাকশিংবু মপূং ওইবা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াইঃ চীনিবুংগী ওইবা ফোকলোব, চৎনবোলগী ওইবা ফোকলোব অমসুং পোৎশক্কী ওইবা ফোকলোব।

১। **চীনবুংগী ওইবা ফোকলোর** (oral folklore) হায়রগা চীন্দগী থোক্লকপা ৱাহৈ নৎত্রগা খোম্থোক্তা লৈবা ফোকলোব মখলবু খঙনৈ। মখল অসিগী অযাম্বা মচাকশিং ৱাহৈনা ফোঙদোকই। ৱাহৈশিং অসি চুম্নগী নুংতিগী ঙাঙন-শানবা (ৱাবেং) মওঙগী ৱাহৈ-ৱাতাশিং ওইবা যাই নৎত্রগা সুব-ছন্দ য়াওনা শকপা (ঈশৈ) মওঙগী ওইবা যাই। ৱাবেং মওঙগী ৱাহৈ-ৱাতাশিংনা শাগৎপা ফোকলোবগী মখল অনী থোক্লা খায়বা যাইঃ চৎন-ৱাহায (traditional saying) অমসুং ৱাবী (narrative)। চৎন-ৱাহাযগী মনুংদা খুন্নং-ৱাঙাঙ (folk speech), খুন্নং মিঙ্গৌ (folk naming), পাউবৌ (proverb), পাৗন্থে (proverbial saying), অমসুং পাউখোঙ (riddle) চম্লি। ৱাবীগী মনুংদা লাই-তীনগী ৱাবী (myth), থাজ-ৱাবী (legend), ফুঙ্গাৱাবী (folktale), হেঞ্জিন-ৱাবী (tall tale),

---

[২২]Jan Harold Brunvand *The Study of American Folklore An Introduction* (1968, 2nd ed New York W W Norton, 1978), p 4

For the purpose of an orderly presentation of American folklorists practices, we will treat the types of folklore here, using typical analytical categories in three groups, according to their modes of existence oral, customary, or material

[২৩]Barre Toelkin, *The Dynamics of Folklore* (Boston: Houghton Mifflin 1979), pp 12-13

I assume that the interested reader, and especialy the beginning student of folklore, will become acquainted with some of the standard works in the field chief among them the following Jan Harold Brundvand *The Study of American Folklore An Introduction*, rev ed (New York Norton 1978), for clear and brief delineations of the generic categories in folklore and Richard M Dorson, ed, *Folklore and Folklife An Introduction* (Chicago University of Chicago Press, 1972), for a modern invited symposium of professional folklorists on principal areas of interest to the serious student

থৌদোক-ৱারী (anecdote), অসিনচিংবা চনবা য়াই। শৈরেং মওঙগী ৱাহৈ-ৱাতাশিংনা শাগৎপা ফোকলোরগী মনুংদা খুন্নুং লীরেলশৈ (folk epic), খুন্নুং লীৱোলশৈ (folk ballad), অমসুং খুন্নুং ঈশৈ (folk song) চনগনি।

চীনবুংগী ওইবা ফোকলোর অসিতবু মতম অমদা—থোইদোক্লা অতৈ বিদ্যাগী অখঙ-অহৈশিংনা—মপুং ওইনা 'ফোকলোর' হায়না খঙনরম্মী, অমদি চীনবুংগী নত্তবা ফোকলোর মচাকশিংবু অতৈ বিদ্যাশিংগী মনুংচনবা ওইনা লৌনরম্মী। ঙসিসু ফোকলোরগী তোঙান-তোঙানবা মখলশিংদা চীনবুংগী ওইবা ফোকলোব অসি থোইদোক্লা মরু ওইরি। ঙসিফাওবা অখঙ-অহৈশিংনা নৈনবগী চাংসু চীনবুংগী ওইবা ফোকলোর মচাকশিং অসিদা খ্বায়দগী হেল্লি।

চীনবুংগী ওইবা ফোকলোব মচাকশিং অসিগী মনুংদা কল্পনাদা য়ুম্ফম ওইবা অমসুং ফজবা ৱাহৈ-ৱাতানা ফোঙদোক্লবা হোৎনবা মচাকশিং, খুদম ওইনা, লীরেলশৈ, লীবোলশৈ, খুন্নুং ঈশৈ, লাই-তৌনগী ৱার্ব' থাজ-ৱারী, ফুঙ্গাৱারী, পাউরৌ, পাষ্টে, অমদি পাউখোংবু 'ফোক লিটরেচর' (লোক সাহিত্য) নৎত্রগা 'এক্সপ্রেসিব লিটবেচর' (expressive literature) হায়না খঙনৈ। ফোক লিটরেচর অসিবু ৱাহৈ-ৱাতাগী হৈশিংবা ফজবা মর্শাক্লি হায়দুনা বিলিয়ম বেসকম্না 'ভর্বেল আর্ট' (verbal art) হায়না কৌরম্মী। মহাক্কী মিঙ্গৌ-ৱাহৈ অসিবু 'ফোকলোর' বাহৈগী মহুৎ শিনবা ওইনা এন্থ্রোপোলোজিষ্টশিংনা মতম অমদা য়াম্না পাম্লখি।

চীনবুংগী ওইবা ফোকলোব মশকশিং অসিবু অখঙ-অহৈশিংনা 'মেন্টিফেক্ট' (mentifact/পূক্নীংগী পোৎথোক) হায়না খঙনৈ।

২। **চৎনরোলগী ওইবা ফোকলোর** (customary folklore) হায়রগা চৎনবী থৌরম-থৌদোক (practice) অমদি লমচৎ-শাজৎ (behavior) তা তঙাইফদনা য়ুম্ফম ওইবা ফোকলোর মখল অদুবু খঙনৈ। মখল অসিদা চীনবুংগী ৱাহৈ-ৱাতা অমসুং খোম্থোক ওইবা মচলশিং (elements) সু য়াওই; অমরোমদা, পোৎলম-পোৎশক ওইবা মচলশিংসু য়াওই; অদুবু ফোকলোব মখল অসিগী খ্বায়দগী মরু ওইবা মচলশিংদি থৌদোক অমসুং শাজৎনা ওই। ৱাহৈ অমসুং পোৎশক ওইবা মচলশিংদি ফোকলোর মখল অসিদা চুম্নগী তেংবাংবা ওইনা য়াওবতনি। ফোকলোব মখল অসিগী মনুংদা খুন্নুং থাজনবী (folk belief), কুম্মৈ-ফিরোং (festival), খুন্নুং জগোই (folk dance), খুন্নুং ঈঙ্গিৎ (folk gesture), খুন্নুং মশান্ন (folk game), খুন্নুং লায়েং (folk curing), অমদি খুন্নুং লাইনীংলোন (folk religion), অসিনচিংবা চনবা য়াই।

চৎনরোলগী ওইবা ফোকলোব মখল অসিদা শাগোন্নবিবা চৎনবী থৌদোকশিং অমসুং শাজৎশিং অদু নাইতোম ওইবা মীশক্লা অতোপ্পা নাইতোম ওইবা মীশক অমগী মফমদা পাঙথোকপা য়াই (খূদম ওইনা, ঈঙ্গিৎতা), ইমুংগী নৎত্রগা খুনগী মীওই মযাম্না পুন্না পাঙথোকপা য়াই (খূদম ওইনা, কুম্মৈ-ফিযোংদা), নৎত্রগা অকক্নবা মশীংগী মীওই খবদনা পাঙথোকপা য়াই (খূদম ওইনা, জগোইদা)। চৎনবোল ওইবা থৌদোকশিং অমসুং শাজৎশিং অদুগী ভাবোক (audience) থৌদোক অমদি শাজৎ পাঙথোক্লিবা মীওই (performer) মশানা ওইবা য়াই (খূদম ওইনা, মশান্নদা), খুন্নাই-কাঙলুপকী অতৈ মীওই কযানা ওইবা যাই (খূদম ওইনা, লীলাদা), নৎত্রগা কবিগুম্বা লাই-তীন অমনা ওইবা যাই (খূদম ওইনা, থাজনবীদা)।

চৎনবোলগী ওইবা ফোকলোব মশক অসি চুম্নগী হবাও-নুংঙাইনবগীদমক্তনি হায়না চাউবাক্লা লৌনৈ, অদুবু তশেংবদি ফোকলোব মখল অসিদা যাদু মন্ত্র, লাইথৌ তীনথৌ, নৎত্রগা চৎনবী বিজ্ঞানগী অকন্বা, রাখল চঙবা, মশক কযাসু যাওবি।

চৎনবোলগী ওইবা ফোকলোব মখল অসিবু খুন্নাইগী চৎনবা থৌবমশিং অমদি শাজৎশিংদগী পোক্লকপনি হায়দুনা 'সোসিওফেক্ট (sociofact/খুন্নাইগী পোথোক) হায়না খঙনৈ।

৩। **পোৎশক্কী ওইবা ফোকলোব** (material folklore) হায়বগা চৎনবী মশক মওঙদা চৎনবী পাম্বৈনা শেম-শাবা মশক মশা উবা ফংবা পোৎশকশিংদা লৈবা ফোকলোব মখল অদুবু খঙনৈ। ফোকলোব মখল অসি উবা ফংবা, শোকপা ফংবা পোৎশকশিংদা যূম্ফম ওই। পোৎশক অদুমক্লা ফোকলোব মখল অসিগী বিযয ওই। মসিদা চৎনবা পোৎশক অদুগী মশক-মওঙ কবিনো, পোৎশক অদু কবন্না ওইবকপগে, কবন্না শাজিন্নবগে, পোৎশক অদুগী মবমদা মীওই-কাঙলুপ অদুগী খুন্নাইচাশিংনা কবি খন্নবগে হায়বনচিংবা বাফমশিং নৈনৈ। ফোকলোব মখল অসিদা খুন্নুং পোৎশা-চৈশা (folk craft), খুন্নুং যূমশা-কৈশা (folk architecture), খুন্নুং লাইয়েক-লাইখোং (folk painting) খুন্নুং লাইহক-লাইশা (folk sculpture), খুন্নুং ফিজেৎ-লৈতেং (folk costume), খুন্নুং চাকচা যিথক (folk foodways), অসিনচিংবা চনবা যাই।

পোৎশক্কী ওইবা ফোকলোবনা কোনশিল্লিবা নাৎকী মশক অসিবু পোৎশক্কী ওইবা নাৎ (material culture) হায়না খঙনৈ। মসিবু চৎনবোলগী ওইবা ফোকলোবগা পংশিল্লগা অখঙ-অহৈশিংনা 'ফোক লাইফ' (খুন্নুং পুন্সি) হায়নসু কৌনৈ। 'ফোক লাইফ' (folk life) কী

মচাকশিংগী মনুংদা পোৎশক্কী ওইবা ফোকলোর মচাকশিংনা খ্বায়দগী চাং য়াম্বা হেল্লি। মখল-মথেল য়াম্বসু পোৎশক্কী ওইবা ফোকলোর মচাকশিং অসিনা খ্বায়দগী হেল্লি। খুন্নাই-কাঙলুপকী পুন্সি-মরেলদা চৎনবী ওইনা শীজিন্নরিবা পোৎশক খুদিংমক—পিক্রবা য়েত্তুমদগী চাউরবা শঙলেন ফাওবা—ফোকলোর মখল অসিগী মনুং চল্লি।

পোৎশক্কী ওইবা ফোকলোরনা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী মশাগী চৎনবীনি হায়না য়ানদ্রিবা পোৎশকশিংবুদি কোনশিন্দে। হান্নগী চৎনবী ওইনা শীজিন্নরবা পোৎশকশিংদা লাকপা অনৌবা অহোংবশিংবুদি ফোকলোর মখল অসিনা লৌশিল্লি; খুন্নুং-কাঙলুপ অদুগী নাৎকী য়াংমগী অনৌবা শীজিন্নবা পোৎশকশিংদি লৌশিন্দে; অনৌবা শীজিন্নবা পোৎশকশিং অদুনা লিরক্তুনা নাৎকী মশক ওইবক্রবদি লৌশিল্লি। ফোকলোর মখল অসিনা অনৌবা মেছিনগী নাৎ (mechanised culture) কী পোৎশকশিং হন্দোকই।

পোৎশক্কী ওইবা ফোকলোর মশকশিং অসি খুৎনা শাবা ফজবা পোৎলমশিংগী ওইবা মরম্না 'আর্টিফেক্ট' (artifact/খুৎকী পোথোক) হায়নসু খঙনৈ।

---

মথক্কী ফোকলোর মখলশিং অসিগী মরক ওইবা 'মেটাফোকলোর' (metafolklore) হায়না খঙনবা ফোকলোরগী মশক অমা লৈ। মেটাফোকলোর হায়রগা ফোকলোরগী 'মেটা' ওইবা হায়বদি 'মথক ওইবা,' 'মতুং ইনবা,' 'শাগোন্নবা,' নৎত্রগা 'মখা পোনবা' তোপতোপ্পা ফোকলোরগী মশক অদুবু খঙনৈ। মসিবু ফোকলোরগী মবমদা শেম্বা ফোকলোর ('folklore of folklore') নি হায়না লৌনৈ। মসিদা পাউবৌগী মরমদা শেম্বা পাউরৌ, বারীগী মবমদা লীবা বারী, ঈশৈগী মরমদা শকপা ঈশৈ, ফাগিগী মবমদা তৌবা ফাগি, অসিনচিংবা ফোকলোবগী মরমদা পীবা ফোক মেম্বরশিংগী ব্যাখ্যা (interpretation) অমদি মত (commentary) ওইবা চীনবুং সাহিত্যগী নৈন-বারোল ('oral literary criticism') মনুং চল্লি। মসিদা ফোকলোর মখল অতোপ্পা অমগী পুক্নীং-লৌশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা ব্যাখ্যা তৌনা শাগৎপা ফোকলোরগী মশক ('folk exegesis') খুদিংমক মনুং চনগনি। খুদম ওইনা, বারী তাবগী কান্নদবা মগুণ ব্যাখ্যা তৌবা "বারী তাবমখৈ তারগা সীতা কনাগী মতূনো হংই" হায়বা চৎন-বাহায়, পাউরৌগী মরমদা মত পীবা "অহল লমনশিংনা পাউরৌদা থায়না হায়রম্বশিংসি চুমশ্রবা ঙাক্তনি" হায়বা চৎন-বাহায়, অসিনচিংবসি মেটাফোকলোর ওইবা মশকশিংনি। 'মেটাফোকলোর' হায়বসি ফোকলোরগী তোঙানবা মখল (kind) অমা নত্তে, থোইদোকপা মগুণ (quality) অমনি, মসিনা ফোকলোরগী মখল অমদা অখন্নবা অহেনবা অর্থ পীবগী মথৌ পাঙথোকই।

তরুকশুবা পন্দুপ

# চীনবুংগী ওইবা ফোকলোর

## ফোকসোং

## (খুন্নুং ঈশৈ)

'ফোকসোং' (folk song) হায়বসি সুর য়াওনা শক্লবা অতেনবা শৈরেং ওইবা, থায়নঙৈদা লাইরিক ময়েক চত্তবা মীওইশিংগী মরক্তা কনানা হৌদোকখিবনো খঙদনা হৌখিবা, অমদি হৌনবী ওইনা চহী-চা কয়া চুপ্পা মতম ফনা শাংনা চৎনদুনা লৈরক্লবা ঈশৈ অদুবুনি হায়না এ, এইচ, ক্রেপনা চহী হুম্ফুতরামুক্কী মমাঙ (খৃঃ ১৯৩০) দা হায়খি।[২৪] মহাক্কী দিফিনিসন অসিদা য়াওরিবা ফোকসোং হায়বসি লাইরিক ময়েক চত্তবশিংগী মরক্তা হৌরকপা অমদি মতম ফনা শাংনা চৎনদুনা লৈববা ঙাক্তা ওইগদবনি হায়বা ৱাফম অনীসি মহাক্কী মতমদগী হৌনা অখঙ-অহৈশিংগী মরক্তা য়েৎনদুনা লাকখি। ঙসিদি ফোকসোংগী দিফিনিসন চাউরাক্লা মতৌ অসুম্না পীনৈঃ ফোকসোং হায়বসি অখন্নবা কাঙলুপ অমগী মীওইশিংগী মরক্তা চৎনবী ওইনা খেন্নবা মশক কয়াগা লোয়ননা চীনবুংদা শক্লরিবা ৱাহৈশিং অমদি মখোয়গী সুর অদুনি।[২৫]

মহৌশানা ফোকসোং[২৬] হায়বসি ঈশৈ ওইনা শক্লনবা লেংবা অতেনবা শৈরেংগী মশক্লি। মসিগী 'ঈশৈ' ওইবা মশক অসি চৎনবী তাল-লয় সুর-ছন্দগী কাঙলোন নীংথিজনা ঙাক্তুনা মীমাঙ থোকপা থৌদোক্তা শকপা য়াবা 'থাঙ্গৈশেংবা' ঈশৈ ওইবা য়াই নৎত্রগা চৎনবী ওইবা অখন্নবা তাল-লয় অমদা ঈশৈগী মশক নকশিন্না শৈরেং থীবা ওইবা য়াই;

[২৪] Alexander Haggerty Krappe, *The Science of Folk-lore* (London: Methuen, 1930), p. 153:

> The folk-song is a song, i. e. a lyric poem with melody, which originated anonymously, among unlettered folk in times past and which remained in currency for a considerable time, as a rule for centuries.

[২৫] Jan Harold Brunvand, *The Study of American Folklore* (1968; 2nd ed. New : W.W. Norton, 1978), p. 152:

> . folksongs consist of words and music that circulate orally in traditional variants among members of a particular group.

[২৬] 'ফোকসোং' হায়বসি মণিপুরীদা 'খুন্নুং ঈশৈ' নৎত্রগা 'খুন্নুংশৈ' হায়না খঙনবা য়াই।

শৈরেংগী মশকসু ৱাহৈগী অমদি অর্থগী লৈতেং কয়ামরুম য়াওহন্দুনা অহলশিংনা মশা নান্না শেন্নবা ওইবা য়াই নৎত্রগা অঙাংশিংনা মখোয়গী অচম্বা ৱাফোঙদা চন্না লেংজবা ৱাহৈ-ৱাতা ওইবা য়াই।

ফোকসোং হায়বসি থোইদোক্না কুইরবা মতমগী মমাঙদা লাইরিক-লাইশুগী মঙাল ফংদ্রিবা খুন্নাইশিংদা শকখঙদবা মীওইশিংনা হৌদোকখিবনি হায়না লৌনরম্মী। অদুবু মতমগী মতুংইন্না খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংদা থোইনা লিদ্রিবা, হৌদোকখিবগী মতম-মতাং খঙনবা, ফোকসোং কয়া 'চৎনবী' ওইনা চঙলকখি। লাইরিক হৈবগী চাং ৱাংলবা মীওই-কাঙলুপশিংদসু ফোকসোং উবা ফংনরকখি। খ্বায়না মমিং-মথা খঙবা মীওই অমনা ইথোক্তুনা লেংবা ঈশৈনা মতমগী মতুংইন্না ময়াম্না পান্নবা চৎনবী ফোকসোং ওইরকপসু য়াওরকখি। মতৌ অসুন্না, ফোকসোং হায়বসি 'চৎনবী' অমা শেম্বা ঙম্বা ফাওবদংগী মতম-তাঙ্কক খরগী ময়ামগী অপাম্বগী চাংয়েংদা মায়পাক্তুনা চৎনরবা ঈশৈগী ওইবা নৎত্রগা ঈশৈগা নক্নবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি সুর অদুনি।

ফোকসোং হায়বসি চীনবুংদা লৈবা 'ঈশৈ' গী মশক্তি। ফোকসোংগী মযেক ওইনা ইথোক্লবা নৎত্রগা মখোল ওইনা নমথোক্লবা মশক ওইহনবা য়াই, অদুবু অইবা নৎত্রগা নমথোক্লবা মশক অদুনা ফোকসোং ওইদে। ফোকসোংদি চীনবুংদা খুন্নাইচাশিংনা শক্তি-থীরিবা 'অহিংবা' মশক অদুদা লৈ। চীনবুংদা মীওই কয়ামরুন্না মফম-মতম তোঙান-তোঙানবা কয়ামরুমদা শক্নবা-থীনবা মরমদগী ফোকসোং হায়বসি 'অহোংবা' নাই— ৱাহৈ ৱাতাদা অমদি সুর-ছন্দদা। ফোকসোংদা মফম-মতম-মীশক্কী মতুংইন্না লাক্লিবা অহোংবশিং অসি চৎনবীগী মশক ওইবা ঙাক্তনি; হায়বদি অহোংবশিং অসিবু খুন্নাইচাশিংনা ঈশৈগী মপুং ওইবা মশক্তা থোইনা কায়দবা ওইনা লৌই, ময়ামগী ওইনা য়াই। মরম অসিনা ফোকসোং খুদিংমক, অহোংবা কয়া য়াওরবসু, মাগী-মাগী মওঙ অদুদা অচুম্বা-ঙাক ওই; অরানবা ফোকসোং হায়বা লৈতে।

ফোকসোং হায়বসি মতম পুন্নমক্তা চৎনবীগী মশক্তা হিংই। অহোংবা কয়া য়াওরক্লবসু ফোকসোংনা মথংশিংনা হিংবদা চৎনবীগী মপুং ওইবা মশক খক থাদোক্তে। অহোংবা মরক্তা হোংদবা চৎনবীনা ফোকসোংগী শকখঙ-খুদম্নি। চৎনবী অসিমক্না য়ুম্ফম ওইদুনা মীওই-কাঙলুপ অমনা অখন্নবা মীওই অমগী ঈশৈবু লৌখত্লুনা ময়ামগী 'ফোকসোং' ওইহল্লি। মীওই অমখক্তগী ওইরম্বা ঈশৈনা খুন্নাই-মীয়ামগী চৎনবী অপাম্বগা চুনরুবদগী ময়ামগী ফোকসোং ওইরিবনি।

ফোকসোং হায়বসি পূরক্লীংগী ঈহুলবু খ্বায়দগী মপুং ওইনা ফোঙদোকপা ঈশৈগী মশক্কি। মসিনা মীওইবগী নুংশি-নুংওল, থৌনা, অৱাবা, নুংঙাইবা, শাউনীংবা, কপ্পীংবা, নোক্লীংবা, হঙ্গৈইবা, চঙজবা, অসিনচিংবা ঈহুল কয়া মপাঙ্গল লৈনা মশা তাশিন্না ফোঙদোকই। মসিদা লমচৎ যেকপগী নৎত্রগা ৱাবী-পবিং শাগৎপগী পান্দম লৈতে, ৱাবীগী মপুংফাবা মশক খক যাওদে।

ফোকসোংনা খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংদা থোইদোকপা মথৌ কযামকম পাঙথোকই। পূরক্লীংগী ঈহুল হকথেংননা খুৎলোযনা ফোঙদোকপা ঙম্বা অমদি ঈশৈগী ওইবা খুদোংচাবা কযা শাগোন্নবা মবন্না ফোকসোংনা অতৈ ফোকলোব মচাকশিংগা চাংদম্নবদা খ্বাযদগী হেন্না মপাঙ্গল কল্লি। খ্বাযদগী মপুং ওইনা, ফোকসোংনা পূরক্লীং হবাও-নুংঙাইহনবগী অমসুং অৱা-পোৎথোকহনবগী মথৌ পাঙথোকই। নুংঙাইবা হীবম অমদি শৈশক্লা ঈশৈ শক্কি-তাবির্বশিংবু নুংঙাইহল্লি, অৱাবা থবকপু শান্নবগুম থোকহল্লি, থবক শূবগী চোকথবা কাউহল্লি। ফোকসোংনা খুন্নাইচাশিংবু হীবম কযা তাকপি-তম্বিদুনা শিংগৎহনবগী মথৌসু পাঙথোকই। অঙাংশিং অমদি নহাবোলশিংবু ফোকসোংশিংনা লাই-তীন কযাগী ৱাবী, শিনফম কযাগী কাঙলোন, প্রকৃতিগী ফজবা, শা-ঙা লৈ-শুনচিংবগী মশক, ইতিহাস, ভূগোল, অঙ্ক, দর্শন, অসিনচিংবা খুন্নাই পুন্সিদা চঙগদবা ৱাফম কযামরুম নাকোয়ননা খঙহল্লি। ফোকসোংনা খুন্নাইচাশিংবু খুন্নাইগা চূশিন্নহনবদসু অচৌবা থৌদাং লৌই। খুন্নাইগী চৎনবী ওইবা থৌবম-কাঙলোন কয়া ফোঙদোক্লুনা ফোকসোংনা খুন্নাইচাশিংবু খুন্নাইনা যানববা শাজৎশিং অদুগা চূশিন্ননা চৎননবা থৌইনশিন পী। খুন্নাইনা যাদবা লম্মৈ-শাজৎ চক্লুনা অৱাবা তাখিদনবা পাউতাক কয়া পীদুনা ফোকসোংনা খুন্নাইচাশিং লাকশিন-ফাজিল্লি। অমরোমদা, ফোকসোংনা খুন্নাইচাশিংগী পেন্দবশিং ফোঙদোকপদা খ্বাযদগী অচৌবা থৌদাং যাই। অঙম-অথৌনচিংবা ওইবা অচৌবা মীওইশিংনা ওৎপা-নৈবা, অবানবা তৌবনচিংবা কযাগী মাযোক্লা ফোংনা হাযদোকপা ঙমদবা ৱাফমশিংদু খুন্নাইচাশিংনা ফোকসোংগী মনুংদা নাকোযননা ফোঙদোকই অমদি শন্দোকই। কবিগুম্বা ৱাফম অমবু ফোংনা নৎত্রগা মশক লোৎনা শন্দোক্লুনা খ্বাযদগী মশীং য়াম্বা মীযামদা খঙহন্নবা হোৎনবদসু ফোকসোংনা খ্বাযদগী অচৌবা পাম্বৈ ওই, মবমদি ঈশৈ ওইনবু পুথোক্লবদি ৱাফম খুদিংমক খঙবা নুংঙাই, কুইনা নীংশিংবা যাই। লাই-তীনগী ওইবা থৌবম কযা পাঙথোকপদসু ফোকসোংনা অচৌবা থৌদাং য়াই। ঈবাৎ-লাইশোল, পোকপা-লুহোংবা-শিবনচিংবা পুন্সি-লাইথৌ, কুম্মৈ-ফিযোং, অসিনচিংবা থৌবম কয়াদা তঙাইফদনা চঙবা লাইশোল কয়া ফোকসোংনা ওই।

ফোকলোর মচাকশিংগী মনুংদা ফোকসোংনা খ্বায়দগী মখল-মখা য়াম্বা হেল্লি। ফোকসোংদা ৱাহৈ অমসুং সুঁর (ম্যুজিক) অনীমক য়াওবা মরম্না সুরনা মপুং ওইবা, ৱাহৈ ইযাও য়াওদবা, ফোকসোং মখলবু ৱার্ডলেস ফোকসোং (wordless folksong) নৎত্রগা ডিডলর (diddler) হায়না খঙনৈ। মসিদা অকক্নবা চৎনবী সুর, ছন্দ অমদি তালদা— খ্বায়না খঙনরবা ফোকসোং অমগী মতৌ লৌদুনা ঙংবা, নাহেবা, লাউবা, খোংবা, অসিনচিংবগী খোঞ্জেলশিংনা মপুং ওই, ৱাহৈ শুকয়াও-য়াওদবা যাই নৎত্রগা ৱাহৈ অনী-অহুম যাওবা য়াই। ৱাহৈশিংনা মপুং ওইবা চপচাবা ঈশৈ অমগী মওঙদা শরুবদি নত্তবা, ঈশৈগুম্না তোপতোপ্পা তাল লয অমদা থীবা ফোক রাইম (folk rhyme) নৎত্রগা নিযাব সোং (near song) হায়না খঙনবা ফোকসোং মখল অমসু লৈবি। ফোক রাইম অসিগী অমুক মখল কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকপা যাইঃ কেন্টি ফেবল (cante fable) দা ৱাৰীগী শরুক খব ঈশৈ ওইনা থীনৈ নৎত্রগা শরুক্লে। মসিবু নোংচুপ্পমদা সিঙ্গিং টেল (singing tale) নৎত্রগা চেন্টি ফেবল (chante fable) হায়নসু খঙনৈ। মসিদা যাওবিবা ৱাৰী ৱাতাইগী মশক ওইবা ঈশৈ অয়াম্বা ফোক ৱাইমগী মনুং চন্লে (খূদম ওইনা, কৈবু কৈ ওইবগী ৱাৰীগী "হা কৈবু কৈওইবা, ননীং নমাঙ হোত্রোং হো/ ")। ক্রাইজ (cries) হায়বা ফোক ৱাইম মখলদা স্ট্রিট ক্রাইজ (street cries) অমসুং ৱার ক্রাইজ (war cries) হায়বা মখল অনী থোকপা য়াই। স্ট্রিট ক্রাইজদা লম্বীগী পোৎযোনবশিংনা মপোৎ শীংনবা লাউবা চৎনবী ৱাহৈ-ৱাতাশিং অদু অখন্নবা তাল-লয অমদা থী নৎত্রগা শরুই (খূদম ওইনা, "Black-berries, Blackberries /Fresh and fine./Just off the vine.")। ৱার ক্রাইজদা থাঙ্গৈশেংবা লানফমদা নৎত্রগা লানগুম্বা অকন্নবা লাম্বা তৌনবা মতমদা অখন্নবা সুরদা চৎনবী শারাউ-লাল্লাউগী ৱাহৈশিং লাউনৈ ("ইপামচা নোংদমগে/ ")। প্লে এণ্ড গেম ৱাইম (play and game rhyme) দা অঙাংশিংনা চেন-চোংলগা নৎত্রগা ইচম চম্না লৈরগা নৎত্রগা কবিগুম্বা অমা কোযতান-তান্নবগা অখন্নবা সুবদা থীদুনা নৎত্রগা শরুনা শান্নবা অর্থ থোকপা নৎত্রগা থোক্তবা অতেনবা অচম্বা ৱাহায় কয়া মনুং চল্লি ("শগোল তোংবা থীনেৎপা/ ..")। মখল অসিদা অঙাংশিংনা মী লরুবগী ঈশৈ 'টিজিং ৱাইমস' (teasing rhymes) থোইদোক্লা পামজৈ ("লুকোক লুকোক চাং চপ/...")। হোলব (holler) হায়বা ফোক ৱাইম মখলদা থবক শূবা, অসিনচিংবা, মীওইশিংনা মশাগী তম্বা কোক্নবা অমদি মপাং পুনবা মানবগী ৱাখল পোক্নবা চৎনবী ৱাহৈ-ৱাতা খরদং মখোল হৌনা অখন্নবা সুরদা থী নৎত্রগা শরুই ("বম-বম ভেলানাথ/জয় শিব শঙ্কর")। ডান্স কোল

(dance call) দা জগোইগী তান্থাগা চুননা হোই লাউবগী চৎনবী ৱাহৈ খর হঞ্জিন-হঞ্জিন থী নৎত্রগা শকই ("খিত্তা ঘিনতা ঘিনতেনেতা/ঙাতোন লৈমনা উয়ান্দা/ঙানপ থোংবনা ফক্লাংদা")। ওক্শনিযবস চেন্ট (auctioneer's chant) তা নীলাম লাউদুনা পোৎ যোনবগী মবোল অদু চৎনবী থোইদোকপা সুব অমদা থীনৈ।

অশেংবা ফোকসোং (true folksong) শিংগী চাউরাক্লা মখল অনী থোক্লা খায়নৈঃ ফংসনেল (functional) অমসুং নন-ফংসনেল (non-functional)। কবিগুম্বা অখন্নবা থবক-থৌবম অমগী তান্থাগা চুননা শকপা ঈশৈবু 'ফংসনেল ফোকসোং', অমদি থবক পাঙথোকপগী তালগা মবী লৈনদনা শকপা ঈশৈবু 'নন-ফংসনেল ফোকসোং' হায়না খঙনৈ। ফংসনেল ফোকসোংশিংগী মখল মবি থোক্লা খাযদোকপা যাইঃ লল্লবাই (lullaby) হায়না খঙনবা নাউশুম ঈশৈদা অপিকপা অঙাংগীদমক চাং নাইবা অতপ্পা তাল-লযগী সুবদা বাহৈশিংবু হন্না-হন্না শীজিন্নৈ। ঈশৈ অসিদা যাম্না ঈং তপ্পা অকোযবগী ফিভম অমা শাগৎলগা অঙাং অদুবু ফিভম পোৎলমশিং অদুদগী লাপ্না লৈবগী মওও উৎলি ("থা থা থাবুংতেন/ ")। বার্ক সোং (work song) হায়না খঙনবা শিনশ্ শিনবাঙ ঈশৈশিংদা লৌ লিংবা, লৌ ঙাকপা, লৌ থাওবা, ফৌ শুবা, নুং চিংবা, উ চিংবা, ঙা ফাবা, লং নাইবা, হি হোনবা, অসিনচিংবা অনাবা থবক কযামকমদা থবক শূবদা চাং মান্ননবা, শূবগী খোঙথাং লেপ্পনবা, অমদি শূবগী অৱাবা কাউননবা থবক্কী তাল তপ্পা থুবগী মতুংইন্না ঈশৈ তপ্পা নৎত্রগা থুনা শকৈ ("হো হাযো হৈ হা/ ")। ডান্স সোং (dance song) নৎত্রগা প্লে পার্টি সোং (play party song) হাযনা খঙনবা জগোইগা কোন্নবা ঈশৈদা জগোইগী তাল-লয অমসুং শাথেক্কা চুননা ঈশৈ শক্লে ("হৈবাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা/ ")। গেমস সোং (games song) হায়বসি অঙাংশিংগী চেনবা-চোংবনচিংবা খোঙ খুৎ হকচাং লেঙ ওৎপা তঙাইফদনা যাওবা মশান্নশিংদা শকপা নৎত্রগা থীবা ঈশৈশিং অদুনি। ঈশৈশিং অসি অখন্নবা মশান্ন অমমমগা শাগোন্নৈ, শাগোন্নখিবা মশান্ন অদুগা থাদোক্লবা যাদবা ঙাক ওই। মশান্ন অদুদা ঈশৈ শকপগী নৎত্রগা থীবগী অককনবা মতাং মফম লৈ। মখল অসিগী অযাম্বা ঈশৈবু খুন্নাইচাশিংনা, অঙাংশিংগী মশান্নগা মবী লৈনবা ওইবযসু, বাহৈদা অমদি অর্থদা ফজবা চীংলেম্না মখলগী ওইনা লৌনৈ। অযাম্বা মতমদা ঈশৈশিং অসিনা মশান্নশিং অদুগী মওঙ-মতৌ তাকই ("সে সে সেবোতি/..."), কবিগুম্বা মতমদা ঈশৈশিং অসি অবিবা মতমগী লাইবোলনচিংবগী মখা তাহৌবা মশক ওই ("তোং তোং তোং-দ্রুম্বী/ ")।

নন-ফংসনেল ফোকসোংবু 'লিরিকেল ফোকসোং' (lyrical folksong) হায়নসু খঙনৈ। ফোকসোং মখল অসিগী অমুক মখল কয়ামরুম থোক্লা মখাগী অসুম্না খায়বা য়াইঃ লভ সোং (love song) হায়না খঙনবা শাবী-শানৌগী নুংশি-নুংওল ফোঙদোকপা ঈশৈশিংনা লিরিকেল সোংগী খ্বায়দগী হেন্না পূক্নীং ঈম্ভল ফোঙদোকপা মখলনি। মসিগী চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াইঃ নুংশি ফোঙদোকপগী, নুংশি ৱায়থুংনবগী অমদি নুংশি শেংনবগী। মখল অহুম অসিদা মথংশিংনা খৌরাংবা, নুংঙাইবা অমদি অৱাবা পূক্নীং ঈম্ভলশিং য়াম্না মযেক শেংনা যাওই। অপাম্বা, মিহৌবনচিংবা নুংশিবগী তোঙান-তোঙানবা শক্রোন কয়া শৈথাবা ঈশৈশিং অসি খুন্নাইচাশিংগী থাঙ্গেশেংবা নুংশি-নুংওলগী মতাংদতা নত্তনা লৌউ-লৌঙাকপা, শীংথি-ঙাথিবনচিংবা শিনফম অমদি লাইথৌ-তীনথৌ, হৱাও-কুম্মৈনচিংবা থৌবম-থৌদোক কয়াদসু শীজিন্নৈ ("শাবী ইবুংঙো থংলেন মাঙ্গনিসু পাম্মুবা ...")। রিলিজিয়স সোং (religious song) নৎত্রগা রিচুয়েল সোং (ritual song) নৎত্রগা স্পিরিচুয়েল সোং (spiritual song) হায়না খঙনবা লাইশোল-তীনশোনগী ঈশৈশিংনা লিরিকেল সোংশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী চাউবা মখলনি। মখল অসিগী অয়াম্বা ঈশৈদা যাদু-মন্ত্রগী শক্তি অমা য়াওই হায়না থাজনৈ। ঈশৈশিং অসি লাইশিংবু কৌবা, শৈথাবা, হায়জবা অমদি মখোয়গীদমক পাঙথোকফম থোকপা থৌরমশিং পাঙথোকপদা শীজিন্নৈ। ঈশৈশিং অসি লাইগী ওইবা থৌরমশিং অমদি ধর্ম্মগী ওইবা থৌরমশিংদা শক্নে। ফোক ইস্থেটিক্স অমসুং ফোক ফিলোসোফিগী অৱাংবা মশকশিং ঈশৈ মখল অসিদা য়াওগন্নি। ঈশৈ মখল অসিগী অমুক মপূং ওইবা মখল মঙা থোক্লা খায়বা য়াইঃ ফোক হিম, চেন্ট, সোং আফ রাইটস-ডি-পেসেজ, হোমিলেটিক সোং, অমদি স্পিরিচুয়েল। ফোক হিম (folk hymn) হায়না খঙনবা মখলদা লাইগী মগুণ থাগৎপা চৎনবী শৈথারোল শক্নে। মসিদা করিগুম্বদা ৱারী-পরিংগী মওঙ খর য়াওই অদুবু অশৈবগী পূক্নীং-ঈম্ভলনা মপূং ওই ("চীংউ খোয়ুম লাইয়িংথৌ ...")। চেন্ট (chant) হায়না খঙনবা মখলদা অখন্নবা তাল অমদা লাইরোল-লাইশোলশিংবু ঈশৈ শকপগুম লীশাংশিংনা মান্নবা খোম্থাং (তাল-লয়) অমখক্তদা থীনৈ। চেন্ট অসি অয়াম্বা মতমদা ময়ামগী ওইবা থৌদোক্তা ময়াম পুন্না শকমিন্নৈ ("ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো...")। সোং আফ রাইটস-ডি-পেসেজ (song of rites-de-passage) হায়না খঙনবা মখলদা তাইবং মীগী পোকপা, লুহোংবা, শিবা, অসিচিংবা পুন্সি-লাইথৌশিংগা মরী লৈনবা লাইগী শক্তি কৌশিন্নবা ঈশৈ শক্নে নৎত্রগা থীনৈ ("তিং তিং চাউরো ... ")। হোমিলেটিক সোং (homiletic song) হায়না খঙনবা মখলদা ধর্ম্মগী পাউতাক শন্দোকপা

ঈশৈশিং শক্লে ("চৎলো চৎলো পূক্নীং ")। স্পিরিচুয়েল (spiritual) হায়না খঙনবা মখলদা আমেরিকাগী প্রোটেষ্টেন্টশিংনা ফোক হিমশিংদগী লৌথোকপা মখোয়গী মত শৌগৎপা লাইনীং-লাইশোলগী ঈশৈশিং শক্লে। মীতৈশিংগীসু মশাগী লাইনীং-লাইশোল শৌগৎপা ঈশৈশিং মখল অসিগী মনুং চনবা যাই। হীরোইক সোং (heroic song) নৎত্রগা পেট্রিওটিক সোং (patriotic song) হায়না খঙনবা অকল-অথৌগী ঈশৈশিংদা কনাগুম্বা থৌনাফবা মীশক অমগী থৌনাফবা থবক-থৌরমশিংবু নৎত্রগা লৈবাক নীংবগী ঈশৈলবু শৈথাই ("চন্দ্রমণি লাম্থোবা ")। লেমেন্ট (lament) নৎত্রগা এলিজি (elegy) হায়না খঙনবা তেংথা-ঈশৈশিংদা কনাগুম্বা অমা শিখিবগী, মতম চুপ্পগী ওইনা খাইন-শেৎনখিবগী নৎত্রগা খাঙঙমদবা অৱাবা থৌদোক অমগী তেংথাদুনা অৱাবা ফোঙদোকই ("ইপাম মৈহৌবে ")। ব্লুজ (blues) হায়না খঙনবা আমেরিকান নেগ্রোশিংগী ঈশৈদা খুন্নাই-পুন্সিগী পেন্দবা, নুংঙাইতবনচিংবা অৱাবা ঈশৈলশিং ফোঙদোকই। ওকুপেসনেল সোং (occupational song) হায়না খঙনবা শিনফম-কাঙলুপকী ঈশৈদা তোঙান-তোঙানবা শিনফমশিংগী জাতিশিং নৎত্রগা মীওই-কাঙলুপশিংনা চৎনবী ওইনা শক্লবা ঈশৈশিং মনুং চল্লি। মসিদা ঙা ফাবা, উ যানবা, চফু শাবা, শা তানবা, শল শেনবা অসিনচিংবা তোঙান-তোঙানবা শিনফম পাযবা মীওইশিংগী মবক্তা তোপতোপ্না শক্লবা ঈশৈশিং যাওই। খুদম ওইনা, ফযেং খুলগী লৌউবা শিনফমগী মীওই-কাঙলুপনা অৱা-পোথাবা মতমদা শক্লবা মখাগী ঈশৈ অসি মখল অসিগী ওইবা যাই— "থাঙজবা লিলাশিংনা শাবা থাঙ/শমু যেৎনা পায়দনা/লোইমোম ফৌনা শমু ওযনা পাযদনা/শানৌ লৈবাং মানবনা/অৱা হুইজো' লাংলে/অৱা পোথাবঙাইগী শকসে।" চিলড্রেন্স সোং (children's song) হায়না খঙনবা পিক্লিবা অমদি পুংকক চাউবক্লবা নিপামচা-নুপীমচাশিংনা মশা-মশানা শকচবা নৎত্রগা মখোযদা অহল-লমনশিংনা শকপিবা, পূক্নীংগী ঈশৈল ফোঙদোকপা, (শান্নবগী নত্তবা) ঈশৈশিংগী অমুক মপুং ওইবা মখল অত্তম থোক্লা খাযদোকপা যাইঃ ক্যুম্যুলেটিভ সোং (cumulative song) কৌবা মখলগী ময়াম পূন্না হবাও-নুংঙাইনা শকমিন্নবা ঈশৈদা ষ্টেঞ্জা অমগী মতুংদা ষ্টেঞ্জা অমা তোঙান-তোঙানবা মীওই কযানা চুন-চুনবা যেংদুনা পংহাপ্তা-হাপচিন্দুনা শকপা য়াই। নোংচুপ্পমগী কেৰোল (carol) মখল অসিগী ঈশৈ অমনি। ফযেং খুলগী য়াওশঙ মৈ থাববা মতুংদা নিপামচা নুপীমচা ময়াম পূন্না-পূন্না যুম যুমদা শেল নিবা চৎপদা শক্লবা মখাগী ঈশৈ অসি মখল অসিগী খুদম অমা ওইনা লৌবা যাই— "যাম্বা মযুম চঙলুসে/নাকা থেংলুসে/ও লৈতে নুংদে হাযগনো/তৰেৎ শেঙ্গাওনুংদগী/য়া

শেল নীংথিবা/সে লানথোকও।//য়া অঙৌবা শগোল তোংবরা/নিংথৌরেলগী শগোলদি/মমৈ গে গে লাউবনে।//কোংয়াংসে নীংথিরে/লৈসু নীংথিরে/শাবীনা লৈরি লৈশন্না/কোংয়াং লৈনুংশি।//..."। পেরোডি সোং (parody song) হায়না খঙনবা মখলগী ঈশৈদা খুন্নাই-কাঙলুপনা হান্না য়ান্না খঙনদুনা লৈরবা চৎনবী ঈশৈগী নমুনাদা নোক্নবা-করেম্নবা ঈহুল ফোঙদোক্লে। খুদম ওইনা, পাউশা-ঈশৈগী নমুনাদা অঙাংশিংনা মখাগী করেম-কথাইনবা ঈশৈ অসি য়ান্না নুংঙাইনা শক্লেঃ "ইতাখোই খোইনৌখোই/কুমসি অরা লাক্লগা কদোম কদোম চেনসিবা?/খাংঙবোক্তা চেঙদাইসি/লাইথরোই চাকখাঙসি।/..."। ননসেন্স সোং (nonsense song) হায়না খঙনবা মখলগী ঈশৈশিংদা অর্থ থোক্তবা, ওন্নতৈনবা মানবা ৱাফমশিং পুন্না হাপচিন্দুনা শক্লে ("দোন দোন দোলাইয়ি/খৎসু খত্তে দোলাইয়ি")।

## ফোক বেলেড

### (খুন্নুং লীরোলশৈ)

করিগুম্বা থৌদোক অমদা মপুং ওইবা মীৎয়েং থম্বা ৱারী পরিং নাইবা ঈশৈবু 'বেলেড' (ballad) হায়না খঙনৈ।[২৭] কনাগুম্বা মীওইশিংনা মশানা লেংদুনা পুথোক্লরকপা অইবা বেলেডশিংদগী (খুদম ওইনা, Keats কী La Belle Dame Sans Merce, a Ballad, অসিনচিংবদগী) তোখাইনা খঙননবগীদমক খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংদা চৎনবী ওইনা চীনবুংদা লৈবা বেলেডশিংবু 'ফোক বেলেড' হায়না কৌনৈ। মসিবু ট্রেডিসনেল বেলেড (traditional ballad) নৎত্রগা পোপুলর বেলেড (popular ballad) হায়নসু খঙনৈ। মসিবু খুন্নাই মনুংদা শক্লবা ৱারীগী মরোল নাইবা ঈশৈনি হায়দুনা মণিপুরীদা 'খুন্নুং লীরোলশৈ' হায়না খঙনবা য়াই।[২৮]

ফোক বেলেডপু 'পোপুলর বেলেড' হায়না মশক তাক্লদুনা ক্রেপনা হায়রম্মীঃ পোপুলর বেলেড হায়বসি কনাগুম্বা হীরো অমনা পাঙথোকপা মরু ওইবা থৌদোকশিংবু ঈশৈগী সুর-শাজৎ মতাদা লৌশিন্দুনা শৈথাবা, হৌরকপা নৎত্রগা মথাঙ চৎলকপদা মীয়ামগী ওইরবা, অমদি চীনবুংদা শন্দোক্লবগীদমক চুনহল্লবা ৱারী নাইবা অচম্বা শৈরেংনি।[২৯]

ফোক বেলেডপু 'ট্রেডিসনেল বেলেড' কৌদুনা ব্রনভাণ্ডনা (১৯৭৮ ইং) হায়রম্মীঃ ট্রেডিসনেল বেলেড হায়বসি করিগুম্বা ৱারী অমা লীবা—ৱারী-পরিং নাইবা ফোকসোংনি।[৩০]

[২৭] Maud Karpeles, *An Introduction to English Folk Song* (London: Oxford University Press, 1973),p.39:

.. the ballad may be defined as 'a narrative song in which the action is focused on a single episode.'

[২৮] অরিবা মণিপুরী লাইরিকশিংদসু থাবলচোংবদা শক্লবা ৱারীগী মরোল নাইবা ঈশৈবু 'থাবল লীরোল' নৎত্রগা 'থাবল লীরোলশৈ' হায়না খঙনরম্মী।

[২৯] Alexander Haggerty Krappe, *The Science of Folklore* (London: Methuen, 1930), p. 173:

The popular ballad is a single narrative poem relating epic events as seen through the medium of a lyrical temperament, popular in origin or by transmission, and fitted for oral circulation.

[৩০] Jane Harold Brunvand, *The Study of American Folklore* (1968; 2nd ed. New York· W.W. Norton, 1978), p. 176:

A traditional ballad is a narrative folk song–a song that tells a story.

অঙ্গ্রেজীগী ballad হায়বা ৱাহৈ অসি লেটিনগী ballare (জগোই শাবা) হায়বদগী লৌখিবনি, অমদি ৱাহৈ অসিনা অহানবদা জগোই শাবগী ঈশৈ মখল অমা খঙনরম্বা য়াই। ব্রিটেন (Britain) দা মতম অমদা বেলেড খরদি জগোইগা লোয়ননা শক্লরম্মী, ফেরো (Faroe) ঈথংশিংদদি হৌজিক ফাওবা বেলেড খুদিংমক জগোই শারগা শক্লরি। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা হৌজিক বেলেডকা জগোইগা শাগোম্নদ্রে।

ফোক বেলেডকী তোপতোপ্পা মপুং ওইবা শাজৎ কয়ামরুম লৈ। ফোক বেলেড হায়বসিদা তঙাইফদনা পরিং নাইবা ৱারীগী মশক অমা য়াওই; ঈশৈগী অহৌবদগী অরোইবা ফাওবা চুমদ্রিং চৎপা অচম্বা ৱারী ওইগদবনি। ৱাবী অসি মপুং ওইবা অচৌবা থৌদোক অমখক্তগী মবমদা ওইগদবনি। ৱারীগী মচাকশিং ফোকটেল, লেজেণ্ড, মিথ অমদি ওরেল হিষ্টরিনচিংবা খুন্নাই-কাঙলুপ্পা হান্না খঙনরবা ৱারীদগী লৌথোকপা ওইগদবনি। ৱাবী অসিনা বেলেডকী অহৌবদা চঙলকপা মতমদা ৱারীগী মাযওল নীংথিনা তাকপা ঙম্লবা মতাং অমদগী খংহৌ-হৌরগা পোলোই তম্না খোঙজেল যাঙনা চঙশিল্লি। ৱাবী অসিদা থবক-থৌবম (action) না মপুং ওই। থবক-থৌবমশিং অসি অযাম্বা মতমদা যাম্না ড্রামাটিক ওইঃ ইথা-থাজদনা থোক্লকপা-ঙাক ওইনা তৌই অমদি হকথেংনবা ৱাবী-ৱাতাই (dialogue) না যাম্না তোয়না শৌগৎলি। ৱারী পরিংদা কবিগুম্বা থৌদোকশিংনা খংচোং-খংচোং চোংই অমদি করিগুম্বা থৌদোক-শিংনা ঈংনা শন্দোক্লা শৈথাদুনা চথে। ৱাবীগী প্লোটনা য়াঙনা ক্লাইমেক্স য়ৌনবা হোৎনৈ অমদি অযাম্বা মতমদা ক্লাইমেক্সতা লোইশিল্লি।

ফোক বেলেড হায়বসি শক্লনবা ঈশৈনি। ঈশৈ অসি অয়াম্বা মতমদা যন্ত্রগা শাগোম্লে, চৎনবী সুবশিংদা শক্লে। মসিদা সুরগা ৱাবীগা ৱাবীনা মপুং ওই।

ফোক বেলেড হায়বসিদা থৌদোকশিংগী মহৌশা ওইবা মতৌ ঙাক্লবা হোৎনবদা খুৎশেমগী ওইবা কলাত্মকতাগী মফম লৈতে। লোনগী মহৌশা ওইবা শক্তম ঙাক্লবা হোৎনবদা অখন্ননা শেম্বা অলঙ্কারশিংগী মফম লৈতে। মসিদা মহৌশাদগী চৎনবী ওইনা লাক্লবা, হঞ্জিন-হঞ্জিন তোৎন-তোয়রবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং, প্রমাণ-পাম্বৈশিং, অলঙ্কারশিং, শৈথাশিং অমসুং থৌদোক-ফিভমশিংবু হঞ্জিনবী মান্নবা মওঙ (stereotype) দা হন্না-হন্না শীজিন্নৈ। অসুম্না মান্ন-মান্ননা হন্না-হন্না ফোর্মুলাগী মশক্তা শীজিন্নবগী (ballad drift কী) মওঙশিং অসি বেলেড মশা অমতগী মনুংদা ওইবা য়াই নৎত্রগা তোঙান-তোঙানবা বেলেডশিংদা ওইবা য়াই। চৎনবী শৈথারোলদা ঈশৈগী পরেংশিং অমসুং থৌদোকশিংবু হন্না-হন্না শৈথাবগী—রিপিটিসন অমদি ইনক্রিমেন্টেল রিপিটিসন্নচিংবা শীজিন্নবগী—মওঙসু

বেলেডশিংদা যাম্না তোযনা য়াওই। ঈশৈ মখল অসিদা ছন্দগী মশক অচম্বা-ঙাক শীজিন্নে, শৈরেং-খোঙফমগী মতোন্তাবা খোম্লোক মান্নবা (rhyme) অসিনচিংবগী তঙাইফদবা লৈতে। মসিদা শৈতুপ (stanza) খায়বগী চৎনবী লৈতে। কবিগুম্বদা হৃঙ্কিনবা খোঙফম (refrain) গী মশক যাওই।

ফোক বেলেড হায়বসিদা অশৈবগী পুক্নীংগী ঈহুল ফোঙদোকপা মতাং থোইনা য়াওদে, ৱাবীগী থৌবম-থৌদোক উৎপনা ঈশৈ মখল অসিগী খ্বাযদগী মরু ওইবা পান্দমনি। ঈশৈদা য়াওবিবা মীশক, পোৎশক অমদি থৌদোক্কী মবমদা অশৈবনা মহাক্কী মত পীবা তাববসু মদু অপৌবা মখলগী অমসুং খুন্নাই-মীযাম্না য়ানগদবা মওঙগী ওই। ঈশৈদা যাওবিবা কেবেক্টব (চবিত্র) খুদিংমক মযাম্না খঙনববা 'টাইপ' (type) কী মশক ওই। কেবেক্টবশিং অসিগী মবমদা বেলেডকী অশৈবনা অযাম্বা মতমদা মীচঙ চঙদে, মহাক্কী খুন্নাই-কাঙলুপকী চৎনবী ৱাখলগী মতুংইনবনি। ঈশৈ মখল অসিদা অশৈবনা কৈদৌনুংদসু ফিদম নৎত্রগা পাউতাক্কী মশক ফোংনা হাপতে, হাপ্পা তাববসু ৱাবী-পবিং মনুংদা মশক লোৎনা হাপই— ঈশৈ তাবিবশিংনা মবন্নাই ওইনা খঙজে।

ফোক বেলেডকা ফোকসোংগা খেন্নবা কযামরুম লৈ। বেলেডকী ঈশৈ হৌবদগী লোইবা ফাওবদা ৱাবী পবিং অমা মযেক শেংনা য়াওই। ফোকসোংদা পবিং নাইবা ৱাবী যাওদে, পুক্নীং ঈহুল ময়েক শেংনা য়াওই। বেলেডকী বর্ণনশিং ওবজেক্টিব ওই, ফোকসোংগী বর্ণন্দি অযাম্বা মতমদা সবজেক্টিব ওই। অশৈবগী 'ঐ' হায়বা ৱাফম বেলেডতা যাওদে, ফোকসোংদদি ময়েক শেংনা য়াওই। 'কমনপ্লেস' হায়বদি স্টেবিওটাইপ ওইবা লোনগী মওঙ বেলেডতা য়াম্না শীজিন্নে, ফোকসোংদা থোইনা শীজিন্নদে। থৌদোক অমবু নৎত্রগা দৃশ্য অমবু শন্দোক্না বর্ণন তৌবগী মশক ফোকসোংদা থোইনা য়াওদে। বেলেডতা অন্ত্যানুপ্রাস (end rhyme) কী তঙাইফদবা লৈতে, ফোকসোংদদি মসিগী মফম চাউনা লৈ। স্টেঞ্জা খায়বগী মওঙ বেলেডতা মযেক শেংদে, ফোকসোংদা মযেক যাম্না শেংই। বেলেড অযাম্বা চাং নাইদবা খোঙফমগী ছন্দ (irregular meter) দা শক্লৈ, ফোকসোংদি অযাম্বনা চাং নাইবা নৎত্রগা চাং নাইবপ তৌবা খোঙফমদা শক্লৈ।

ঈশৈ ওইবা ফোক লিটরেচবগী মনুংদা মালেমগী অখঙ-অহৈশিংনা অঙনবা মতমদগী হৌনা খ্বায়দগী য়াম্না নৈনবসি বেলেড হায়বসিনি। বেলেডকী মশক-মওঙ, খুৎই, হৌবকপা, চাওখৎলকপা, অসিনচিংবা ৱাফম কযা মখোয়না য়াম্না শন্দোক্না থিজিল্লি। নোংচুপ্পমগী স্কোলাবশিংগী মতুংইন্না খ্বায়দগী ঙনবা পোপুলব বেলেড—Judas কী ঈশৈ—১৩ শুবা

শতাব্দীগী অথেঙবদা শরুখি। ফোক বেলেডকী 'গোল্ডন এজ' খৃষ্টগী ১৮শুবা শতাব্দীনা ওইখি।

মতৌ করম্না মালেমদা বেলেড হৌরকখিবগে হায়বগী মরমদা নোংচুপ্লমগী স্কোলারশিংনা তোঙান-তোঙানবা মত কয়া পীনদুনা য়াম্না কন্না মরৈ য়েৎনখি। হৌরকফম থিবগী বিষয় অসিদা মখোয়না কন্না মরৈ য়েৎনখিবদু 'বেলেড ৱার' (Ballad War) হায়না ঙসিফাওবা খঙনরি। য়াম্না শন্না, 'বেলেড ৱার' অসিগী মত অহুম থোক্লা খায়বা য়াইঃ কম্যুনেল থিওরী, ইণ্ডিভিজুয়েল থিওরী অমসুং কম্যুনেল রিক্রিয়েসন থিওরী। আমেরিকাগী ফ্রান্সিস গুম্মরে (Francis B. Gummere) না লুচিংবা কম্যুনেলিষ্টশিংগী মত মতুংইন্না বেলেড হায়বসি খুন্নাই-কাঙলুপকী মীওই ময়াম্না জগোই শানা-শানা পুন্না, অমগী শরুক্তা অতৈ ময়াম্না অমুক-অমুক মথং-মথং শরুক খর-খর মথংশিংনা হাপ্পদুনা, মথংশিংনা শরুবা ঈশৈ-শরুকশিংদগী হৌরকখিবনি। আমেরিকাগী লুইসি পাউণ্ড (Louise Pound) না মকোক ওইবা ইণ্ডিভিজুয়েলিষ্টশিংগী মত মতুংইন্নদি বেলেড হায়বসি শিনফম নাইবা অশৈবশিং (minstrels) না মরন্নাই-মরন্নাই ওইনা লেংখিবা ঈশৈশিংদগী হৌরকখিবনি। আমেরিকাগী ফিলিপ্স বেরি (Phillips Barry) নচিংবা কম্যুনেল রিক্রিয়েসনিষ্টসিংগী মত মতুংইন্না বেলেড হায়বসি খুন্নাইগী থাক খুদিংমক্তা কনাগুম্বা মীওই অমখক্তনা নৎত্রগা অনী-অহুমথক্লা মথন্নতা নৎত্রগা পুন্না লেংদুনা শকচবনি অমদি মখোয়গী ঈশৈ অদু খুন্নাই-কাঙলুপ্না য়াদুনা চীনবুংদা অতৈ অশৈবশিংনা মখোয়গী অপাম্বা মতুংইন্না হুন্না-হন্না শেমদোক-শেমজিন কয়ামরুম তৌদুনা মথংশিংনা শরুখিবনি; মরম অসিনা, অয়াম্বা বেলেডকী অহৌবা অহানবা মশক (prototype) পুথোকপা ৱানা থোকই। হৌজিক্কী মতমদা কম্যুনেল রিক্রিয়েসনগী মত অসি অখণ্ড-অহৈ অয়াম্বনা য়ানরি।

নোংচুপ্লমদা ইহান-হান্না কাঙলোন নাইনা বেলেড খোম্বা হৌখিবসি আমেরিকাগী হার্ভার্ড য়ুনিভর্সিটি প্রোফেসর চাইল্ড (Francis James Child) নি। মহাক্কী অচৌবা ভোল্যুম মঙাগী লাইরিক *The English and Scottish Popular Ballads* (1882-1898) তা লাইরিকশিংদগী খোমজিনবা ফজবা বেলেড ৩০৫ খক নৈনবা ৱারোলশিংগা কোন্নলা ফোঙখি। মহাক্কী বেলেড ৩০৫ অসিবু 'চাইল্ড বেলেডস' হায়না ঙসিফাওবা খঙনরি অমদি বেলেডকী কাঙলোন-ফিদম (canon) ওইনা লৌনরি। প্রোফেসর চাইল্ডনা খোম্লম্বা বেলেডশিং অসিবু অরিবা 'ব্রিটিশ ট্রেডিসনেল বেলেড' শিংনি হায়না লৌনৈ। চাইল্ড বেলেডশিং অসিগী মতৌ তমদুনা নৌনা লেংবা বেলেড কয়া-কয়া ব্রিটেন অমসুং আমেরিকা

অনীমক্তা মতম খর লৈরগা অপাকপা চেবাং অমমমদা পাক্লা-পাক্লা ছাপা নমদুনা কৈথেলগী সডক মপান্দা থাদুনা য়োন্নরকখি। অনীশুবা বেলেড মখল অসিবু 'ব্রিটিশ ব্রোডসাইড বেলেডস' হায়না খঙনৈ। ১৯ শুবা শতাব্দীগী অকোনবা তংখায়দগী আমেরিকাদা মখোযগী লমদমগী ওইবা বেলেড কয়ামরুম লেংদুনা শকপা হৌনখি। আমেরিকাদা লেংদুনা শরুবা বেলেড মখলসিবু নোংচুপ্লমগী স্কোলারশিংনা 'নেটিভ আমেবিকান বেলেডস' হাযনা খঙনৈ।

বেলেডকী বিষয়শিং য়াম্না পাক-শল্লি। পৃথিবীগী ওইনা বেলেডকী মখল খায়দোকপা মওঙশিং তোঙান-তোঙাল্লি। চাইল্ডনা খোল্লম্বা ট্রেডিসনেল বেলেড ৩০৫ বু হোডগার্ট (M.J C. Hodgart) না মখল মঙাথোক্লা খাযদোক্লম্মীঃ

১। পৃথিবীগী ওইবা ফোকসোংগী মান্নবা পূকৈদা য়াওবা বেলেডশিং ঃ

(ক) মেজিক্কী বেলেডশিং

(খ) রোমান্টিক অমসুং ট্রেজিক ওইবা বেলেডশিং

২। অথেঙবা মযাযথংবা যুগকী মিনস্ট্রেলশিন্দগী লৌবা বেলেডশিং

৩। নিংথৌগী থৌগল্লোই ওইবা মিনস্ট্রেলশিংগী বেলেডশিং

৪। হিস্টৰিগী ওইবা বেলেডশিংঃ

(ক) মপূং ফানা হিষ্টবিকেল ওইবা, থাঙ্গৈশেংবা লৈবাক অপূম্বগী ওইবা থৌদোকশিং শৈথাবা

(খ) সেমি হিস্টবিকেল ওইবা মযেক শেংফাওবা অপিকপা অমদি লম লমগী ওইবা থৌদোকশিং শৈথাবা

৫। কোমিক সোংশিং।[৩১]

নোংচুপ্লমগী মশক নাইবা ট্রেডিসনেল বেলেড খবগী মমিং পল্লবদা, মেজিক্কী বেলেড 'The Three Ravens' (Child 26), রোমান্টিক বেলেড 'The Gypsie Laddie' (Child 200), ট্রেজিক বেলেড 'Lord Randall' (Child 12), বিলিজিযস বেলেড 'Judas' (Child 23), হিষ্টবিকেল বেলেড 'Sir Patrick Spens' (Child 58), সেমি-হিষ্টবিকেল আউটলো বেলেড 'Robin Hood and the Monk' (Child 119), কোমিক সোং 'Sir Lionel' (Child 18), অসিনচিংবা পনবা যাই। নোংচুপ্লমগী বেলেডশিং

[৩১] M J C Hodgart *The Ballads* (London Hutchinson House 1950) p 14 বেসিক ওইজববসু 'out of date' ওইববা G H Gerould গী *The Ballad of Tradition* (Oxford Clarendon Press, 1932) গী British supplement

অসি অয়াম্বনা তেল্লি; খূদম ওইনা 'Lord Randall' স্টেঞ্জা ১০ তনা শাই, যম্না শাংলে হায়নরিবা 'Robin Hood and the Monk' পরেং ৪/৪ গী স্টেঞ্জা ৯০ না শাই। 'Robin Hood' কী বেলেড কয়ামরুম্না শমজিন্নরগা শাবা, প্রোফেসর চাইল্ড মশামক্না 'a popular epic' নি হায়রম্বা 'Gest of Robyn Hode' (Child 117) স্টেঞ্জা ৪৫৬ তনা শাবনি। নোংপোক্লমগী বেলেডশিংদি অয়াম্বনা শাংই।

'২০ শুবা শতাব্দীগী খ্বায়দগী শক্লাইবা বেলেড ইংগেক্সর' হায়না শকখঙনবা পেনসিলভেনিয়া য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর মালকোম লোজ (G. Malcolm Laws, Jr.) না নেটিভ আমেরিকান বেলেডশিং অমদি ব্রিটিশ ব্রোডসাইড বেলেডশিংবু মথংশিংনা মখল মাপল অমসুং নিপাল থোক্না খায়রম্মীঃ

নেটিভ আমেরিকান বেলেডশিংঃ

A. War Ballads (e g., A8 - 'The Texas Rangers')
B. Ballads of Cowboys and Pioneers
C. Ballads of Lumberjacks
D. Ballads of Sailors and the Sea
E. Ballads about Criminals and Outlaws
F. Murder Ballads
G. Ballads of Tragedies and Disasters
H. Ballads of Various Topics
I. Ballads of the Negro[৩২]

ব্রিটিশ ব্রোডসাইদ বেলেডশিংঃ

J. War Ballads (e.g., J1-'The Drummer Boy of Waterloo')
K. Ballads of Sailors and the Sea.
L. Ballads of Crime and Criminals
M. Ballads of Family Opposition to Lovers
N. Ballads of Lovers' Disguises and Tricks
O. Ballads of Faithful Lovers
P. Ballads of Unfaithful Lovers
Q. Humorous and Miscellaneous Ballads.[৩৩]

[৩২] G. Malcolm Laws, Jr., *Native American Balladry* (1950; rpt. Philadelphia: American Folklore Society, 1964)

[৩৩] G. Malcolm Laws, Jr., *American Balladry from British Broadsides* (Philadelphia: American Folklore Society, 1957).

থৌদোক (event) নৎত্রগা বিষয় (theme) গী মতুংইন্না বেলেডকী মখল খায়বা মওঙ মালেমগী ওইনা য়াম্না চৎনৈ। মওঙ অসিদা মণিপুরী বেলেডশিংগী মখলশিং চাউরাক্না মখাগী অসুম্না খায়দোকপা য়াইঃ

মিষ্টিক বেলেড (mystic ballad) নৎত্রগা রিলিজিয়স বেলেড (religious ballad) হায়বসিদা লাই-তীনশিং অমদি লাইগুম্নবা মীশকশিংগা মরী লৈনবা অঙকপা-অথুপ্পা থৌরম-থৌদোকশিং শৈথাবা ৱারীশিং য়াওই। লাই-তীনগী অমদি যাদু-মন্ত্রগী মপাঙ্গল শাগোন্নে হায়না থাজনবদগী বেলেড মখল অসি অয়াম্বনা ধর্ম্মগী ওইবা লাইথৌ-তীনথৌশিংগী মতমদা লাইমাওদা নৎত্রগা ধর্ম্মগী কুম্মৈ-ফিয়োংদা তেংথাবোল ওইনা শক্লে ('নুমিৎ কাপ্পা')। হিষ্টরিকেল বেলেড (historical ballad) তা ইতিহাসকী ওইবা থৌদোকশিং, নিংথৌশিং অমদি হীরোশিংগী ৱাবী শৈথানৈ ('জিলা দরবার')। লভ বেলেড (love ballad) তা নৎত্রগা রোমান্টিক বেলেড (romantic ballad) তা শাবী-শানৌগী নুংশি-নুংওলগী ওইবা ৱাবী শক্লে। পৃথিবীগী লভ বেলেড অয়াম্বদা অৱাবা পোলোই (tragic end) ওই। খুন্নাই-কাঙলুপ খুদিংমক্তা অতৈ বেলেডশিংগা চাংদম্নবদা লভ বেলেডনা খ্বায়দগী মশীং যামগল্লি। বেলেড মখল অসিদা খুন্নাই-কাঙলুপকী শাজৎ-শাওঙ, অনীংবা-অপাম্বা অসিনচিংবা যাম্না মযেক শেংনা উবা ফংই ('হাওবা-কোনু')। হীরোইক বেলেড (heroic ballad) তা ইতিহাসকী নৎত্রগা নংশি-নুংওলগী মচু যাওদনা চুম্না মযেক শেংনা খুল্লক ইরক্কী থৌনাফবা অথৌবশিংগী ৱাবী শৈথাই। ঙমখৈ-লম, লমহাঙ-লমজাউ, উমং, সমুদ্র, অসিনচিংবা অচিকপা মফম কযাদা মীনা খঙবিদনা পাঙথোকখিবা শা-লান অমদি থৌনা লিংজেল ফবগী থৌদোকশিং বেলেড মখল অসিদা শৈথানৈ। মীতৈগী 'চাযনবোল' গী ঈশৈশিং হীরোইক বেলেডশিংগী মনুংচনবা যাই।এপিক বেলেড (epic ballad) তা খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংগী নৎত্রগা অতোপ্পা খুন্নাই-কাঙলুপকী মহাকাব্য (epic) দগী লৌথোকপা ৱারী শৈথানৈ। মখল অসিগী বেলেড অয়াম্বদা মহাকাব্যগী মপাঙ্গল লৈবা কল্পনাগী মশক অমদি পাউতাক য়াওবা ৱারীগী চিং-লেম্বা মতৌ যাওগল্লি ('সীতা বনবাস')। ফ্লোরা বেলেড (flora ballad) তা লৈ-শুনচিংবা পাম্বী-শীংবী কয়াগী হৌরকফম ৱারী, মখোয়গী ফজবা মশক-মওঙ, কান্নবা মগুণ, অসিনচিংবগী মরমদা শন্দোক্না শৈথানৈ ('কাকলৈগী লৈবোল')। ফোনা বেলেড (fauna ballad) তা অখন্নবা শা-উচেকশিংগা মরী লৈনবা অশাংবা ৱারী শৈথানৈ। বেলেড মখল অসিদা শা-উচেকশিং অদুনা তাইবং মীগুম ৱারীগী নাযক-নাযিকা ওই ('মোইরাং শা')।

ফোকলোরগী অতৈ মচাকশিংগুম ফোক বেলেডনসু খুন্নাইদা মথৌ কয়ামরুম পাঙথোকই। মীয়াম পুন্দুনা অৱাবা পোখাবা মতমদা নৎত্ৰগা তঙাইফদবা থৌরম-থৌদোক পাঙথোকপা মতমদা বেলেডনা ৱারী অমসুং ঈশৈ অনীমকপু পুন্না শ্রোতাশিং (listeners) দা তাহন্দুনা পুক্নীং হরাও-নুংঙাইবগী অমদি অৱা-পোখোকপগী পান্থৈ ওই। শ্রোতাশিংগী পুক্নীংদা ৱারীগী চরিত্রশিংগী অৱা-নুংঙাই ফাওহন্দুনা অমদি ৱারীগী অৱা-পোলোইগী মিনুংশি অমসুং অকিবা পোকহন্দুনা বেলেডনা খুন্নাইচাশিংবু খুন্নাইগী চৎনবী কাঙলোন-শিংগা চুশিন্নহনবদা তেংবাংই। ৱারীদা শৈথারিবা পোৎলম, থৌরম-থৌদোক, শাজৎ-শাওঙ, অসিনচিংবা কয়ানা মনুং হকচিন্না খুন্নাই-কাঙলুপকী নাৎকী মশক তাক্লুনা শ্রোতাশিংদা অনৌবা লৌশিং কয়া পী। অমরোমদা, বেলেডনা তাইবং মীগী হোংদুনতা লৈবা লীলা-ফম্বাক্তা নীংশিংনিংঙাই ওইবা থৌরম-থৌদোকশিংগী ৱারী লীদুনা খুন্নাইচাশিংদা দরকার ওইবা শিক্ষা পীবগী অচৌবা থৌদাং অমা লৌই।

# ফোক এপিক

## (খুনুং লীরেলশৈ)

এপিক (epic) কী দিফিনিস পীরদুনা বাওরা (C.M. Bowra) না হায়রম্মীঃ খ্বায়না য়ানবা মওঙদা এপিক শৈরেং হায়বসি চীং-লেম্বা অমদি মরু ওইবা থোইদোকপা মতৌ অমা শাগোন্নবা থৌদোকশিংবু শৈথাবা অমদি থোইদোক্লা লানগুম্বা অকনবা থবক-থৌরম পাঙথোকপা থবক্কী পুন্সিদগী থোক্লকপা খরমখৈ শাংবা ৱারী অমনি।[৩৪]

ফোক এপিক (folk epic)কী মশক তাক্লদুনা ওইনাস (F.J. Oinas)না হায়রম্মীঃ ফোক (নৎত্রগা ওরেল) এপিক ঈশৈশিং হায়বসি থোইদোক-হেন্দোক্লবা মীওইশিংগী অকিবা খঙদবা থৌনাগী থৌরম-থৌদোকশিংবু শৈথাবা, ফোর্মুলা শীজিন্নবা অমদি লৈতেং য়াম্না তৌবা মওঙগী ৱারী নাইবা শৈরেংশিং অদুনি।[৩৫]

হৌজিক্কী মতমগী মালেমগী শক্লাইরবা অখঙ-অহৈ অনীনা পীরমল্লিবা মিঙ্গৌরোল (দিফিনিসন) অনীসিদগী ঐখোয়না শেংনা খঙবা ঙম্লে মদুদি ফোক এপিক হায়বসি অরিবা মতমগী মীথোই-মীহেন অমগী থোইদোকপা থৌনা-পাঙ্গন্নচিংবা উৎপা ৱারীবু চাউ-শাংবা, চীং-লেম্বা অমদি চৎনবী মওঙদা থোইদোক্লা নীংথিজবা চীনবুং ঈশৈ ওইনা শক্লবা শৈরেংনি।

ফোক এপিক হায়রিবা শৈরেং মখল অসিবু চাউ-শাংবা শৈরোল, তোপতোপ্লা মতীং লৈবা ৱারী, মপাঙ্গল-মথৌনানচিংবগীদমক মমিং চৎপা মীওইশিংগী ফজবা লমচৎ-শক্তম, অপূনবা নাৎ তাকপা অৱাংবা পান্দম, পুক্নীং হুবা শৈজন-শৈশক, চৎনবী ওইনা লৈরবা শৈথারোল, অসিনচিংবা থোইদোকপা মহৌশা ওইবা গুণশিংগীদমক মালেমগী মীয়াম

---

[৩৪]C.M. Bowra, *From Virgil to Milton* (1945; rpt. London: Macmillan, 1967),p.1: An epic poem is by common consent a narrative of some length and deals with events which have a certain grandeur and importance and come from a life of action, especially of violent action such as war.

[৩৫]Felix J. Oinas, 'Folk Epic,' in *Folklore and Folklife: An Introduction*, ed., R.M. Dorson (Chicago: Univ. of Chicago Press, 1972), p. 99: Folk (or oral) epic songs are narrative poems in formulaic and ornamental style dealing with the adventures of extraordinary people.

খুদিংনা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা চীনবুংগী শৈরেং মখল পুন্নমক্কী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা ওইনা লৌনরকই।[৩৬]

ঙসি 'ফোক এপিক', 'এপিক আফ গ্রোথ' নৎত্রগা 'ওরেল ট্রেডিসনেল এপিক' হায়নরিবা ৱারী নাইবা অশাংবা চীং-লেম্বা নীংথিজবা 'অথোইবা' চীনবুং শৈরেংগী মশক অসি মালেমগী থোইদোক্লা ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা চুম্না 'এপিক' তমক হায়রগা খঙনরম্মী। ঙসিসু অখঙ-অহৈ কয়ামরুম্না ফোক এপিকপু চুম্না 'এপিক' তমক হায়নসু কৌনৈ। অকক্নবা কবি অমনা অইবা ওইনা লেংবা 'আর্ট এপিক' কী (Virgil গী *Aeneid,* Spenser গী *Faerie Queene,* Milton গী *Paradise Lost,* অসিনচিংবগী) মশক্তগী তোঙান্না চীনবুংদা লেংবা অমসুং শকপা এপিক্কী মশক খঙহন্নবগীদমক ঙসি 'ফোক এপিক' নৎত্রগা 'ওরেল এপিক' হায়বা মিঙ্গৌ অসিবু থোইনা পান্নে। 'এপিক' হায়বা মিং অসি চীনবুংগী ওইবা 'ৱাহৈ', 'ৱারী', 'শৈরেং' খঙনবা 'epos' হায়বা ৱাহৈদগী ওইখিবা গ্রীক ৱাহৈ 'epikos' তগী থোরকখিবা ৱাহৈনি। মরম অসিনা, লাইরিক ময়েকপু চুম্না ৱারোল ইশিন্নবগী নত্তনা শৈরেং-শৈজনগীদমক শীজিন্নদ্রিবা, মচিনঙৈগী মতম অদুদা 'এপিক' হায়রগা চীনবুংদা 'ৱাহৈ' ওইনা শক্লবা 'ৱারী' ওইবা চাউ-শাংনা নীংথিজবা 'ঈশৈ' বু খঙনরম্মী।

ফোক এপিক্কী শৈরোল (theme) খুন্নাই অমগী থোইদোক্লা তাঙনা থমজবা অথোইবা ৱারীশিংনা ওই। ৱারীশিংগী মনুংদা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বীশিং, লাইগী শক্তি চেনবা নৎত্রগা লাইনা তেংবাংবা মীওইশিং, খুন্নাইগী নাৎকী মচাক শেমগৎ-শাগৎখিবা মীশকশিং, খুন্নাইনা লুনা-কিন্না তৌনবা শা-উচেকশিং, লৈবাক্কী পুৱারীদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা থৌনা-ফৰশিং, অসিনচিংবগী নীংশিংনীংঙাই ওইবা থৌরম-থৌদোকশিংনা মপুং ওই। ৱারীগী থৌরম-থৌদোকশিং অসিবু কুইরবা মাওলমচৎকী মতমদা মিথ, লেজেণ্ড নৎত্রগা হিষ্টরিগী মশক্তা অশেংবা থোকখিবা ওইনা খুন্নাইচাশিংনা থাজনৈ। মখোয়না যুগ কয়াগী থাজবী চৎনবী ওইবা ৱারীশিং অসিবু পুক্নীং চঙনা ঙল্লিবমখৈ চাউ-শাংনা চম্না নীংথিজনা শেমগত্তুনা ৱারীগী মনুংদা মখোয়গী খুন্নাইগী পুন্সি-মমলগী মশক ওইবা ফিদম অমদি অপাম্বা পুন্নমকপু শুপ্না হাপ্নবা হোৎনৈ। শৈরেং মখলসিগী ৱারীবু মখোয়না খোয়দাজবা হীরো (hero) গী পাক-শনবা ৱারী ওইহনবতা নত্তনা মখোয়গী খুন্নাইগী পুন্সি-মরেলগী মপুং ফারবা ৱারী অমসু ওইহন্নবা হোৎনৈ। অসুম্না মচীন অনী লোঙবা, খুন্নাই অমদি নাৎকী মীৎয়েংদা

[৩৬]ৱারী নাইবা অথোইবা ঈশৈনি হায়দুনা ফোক এপিকপু মণিপুরীদা 'খুন্নুং লীরেলশৈ' হায়না খঙনবা য়াই।

থোইদোক্লা মমল য়াম্বা, চাউ-শাংবা, অমসুং মতীং লৈবা রাবীগী অথোইবা ঈশৈ—লীরেলশৈ—গী মশক্তা মালেমগী মফম পুম্নমক্তা খুন্নাইচাশিংনা মখোয়গী ফোক এপিকশিংবু মতম পুম্নমক্তা খ্বায়দগী লুনা তৌই।

পৃথিবীগী ফোক এপিক্কী রাবী অয়াম্বা মপাঙ্গল-মথৌনা ফবা মীওইশিংগী থৌনাগী রারী ওই। মরম অসিনা ফোক এপিকপু 'হীরোইক এপিক' হায়নসু কৌনৈ। এপিকপু হীবোইক পোইত্রিগী মশক্তা চেডরিক্কশিং (H.M. Chadwick, N.K. Chadwick) অমদি বাউরা (C.M. Bowra) নচিংবনা য়াম্না মমুৎতানা নৈনৈ। শৈরেং মখল অসিদা তাইবং মীগী মহৌশা ওইনা চেনবা হৌনবা চাংদগী থোইদোক-হেন্দোকপা মপাঙ্গল-মথৌনা চেন্নবা মীওইনা রাবীগী হীবো (নায়ক) ওই। মশাগী মপাঙ্গল-মথৌনাবু মহাক্লা অয়াম্বা মতমদা লাই-তীনগী, লৈবাক্কী, খুন্নাইগী অমদি নাৎকী যাইফন্নবা হোৎনবদা শীজিন্নৈ নৎত্রগা নুংশি-পম্বুং তানবদা শীজিন্নৈ। মশাগী নুংশি-পম্বুং তানবগী ওইববসু মঙোন্দা অনেম্বা, মশাগী ওইজবা তানবনচিংবগী রাখল্লোন থক যাওদে। অফবা অথোইবা গুণতনা মঙোন্দা তিল্লি। মহাক্কী লমচৎ শাগৎপদা অশৈবগী কল্পনাগী শরুক চঙখিবা থোক্লবসু মীশক অমা ওইনা মপুংদা, যাম্লা ওবজেক্টিভ ওইনা, মহাক্লা খুন্নাইগী চৎনবী ফিদম ওইবা থোইদোকপা অপাম্বা কযাগী অপূনবা মশক ওই। মসিমক্লা, মহাক্কী অথোইবা লমচৎপু মহাক্কী অকোয়বদা লৈবা মীশক-মীওই কয়ানা যোমশিন্দুনা শৌগৎলি। মহাকপু খুন্নাইগী চৎনবীশিংনা য়াই, খুন্নাইগী অপাম্বশিংগী মহাক্লা মহুৎ শিল্লি। মহাক্লা খুন্নাইগী নাৎ শাগৎপা মীশক 'কলচব হীবো' (সংস্কৃতি পুরুষ) ফাওবা ওই। মহাক্কী লমচৎ-শক্তমদা মরন্নাই ওইবা মহাক্কী পুক্লীং-ঈহুলগী মমল থোইনা লৈতেঃ মহাক্কী ঈহুল অমদি রাখল-শাজৎ খুদিংমক্লা খুন্নাইগী—নাৎকী—মহুৎ শিল্লি। ফোক এপিক্কী য়াঙলেন-শব্দ মহাক্লা ওই। রাবীগী মতাং-মতাংদা লাইযিংথৌ-লাইবেম্বী কয়াগী তেংবাংনা থবক পাঙথোক্লবসু পুম্নমক মহাক্কী 'তাইবং মী' গী ওইবা শাজৎ-শাওঙগী থাক্তা এপিক অদুনা 'এপিক' ওইরিবনি।

শৈজন-শৈওঙ (style) গী মতাংদা ফোক এপিক্লা চৎনবীবু মপুংফানা ঙাকই। 'এপিক সেরেমোনিয়েলিজম' (epic ceremonialism) নৎত্রগা 'এপিক লোজ' (epic laws) হায়না খঙনবা এপিক লেংবগী কাঙলোন্দা অথোইবা চৎনবী শৈজন-পাম্বৈ ওইবা হজিনবী মওঙ (repetition), চৎনবী শৈথাগী ফোর্মুলা, চৎনবী শৈহৌ-শৈরোই, পাক-শনবা বর্ণন, অসিনচিংবা কয়াবু ফোক এপিক্কী অশৈবশিংনা রারীগী ঈচেল তপথহন্নবা অমদি রারীগী মশক থৌগৎহন্নবা য়াম্না তোয়না শীজিন্নৈ। মখোয়না রারীগী মনুংদা চপ মান্নবা পান্দম

অমবু তোঙান-তোঙানবা থৌদোকশিংদা হঞ্জিন-হঞ্জিন থোকহল্লি (কৈ ফাবগী মনা ওইনা মোইরাং নিংথৌনা চাউববু পেলহন্নবা খম্বদা কংলা ফমথোল মাপল পীবা, মপানা চারম্বা লোইপোৎ চাহনবা, তাংবল লোই ফংহনবা, তোর্বুং থুমখোং অমা পীবা; খম্ববু পেলহন্নবা মবাই ফৈরোইজাম্বদা নম্বোল হঞ্জবা ফমথোল পীবা; থোংলেনবু পেলহন্নবা খম্বনা কোনুং কাবদা দোলাই তোংবা, পজেং ফিরাল থেৎপা অমদি শেকপিন মথোল মরি খনবা য়াহনবা, অরোইবা ওইনা খম্বা-থোইবী লুহোংবিবা) অমসুং চপ মান্নবা থৌদোক নৎত্রগা বাঙাঙ মওঙ অমবু তোঙান-তোঙানবা থৌদোকশিং নৎত্রগা বাঙাঙশিং ওইনা হন্না-হন্না থোকহল্লি (নোংবান্না খম্বদা হায়নীংবা বাঙাঙ অদু চপ মান্নবা মওঙদা নোংবানগী মনাইশিংনা খম্বগী মনাক্তা চত্তুনা চপ মান্নবা নৎত্রগা খজিক্তং থৈনবা বাহৈদা অমুক হায়রুবা)। চৎনবী ফোর্মুলাশিংগী মশক্তা ফোক এপিক্কী অশৈবশিংনা পোৎশক, মীশক, নৎত্রগা থৌরম অমা শৈথাবদা চৎনরকপা মওঙগী মান্নরপ তৌবা বাহৈ-বাতাদা মান্নবা শৈথা শীজিন্নৈ (থাঙ্গ চীংবু শৈথাবদা "কেগে থাঙ্গ কদোং কদাং চীং/ থারম নহা মচিংশোয/উতং কাপ্তু হুইথা চীং/শাগং পরেং থোংবা চীং/লোইমু ফৌরুপ খালৌ চীং/ মশন পাবোৎ থাংবা চীং/ কোলোযনা লোইবী থাঙ্গ চীং" হায়বা চৎনবী শৈথা শীজিন্নবা; পাখং-লৈশাবীগী ফজবা শৈথাবদা অমদি ঈনচিং-লোংখোনবগী থৌরম শৈথাবদা চৎনবী শৈথাশিং শীজিন্নবা), চৎনবী মওঙগী গুণ খঙনবা বাহৈশিং শীজিন্নৈ (মশাগী য়ুম খুদিংমক 'লাযবশঙ' ওইবা, লংজা খুদিংমক 'কাব্রং' ওইবা, নিংথৌকোনগী মীশক-পোৎশক খুদিংমক 'সনা' ওইবা, তোংজৈ খুদিংমক 'থবুং' শাবা) অমসুং চৎনবী মওঙগী প্রমাণ-পাছে শীজিন্নৈ (য়াম্না তোনবা মীবু 'কৈখা পোনবা শা', যাম্না হবাওববু 'তাঙঙম চেঙখাউ ফংবা', লাম্বা ওইবা মীওই-মীতৌ মান্নবা অনীবু 'ঈনখোঙ লীগুম শোযফদা/ হংগেন লীগুম শেম্ফদা/ তান্ন-হিগী মওঙনি' হায়না শৈথাবা)। বাবীগী অহৌবা, অরোইবনচিংবদসু চৎনবী ওইবা মান্নবা শৈহৌ-শৈরোইনচিংবা শীজিন্নৈ (সভাবন্দনানচিংবনা ঈশৈ হৌরগা মিকোন-থাগোন, প্রার্থনানচিংবনা লোইশিনবা)। ফোক এপিক হায়বসি অয়াম্বনা শৈরেংগী মশক্তা লেংনৈ। 'ইলিয়ড' নৎত্রগা 'ওডেসী' গুম্বা 'অশেংবা' (true) এপিকশিং শৈরেংদা লেংনৈ। পৃথিবীগী ওইনা এপিক খর অমদি শৈরেং অমসুং বারেং অনী য়াম্নানা লেংনৈ। অসিগুম্বা মখলগী এপিকশিংদা বারী লীবগী শরুক্কা বারেং ওই; চরিত্রশিংনা মথম্নতা ঙাঙজবা নৎত্রগা মী অতোপ্পা অমগা বারী শানবা মতাং অমদি বাহৈগী লৈতেং য়াম্না হাপ্তুনা থোইদোক্না কেনা হায়বা মতাংনচিংবনা শৈরেং ওই। খুদম ওইনা, কাজাখ এপিকতা বারী লীবগী অয়াম্বা

শরুক রারেংদা, মখল অমগী তালদা, থীরগা মপূং ওইবা চরিত্রশিংগী রা ঙাঙনবা শরুকশিংনা শৈরেং (ঈশৈ) ওইনা শকই।[৩৭] রূসকী 'বিলীনা' (bylina) নৎত্রগা অমদগী হেনবা মশীংদা বিলীনী (byliny) হায়না খঙনবা এপিক খরগীসু রারেংদা থীনবা মশক লৈ।[৩৮] রারেংগী শরুক্না কা-হেন্না য়াম্মনখিবা নৎত্রবদি অমসুং য়াওরিবা শৈরেংগী শরুক্না পূক্নীং-ঈহল অমদি ঈশৈগী অপূনবা মশক অমা শাগৎপা ঙন্নবদি রারেং-শৈরেং য়ান্ননা থীবা-শকপা অচৌবা চীং-লেম্বা রারী খুদিংমক 'এপিক'কী মনুং চনগনি হায়বসি, মালেমগী অখঙ-অহৈশিংনা য়ানৈ।

ফোক এপিক লেংবগী মওঙদি অশৈবনা খুদক-খুদক্কী ওইনা লেংশিনবনা মপূং ওই। মখোয়না করিগুম্বা ফোক এপিক অমবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা রাহৈ-রাহৈগী ওইনা চীনফা পুদে। রারীগী থৌদোক-পরিংতবু মুন্না খঙজিন্নগা পরিং শাগৎলিবা থৌরম-থৌদোক্চিংবগী অকুপ্পা শৈরোলশিংদি মখোয়না ঈশৈ শক্রিবা শৈফম-শৈফম অদুগী মফম, মতম, মীশক অমদি ফিভমগা চুনবা য়েংদুনা চৎনবী ফোর্মুলানচিংবা শৈজন-পাম্বৈ কয়া শীজিন্নদুনা চীনবুংদা খুদক-খুদক্কী ওইনা মথংশিংনা লেংশিল্লি অমদি শকই। এপিক শকপা অশৈবশিংনা চীনবুংদা খুদক-খুদক্তা ঈশৈ লেংনা-লেংনা শকপগী মওঙসি রেডলোভ (V.V. Radlov), পেরি (M. Parry), লোর্ড (A.B. Lord) নচিংবা অখঙ-অহৈশিংনাময়েক শেংনা শন্দোক্না নৈনৈ। ঈশৈ মখল অসি অশৈবশিংনা অয়াম্বা মতমদা ঈশৈগী যন্ত্রগা লোয়নননা শক্লে (খূদম ওইনা, মণিপুরদা 'খম্বা থোইবী' গী ঈশৈ পেনা নৎত্রগা ঢুলোক যন্ত্র য়াওনা শক্লে)। রারীগী মশক্না ম্যুজিক (সঙ্গীত) কী মশক্না তিন্নবা মওঙসি ফোক এপিক্কী তঙাইফদবা শাজৎ অমনি। কবিগুম্বদা, খূদম ওইনা থবক শুবিঙৈদা, ঈশৈ মখল অসি যন্ত্র য়াওদনসু শক্লে। করিগুম্বদা ফোক এপিক্না জগোইগসু শাগোন্নে। ফোক এপিক্কী অশৈবশিং, অয়াম্বা মতমদা, ঈশৈ শকপগী শিনফম নাইনা লৈরবা মীওইশিংনা ওই। পৃথিবীগী ওইনা ফোক এপিক হায়বসি অহানবদা নিংথৌগী অশৈবশিং (মিনস্ট্রেলশিং) না শরুবম্বনি অমদি কাইনথংদা, নিংথৌগী অশৈবা হায়বা তোপ্পা লৈখিদ্রবা মতুংদা, মীয়ামগী শিনফম নাইবা নিপা নৎত্রগা নুপী অশৈবশিংগী মখুত্তা তাহৌবনি হায়না লৌনৈ। রূসতা বিলীনী এপিকশিং

[৩৭]T.G. Winner, *The Oral Art and Literature of the Kazakhs of Russian Central Asia* (Durham, N.C Duke Univ Press, 1958), p 68

[৩৮]Maria Leech, ed , *Standard Dictionary of Folklore, Mythology and Legend* (New York: Funk & Wagnalls, 1949), p 177:

Prose versions of some of the byliny exist, recited rather than sung, preserving the language and figures of the poems, but without their meter

নিপাশিংদা নত্তুনা নুপীশিংনসু শক্লে। অশৈবা-অশৈবীশিং অসিনা ফোক এপিকশিংবু নোংমগী শৈফমদা পূং কয়া চুপ্পা, নৎত্রগা অহিং কয়াগী শৈফম কয়া চঙনা শক্লে।

থিম (বিষয়) গী মীৎয়েংদা পৃথিবীগী ফোক এপিকশিংগী মপূং ওইবা মখল মরি থোক্না খায়দোক্লেঃ শামনিস্টিক (shamanistic), হীরোইক (heroic), রোমান্টিক (romantic) অমসুং হিষ্টরিক (historic)। শামনিস্টিক এপিকশিংদা হীরোনা মহাক্কী অঙকপা থৌরমশিং অদু লাই-তীনগী অমদি যাদু-মন্ত্রগী ওইবা পাম্বৈশিংগী মতেং লৌদুনা পাঙথোকই। মখল অসিগী এপিকতা হীরো অয়াম্বা মেজিসিয়ান (magician) ওই। ফিনলেণ্ডগী কারেলিয়াগী এপিক অয়াম্বা মখল অসিগী মনুং চল্লি। হীরোইক এপিকশিংদা হীরোনা মহাক মশাগী ওইবা থোইদোক-হেন্দোকপা মপাঙ্গল-মথৌনা শীজিন্নদুনা, লান্নচিংবা তৌদুনা, লৈবাক্কী মনুং-মপাল অনীমক্কী য়েরুম্বা মাঙহল্লি। যুগোস্লেভিয়া অমসুং রূসকী এপিক অয়াম্বা মখল অসিগী মনুং চল্লি। রোমান্টিক এপিকশিংদা হীরোইনবু নুংশিবগীদমক ফোঙদোকপা হীরোগী থৌনা-পাঙ্গলনা মপূং ওই। ফিনলেণ্ডগী কাউকামোইনেন (Kaukamoinen) কৌবা হীরোগী বারী ওইবা 'কালেবালা', রূসকী চুরিলো প্লেনকোভিচ (Curilo Plenkovic) কী বারী ওইবা 'বিলীনা' অসিনচিংবসি রোমান্টিক এপিক্কী মনুং চল্লি। মণিপুরগী 'খম্বা-থোইবী' সু রোমান্টিক এপিক অমনি। হিষ্টরিক ফোক এপিকশিংদা ইতিহাসকী মরুওইবা থৌদোক ওইবা থৌনা-পাঙ্গলগী বারীনা মপূং ওই। এপিক মখল অসিদা ইতিহাসকী মশক্লাইবা মীওইশিংনা হীরো ওই। ঈশৈ মখল অসি ইতিহাসকী চপ চাবা মশক নত্তে; ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক নৎত্রগা মীশক অমগী মফমদা খুন্নাই-কাঙলুপ অমনা খল্লিবা রাখল্লোন অদু ফোঙদোকপা ঈশৈনি। খুদম ওইনা, রূসকী জার Ivan the Terrible গী বারী ওইবা বিলীনা এপিক পনবা য়াই।

পৃথিবীগী মরুওইবা ফোক এপিকশিংগী মনুংদা গ্রীসকী অশৈবা হোমর (Homer) না চীনবুংদা হায়দুনা ইহনবা 'ইলিয়ড' (Iliad) অমসুং 'ওডেসী' (Odyssy) বু খ্বায়দগী অহানবা ওইনা লৌনৈ। হোমর মশামক মতম অমদাভাবোকশিংগী মমাঙদা যন্ত্র পায়দুনা এপিক ঈশৈ শকখিবা অশৈবা ওইরমগনি হায়না মালেমগী অখণ্ড-অহৈশিংনা লৌনৈ। অতৈ মরুওইবা ফোক এপিকশিংগী মনুংদা ভারতকী 'রামায়ণ' অমসুং 'মহাভারত', ইংলেণ্ডগী 'ব্যুবুল্‌ফ' (Beowulf), জর্মনীগী 'নিবলুঙ্গেনলিড' (Nibelungenlied), স্কাণ্ডিনেভিয়াগী 'বোলসুঙ্গাসাগা' (Volsungasaga), ফ্রান্সকী 'সোং আফ রোলেণ্ড' (Chanson de Roland), স্পেনগী 'সিড' (Poema del Cid), ফিনলেণ্ডগী 'কালেবালা' (Kalevala),

রূসকী 'বিলীনী' (Byliny), টিব্বট, মঙ্গোলিয়া অমসুং চীনাগী 'গেসার' (Gesar), নোংচুপ সুমাত্রাগী অহিং ৭ হেন্না চঙনা শক্লবা 'আঙ্গুন নান তুঙ্গা' (Anggun Nan Tungga) গী ৱারী অসিনচিংবেগী মমিং পনবা য়াই। হায়রিবা ফোক এপিকশিং অসি অয়াম্বনা অচৌবা-ঙাক্লি। খূদম ওইনা, 'ইলিয়ড' কী পরেং ১৫০০০, 'ওডেসী' গী ১২০০০, 'রামায়ণ' গী ২৪০০০, 'মহাভারত' ('ইণ্ডিয়ান ইলিয়ড') কী ২২০০০০, 'ব্যবুলফ' কী ৩১৪২, 'সোং আফ রোলেণ্ড' গী ৪০০২ নিবলুঙ্গেনলিড' কী ৯৯৩৬, 'সিড' কী ৩৭০০, 'কালেৱালা' গী ২২৭৯৩ নি। লৈবাক অপূম্বগী ওইবা, 'নেসনেল' এপিকশিং অসিগী মথক্তা পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংদা লম-লমগী ওইবা 'রিজনেল' এপিক কয়ামরুমসু লৈ। ভারতকী মীৎয়েংদা মণিপুরগী 'খম্বা-থোইবী' রিজনেল এপিক অমনি। রিজনেল এপিকশিং অসিগী অশাং-অতেন য়াম্না খেন্নবা নাই। যুগোস্লেভিয়াগী খ্বায়দগী শাংবা পরেং লিশিং তরাহুমদোই হেনবদগী তেল্লবদা ফিনলেণ্ডগী পরেং য়াংখৈরোমদং শাংবা এপিক ফাওবা লৈ। মাগী-মাগী লমদা শক্লরিবা, 'এপিক-লে' (epic lay) কৌনরিবা, হম্বনা লৈতেং ভৌবা লোনগী মশক অমদা এপিক্কী ৱারীবু ওবজেক্টিভ ওইনা শৈথাবা য়াম্না তেনবা শৈরেংগী মশকশিংবু কদায়ফাওবা 'অশেংবা' এপিক কৌগদগে হায়বদুদি অখঙ-অহৈশিংনা ঙসিফাওবা য়েংনরি।

পৃথিবীদা এপিক্তা শৈরেংগী খ্বাযদগী লিবা মশক্লি হায়না লৌনৈ। শৈবেং মখল অসি পৃথিবীগী মফম কয়াদা, থোইদোক্তা 'ওল্ড ৱার্ল্ড' দা চহী লিশিং কযা চুপ্না লৈবক্লিবনি। অদুবু এপিক হায়বসি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা ফংবা শৈরেং মখলদি নত্তে। খূদম ওইনা, অরিবা মতমদা নোংপোক অমসুং খা-নোংপোক এশিয়াগী চীনা, জাপান, কোরিয়া, বর্মা, থাইলেণ্ড অমসুং ভিয়েটনাম্নচিংবা লৈবাকশিংদা এপিক লৈরমদে, আফ্রিকা, এবোবিজিনেল আমেরিকা, ওসনিয়া অমদি আস্ট্রেলিয়াদদি ঙসিফাওবা মযাম্না লৌনবিবা অর্থগী এপিক অসি শক্লদ্রি।

ফোক এপিকশিং অসি ফোক বেলেডশিংদগী তোঙাক্লি। ফোক বেলেডশিংনা ৱারী নাইবা ঈশৈগী অতেনবা মশক্লি। বেলেড হায়বসি তেল্লবদা পরেং তরা-কুন ফাওবদংগী ওইবা য়াই, শাংলবদা পরেং লিশিং খরদংগী ওই; অয়াম্বা নেসনেল এপিকশিংদি পরেং লিশিং কয়ামরুমগী ওই, অশাংবা বেলেডকা এপিক্কা মরু ওইনা খেন্নবা মশকশিংদি— বেলেডতা মীশক অমনা পাঙথোকপা মপূং ওইবা থৌরম-থৌদোক অমখক্তগী ৱারীদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা শৈশক্লে; এপিকতা মীশক অমগী অমদি মহাক্কা মবী লৈনবা অতৈ মীওইশিংগী তোঙান-তোঙানবা থৌরম-থৌদোক কয়ামরুমগী ৱারীশিংবু পূন্না অশাংবা

ৱারী অমগী মশক্তা শৈশক্লে। মওঙ অসিদা হীরো (নায়ক) অমখক্কী মরী লৈনবা থৌরম-থৌদোক কয়া শৈথাবা ফোক বেলেড কয়ামরুম্বু নাতৈ থিদুনা য়াম্না মশা চেৎনা পুনশিন্দুনা এপিক্কী মশক ওইবা পরেং (cycle) অমা শাগৎপগী চৎনবী অমসু পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈ। মতৌ অসুম্না এপিক শাগৎনবগীদমক পুনশিনবা মরী লৈনবা বেলেড কয়াগী পরেংবু 'বেলেড সাইকল' (ballad cycle) হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা, ইংলেণ্ডগী রোবিন হুডকী ফোক বেলেড কয়া পুনশিল্লগা 'জেস্ট আফ রোবিন হুড' (Gest of Robyn Hode) হায়না খঙনবা ফোক এপিক শেমখি। টিব্বট অমসুং মঙ্গোলিয়া অপৃম্বদা অমদি চীনাগী শরুক খরদা শতাব্দী খরগী মমাঙদগী হৌনা শরুরকপা অশাংবা 'গেসার' (Gesar) এপিকসু 'সাইকল' গী মশক্তা শরুবনি। মসিদা 'গ্লিন' (Glin) হায়না খঙনবা লেজেণ্ডরি ওইবা লৈবাক অমগী গেসার নৎত্রগা কেসার (Kesar) কৌবা নিংথৌ অমগী ৱারীশিং অহিং কয়া চঙনা মথংশিংনা শকই। মণিপুরগী 'খম্বা-থোইবী' সু খম্বগী ৱারী শৈথাবা বেলেড কয়ামরুম সাইকল ওইনা পুনশিল্লগা শেম্বা এপিক অমনি হায়না লৌবা য়াই। বেলেড সাইকলনা শেম্বা এপিকশিং অসি খুন্নাই-কাঙলুপকী অশৈবশিংনা থাঙ্গৈশেংনা শকপদদি অয়াম্বা মতমদা খুদোংচাবগী মীৎয়েংদা তোঙান-তোঙানবা বেলেড ওইনা শক্লে, মরমদি সাইকল অমগী বেলেডশিংবু এপিক ওইহন্নবগীদমক পুনশিনবা য়াবগুম মওঙ অসিগী এপিক অমগী মচাক ওইরিবা বেলেডশিং অদু তোখাই-তোখাইনা হান্নগুম অমুক য়াম্না লায়না শেম্ভোকপসু য়াই। ফোক বেলেডকী ৱারী য়াম্না ঙম্লিঙৈ মতমগী ওইবা য়াই, নৎত্রগা থেঙলবা মতমদা ঙরাং-নহালতা থোকখিবা থৌদোক্কী ওইবসু য়াই; ফোক এপিক্কী ৱারীদি তঙাইফদনা অরিবা মতমগী ওইগদবনি, পরম্পরানা শৌগৎকদবনি। ফোক বেলেডতদি, এপিক্কুম্না, অথোইবা মীশক-মীওইতনা মতম পুন্নমক্তা হীরো ওইগদবনি হায়বা ৱাফম লৈতে। অচৌবা থৌরম-থৌদোক, অরাংবা পান্দম অমদি চীং-লেম্না চাউ-শাংবা শৈজন-মওঙ ফোক এপিকতা তঙাইফদে; ফোক বেলেডতদি মখোয়শিং অসিগী থোইদোকপা মফম লৈতে।

ফোক বেলেডকা ফোক এপিক্কা কন্নানা হানবগে হায়বা ৱাফমসিদদি অখণ্ড-অহৈশিংগী মত মান্নদবা খব লৈ। ক্রেপ (A.H. Krappe), গেরুল্ড (G.H. Gerould) নচিংবা খরনা এপিক্কী মতুংদা বেলেড লাকপনি, এপিক্কা কায়থরক্লগা বেলেড ওইরকপনি হায়। বাওরানচিংবা অতৈ খরনা বেলেডশিংদগী শেমগৎলগা কাইনথংদা এপিক ওইরকপনি হায়বা মত ফোঙদোকই। বাওরাগী মত্তা, ফোক এপিক হায়বসি লাইরিক হৈনদ্রিঙৈগী মতম (pre-literate times) দা হীরম কয়া পাক-শন্না খঙবা থোইদোক-হেন্দোক্লা মরৌশিং

লৈবা অশৈবা অমনা মীবোল কযা চুপ্পা মচেৎ-মচেৎ লৈবকপা, মীশক অমতগী তোঙান-তোঙানবা থৌদোক শৈথাবা ঈশৈ (episodic lay) ওইবা, বেলেড কয়াবু পূম্না নীংশিং দুনা মবী লৈনবা রাবী মতাং-মতাংশিং থাংদোক-থাংজিন তৌদুনা অমসুং চুংশিন্নদুনা মশা চেৎপা পবিং অমখক্তগী চাউ-শাংবা রারী অমা ওইনা শেমগৎপদগী অমদি মহাক্কী হৈজবা 'চৎনবী' মহৈ পূন্নমক হাপতুনা নীংথিজহনবদগী ওইবকপনি।

# ফোকটেল

## (ফুঙ্গাবারী)

ফোকটেল (ফুঙ্গাবারী) গী মরমদা মালেমগী খ্বায়দগী হেন্না শরুাইরবা ষ্টিথ টাম্‌সন (Stith Thompson) না ফোকটেলগী মশক তাক্লদুনা মসি বারেংগী ওইবা চৎনবী বারীনি—অইবা ওইনা নৎত্রগা চীনবুং-বাহৈ ওইনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা মথং-শিৎনা শিন্নরকপা বারীনি হায়রম্মী।[৩৯]

অতোপ্পা অখণ্ড-অহৈ প্রোফেসর ডেভিডসন (L.J. Davidson) না ফোকটেলগী দিফিনিসন পীরদুনা হায়রম্মীঃ ফোকটেল হায়বসি ধর্ম্মগা মরী লৈনদবা, ধর্ম্মগী নত্তবা, ভাবনা শাবা, চীনবুংদা শন্দোকপা, নুংতিগী পুন্সিগী শাজৎ য়েকপা নৎত্রগা মহৌশাগা মান্নদবা তোপতোপ্পশিং লীবা অমদি পুক্নীং হরাও-নুংঙাইহনবনা পান্দম মপুং ওইবা বারীশিং নৎত্রগা সোর্ট স্টোরিশিং অদুনি।[৪০]

প্রোফেসর ব্রূনভাণ্ড (J.H. Brunvand) না হায়রম্মীঃ ফোকটেল হায়বসি বারেং ওইবা, ময়েক শেংনা ভাবনা শাবা অমদি করিগুম্বদা অচুম্বা নৎত্রগা ফিদম উৎলবসু মপুং ওইনা পুক্নীং হরাও-নুংঙাইহন্নবা লীনবা চৎনবী বারীশিংনি।[৪১]

মথক্কী দিফিনিসন (মিঙ্গৌরোল) শিং অসিদগী খঙবা ঙম্বা ফোকটেলগী মহৌশা ওইনা শাগোন্নবা শাজৎশিংদিঃ ফোকটেল হায়বসি চৎনবী ওইবা বারীনি। মসি বারেংগী

[৩৯] Stith Thompson, *The Folktale* (1946, rpt. New York Dryden Press, 1951), p 4.

.. the traditional prose tale – the story which has been handed down from generation to generation either in writing or by word of mouth.

[৪০] Levette J. Davidson, *A Guide to American Folklore* (1951; rpt. New York: Greenwood Press, 1969), p. 19:

Folktales are the secular, non-religious fictional narratives or short stories that circulate orally, illustrating the nature of everyday life or recounting the unusual, with entertainment the primary purpose.

[৪১] Jan Harold Brunvand, *The Study of American Folklore* (1968; 2nd ed. New York: W.W. Norton, 1978), p. 125:

Folktales are traditional prose narratives that are strictly fictional and told primarily for entertainment, although they may also illustrate a truth or point a moral.

মশক্তা লীনৈ। মসি মপূং ফানা ভাব (কল্পনা) না শাগৎপা বাবীনি। মসিদা নুংতিগী পুন্সিগী মশক অমসুং অঙকপা পোৎলম-থৌবমগী মশক অনীমক উৎলি। মসিগী অইবা অমদি চীনবুংগী ওইবা মশক অনীমক লৈ। পুক্নীং হবাও-নুংঙাইহনবনা মসিগী মপূং ওইবা পান্দম্নি।

ফোকটেল হাযবসি মহৌশানা মী অমদগী মী অমদা অমসুং মীবোল অমদগী অতোপ্পা মীবোল অমদা মথংশিৎনা খুথাং চৎপনা চৎনবী ওইবা বাবীনি। বাবী অসিগী ইতিহাসতা অহানবা পুথোক-হৌদোকখিবা মীশক অদুগী মফম কবিসু লৈতে। মীশক অমনা হৌদোকখিবা ওইবস্বা তাববসু ফোকটেলগী বাবী খুদিংমক মীয়াম্না য়ানদুনা চৎনবী ওইনা লীনবা অমদি শন্দোক্লবা মীয়ামগী মবল ওইববা বাবী-ঙাক্সি। ফোকটেলগী বাবী অসিসু থৌদোকশিং লীবদা হেন্না পুক্নীং চঙই, পাত্রশিংগী লমচৎ য়েকপদা অদুক হাক্লা পুক্নীং চঙদে। মবম অসিনা বাবীদা থৌদোকশিংগী বর্ণননা মপূং ওই। থৌদোকশিং অদু অকক্লবা বিষয (থিম) অমদি প্লোট অমদা বাবীগী পোলোই তম্না চুমদ্রিং মখা চথে। মশীংদি, ফোকটেল অমদা মপূং ওইবা থৌদোক অমখক্তমক লৈবা যাই নৎত্রগা অমদগী হেনবা যাই।

ফোকটেল হাযবসি চৎনবী ফোর্মুলা শীজিন্নবা বাবেং (prose) গী মশক্তা লীনৈ। লোনগী মশক অসিনা ফোকটেলবু মীওই খুদিংদা খাযদগী হেন্না পান্নহল্লি, মফম-মতম খুদিংদা খুৎলোযহল্লি, অবেপ্পা মশক অমা পীবা যাহল্লি, অমদি হাযনীংবা হাযবদা ময়েক শেংহল্লি। কবিগুম্বা বাবী খবদদি বাবেং মবক্তা শৈবেংগী মশক যানবা যাওবকই। শৈবেং যানবা বাবী মখল অসিগী মশীং থোইদোক্লা যামদে।

ফোকটেল হায়বসি ধর্ম্মগা মবী লৈনদে, হাযবদি ধর্ম্মগী ওইবা থৌবমগা মবী লৈননা লীনদে। লাই-তীন অমবু শৈথানবা, থাগৎনবা, নৎত্রগা খুরুম্নবা—লাই-তীনগী মতেং ফংনবা নৎত্রগা ফত্তবা ফল ঙাকথোক্লবা—লীনবা বাবী নত্তে। মসি অহাঙবা মতম নুংঙাইনা লেন্নবগীদমক লীনবা বাবীনি। মসিবু লাই-তীনগী বাবী (myth) গুম্না য়াম্না চেকশিন্না বাখল চঙনা লৌনদে।

ফোকটেল হাযবসি ভাব (কল্পনা) না মপূং ফানা শাগৎপা, থাঙ্গৈশেংবা তাইবংদা থোকখিবা নত্তবা বাবীনি। ফোকটেলবু ভাবনা শাবা বাবীনি হাযনা খুন্নাই-কাঙলুপ খুদিংনা লৌনৈ। মসিদা লাই, হেলোই, ভূত-প্রেত, হিংচাবী, শগোল অপাইবী, দোলাই অপাইবী, পাতাল, অসিনচিংবগা মবী লৈনবা থৌবম-থৌদোক কযা থাজবা য়ানা ভাবনা শাদুনা পুশিল্লকই। থৌবম-থৌদোকপু কা-হেজিন্না নৎত্রগা যান্না কিহন্না হায়জিনবদসু ভাবনা শাবা

মশক উবা ফংই। ফোকটেলদা য়াওরিবা অয়াম্বা কেরেক্টরশিংসু সিম্বোলিক ওই; টাইপ ওইবা কেরেক্টর খরগী চৎনবী ওইবা মমিং খর থোনবা নত্তনা অয়াম্বা কেরেক্টরশিংগী মমিং -মথা লৈতে; অকক্লবা মফম অমসুং মতমসু ফোকটেলদা তাক্লদে।

ফোকটেলগী অয়াম্বা ৱারীনা খুন্নাই-কাওলুপ মনুংদা নুংতিগী উন-খঙনরিবা পুন্সিগী মশক উৎলি; ৱারী খরনা অঙকপা লমদমগী অঙকপা থৌদোক উৎলি। উৎলিবা অঙকপা মীশক, পোৎশক, জীব, থৌদোক্লচিংবা অসিগী মপুং ওইবা য়ুম্ফম নুংতিগী ওইবা পুন্সি-মশক্লা ওইবা মরম্না ফোকটেল তারিবা মীওইশিং (মরুওইনা, অঙাংশিং) না মখোয়গী ৱাখলগী থাক্তা অঙকপশিং অদুগা চুংশিন্নবা ঙম্মীবা ৱারী তাবিবশিংনা ৱাবী অদু ভাবনা শাবনি খঙলবসু মখোয়না লৌশিনবা ঙম্বা মশক্কী ওইবা মরম্না ৱারী অদুদা নুংঙাইবা ঙম্মী।

ফোকটেল লীনবগী পান্দম-মপুংদি পুক্নীং হবাও-নুংঙাইহনবনি। মসি অয়াম্বা মতমদা থবক্কী অৱাবা পোৎথোকপা ওইনা নুমিদাংগী অহাঙবা মতমদা লীনৈঃ ফুঙ্গা মপান্দা অঙাংশিংবু তূম্নীংহন্দনা নুংঙাইনা চাক ঙাইহনবা ওইনা অহলশিংনা লীনৈ। পুক্নীং হবাও- নুংঙাইহনবগীতা নত্তনা ৱাবীদা পুন্সিগী অচুম্বা (truth) অমা উত্তুনা নৎত্রগা ফজবা পাউতাক অমা ফুমদুনা তুংগী পুন্সিদা হেন্না শিংগৎহনবগী অমদি অফবা শাজৎ শেমগৎহনবগী পান্দমদসু ফোকটেলশিং লীনৈ।

ফোকটেল হায়বসি চীনবুংদা লৈবা ৱারীগী মশক্তি। নীংশিংবতনা পাম্বৈ ওইদুনা চীঙ্খাঙদা লীনবা অমদি মথং-মথং শন্দোকপা ৱারীনি। চীঙ্খাঙদা মথংশিংনা খেন্নবা মশক (variation) কযামরুম মহৌশা ওইনা থোক্লকই। মবম অসিনা চীনবুংগী ওইবা ফোকটেলগী 'মসিনা মরোইরে' হায়বা মশক লৈতে। ফোকটেলগী লাইবিক ওইবা অইবা মশকসু লৈ, খুদম ওইনা, ***পঞ্চতন্ত্র, আরাবিয়ান নাইটস, এসোপ্স ফেবলস,*** অসিনচিংবা। অইবা মশক্তা লৈবা ফোকটেলশিং অসি ইথোক্তিৈঙগী মমাঙদা মতম অমদা চীনবুংদা লীনবম্বা-ঙাক্তি হায়না লৌনৈ। অইবা মশকশিং অসি থোরক্লবা মতুংদসু মখোযশিং অসিনা মতম-মতম অমসুং মফম-মফমগী মতুংইন্না চীনবুংদা চৎনবা ফোকটেলশিং ওইরকপা কয়া য়াওই। অসুন্না ফোকটেলগী অইবা অমদি ইদবা মশক অনীমক অসি অমনা অমদগী লৌথোক-লৌশিন তৌনৈ। ৱারীগী অইবা মশকশিং অসি 'অশেংবা' ফোকটেল কৌবা য়াদ্রবসু মখোয়শিং অসিনা চীনবুংদা চৎনবীগী থাক্তা লীনরক্লবদি তঙাইফদনা 'ফোকটেল' কৌবা তারকই।

ফোকটেলগী অইবা মশক্তা চীনবুংদা লীনবা মশক্তা খেন্নবা কয়ামক্লম ওইথোকইঃ ফোকটেলগী চীনবুংদা লীনবা মশক্তা, থোইদোক্লা খর শাংবা ৱারীদা, ৱাহৈ-ৱাতা অমদি

থৌদোক্কী হন্ডিনবা (repetition), নৎত্রগা মওঙ মান্নবা অমুক হন্না পুখৎলকপা, মশক তোয়না উবা ফংই। মসিনা ৱাবীবু মপুং ফাহল্লি অমদি ৱাবীদা খোযবাঙবা (suspense) পোকহল্লি। চীনবুংদা লীনবা মশক্তা অযাম্বা মতমদা অফবা-ফত্তবা, ফজবা-অথীবা, অচুম্বা-অবানবা, অসিনচিংবা ওন্নতৈনবা শাজৎকী মীওই অনীগী থেঙ্গাইনবা উৎলি। অচুম্বা, অফবা, ফজবনা মমৈদা জয় ওইগল্লি, অশোনবা অমদি লায়ববনা মমৈদা যাইফবা ওইগল্লি। লুমচৎ যেকপগী মতাংদদি ৱাবীদা দবকাব ওইবিবা গুণশিং অদুতমক উৎলি। ফোকটেলগী চীনবুংদা লীনবা মশক্তা কোইথোক্লীংঙাই, শন্দোক্লীংঙাইগী মফম লৈতে মসিদা ৱাবী পবিংগী তঙাইফদবা চাং অদুফাওবদমক পিকশিন্না বর্ণন তৌনৈ, প্লোটনা অচুম্বা লৈইগুম চুমদ্রিং ৱাবীগী পোলোই তম্লে। ফোকটেলগী অইবা মশক্তদি মথক্কী মওঙশিং অসিগী ওন্নতৈনবশিং ওইবা যাই।

ফোকটেল হাযবসি ফোকলোবগী মচাক মখল পুম্নমক্কী মনুংদা খ্বাযদগী হেন্না পাক শনবা মখলনি। পৃথিবীগী মফম অমদি মতম খুদিংমক্তা ফোকটেল ফংদবা লৈতে। ফোকটেলগী তোঙান তোঙানবা মখলশিংগী মনুংদা ফংবা চাউবাকপা মশক, নুংগী অকুপ্পা ৱাবোল, অসিনচিংবদসু পৃথিবীগী ওইনা মান্নবা কযামকম লৈ। মান্নবশিং অসিদা যুম্ফম ওইদুনা মালেমগী অখঙ-অহৈশিংনা ফোকটেলগী অবেপ্পা মশক অমদি হোংনোইদ্রবা কাযাৎ থিনবা হোৎনৈ, ফোকটেলগী খোঙহৌ-খোঙচৎ, শাওঙ-শাদা, খূৎলাম্ফোক, বাহম্ফোক, অসিনচিংবা নৈননবা হোৎনৈ।

মালেমগী মশীং থীঙমদনা লৈবা ফোকটেলশিংবু বাবীশিংগী লেঙদ্রবা অবেপ্পা মশকশিং লেপথোক্লগা অকক্লবা মশীং খবদা হম্ফহন্নবা অখঙ-অহৈশিংনা কন্না হোৎনখি। ফল ওইনা, খৃঃ ১৯১০ দা ফিন্নলেণ্ডগী এন্টি আর্নে (Antti Aarne) না *Verzeichines der Marchentypen* (The Types of the Folktale) কৌবা কেটলোগ অমা পুথোকখি। কেটলোগ অসিবু অঙ্গ্রেজীদা হন্দোক্লুনা অমসুং চাউথোকহন্দুনা আমেরিকাগী স্টিথ টাম্সন (Stith Thompson) না খৃঃ ১৯২৮ দা *The Types of the Folktale* হাযবা ইংগেক্সকী লাইবিক পুথোকখি। লাইবিকসিবু মযাম্না শম্না আর্নে-টাম্সনগী 'Type Index' হাযবগা খঙনৈ। ইংগেক্স অসিনা মালেমগী (মকওইনা, ইন্দো-য়ুরোপিয়ান জাতিশিংগী) ফোকটেলশিংবু 'টাইপ' (type) হাযনা খঙনবা অবেপ্পা মশক খবদা পবেং লেংশিন্নবা হোৎনখি।

'টাইপ' হাযবগা, অশাংববু ওইববসু অতেনববু ওইববসু ৱাবী অমনা অতৈ ৱাবীশিংগা যেৎশিন্নদনা মথন্নতা মপুং ফাবা অর্থ থোকহন্দুনা লীবা যাবা ৱাবী অদুবু খঙনৈ। স্টিথ

টাম্‌সনগী মতুংইন্না, টাইপ হায়বসি মথন্নতা মনীংতম্না লৈবা ঙম্বা চৎনবী ৱারী অদুনি।[৪২] হন্না-হন্না লীরবসু লেঙদ্রবা অরেপ্পা মশক অমদা অতে ৱারী- মচেৎশিংগা য়ানশিন্নদনা মথন্তনা মপুং ফাবা ৱারী অমা ওইনা হিংবা ঙম্বা টেল টাইপশিং অসিগী মশীং নাৎকী লমদম (culture area) খুদিংমক্তা হষ্টে, অকক্সে। আর্নে-টাম্‌সন্না পুথোক্রম্বা (মশীং ২৫০০ রোম শুবা) টাইপশিংগা মপুংদা মান্নবা মালেমগী অতে ফোকটেল টাইপশিংবু আর্নে-টাম্‌সন (AT নৎত্রগা AaTh নৎত্রগা Type নৎত্রগা *Marchentypus* গী অশম্বা MT) নম্বরদা শকখঙনৈ। খুদম ওইনা, মণিপুরীগী পেবেৎকী ৱারীবু এনিমেল টেলগী মনুং চনবা "The rat persuades the cat to wash her face before eating" হায়বা টাইপ (AT 122B) নি হায়না পৃথিবীগী ওইবা Type-Index তা খঙনগনি। অকুপ্পা ৱারোলদদি মণিপুবগী ৱাবী অসিগা আর্নে-টাম্‌সন্না নৈনরিবা ৱারী অসিগা শোয়দনা খেন্নগনি, অদুবু ৱাবীগী অপৌবা মপুং ওইবা মশক্তা মান্নবা মরন্না পেবেৎকী ৱারীবু Type 122B নি হায়না লৌগনি। Type 122B গী ৱারীদা হৌদোংনা ফারবা উচি অমনা হৌদোং অদুদা মহাকপু চাবিগে হায়ববদি হান্না মহাক্কী মমায় অদু অমুক্তং তাথোকপিয়্ হায়জখি। হৌদোংনা মমায় তাবা কন্না হোৎনরিঙৈদা উচি অদু নাম্বোক্তুনা চেনখি। লৌশিং তৌদুনা উচিনা নাম্বোকখিবা মওঙ অসিগা পেবেৎনা লৌশিং তৌদুনা হৌদোংগী মখুত্তগী মচা নাম্বোকহনখিবগা মান্ননা লৌবা য়াই। মতৌ অসুন্না,, শদ্রেম্বী-চাইশ্রাগী ৱারীবু মেজিক টেলগী মনুংদা "The black and the white bride" (AaTh 403) কী টাইপ ওইনা লৌবা য়াই। ভাবনা দলান শাবা দশানা নিংখায়বা (চুহী চফূ কাওখায়বা) গী ৱারী "Man and his wife build air castles" হায়না খঙনবা টাইপ (MT 1430) ওইগনি।

১ 'টাইপ' হায়না খঙনবা ৱারীগী মনীংতম্বা অরেপ্পা মশক অসিনা ফোকটেলগী খ্বায়দগী পিকপা মশক ওইদ্রি। টাইপ অমগী মনুংদা অমুকসু অপিকপা কায়াৎ কয়ামরুম লৈরি। মরম অসিনা ফোকটেল অমগী খ্বায়দগী পিকপা কায়াৎকী লেঙদবা মশকশিং পুথোক্লবা অখঙ-অহৈশিংনা হোৎনখি। খৃঃ ১৯৫৫ দগী ১৯৫৮ ফাওবগী মনুংদা ষ্টিথ টাম্‌সন্না *Motif-Index of Folk-literature* হায়বা ভোল্যুম ৬ কী অচৌবা লাইরিক ফোঙদুনা পৃথিবীগী ফোকটেলশিংগী মোটিফশিং সাইন্টিফিক ওইবা কাঙলোন্দা পুথোক্লগা পরেং

[৪২] Stith Thompson, *The Folktale* (1946, rpt. New York: Dryden Press, 1951), p. 415:

A type is a traditional tale that has an independent existence.

লেংশিন্নবা হোৎনখি। মতমগী মতুংইন্না অনৌবা 'টেল মোটিফ' শিং হাপচিন্নবসু মালেমগী অখণ্ড-অহৈশিংনা টেল-মোটিফশিংবু টাম্সনগী *Motif-Index* কী নম্বরদা শকখণ্ডনৈ।

টাম্সনগী দিফিনিসন মতুং ইন্না চৎনবীদা লৈবগী শক্তি চেনবা, রাবীদা যাওবা খ্বায়দগী পিকপা, পোৎচঙ অদুবু মোটিফ কৌই।[৪৩] চৎনবীদা হিংদুনা লৈবা ঙম্বগী শক্তি চেন্নবগীদমক মোটিফতা কবিগুম্বা থোইদোকপা শীংথানিংঙাই ওইবা মতৌ অমা য়া ওগদবনি। মোটিফকী কাঙলুপ অহুম লৈবগী মনুংদা অহুম্মক্তা থোইদোকপা মতৌ অসি য়াওগদবনি। খূদম ওইনা, মোটিফকী অহানবা কাঙলুপ—থৌবু (Actor) দা লাই, তোপতোপ্পা শা-ঙা (শগোল অপাইবীনচিংবা), থোইদোকপা জীব (হেলোই, হিংচাবী, লাই খূৎশাংবী) নৎত্রগা চৎনবী ওইববা মীওই মতা (লুনা তৌবা মচা অতোনবা, মীনুংশি খঙদবী মমা পোক্তবী) চনগনি। অনীশুবা কাঙলুপ— রাবীগী থৌবম-থৌদোক পাঙথোকহনবা থোইদোকপা পোৎলম (item) দা যাদু-মন্ত্রগী শক্তি চেনবা পোৎশক (মণি, যুবী খুজাই) অমদি তোপতোপ্পা চৎনবী থাজনবী (তুংহন্না য়েংবা যাদবগী অথিংবা, চাবা-থকপা তৌহৈদবা) অসিনচিংবা চনগনি। অহুমশুবা কাঙলুপ— থোইদোকপা থৌদোক (incident) তা অখন্নবা চাংয়েং (শূক লং হনবা), অখন্নবা নমথাক (শাজিন্নবা বব, শাজিন্নবা কন্যা) অখন্নবা থৌবম (লাইফাও চুমহন্দনবা ঈশিং মনুংগী কোনুংদা লোৎপা) অসিনচিংবা চনগনি। রাবী অমদা অখন্নবা থৌদোক অমখক্তমক যাওবা মতাংশিংদা মোটিফ অমগা টাইপ অমগা মান্নবা কৌগনি। পাউতাক যাওবা শা উচেক্কী রাবী (fable) নচিংবা অযাম্বা ফোকটেলশিংদা 'থৌদোক' কাঙলুপকী মোটিফ অমনা টাইপ অমা শাই, যাদু মন্ত্রগী রাবী (Magic tale) নচিংবা খবদদি মোটিফ কযামকন্না পূল্লগা টাইপ অমা শাই। খূদম ওইনা শন্দ্রেম্বী-চাইশ্রাগী ফুঙ্গারাবী (Type 403) দা 'মেজিক' (D Motifs) কী Transformation man to bird (D 150), Transformation man to reptile (D 190), টেষ্ট' (H Motifs) কী Ordeals (H 220), 'অননেচবেল ক্রুয়েলটি' (S Motifs) গী Cruel stepmother (S 31) হাযবনচিংবা মোটিফ কযামকম যাওবি। টাইপশিং অমদি মোটিফশিং অসি নৈনগদৌবিবা ফোকটেল অমগা মবী লৈননা খঙবা ঙম্লবদি ফোকটেল অদুগী চপ চাবা মফম অমা পৃথিবীগী ফোকটেলশিংগী মনুংদা লেপ্পা লাযনা থোকই।

[৪৩] Stith Thompson *The Folktale* (1946, rpt New York Dryden Press 1951) p 415
A motif is the smallest element in a tale having a power to persist in tradition

ফোকটেলশিংগী মায়বা মশকশিং য়েংলগা চাংদম্নদুনা ফোকটেল খুদিংমক্কী খোঙহৌ-খোঙচৎ ওইবা 'পুন্সি ৱারী' (life history) ইনবগী অমদি অহানবা অরেপ্পা মশক (archetype) পুথোক্নবগী কাঙলোনশিং ফিনলেণ্ডগী ক্রোন, আর্নেনচিংবা অখণ্ড-অহৈশিংনা Historic-Geographic Method হায়না পুথোকখি। মেথড অসিপৃথিবীগী অখণ্ড-অহৈশিংনা য়াম্না পাম্নখি। হৌজিকসু ফোকটেল অমগী অহানবা হৌরকফম থিবা তারবদি নৎত্রগা অহানবা ওইরম্বা য়াবা ৱারীগী মওঙ পুথোকপা তারবদি মেথড অসিনা খ্বায়দগী অচৌবা তেংবাং ওই। ফিন্নিশ এপ্রোচ অসিগী মতুংদা অখণ্ড-অহৈশিংনা ফোকটেল নৈনবগী ষ্ট্রকচরেল এপ্রোচ (structural approach) থোইদোক্লা পাম্নখি।

পৃথিবীগী মশক নাইবা ষ্ট্রকচরেল থিওরীগী মোডেল অনী— রূসকী মেজিক টেলশিং নৈনদুনা প্রাপ (Propp) না পুথোকখিবা morphological model (syntagmatic model) অমসুং গ্রীসনচিংবা লৈবাকশিংগী লাই-তীনগী ৱারীশিং (myths) নৈনদুনা লেভি-ষ্ট্রাস (Levi-Strauss) না পুথোকখিবা paradigmatic model গী মনুংদা ফোকটেল নৈনবগীদমক প্রাপকী মোডেলবু হেন্না পাম্নে। মখাদা প্রাপকী মোডেলদমক খুদম ওইনা শম্না নৈনরি।

প্রাপ্পা ফোকটেলগী খ্বায়দগী পিকপা শরুকপু 'ফংসন' (function) হায়না মমিং থোল্লম্মী। মহাক্না 'ফংসন' হায়রিবসি ৱারীদা য়াওবিবা হোংবা নাইবা থৌবুশিং (dramatic personae) অদুনা তোঙান-তোঙানবা ৱারীশিংদা ইমান-মান্ননা হোংবা নাইদনা পাঙথোকপা থৌরম (action) শিং অদুনি হায়রম্মী। হোংবা নাইদ্রবা অরেপ্পা থৌরম-থৌদোক ওইবা ফংসনশিংসিগী মশক লেপ্পগা ফোকটেল (মেজিক টেল) অমগী শাওঙ-শাদা (ষ্ট্রকচর) নৈনবা য়াই হায়না প্রাপ্পা ফোঙদোক্লম্মী। খুদম ওইনা, অফানাসেভ (A.N. Afanasev) না খোম্লম্বা রূসকী মেজিক টেল ১০০ নৈনরবা মতুংদা মহাক্না পৃথিবীগী ওইবা য়ারবা মওঙদা ফোকটেল (মেজিক টেল) গী ফংসন ৩১ খক পুথোক্লম্মী। ফংসন ৩১ অসিগী মনুংদা ৱারী-ৱারী অদুগী মতুং ইন্না ফংসন খরা নৎত্রগা খরনা শাবা পরিং অমগী ৱারী (single move tale) নৎত্রগা পরিং য়াম্বা ৱারী (multiple move tale) হায়বা মখল অনী ষ্ট্রকচরগী মীৎয়েংদা পুথোকখি।

প্রাপ্পা পুথোক্লম্বা ফংসন ৩১ অদুদিঃ ০। ৱারী হৌদোকপগী অহানবা ফিভম-মতাতাকপা (দিফিনিসনঃ Initial situation: ডেজিগ্নেসনঃ X) ১। ইমুংগী মীওইশিংগী মনুংদগী অমা য়ুমদগী চৎখিবা (Absentation: b), ২। হীরো (hero) দা অখন্নবা থৌরম

খর তৌদনবা থিংবা (Interdiction: y), ৩ । হীরোনা অথিংবদুবু থুগায়বা (Violation: d), ৪ । মীফম্ভ (villain) না লাঞ্জাবা হায়বদি হান্না হীরোগী মরমদা লোম্না পাউ ফংনবা হোৎনবা (Reconnaissance: e), ৫ । শোকদৌরিবা মীওই (victim) হায়বদি হীরো অদুগী মবমদা ভিলেন্না ফংনবা থিরিবা পাউ অদু ফংবা (Delivery: f),৬ । ভিলেন্না হোৎনবা (Trickery: n),৭ । শোকদৌবিবা মীওই অদুনা ভিলেনগী লাংদা থুদুনা ভিলেনগী নমথাক অদুবু য়াবা অমদি মশানা খওজদনা য়েক্নবা ভিলেন অদুবু তেংবাংবা (Complicity: z), ৮। ভিলেন অদুনা ভিক্টিমগী ইমুংগী মীওই অমদা অমাঙ-অতা অশোক-অপন থোকহনবা (Villainy. A),৮ (ক) । হীরোগী ইমুংগী মীওই অমনা কবিগুম্বা অমা বাৎপা নৎত্রগা কবিগুম্বা অমা পাম্বা (Lack : a), ৯। খুদোংথীবা নৎত্রগা অরাৎপা খঙহনবাঃ হীরোদা খুদোং চাদবা নৎত্রগা অবাৎপা অদু কোকহন্নবা হায়জবা নৎত্রগা য়াথং পীবাঃ হীবোনা অরাৎপদু কোকহন্নবা পাম্বে থিবা চৎকে হায়না মশানা য়াবা নৎত্রগা হীবোবু অরাৎপা কোকহন্নবা পাম্বে থিব্নবা য়াথং পীবা অমদি থাবা (Mediation, the connective moment: B), ১০। থিবিবা (seeker) হাযবদি অরাৎপা কোকহন্নবা পাম্বে ফংনবা হোৎনগদৌরিবা হীবো মহাক্না অরাবা খুদোংথীবা মায়োক্নগে যাবা নৎত্রগা মাযোক্নগে হাযনা মপুক্নীংদা লেপ্পা (Beginning counteraction: C), ১১। হীবোনা যুম থাদোকপা (Departure: &), ১২। হীবোদা তেংবাংলক্কদবা মীওই (ডোনব) অমনা হীরো অদুদা চাং যেংবা, রাহং হংবা, লান্দাবা, অসিনচিংবা তৌদুনা মেজিক্কী পোৎলম (মেজিকেল এজেন্ট) নৎত্রগা তেংবোংবা মীশক (হেল্পব) অমা ফংনবা লম্বী য়াৎপা (The first function of the donor: D), ১৩। তেংবাংলক্কদৌরিবা মীশক (ডোনব) অদুগী থৌবমশিংদা হীবোনা মহাক্কী থৌদৌ অমদি শাজৎনা পাউখুম পীবা (The hero's reaction: E),১৪। হীবোনা মেজিক্কী পোৎলম শীজিন্নবা ফংবা (Provision, receipt of a magical agent: F),১৫। থিবিবা পোৎ অমগী লৈফমদা হীবোবু মেজিক্কী পোৎলম্না থাংবা, থাবা নৎত্রগা লমজিংবা (Spatial translocation between two kingdoms, guidance: G), ১৬। হীরোগা ভিলেনগা মায়োক্নদুনা লাম্বা তৌনবা (Struggle : H), ১৭। হীবোবু মশক খঙনবা মহাক্কী হৃকচাংদা নৎত্রগা মহাক্না শাগোন্নগদবা পোৎশক অমদা খুদম থম্বা (Branding, marking: J),১৮। ভিলেনবু মায়থীবা পীবা (Victory: I),১৯। রাবীগী অহৌবগী খুদোংথীবা নৎত্রগা অরাৎপা অদু কোকহনবা (Lack liquidated: K),২০। হীরোনা মহাক্কী লৈফমদা অমুক হন্নকপা (Return: @), ২১। হীবোবু মাঙহনগে হায়না

কনাগুম্বা ফত্তবা অমনা অমুক তাম্নরকপা (Pursuit, chase: Pr),২২ । হীরোবু তাম্নরকপদগী অতোপ্পা মীওই অমনা নৎত্রগা হীরো মশানা পাম্বে কয়া পুথোক্তুনা কনবা (Rescue: Rs),২৩। কনানসু শকখঙদনা হীরোনা ময়ুমদা নৎত্রগা অতোপ্পা লৈবাক অমদা য়ৌরকপা (Unrecognized arrival: O), ২৪। হাম্না লৈরম্নবা শাজিম্নবা হীরো অমনা মহাক্কা অশেংবা হীরোনি হায়দুনা মরম চাদবা দাবী তাম্লকপা (Unfounded claim: L),২৫। অরুবা থৌরম অমা অশেংবা হীরোদা পাঙথোক্কবা হায়বা (Difficult task: M),২৬। অরুবা থৌরম অদু অশেংবা হীরোনা পাঙথোকপা (Solution: N),২৭। অশেংবা হীরোবু মশক খঙলকপা (Recognition: Q), ২৮। শাজিম্নবা হীরো নৎত্রগা ভিলেনগী মশক ফোংলকপা (Exposure: Ex), ২৯। হীরো অদুদা অনৌবা থোইদোক্পা নীংথিজবা মশক হাপ্পা (Transfiguration: T),৩০। ভিলেনবু চৈরাক পীবা (Punishment: U), অমসুং ৩১। হীরো লুহোংবা নৎত্রগা ফম্বাল কাবা (Wedding: W)।

প্রাপ্পা মহাক্কী ফংসন ৩১ অসিগী মনুংদা অয়াম্বগী model exampleশিং পীরম্মী। ফংসনশিং অসি মখোয়গী example গী নম্বরদা খঙনৈ। খুদম ওইনা, ৩১ শুবা ফংসন 'Wedding' (W) গী নম্বরশিংঃ লুহোংনবা হাশকপা ($W^1$), তালোয় মাঙখিবা অমদি থিরুরবা মতুংগী ফল ওইনা লুহোংবা মখা চৎথবা ($W^2$), কন্যাগা লৈবাক্কা পুম্না মনা ওইনা ফংবা ($W^3$), সিংহাসন য়াওদনা লুহোংবা ($W^4$), সিংহাসন ঙাক্তা ফংবা ($W^5$), কন্যাগী মহুত্তা পৈশা নৎত্রগা মনা ফংবা ($W^6$)।

ফংসনশিং অসিগী মনুংদগী খর নৎত্রগা খরনা ফোকটেল শাগৎলি; ফোকটেল অমদা ফংসন ৩১মক য়াওবদি লৈতে। খুদম ওইনা, মীতৈগী 'কতন তল তরেৎ শিবা' গী সিঙ্গল মুভ মেজিক টেলদা মথাগী ফংসনশিং অসি য়াওইঃ

লুখ্রাবী মচা কতন (X)। মমানা থাকপা বাবা ($a^5$)। থবক শূদে হায়দুনা চৈবা ($B^1$)। মমাদা তল তরেৎ হৌবিয়ু, চৎলুগে হায়বা (C)। তল পরেং শিদুনা চৎখিবা (&)। খোংনাং মখাদা হেলোয় তরেৎনা কতনদা মখোয়বু চাবিবগী মহুত্তা সনা ফায়বা হামেঙ পুবিখিনবা হায়জবা ($D^{10}$)। কতন্না হামেঙ পুরকপা ($F^1$)। লম্বীদা কতনগী অহিং লেকফমগী য়ুম্বুনা হামেঙ শিন্দোকহৌবা ($A^2$)। মথংগী নুমিত্তা হেলোয়শিংনা তম্মা খুদোপ পীবা, কতন্না পুরকপা, মদুসু য়ুম্বুনা শিন্দোকহৌবা (repeated functions), মথংগী নুমিত্তা হেলোয়শিংনা থৌরী কোঙ্গোই য়াইওইবা থেঙ্গু য়াইওইবা পীরকপা (repeated functions) । কতন্না তুমশিন্নরগা মতম চানা থৌরী কোঙ্গোইগা থেঙ্গুগদা য়ুম্বু পুন্নগা ফুনবা য়াথং পীবা

($H^2$)। পুনবা, যুবা (U) । হামেঙগা তম্না খুদোপকা পুথোরকপা ($I^2$)। ময়ুমদা হল্লকপা (@)। মমানা পাম্বমখৈ থোকহন্দুনা নুংঙাইনা পানবা ($W^6$) ।

বারী অসিগী ফংসনশিং অসি ফোর্মুলা ওইনা মখাগী অসুম্না ইথোকপা য়াইঃ

$$(X)\ a^5B^1C\&D^{10}F^1A^2\ (+++)\ H^2UI^2@W^6$$

মতৌ অসুম্না ফোকটেল ময়ামগী ফোর্মুলা ময়াম পুথোক্তুনা চাংদম্নরগা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী ফোকটেলশিংগী শাওঙ-শাদা (ষ্ট্রকচর)়গী অরেপ্পা মশক পুথোকপা য়াই।

ফোকটেল লীবা মতমদা চৎনবী ফোর্মুলা খবগী মতেং লৌনৈ। বারী লীবা মীনা, মশা খঙনা নৎত্রগা খঙদনা, চৎনবীগী মতুং ইন্না অয়াম্বা মতমদা ফোর্মুলাশিং অসি শীজিন্নৈ। ফোকটেল লীবগী মপূং ওইবা চৎনবী ফোর্মুলা খবদিঃ (১) চৎনবী উফম (Frame-work)— বারীগী অহৌবা অমদি অরোইবা শরুকশিংদা চৎনবী বাহৌ-বারোইগী মশক লৈনৈ, খুদম ওইনা, অহৌবগী 'থায়না-থায়না মমাংঙৈদা' অমদি অরোইবগী 'অদুদগীদি নুংঙাইনা পানখ্রে' অসিনচিংবা। বারীগী মরক্তসু বারী লীবা মীনা মহাক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না বারীগী উফমগা মবী লৈনবা চৎনবী বাহৈ-বাতা কয়াসু থেৎচিল্লি। খুদম ওইনা, মহাক্না বারীগী নুংঙাইবা মতাং নৎত্রগা খংহোং-হোংবা মতাং অমা লাক্রমদাইদা 'অদুদগীদি কমদৌগে হাযবু', 'হিংচাবীসিনা চারগে তৌবা মতাংসিদা কমদৌই?', হায়বনচিংবা চৎনবী বাহায় কয়া বারী-পরিংগী মবক থৎনা শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা চৎনবী বাহায়শিং অসিনা বারী লীরি-তাবিঙৈগী অশেংবা-অওইবা ফিভম (reality) অদুগা লীরিবা শাজিন্নবা বারী অদুগী ভাবনা শাবা ফিভম (fantasy) অদুগা মপূং ফানা চুংশিন্নহনবদা অমদি মখা খঙনীংবগী খৌরাংবা (suspense) পোকহনবদা মতেং য়াম্না পাংই। (২) চৎনবী বাহায়-বাতা অমদি বাহৈ-লৈতেংশিং— বারীগী হীরো অমদি ভিলেনগী মশক য়েকপা, নুংঙাই-য়াইফবা উৎপা, ফজবা মশক শৈথাবা, অক্কিবা মচাক হাপ্পা, বারীগী খুনিংথেকশিং উৎপা অমদি অযৌবী নুংঙাইরকপা মতাং লীবা, অসিনচিংবা কয়াদা চৎনবী মওঙগী বাহায়-বাতা, বাহৈ-লৈতেং অমদি বর্ণন হাপনৈ। খুদম ওইনা, নিংথৌ মচানুপীগী অউনপোত্তা 'চাম্ম-চাম্মনা খুজিং ওইবা'। (৩) ফোর্মুলাগী মশক ওইবা বাঙাঙগী মথং-মনাও—বারীগী মরু ওইবা মীশক-মীওইশিংনো মরু ওইবা থৌরম অমা পাঙথোক্রমদাইদা মতোম্মতা বারী শাজবা, অতোপ্পা অমগা বারী শানবা, অতোপ্পবু থেম্বা, লৌশিং তাকপা, লৌশিং লৌথোকপা, অসিনচিংবদা চৎনবী মওঙগী য়াম্না ড্রামাটিক ওইবা বাঙাঙ-শাঙাঙ কয়া বারী অয়াম্বদা ইমান-মান্নবা শীজিন্নৈ। খুদম ওইনা, হিংচাবীনা—'মীশা চানীংইদা মীনু নম্মিদা' হায়না চিংনবা

ফোঙদোকপা। অয়োকপা রাজকুমারীনা—'অবোক, নশূদনি লৈরিবা। নশূবু চারগে হায়রিব্রনে?' হায়না খুম্বা। হিংচাবীনা—'ইশূবুদি কৈদৌনা চাজরুনি' হায়না লোইশিনবা, অসিনচিংবা। (৪) চৎনবী ওইনা হঞ্জিনবা মশক—ৱারী-পরীংদা চৎনবী ওইনা থৌরম-থৌদোক (motif) হঞ্জিনবা, ৱাহৈ-ৱাতা হঞ্জিনবা, অসিনচিংবা য়াম্না তোয়না চৎনৈ। মীতৈগী ফোকটেলশিংদা নিপানা থৌরম অহম্লক হনবগী, অহানবা অনীদা মায়থীরগা অহুমশুবদা মায় পাকপগী, চৎনবী-মওঙ য়াম্না উবা ফংই। খূদম ওইনা, কতম্না হেলোয়শিংদগী অহানবদা হামেঙ ফংবা, মথংদা তম্মা খুদোপ ফংবা, অমদি অহুমশুবদা থেঙ্গুগা থৌরী-কোঙ্গোইগা ফংবগী মরী লৈনবা থৌরমশিং।

ফোকটেলশিংগী মখল আর্নে-টাম্‌সন্না অনীথোক্লা খায়দোক্লম্মীঃ কমপ্লেক্স টেল অমসুং সিম্পল টেল। ৱারী মনুংদা মোটিফ কয়ামরুম য়াওদুনা ৱারীগী খোঙচৎ (move) অমদি শাওঙ-শাদা (structure) চয়েৎনবা ফোকটেলবু কমপ্লেক্স টেল (complex tale) হায়না খঙনৈ। ৱারী মনুংদা মোটিফ অমখক্তং য়াওদুনা চুমথ্রিং চৎপা খোঙচৎকী অচম্বা ফোকটেলবু সিম্পল টেল (simple tale) হায়না কৌনৈ।

কমপ্লেক্স টেলগী মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াইঃ মেজিক টেল, রিলিজিয়স টেল অমসুং রোমান্টিক টেল।

মেজিক টেল (magic tale) হায়রগা অচম্বা তাইবং মীওইবা অমনা তাইবং শক্তিগী ৱাংমদা লৈবা সংসার অমা থেংনরুব্বা অমদি মদুগী ফল ওইনা মশাদা তাইবং ৱাংমগী যাদু-মন্ত্রনচিংবা শক্তি চঙলক্লুনা তাইবং মীনা তৌঙমদবা অঙক-অঙকপা থবকশিং তৌথোরকপা উৎপা ৱারী অদুবু খঙনৈ। ৱারী মখল অসিবু জর্মনশিংনা মার্খেন ((marchen) কৌনৈ. অঙ্গ্রেজশিংনা ফেয়রী টেল (fairy tale) নৎত্রগা করিগুম্বদা হীরো টেল (hero tale) কৌনৈ অমদি ফ্রেঞ্চশিংনা কোন্টে পোপুলারে (conte populaire) কৌনৈ। জর্মনীগী 'মার্খেন' হায়বা ৱাহৈ অসিদি ফোকটেল মখল পূম্নমকপু কোনশিনবা ওম্বা অর্থ য়াম্না পাক-চাউবা ৱাহৈনি হায়না লৌনৈ। মেজিক টেল হায়বা ৱারী মখল অসিদা অয়াম্বা মতমদা তাইবং ৱাংমগী শক্তি চেনবা যাদুগর, শৈতান, হিংচাবা, ভূত-প্রেত, হেলোয়, চীংলাই, মপুরোইবা, তালোয়, মরী-মতা, সাধু, মুণি, অসিনচিংবা ফত্তবা অমদি অফবা মীশক-মীওইশিং; খুদোপ, খুজাই, চফু, থাউমৈ, উহৈ, থৌরী, থেঙ্গু, অসিনচিংবা য়াইওইবা পোৎশকশিং; অমদি শা-উচেক, তীন-কাঙ, অসিনচিংবগী মরোল খঙবনচিংবা শক্তিগী ৱারোলশিং য়াওই। মীনা লৈ ওনবা, শৃজি ওনবা, কৈ ওনবা, অসিনচিংবা শক্তম ওনবা (transformation) গী

ৱারী ফোকটেল মখল অসিদা য়াওই। হিংচাবা-হিংচাবীশিংনা পঙবদগী মখোয়বু তাইবং মীনা ঙমখিবা ৱারীসু ফোকটেল মখলসিদা য়াওই। মেজিক টেলশিংনা কমপ্লেক্স টেলশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী মশীং য়াম্মী। ফোর্মুলাগী মশক ওইবা লোন অমসুং শাওঙ-শাদা (structure) মেজিক টেলশিংশিংদা খ্বায়দগী য়াম্না শীজিন্নৈ। মণিপুরীগী 'শন্দ্রেম্বী-চাইশ্রা' মখল অসিগী ফোকটেলনি।

রিলিজিয়স টেল (religious tale) হায়রগা ময়ায় চনবা যুগকী ধর্ম্মগী ওইবা সাহিত্যদগী লৌথোকপা, অফবা গুণ চেনবা মীবু ৱাংনা থাঙ্গৎলগা ফত্তবা মীওইবু দণ্ডি পীবা উৎপা, স্বর্গ-নরক্কী ৱারোল য়াওবা, ধর্ম্মগী মচু চঙবা ৱারীশিং অদুবু খঙনৈ। স্বর্গ-নরক্কী, অফ-ফত্তগী ৱাফম ময়েক শেংনা উৎপা অসিমক য়াওবমদ্রবদি ফোকটেল মখল অসি মেজিক টেল, জোক, এনেকডোটনচিংবা অতৈ মখলশিংগী মনুংদা চনবা য়াবনি হায়না অখঙ-অহৈশিংনা লৌনৈ। রিলিজিয়স টেল অসিদা মহৌশানা অফবা-অচুম্বনা জয় ওইবা, ফত্তবা-অরানবনা মায়থীবা অমদি দণ্ডি ফংবা, লাইনা অচুম-অবান ৱায়েনবা, পাপ্না পাপ চাবা, অচুম্বা লোৎপা য়ারক্তবা, পাতালদা চৎলগা পাপগী দণ্ডি ফংবা উবা, অসিনচিংবা ৱারোল কয়া য়াওই। ৱারোলশিং অসিগী ফোকটেল অদু কৈদৌনুংদসু ধর্ম্মগী ওইবা অমদি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইথৌ-তীনথৌ, কুম্মৈ-ফিয়োংনচিংবদা শীজিন্নদে। ফোকটেলদি ধর্ম্মদগী লাপথোকপা পোৎলমনি। মণিপুরগী 'রূপবান' গী ফুঙ্গাৱারী রিলিজিয়স টেলগী মনুং চনবা য়াই।

রোমান্টিক টেল (romantic tale) নৎত্রগা নোভেলা (novella) হায়রগা অশেংবা পুম্নিদগী লৌখৎপা কেরেক্তরশিংনা রিয়েলিষ্টিক সেটিং অমদা থৌরম-থৌদোক পাঙথোকপদা অঙকপা ওইবদগী হেন্না থৌনাফবগী ওইবা, হেন্না মীনুংশি পোক্নীংঙাই ওইবা, অমদি হেন্না পুক্নীং-ঈহুল ফাওনীংঙাইগী ওইবা, করিগুম্বদা মেজিক টেল মানবা, ফোকটেল মখল অদুবু খঙনৈ। মেজিক টেল (মার্খেন) গা রোমান্টিক টেল (নোভেলা) গা অনীসি কবিগুম্বদা ইমান-মান্নবগুম তৌই। খেন্নবা হায়ববু, রোমান্টিক টেলদা ফেন্টাষ্টিক ওইবা পোৎচঙ য়াম্না হঁন্থে, রিয়েলিষ্টিক ওইবা পোৎচঙনা য়াম্না হেন্নি। হীরোনচিংবা মরুওইবা কেরেক্টরশিং অচম্বা মীওইনা ওই, অয়াম্বা মতমদা মখোয়গী মরন্নাইগী ওইবা মমিং থোন্নৈ। ভিলেনশিং সু হিংচাবা-হিংচাবীনচিংবনা ওইবগী মহুত্তা তমথীবা মপুকচেল চেনবা তাইবং মীশিংনা ওই। হীরোগী হৈ-শিংবা, লৌশিং লৈবা, খাঙবা কনবা, মথৌদা পুক্নীং চঙবা, অসিনচিংবা তাইবং মীগী ওইবা অফবা গুণশিংদা হেন্না পুক্নীং থিংজিল্লি। গুণশিং অসিগী

মনুংদা অরুবা পাউখোং ফোঙব ঙম্বগী শক্তি, নোক্কন্দবা রাজকন্যাবু নোকহনবা ঙম্বগী শক্তি, থাজবা য়াদবা মীনম্বা ঙাক্তনা ৱারী লীবা ঙম্বগী শক্তি, অসিনচিংবা লৌশিংগী ৱাফম্না ৱারী মখল অসিদা খ্বায়দগী মপূং ওইনা য়েকই। মখল অসিদা সাহিত্য (*আরাবিয়ান নাইটস,* সেক্সপিয়ারগী ড্রামানচিংবা) দগী লৌথোকপা ৱারী কয়াসু য়াওই। মণিপুরীগী 'রাণীতোন' গী ৱারী[৪৪] রোমান্টিক টেল (নোভেলা) গী খুদম অমনি।

সিম্পল টেলগী মখল অহুম শুইঃ এনিমেল টেল, জোক্স এন্দ এনেকডোটস, অমসুং ফোর্মুলা টেল।

এনিমেল টেল (animal tale) নৎত্রগা 'beast tale' হায়রগা শা, ঙা, উচেক, তীন-কাঙ, অসিনচিংবা জীবশিংনা মরু ওইবা কেরেক্টর ওইরগা পাঙথোকপা থৌরম-থৌদোকশিংগী ৱারীশিংবু খঙনৈ। ৱারী মখল অসিদা ষ্টোক কেরেক্টর টাইপ (stock character type) ওইবা (অশিংবা লমহুই, মপু নীংবা তেনবা) শা-উচেকচিংবা জীবনা তাইবং মীগা মান্ননা থবক পাঙথোকই। ৱারীদা জীবশিং অসিগা লোয়নননা অশেংবা তাইবং মীসু য়াওবা য়াই। এনিমেল টেলশিং অসি করিগুম্বদা ইটিওলোজিকেল (etiological) লেজেণ্ডশিংগী মশক, করিগুম্বদা তাইবং মীগী এনেকডোটশিং (anecdotes), অমদি করিগুম্বদা মচেৎতা নৎত্রগা মপূমদা মেজিক টেল (marchen) গী থৌরম ওইবসু য়াওই। এনিমেল টেলশিং অসি অয়াম্বা মতমদা অঙাংশিংগী হরাও-নুংঙাইনবগীদমক অম্দি লৌশিং পোকহন্নবগীদমক লীনৈ। এনিমেল টেলশিংগী মপূংওইবা মখল অহুম লৈঃ ইটিওলোজিকেল টেল, ফেবল অমদি বীষ্ট এপিক। ইটিওলোজিকেল এনিমেল টেলশিংদা শা-উচেকচিংবা জীবশিংগী থোইদোকপা মশক-মওঙ অমদি শাজৎ ইহান-হাননবদা মতৌ করম্না ওইখিবগে হায়বগী ৱারী লী। খুদম ওইনা, 'মরক-শরক' কী ৱারী[৪৫] ইটিওলোজিকেল এনিমেল টেলনি। পাউতাক ময়েক শেংনা উত্তুনা য়াওবা এনিমেল টেলশিংবু ফেবল (fable) হায়না খঙনৈ। মসিবু কনাগুম্বনা এপোলোগ (apologue) হায়নসু কৌনৈ। *জাতক, পঞ্চতন্ত্র, এসোপিয়ান ফেবল* অসিনচিংবদগী লৌথোকপা কয়া অমসু য়াওবা ফেবল হায়বা ৱারী মখল অসি অঙাংশিংবু পাউতাক পীদুনা লৌশিং শিংবা হেনগৎহন্নবগীদমক লীনৈ। মীতৈগী 'পেবেৎ' কী ৱারী ফেবল অমনি। বীষ্ট এপিক (beast epic) হায়রগা করিগুম্বা মশক নাইবা শা,

---

[৪৪]ডব্ল্যু, তোমচৌ সিংহ, *ইবেনবোক্কী ৱারী* (ইম্ফালঃ অইবা, ১৯৫৯), লাঃ ৫২-৫৮।

[৪৫]ই, রজনীকান্ত সিংহ, *থাইনগী মণি-মুক্তা* (ইম্ফালঃ টিএইচ, গুনিন্দ্র সিংহ, ১৯৫৯, লাঃ ৫৭-৫৯।

অয়াম্বা মতমদা লৌনম চাউবা (trickster ওইবা), (লমহুই লৌশিংবা, Reynard the Fox নচিংবা) অমবু হঙ্গিন-হঙ্গিন হীবো ওইহন্নগা লীনবা পবেং (cycle) নাইবা ৱাবীশিংবু পুন্না খঙনৈ।

জোক্স অমসুং এনেকডোটস (jokes and anecdotes) হায়বগা ফাগি য়াওবা অমদি থৌদোক মচাগী ওইবা নোক্লীংবা পোকপা ৱাবীশিংবু খঙনৈ। নোক্লীংবগী ঈহৎলদা যুম্ফম ওইবা ৱাবী-কাঙলুপ অসিনা সিম্পল টেলশিংগী মনুংদা খ্বাযদগী চাউবা কাঙলুপনি। জোক্স (jokes) পু অবিবা মতমগী য়ুরোপিয়ানশিংনা জেষ্ট (jest) নৎত্রগা মেরি টেল (merry tale) নৎত্রগা স্বাঙ্ক (schwank) হায়নসু কৌনবম্মী। হৌজিক্কী মতমদসু 'জোক', 'জেষ্ট', অমদি 'এনেকডোট' হায়বিবা ৱাহৈ অহুম অসি অমনা অমগী মহুৎ শিনবা য়াবা ওইনা কোম্নপ্না অদুম শীজিন্নবি। আর্নে (Antti Aarne) না হান্না শীজিন্নবম্বা 'স্বাঙ্ক' হায়বা ৱাহৈ অসিদি হৌজিক থোইনা শীজিন্নখিদ্রে। ফুঙ্গাৱাবীগী মনুং চনবা এনেকডোট অসিবু কনাগুম্বনা 'টেল এনেকডোট' হায়নসু মিঙ্গৌনৈ। কনাগুম্বা অখঙ-অহৈশিংনা জোক অমসুং জেষ্টকী মবক্তা খেন্নবা খব থম্মী। মখোয়না 'জোক' হায়বগা নোক্লীংবা থৌদোক ওইবা, য়াম্না তেনবা, ৱাবী পবীংগী মকোক-মমৈ নাইদবা, অবোইবদা মতীং লৈবা ৱাহৈপবেং অমা হাপ্পা, অখন্নবা মওঙগী ৱাবী মখল অমবু খঙনৈ (মীতৈনা য়োংচাক চাবগী ফাগি, পঞ্জাবীনা কোযেৎ থাদোক্তবগী ফাগি)। বিযেলিষ্টিক সেটিং অমদা মকোক-মমৈ নাইবা অতেনবা অচম্বা প্লোট অমনা শাবা নোক্লীংবা ৱাবী মখলশিংবুনা হৌজিক অযাম্বা অখঙ অহৈশিংনা, জোকতগী তোঙানহন্নবগীদমক, জেষ্ট (jest) নৎত্রগা স্কাঙ্ক (schwank) হায়বগা খঙনৈ। জেষ্ট হায়বিবা ৱাবী অসিদা মখল অহুমগী মীওই য়াওইঃ নাতৈ চাদবা, ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা ঙাঙথোক-তৌথোবকপা অপঙবা মীওইশিং (নিঙোল মৱানচিংবা), খঙ-হৈববা অফবা মীওই মানবা, অশেংবদি নত্তবা, মীওইশিং (নুপী পাম্বা সাধু, তাকপিবা হৈতবা গুরুনচিংবা), অমদি অকনবা-অশিংবনি হায়না লৈজবা মীওইশিংবু মীনম্লাংদা থুহন্দুনা অশোনবা তাহনবা অমদি অপঙবা শীবা ঙম্বা লৌশিং শিংবা মীওইশিং। ৱাবী মখলসিগী চাউবাক্কা মখল মঙা থোক্কা খাযবা যাইঃ (১) অপঙ্‌বগী ৱাবীশিংবু নমস্কল টেল (numskull tale) নৎত্রগা নুডল টেল (noodle tale) হায়না খঙনৈ। মসিবু ড্রোল (droll) নৎত্রগা ড্রোলবিজ (drolleries) হায়নসু কৌনৈ (নিঙোল মৱা অপঙবগী ৱাবী[৪৬])।

[৪৬] সবাংথেম ববমণি সিংহ, *চীং-তমগী ফুঙ্গা ৱাবী* (২বা খুৎনম ইম্ফালঃ অইবা ১৯৮৬ ৮৭), লাঃ ৫৭ ৬৩।

(২) লুহোংলবা মতৈ-মনাও অনী খৎনবা, তনবা, থাজনদবা, অসিনচিংবদগী ওইবা নাতৈ চাদবা থৌরমশিংগী ৱারীশিংবু মতৈ-মনাওগী ৱারী (stories about married couples) হায়না খঙনৈ ('মোইথাপ নাইবী' গী ৱারী[৪৭])। (৩) নুপীনা শিংবদগী মঙোন্দা শীংনরকপা মীওইবু অপঙবা শীবা, নুপীনা হৈত্তবদগী নৎত্রগা তনবদগী অপঙবা তাবা, অসিনচিংবগী ৱারীশিংবু নুপীগী ৱারী (stories about a woman/girl) হায়না খঙনৈ ('লৌশিং তান্নবা' গী ৱারী[৪৮])। (৪) নিপানা শিংবদগী মীবু অপঙবা তাহনবা, নৎত্রগা তনবদগী, মনা পঙবদগী, হৈ- শিংহৌদবদগী, তৌশিন্নরুবদগী নৎত্রগা মরমচৎ ফজরুদবদগী মশানা নোক্কীংঙাই ওইবা ফিভম অমদা তাবগী ৱারীবু নিপাগী ৱারী (stories about a man/boy) হায়না খঙনৈ ('কতন হৈবোং মখাদা হিম্না' গী ৱারী)। (৫) তাৎকী-লৌনমগী ৱারীশিংবু টেল্স আফ লাইয়িং (tales of lying) নৎত্রগা টোল টেল্স (tall tales) হায়না কৌনৈ ('পিশা-চোংখু' গী ৱারী[৪৯])।

ফোর্মুলা টেল (formula tale) হায়রগা প্লোট শাগৎলকপগী অকরুবা, থোইদোক্লা ৱারী-মচনগী হঞ্জিনবা মওঙ (repetition) শীজিন্নবা, চৎনবী পথাপ চেৎনা ইনবা ৱারীশিংবু খঙনৈ। ৱারীশিং অসিগী চাউরাক্লা মখল অহুম শুইঃ ক্যাম্যুলেটিভ টেল (cumulative tale) হায়বসিদা ৱারীগী থাক (step) খুদিংবু হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়রগা হঞ্জিনবা খুদিংগী অনৌ-অনৌবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অমা হাপচিন্নরুনা ক্লাইমেক্স য়ৌবা ফাওবা ৱারী-পরিং চখৎহনবা অমদি অরোইবদা ৱারী-পরিং অদু অমুক হন্না হঙৎনা লীবগী চৎনবী মওঙ শীজিন্নৈ। ৱারী অসিবু কেত্তন মার্খেন (ketten marchen) নৎত্রগা চেন টেল (chain tale) হায়নসু কৌনৈ। খুদম ওইনা, 'খম্নাংচাক্লা মপাম চৎপা' গী ৱারী। কেটচ টেল (catch tale) হায়বসিদা ৱারী লীরিবা মীশক অদুনা মহাক্কী ৱারী অদু তাবা হেক লোইবগা তারিবা মী অদুনা ৱাহং অমা শোয়দনা হংনীংহন্নবা মওঙদা লী অদুগা ৱাহং অদু হংলকপা মতমদনা ৱারী লীরিবা মহাক্না লরুবগী মওঙদা পাউখুম পী। খুদম ওইনা, ৱারী লীবা লোইবদা ৱারী তারিবা মীনা হংবাঃ "অদুদি কৈদৌথি?" ৱারী লীরিবা মীনা লরুবা মওঙদা খুম্বাঃ "কৈদৌনি হায়গে? কৈথেন্দগী কাম্বা অমা লৈথোক্রুবা হায়সিঙায়দনা!" এণ্ডলেস টেল (endless tale) হায়রগা করিগুম্বা থৌরম অমা হন্না-হন্না লোইবা-খম্বা

---

[৪৭]ৱাংখৈময়ুম তোমচৌ সিংহ, *ইবেনবোক্কী ৱারী* (ইম্ফালঃ অইবা, ১৯৫৯), লাঃ ৪৯-৫১।

[৪৮]সরাংথেম বরমণি সিংহ, *চীং-তমগী ফুজা ৱারী*, লাঃ ২১-২৬।

[৪৯]এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ, *থাইনগী মণি-মুক্তা*, লাঃ ৬৩-৬৭।

নাইদনা হঞ্জিনহনবা য়াবা মওঙদা লীবা ৱাৰীবু খঙনৈ। খূদম ওইনা, ফৌগৈ অমদগী উচেক অমমম্না ফৌ মৰু অমমম চেম্মোকপগী ৱাৰী।

মতাং অসিদা ফোকটেলগী 'কেন্টি ফেবল' (cante fable) হায়না খঙনবা থোইদোকপা ষ্টাইল অমা যেংবা যাই। কেন্টি ফেবল হায়বসিদা ৱাৰীগী মতাং-মতাংদা শৈরেং অমা নৎত্রগা কযামকম ৱাৰী শানবা (dialogue) গী মওঙদা হাপই। অসুম্না ৱারেং-শৈরেং অনী যান্নবা মশক অসি ফোর্মূলাগী মশক্তা শাগৎপা নত্তে। কেন্টি ফেবল অসি আর্নে-টাম্‌সন্না ফোকটেলগী মখল মনুংদা পল্লমদে। য়ুরোপ, আমেরিকানচিংবা লোংচুপকী লৈবাকশিংদা কেন্টি ফেবলগী ৱারেংগী শরক্তগী শৈরেংগী শরক্তা হেনবদগী লৈবাকশিং অসিগী অযাম্বা অখঙ অহৈশিংনা কেন্টি ফেবলবু মপূংদা ঈশৈ ওইনা লৌনৈ। অমরোমদা, বিষয়গী মীৎয়েংদা অযাম্বা কেন্টি ফেবলশিং অসি মেজিক টেল অমদি এনিমেল টেলশিংগী মনুং চনবা যাই। মসি কমপ্লেক্স টেল অমদি সিম্পল টেল অনীমক ওইবা যাই। ৱারেংগী মশক্তা ৱাৰী ওইনা লীবদা শৈরেংগী চাংনা হম্বববদি শৈরেং যানবগী শাওঙ-শাদাগী ওইবা থোইদোকপা মতৌ যেংদুনা কেন্টি ফেবলবু ফোকটেলগী মখল অমা ওইনা লৌনবা যাই হায়না কনাগুম্না অখঙ অহৈশিংনা লৌনৈ। মণিপুরীগী 'শন্দ্রেবী-চাইশ্রা', 'কৈবু-কৈ ওইবা' নচিংবা ৱাৰীশিং শৈরেংগী চাং হম্বনা যাওবা কেন্টি ফেবলশিংনি।

## লেজেণ্ড

### (থাজ-ৱারী)

মীশক-মীওইশিং, মফমশিং, অমদি থৌরম-থৌদোকশিংগী মরমদা তশেংবা নৎত্রগা তৌশিন্নবা থাজবা অমা য়াওনা লীনবা ৱারীবু লেজেণ্ড (legend) হায়না খঙনৈ।[৫০] দিফিনিসন অসিদগী লেজেণ্ডগী খ্বায়দগী মপুং ওইবা শাজৎ অনী উবা ফংই, মদুদিঃ লেজেণ্ড হায়বসি অকক্নবা মফম-মতম তাকপা ৱারীনি অমদি ৱারী মখল অসি লীরি-তারিবা মীওই অনীমক্তা তশেংবা থোকখিবনি হায়না থাজনৈ। কনাগুম্বনা লেজেণ্ডবু সাগেন (sagen) হায়নসু কৌনৈ।

লেজেণ্ড নৎত্রগা সাগেন হায়বসি ৱারেং (prose) দা লীনবা ৱারী মখল অমনি। মসি খুন্নাই-কাঙলুপকী মীওই কয়ামকম্না অহোংবা কয়ামকমগা লোয়ননা চৎনবী ওইনা লীনৈ। ৱারীগী মশক যাম্না শাংবা নৎত্রগা যাম্না তেনবা য়াই। ৱারী অদুদা য়াম্না নীংথিজনা শেম-শাববা মপুং ফাবা প্লোট য়াওবা যাই নৎত্রগা প্লোট ইযাও-যাওদনা চুম্না থৌদোক অমা লীবা মশক্তমক ওইবসু যাই। মসিদা কবিগুম্বা লমদম নৎত্রগা মতম অমগী অপাম্বশিংবু খুংহন্নবা ৱারীগী মখল-মথেল কয়া খায়না লীনৈ। লেজেণ্ডদা খুন্নাইচাশিংগী অপাম্বদি চুম্না পুক্লীং হরাও-নুংঙাইহন্নবা লীনবা নত্তে, কবিগুম্বা অমা খঙহন-তমহনবনি --মকওইবা ৱাফম অমগী পাউ তম্বনি, নাৎকী মনুংদা খুদোংথীবা ঙাকথোক্নবা পাম্বে তাকপনি। খুন্নাইচাশিংনা লেজেণ্ডগী মশক ওইবা নুংঙাইরবা (ড্রামাটাইজ তৌরবা) ৱাবী লীদুনা অবানবা থবক তৌদনবা চেকশিনহন্নে অমদি অরুবা তাংফমশিংদা করম্বা থৌওঙ লৌখৎকদগে হাযবা তাক্লে। মরম অসিনা লেজেণ্ড অয়াম্বা, অযাম্বা মতমদা, মপুং ফানা লীনদে; থৌদোক্কী দরকার ওইবা শকক অদুদং মচেৎ ওইনা লীনৈ।

লেজেণ্ডগী ৱাবীদা অকক্নবা মফম অমদি মতম তাকই। অকক্নবা মফম-মতম তাকপসিনা লেজেণ্ডবু ফোকটেলদগী খেন্নহল্লি। লেজেণ্ডনা অকক্নবা মফম-মতমদা লৈরম্বা

[৫০] Kenneth W Clarke and Mary W Clarke, *Introducing Folklore* (1961, rpt New York Holt, Rinehart & Winston, 1966), p 24
Narratives about persons, places, or events involving real or pretended belief are legends

মীশক-মীওই অমদি থৌবম-থৌদোকশিংগী মবমদা ৱাবী লী। অয়াম্বা মতমদা ৱাবীগী অহৌবদা অকক্কবা পূংফম, নুমিৎ, থা, চহীনচিংবা পন্দুনা অকক্কবা মীশক-মীওইশিংগী মমিং, মমা-মপা, লৈফম, শিনফম্নচিংবা পন্নে, শোক-তাবিখ নাইবা থৌবম-থৌদোকশিংগী শোক-তাবিখ পন্নে। মসিদা ইতিহাসকী 'অচুম্বা' যাওই হায়না থাজনৈ। মবম অসিনা, ইতিহাসনা প্রমাণ তৌবমক নৎত্রবসু, মসিবু 'চীনবুংদা লৈবা ইতিহাস' (oral history) নৎত্রগা 'মীযাম্না লীনবা ইতিহাস' (folk history) হাযনা কৌনৈ। লেজেণ্ডগী ৱাবীশিং অসি যেলহৌঙৈগী নত্তবা পঙলি লিদবা মতমগী ওইনৈ অমদি লাই-তীনগী নত্তবা, তাইবং মালেমগী ওইনৈ।

. লেজেণ্ডগী ৱাবীবু অকক্কবা মফম, মতম নাইবা মীশক-মীওই অমদি থৌবম থৌদোক্কী ওইবা মবম্না, 'অশেংবা ইতিহাস' নি হাযনা প্রমাণ তৌদ্রবসু, থাঙ্গেশেংনা থোকখিবনি হাযনা থাজনৈ। থাঙ্গেশেংনা থোকখিবা মওঙ ওইনসু ৱাবী অসি লীনৈ। কনাগুম্বা অমনা মহাক্না লীবিবা ৱাবী অদুদা মহাক্কী ওইবা ভাবনা শাবা অহেনবা ৱাফম খব হাপ্লবসু মদু থাঙ্গেশেংনা থোকখি হাযনা খনবা নৎত্রগা থাজবা ৱাবীগী শককশিং অদুগী লৈতেং ওইনা হাপ্পনি হাযনা লৌনৈ। লেজেণ্ড তাবিবা মীওইনসু ৱাবীগী লৈতেং ওইবা শককশিং অদু খবমখৈ থাজদবা পোক্লবফাওবদা ৱাবী অদুগী মপূং ওইবা মশক খবদি থাঙ্গেশেংনা থোকখিবনি হাযনা থাজে। মতৌ অসুম্না লেজেণ্ডদা তশেংববু ওইববসু শেংফাত্তববু (তৌশিন্নববু) ওইববসু থাজবগী ৱাফম অমদি লেজেণ্ডদা মতম পুন্নমক্তা শাগোন্নদুনা লৈ। লেজেণ্ড অসিদা লাই-তীন, ভূত-প্রেতনচিংবা যাওবা থোক্লবসু ৱাবী অদু তাইবং মীগী ওইবা থাজবা যাবা জগৎ অমদা থোকপনি হায়না লৌনৈ অমদি থাজনৈ। লেজেণ্ডগী অচুম্বা মতৌবু কনানসু থোইদোকপা থিজিন্নদে, খুন্নাইচাশিংনা লেজেণ্ডগী অচুম্বা মতৌবু হান্না খঙদুনা নৎএগা থাজদুনা লৈববা ৱাফম খবগী যুম্ফম্মদা ইথাদ-থাজনৈ, অচুম্বনি হায়না অচুম্বগী মচু শঙদুনা লীবকপা লেজেণ্ডবু মহাক্না তাবদা চুমদবনি হায়না লৌনবা হোৎনদে, মহাক্সু ৱাবী অদুবু অচুম্বগী মওঙদা যান্না থাজনা অতোপ্পা মীশক অমদা খুথাং চৎনা অমুক লীথোকই। মবম অসিনা কার্ল ৱেবমেন (Karl Wehrmann) না লেজেণ্ডবু 'ড্রামাটাইজড সুপবস্টিসন' (dramatised superstition) কৌবম্মী। লেজেণ্ড হাযবসি থাজববু ৱাবী ওইনা লীথোকপনি নৎত্রগা থাজবা অমবু থৌদোক-ৱাবী অমনা শৌগৎপনি। থাজবদা যুম্ফম্ম ওইবা বাবীনি হাযদুনা লেজেণ্ডবু 'বিলিফ টেল' (belief tale) হাযনসু কৌনৈ।[৫১]

[৫১] মণিপুবীদসু লেজেণ্ডবু 'থাজ-ৱাবী' হায়না খঙনবা যাই।

লেজেণ্ডবু 'থাজ-ৱারী' নি হায়বিবসি খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংগী মীওই খুদিংমক্না ৱাবীদ খেন্নবা লৈতনা থাজবগী বাফম নত্তে। য়াম্না থাজবা, খিত্তং থাজবনচিংবদি মী-মীগী মতুং ইন্না খেন্নবা নাই। থাঙ্গেশেংবদি, লেজেণ্ডবু থাজবগী মতৌ লেজেণ্ড অদুগী ৱাবীদা লৈব নত্তে, ৱাবী অদু লীবগী মওঙদা লৈরনি। লেজেণ্ড লীবিবা খুদিংমক্না লেজেণ্ডবু মীনা থাজগদব মওঙদা হৈ শিংনা লী, থাজগদবা সাক্ষী অমদি খুদম খনগৎনা পী, থাজগদবা চৎনবী ৱাহৈ-ৱাতা থিদুনা শীজিন্নৈ। অসুম্না, লেজেণ্ডগী তশেংবা মগুণদি লেজেণ্ড লীবগী স্টাইলদা লৈ।

লেজেণ্ড হায়বসি ৱারী শাবগী মওঙদা লীনৈ। মসিদা ফোকটেলগুম্না ৱারী লীবা অমদি তাবা মীওই অনীগী খেন্নবা থোইনা লৈতে। মীওই অনীমক্না মতম অমতদা লেজেণ্ড অমা নৎত্রগা কথামকুম মানা মানা খঙবা মওঙদা পূন্না অমদি মথং মথং ওইনা লীনৈ। ৱারী লীবিবা মীশক্তুনা অমক তানা ওইবা যাই, তাবিবা মীশক্তুনা অমক লীবা যাই। ৱারী মওঙ অসি অযাম্বনা অহাঙবা মতম, মী পূনবা মতম, কুম্মৈ ফিরমো দেব-কর্ম্ম, অসিনচিংবদা ৱারী শানবা ওইনা লীনৈ ফবিগুম্না অখন্নবা পোৎশক মীশব, থৌদোক, থৌওঙশিং না উবকপা-খন্নবকপা মতাংদা থৌদোক্কে।

খৃঃ ১৯৬২ দা ইন্টরনেসনেল কমিটি অমনা লেজেণ্ডগী কাঙলুপ মরি থোক্না থাযদোক্লম্মীঃ (১) ইটিওলোজি অমদি এস্কেটোলোজিগী ওইবা, (২) হিস্টরিগী অমদি হিস্টরি আফ সিভিলাইজেসনগী ওইবা, (৩) সুপরনেচরেল বিইংশিং অমদি ফোর্সশিংগী নৎত্রগা মিথকী ওইবা, অমসুং (৪) ধর্ম্মগী ওইবা লেজেণ্ডশিং কাঙলুপ মরি অসিগা চাউবাক্না মায়না মালেমগী অখঙ অহৈশিংনা লেজেণ্ডশিংগী মখল মরি মখাগী অসুম্না থাযনৈ।[৫২]

(ক) ইটিওলোজিকেল লেজেণ্ডশিং (etiological legends) -মখলসিদা মালেমগী লৈশেম-লোংশেম্বা, পোৎশকশিংগী অহানবা পোক্লক শেম্লকপা, প্রকৃতিগী থোইদোকপা থৌদোক, লৈমায়গী তোপ তোপ্পা মশক-মওঙ, পাম্বীশিং অমদি জীবশিংগী অখন্নবা শাজৎ, অসিনচিংবগী মরম অমদি অহানবা থৌদোক শন্দোক্না তাকপা ৱারীশিং মনুংচল্লি।

[৫২] Linda Degh, Folk Narrative ' in *Folklore and Folklife An Introduction* ed Richard M Dorson (Chicago Univ of Chicago Press 1972) p 76
(1) Etiological and Eschatological Legends (2) Historical Legends and Legends of the History of Civilization (3) Supernatural Beings and Forces or Mythical Legends (4) Religious Legends or Myths of Gods and Heroes

ইটিওলোজিগী ওইবা লেজেণ্ডশিং অসি ধর্ম্মগা অমদি লাই-তীনগা মরী লৈনদে, তাইবুং মী, শা উচেক্লচিংবা জীব অমদি প্রকৃতিগী পোৎলমশিংগা মরী লৈনৈ। মীশক, পোৎশক অমদি জীবশিং অসিগী তোপতোপ্পা শাজৎ নৎত্রগা মশক মওঙশিং ইহান হান্না মতৌ করম্না ওইখিবগে অমদি মখোয়শিং অসিগী হৌবকফম কবিনো হায়বগী বাবী ইটিওলোজিকেল লেজেণ্ডশিংনা লী। লেজেণ্ডশিং অসিগী অহৌবা অবোইবর্নাচংবা যাওবা নীংথিনা লেংশিনবা মশক লৈতে। অদুবু লেজেণ্ডশিংগী বাবীশিং অসি থাক্সেংনা থোকখিবশিংনি হায়না থাজনৈ। খুদম ওইনা, পুদাংকোই খুৎকোইবনা শঙাই ওনখিবগী বাবী।

(ঘ) হিষ্টরিকেল লেজেণ্ডশিং (historical legends)—মথল অসিগী মনু দা লৈবাক অপুম্বগী (national) ওইবা অমদি লম-লমগী (local) ওইবা ইতিহাসকী মনুংচনবা থাজ বাবীশিং যাওই। লৈবাক অপুম্বগী ওইবা নিংথৌ, অঙম-আথৌ, অকল অথৌ নেতা সমাজ সেবী অসিনচিংবা শক্লাইবা মীওইশিংগী পুন্সিদা লৈবাক্কী কান্ননবগীদমক পাঙথোকখিবা থৌদোকশিংদা য়ুম্ফম ওইবা থৌনা লিংজেল অমদি মতিক মওংগী বাবাশিং খুন্নাই কাঙলুপ মনুংদা চীনবু ইতিহাসকী মশক ওইনা চংনৈ। খুদম ওইনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা [illegible] শামু ফাবগী বাবী। খুন্নাই কাঙলুপ মনুংগী মশা মশাগী লম [illegible] ওইবা ইতিহাসশিংসু লৈনৈ। লম লমগী ওইবা হেৎক হৌবশিং অসি লম লম অদুগী [illegible] তোপ্পা মীশক অমদি থৌদোকশিংনা শাগৎলি। লোকেল লেজেণ্ড (local legend) হায়বা খুন্দোনা লম লমগী ওইবা বাবী মখা। অসিগী মনুংদা লম অদুগী মশাগী পোথোক ওইবা (indigenous) বাবী অমদি [illegible] চাঙান-তোঙানবা লমশিংদা পাক শন্না [illegible] তাপ্পা লমদগী লাকপা (migratory) ওইবনসু লম হাদগী থোক্তদোকপা [illegible] চংবা মচু [illegible] অমদি লম অদদা মরী [illegible] (localized) বাবী অনীমক যাওই। লোকেল লেজেণ্ডশিং অসিনা লেজেণ্ডশিংগী মনুংদা খা দগী মশা যাম্মী। লোকেল লেজেণ্ডশিং [illegible] জর্মনশিংনা সাগে (sage) কৌই। ফ্রেঞ্চশিংনা ট্রেদীশিয়ন পোপুলার (tradition populair) অমদি ইংলিসশিংনা লোকেল ট্রেদিসন (local tradition) হায়নসু কৌই লম লমগী। মশাগী পোথোক ওইবা লেজেণ্ডশিংদা থাম্মোক খুন্দা শা লান মীহাং মাপল নমথা কুম্না চাক তাওবা, ঈশিং ইচাও অনাবা অচৌবা অসিনচিংবা অঙাংবা থৌদোকশিং (events) গী বাবী লৌনৈ, লম লমগী ওইবা চীং, পাং [illegible] মখা [illegible] লৈনৈ লমহা [illegible] শাবল, লোক [illegible] নচিংবা মফমশিংগী মমিংশিং (place names) [illegible]। খুদম ওইনা, চিংপা থুম্লোক' কী বাবী, লাকপা চা [illegible] বাবী [illegible]

অসিগী মনুংদা ফূরা-দলান, নূংবী-নূংজাউ, উজাউ-থোংজাউ, মোংফম মন্দির, মূৎথ্রবা সহর, লোৎলম্বা লন-থুম, অসিনচিংবা তাইবং মীনা শেম্বা পোৎলমশিংগী ৱারীসু লীনৈ। খূদম ওইনা, থোং শাবদা নৈশাবী হাপখিবগী ৱারী। লোকেল লেজেণ্ডশিংগী মনুংদা লম-লমগী ওইবা অখন্নবা মীওইশিংগা মরী লৈনবা ৱারীশিং (personal legends) সু চল্লি। অখন্নবা মীওইশিংগী ওইবা লেজেণ্ডশিংগী মনুংদা নিংথৌ, খুল্লাকপা, অমাইবা, অমাইবী, পণ্ডিত, অসিনচিংবা অখন্নবা মীওইশিংনা মখোয়-মখোয়গী পুন্সিগী হৌখিবা থৌদোক নীংশিংবা ৱারীশিং (reminiscences) বু অমুক ময়াম্না চৎনবী ৱারীশিং ওইনা লীনৈ। 'ঐ' হায়না লীবা নীংশিং-ৱারীশিং অসিদা নত্তনা ঈমুং-মনুংগী ওইবা ৱারীশিং (family stories) সু পার্সনেল লেজেণ্ডগী মনুং চন্নে; খূদম ওইনা, ঈমুং-মনুং নৎত্রগা যূম্লাক-শাগে অমদা থোকখিবা খূদোংথীবা নাম্নুং-থৌদোক, হৈনবী লমচৎ-শাজৎ, হৈনবী মিঙ্গৌ-মিংথোল, হৈনবী ৱাহে-ৱাতা অসিনচিং-গী ৱারী। পার্সনেল লেজেণ্ডশিংদা পার্সনেল এনেকডোট (personal anecdote) হায়না খঙনবা থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারী মচাশিং থোইদোক্না মরু ওই। মসি লম-লমগী তোঙান-তোঙানবা মীশক-মীওই মখল-মখা কয়াগা মরী লৈনবা য়াই। মসিদা অচুম্বনি হায়না লৌনবা থৌদোকশিং লীনৈ, 'টেল এনেকডোট' নৎত্রগা 'জোক' তা তৌবগুম্না ভাবনা শাবা থৌদোকশিং লীনদে। খূদম ওইনা, জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর ওঝা কালাচান্দ শাস্ত্রীনা নৌনা ওঝা ওইবা চঙলকপা পাখং অমা চুরুট থক্লুনা লাকপদা ছাত্র ওইরবোই নাংদুনা লীচৈনা কনবগী থৌদোক। 'হীরো লেজেণ্ড' (hero legend) হায়না খঙনবা থৌনা-লিংজেলগী মরমদা লীনবা লেজেণ্ডসু পার্সনেল লেজেণ্ডগী মনুং চল্লি। লেজেণ্ড মখল অসিদা মথৌনা মরিংজেন্দা মমিং চৎপা লম-লমগী ওইবা অথৌবশিং অমদি মপুকচেল চাউবা ডাকুশিংগী ৱারী লীনৈ। খূদম ওইনা, 'হেরোচন্দ্র, রোবিন হুডনচিংবগী থাজ-ৱারীশিং। হীরো লেজেণ্ড কয়ামরুম হিষ্টরিকেল ওইবা নৎত্রগা ওই হায়না লৌনবা মীশক-মীওই অমগী পুন্সি অমদি থবক-থৌরমশিংগা মরী লৈননা পূন্না শন্দোক্না লীনরবদি মরী লৈনবা লেজেণ্ডশিং অদুবু পূন্না সাগা (saga) হায়না খঙনৈ।

সাগা হায়বসি অয়াম্বনা ৱারেংদা লীনৈ, করিগুম্বদা শৈরেংগী মশক ওইবসু য়াওই। সাগাদা অয়াম্বা মতমদা অচৌবা থৌদোকশিং লীনৈ। ফেমিলি হিষ্টরি (family history) বু থাগত্নুনা মথং-মনাও নাইনা লীবা তারবসু অয়াম্বা মতমদা সাগাদা লীনৈ। তশেংবদি সাগা হায়বসি স্কাণ্ডেনেভিয়া অমদি আয়রলেণ্ডদা ময়ায়চনবা যুগতা চীনবুংদা লীনরম্বা অমদি লাইরিক্তা অইবা ওইনা লৈরম্বা চৎনবী থাজ-ৱারীশিংনি, অদুবু হৌজিক্তি 'সাগা' হায়রগা করিগুম্বা

মকওইবা থৌবম-থৌদোক অমগী শন্দোক্লা লীনবা ৱাৱী খুদিংবু চাউবাক্লা খঙনরে। কনাগুম্বনা মসিবু 'ফোক এপিক' তগী খর হন্থবা নৎত্রগা হাইরপ মান্নবা ৱাবীনি হায়না লৌই। মণিপুরীদা 'মোইরাং শায়োন' গী অয়াম্বা ৱাবীশিং সাগাগী মশক্কি হায়না লৌবা য়াই। অতোপ্পা লমদগী চঙলক্লুনা লেজেণ্ডশিংনা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী মনুংদা চৎনবকপা মতমদা লেজেণ্ড অযাম্বা ৱারী-মচাক শেমদোকপা, লৌথোকপা, হাপচিনবনচিংবা তৌদুনা লম-লম অদুগী তোপতোপ্পা মচুদা ওনশিল্লি। অসুম্না মচু শঙদুনা লম অমদা লম অদুগী খুন্নাইচাশিংনা শৌগৎলুনা মপাল্লমগী লেজেণ্ডনচিংবা ফোকলোব মচাকশিংনা মবা তাবা ঙল্লিবনি। অসুম্না মণিপুরী খুন্নাই কাঙলুপ মনুংদা মবা তাববা লোকেলাইজড লেজেণ্ডশিং (localized legends) য়াম্না লৈ। খুদম ওইনা, 'ভীষ্মা নিংথৌ ওইবা' গী ৱাবী।

সুপবনেচবেল লেজেণ্ডশিং (supernatural legends)–তাইবং মীগী ৱাংমদা লৈবা শক্তিনা পাঙথোকপা থৌবমশিংগী থাজ-ৱাবীবু সুপবনেচবেল লেজেণ্ড হায়না খঙনৈ। ৱাবী মখলসিদা মতম অমদা থোকখিবা থৌদোকশিং অমদি এক্সপরিযেন্সশিংগী থাঙ্গৈশেংবনি হায়না লৌনবা ৱাবোলশিং যাওই। মখোয়শিং অসিনা অন্ধবিশ্বাসশিংবু শৌগৎলি। ফোক বিলিফশিং (folk beliefs) বু অচুম্বা ওইনা উৎনবগীদমক লানবা মবল্লা সুপবনেচবেল লেজেণ্ডশিং অসিবু সুপবনেচবেল বিলিফ টেল' হায়নসু খঙনৈ। ফোক বিলিফ অমবু অচুম্বা ওইনা উৎপা যাবা 'লনাই পুক্সিদা থোকপা থৌদোক নাংশিংবা ৱাবী' বু স্বিডিসফোকলোবিষ্ট বান সৈডো (C W von Sydow) না মেমোরেট' (memorate) হায়না মমিং থোল্লম্মী, হঙ্গেরিয়ান আমেরিকান ফোকলোবিষ্ট লিণ্ডা ডেঘ (Linda Degh) অমদি এণ্ড্রু ভাজসোনি (Andrew Vazsonyi) না 'প্রোটো মেমোরেট (proto memorate) হায়না কৌবম্মী। থাঙ্গৈশেংবা লেজেণ্ড অমা ওইনবগীদমক ৱাবী অদু চুম্না লয়াই পুক্সি থৌদোক্কী ওইনতা নত্তনা খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংগী চৎনবী বাদা অমসু ওইগদবনি। সুপবনেচবেল লেজেণ্ডগী চাউবাক্লা কাঙলুপ মবি থোক্লা খায়দোকপা যাইঃ সুপবনেচবেল ওইবা জীবশিংদা থাজবগী, অশিবগী থৱায়না হল্লকপদা থাজবগী, মেজিক অমদি সুপবনেচবেল ওইবা খুদমশিংদা থাজবগী, অমসুং অববান বিলিফ টেল সুপবনেচবেল ওইবা জীবশিং (supernatural creatures) গী লেজেণ্ডদা হিংচাবী, ঈচপ্পী কোৎচাবী, কৈ নৎত্রগা কৈশালশুনবা মী, মীনা লোইবা ভূত, যেংবদা কিনিংথাই ওইবা জীব, মশা পানবী লাইবেম্বী, হেলোয়, অসিনচিংবা ফত্তবা অফবা মখল অনীমক্কী ৱাবী লৈ। খুদম ওইনা, মপুনা লোইশিনবা ঙল্লমদ্রবা ভূতনা মীগী যুম মৈ থাবগী ৱাবী। অশিবা থৱায়না

হল্লকপা (returning spirit of the dead) গী লেজেণ্ডদা লৈখিদ্রবা মপা-মপু ওইবশিংগী থরাযনা ওইবা কাসা লাই, অশিবগী লমদমদগী কবিগুম্বা মবম অমগীদমক অমুক হল্লকপা থরায. মীশি চাদদুনা লানবা ঙমদ্রবা থরায, ভূত-প্রেত, শিখিবা শা-উচেক্কচিংবা জীবশিংগী থবায, অসিনচিংবগী থাজ-বাবীশিং যাওই। অশিবগী থরায, ভূত-প্রেত অসিনচিংবনা তাইবং মী মবক্তা লাকপগী, খুদম পীবগী, তম্নবগী, দণ্ডি তৌবগী, নৎত্রগা তেংবাংবগী মবম, থৌদোক, ফল, অসিনচিংবগী বাবীশিংনা মপুং ওইনা লীনৈ। অযাম্বা মতমদা তাইবং মীনা কিননা 'ফত্তবা' থরাযশিংসিদগী কবম্না ঙাকথোক্কদগে, মখোযবু কবম্না লোইশিনগদগে হাযবনচিংবগী বাবাসু সুপবনেচবেল লেজেণ্ডশিংগী মনুং চল্লি। বাবীশিং অসি অযাম্বা মতমদা অকিবা পোকহনবা মখলগী ওই। অকিবা অমদি নোক্নীংবা অনামক পূন্না পোকহনবা লেজেণ্ডশিংবু 'হ্যুমরস এন্টি লেজেণ্ড (humorous anti legend) শিং হাযনা খঙনৈ। খুদম ওইনা, ডাকবঙ্গলোদা ও '' নাহেবা, কপ্পনচিংবা তৌবা, লানবা ঙমদ্রবা অশিবা মীগী থবাযনা ওনবা ভূতকী বাবী। মেজিক অমদি সুপবনেচবেল ওইবা খুদমশিং (magic and supernatural signs) দা থাজবগী লেজেণ্ডশিং থৌদোক হকথেংননা থোকখিবা মী মশামক্না লীবগী মওঙদা বাবীনৈ। ফার্ষ্ট-পাবসন একাউন্টশিং অসি যাদু মন্ত্র অমদি লাই তীনশিংনা পীবা খুদমশিংগী ওইবা মেমোবেট (memorate) শিংনি। মপুং ফাবা লেজেণ্ড শিন্দগী মেমোবেটশিং অসিনা মশীং যাম্না হেল্লি। মেমোবেটশিং অসিনা বাবী লীবগী অমদি মপুং ফাবা লেজেণ্ড ওইবকপগী মথংশিংনা থাক মঙা লৈঃ ফোক বিলিফনচিংবনা অহৌবগী থৌঙ্গনশিনশিং (primary stimuli) ওইবা ('উমংলাই লম্লানবা তৌহৈদে ), মথংদা থৌদোক ওইনা ফোঙদোবকপা থৌঙ্গনশিনশিং (realising stimuli) ওইবকপা (মচানুপী অমনা খঙদদুনা লম্লাল্লুবা), মথংদা থৌদোক অদুগী অর্থ হনবা (মচানুপী অদু লাইওঙ খঙদনা নাবক্তুনা লাযেংবা ঙমদবা, লাইপাউ তাদুনা উমংলাই অদুদা হৈকৎ লৈকৎ তৌবদগী ফখিবা, অসিনচিংবদগী 'উমংলাই লম্লানবা তৌহৈদেবা' গী রাফম অদু চুম্মি হাযনা প্রমাণ তৌবা), থৌদোক অসি মশামক্কী মেমোবেট অমা ওইনা অতোপ্পা মীওই অমদা তম্বা, অমদি মেমোবেট অসি অতৈ অতৈ মীওইশিংনা চৎনবী থৌদোক-বাবী অমা ওইনা মথংশিংনা লীনখিবা। খুদম ওইনা, মাইবগী খুন্নং-লাযেংনা অনাবা ফখিবা, মাইবনা থরায শৎপদগী মী অমা থাখায অমগী মনুংদা শিখিবা, অথন্নবা লাইদা নিবা বব থাঙ্গেশেংনা থুংখিবা, শিগনি হাযবগী খুদম চুমখিবা, ফত্তবা খুদম ফংবদা থৌশাহৌদবদগী অরাবা নংখিবা, মঙতাক্না তাইবংদা অৎসবা ওইখিবা, অসিনচিংবগী বাবীশিং মশাদা হকথেংননা থোকখিবা ওইনা

লীবা 'মেজিক অমদি সুপরনেচরেল সাইন লেজেণ্ড' (magic and supernatural sign legend) শিংগী মনুং চঙ্লি। অরবান বিলিফ টেল (urban belief tale) হায়রগা সহরদা ইকুই-কুইদ্রিঙৈ মমাঙদা থাঙ্গৈশেংনা হকথেংননা থোকখিবনি হায়নবা অমদি মথং-মথং তোঙান-তোঙানবা মওঙদা শন্দোকখিবা অঙকপা থৌদোক্কী ৱারীবু খঙনৈ। মখল অসিগী অয়াম্বা ৱারীদা সুপরনেচরেল ওইবা নৎত্রগা ওইথোক্লোইদবা য়াম্না মানবা মোটিফশিং (ৱারী মচাকশিং) য়াওই। ৱারীশিং অসি সহরগী মী মখল খুদিংনা পুথোরকই অমদি অয়াম্বা মতমদা খবর কাগজনচিংবনা শন্দোকই। খুদম ওইনা, ইম্ফালগী জিনা টৌকিজদা হোল শঙ্গাবা নৌরিঙৈগী নুমিৎ খরনি সিনেমা য়েংলিঙৈ মনুংদা ভূতনা তুংলোমদগী মখূৎনা হেক-হেক লাম্লকপা, য়েংথোক্লুবদা কনা অমতা লৈরমদবা, অসিনচিংবগী ৱাবী।

রিলিজিয়স লেজেণ্ডশিং (religious legends)— ধর্ম্ম অমদি লাইনীং-লাইশোনগা মরী লৈনবা থাজ-ৱারীবু রিলিজিয়স লেজেণ্ড হায়না খঙনৈ। মতম অমদদি 'লেজেণ্ড' হায়বগা বিলিজিয়স লেজেণ্ডবু খঙনরম্মী। মেডিযিভেল লেটিন ৱাহৈ 'legenda' (পাগদবা পোৎলম) দগী ওইবকপা 'লেজেণ্ড' (legend) ৱাহৈনা অহানবদা ধর্ম্মগী থৌবমশিংদা অমদি ময়ামগী অপূনবা চাক চাবমদাইদা ময়াম মমাঙদা তঙাইফদবা ওইনা মখোল হৌনা পাথোক্কদবা খৃষ্টান সাধুশিংগী পুন্সি-ৱারীবু খঙনবম্মী। হৌজিক রিলিজিয়স লেজেণ্ড হায়বগা চাউরাক্না মখল অহুমগী ৱারীশিংবু খঙনৈঃ সাধু-সন্তগী ৱাবী, লাইনীং-লাইশোনগী চৎনবী ৱাবী, অমদি ধর্ম্মগী লাইবিক্তা ময়াম্না হাপচিনবা ৱারী। খৃষ্টান সাধু-সন্তশিং (saints) গী ৱারী অয়াম্বা অইবা ওইনা লৈ; ৱাবীশিং অসিগী চীনবুংদা লীনবা মশকশিংসু লৈ। সাধু-সন্তশিংগী পুন্সি তাকপা চীনবুংদা লৈবা, ময়াম্না অশেংবনি থাজনবা, ৱারীশিং অসিবু সেন্টস লেজেণ্ডস (saints' legends) হায়রগা খঙনৈ। মণিপুরীগীদি লাইনীং-লীচৎকী হীবমশিংদা থোইদোকপা অচৌবা থৌদাং য়াখিবা কুরু-মায়চৌশিংগী পুন্সি-থৌদোক্কী ৱারীশিংবু সেন্টস লেজেণ্ডশিংনি হায়না লৌবা য়াই। খুদম ওইনা, গুরু লাইবা, কনক থেম্বা, লৌরেম্বা খোংনাংথাবনচিংবগী ৱারী। লাইনীং-লাইশোনগী চৎনবী ৱারীশিং (religious traditional stories) গী মনুংদা লাইনীং-লীচৎ অমদি লাইশোল-তীনশোনগী ওইবা পোৎলম-থৌরমগা মরী লৈনবশিং চনগনি। মসিদা লাই-তীনগা মরী লৈনবা অঙকপা থৌদোক, লাইতাক-লাইপাউ, লাইগী থৌজাল, লাইগী মূর্ত্তি, অসিনচিংবগী ময়াম্না থাজবগা লোয়ননা লীনবা ৱারীশিং চনবা য়াই। খুদম ওইনা, গোবিন্দ লিংখৎখিবগী ৱারী। ধর্ম্মগী লাইরিক্তা ময়াম্না হাপচিনবা ৱারী ('folk bible') হায়রগা ***বাইবল*** নচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রগী

লাইরিকশিংগী অৱাৎপা মেনখৎপা ওইনা নৎত্ৰগা অহেনবা হাপচিনবা ওইনা খুন্নাই-কাঙলুপকী মীওইশিংনা চৎনবী ওইনা লীনবা থাজ-ৱারীশিংবু খঙনৈ। ময়াম্না হাপচিনবা ৱারীশিং অসিগীদি অইবা মশক লৈতে। মসিদা লাইগী মতেং পাংবদগী বর ফংখিবা নৎত্ৰগা মাঙনবা তৌরুব্দগী শাপ ফংখিবা জীবশিং অমদি পাম্বীশিংগী ৱারী, লৈশেম-নোংশেমগী থৌদোক, অসিনচিংবা চনবা য়াই। খূদম ওইনা, যীশু খৃষ্টগী মশাদা য়োৎপী যেবা মফমশিংদা হয়িংশিংনা ওস্বদগী হয়িংশিং অদুবু য়োৎপী ওইরবোই নীংদুনা অহেনবা যোৎপী য়াম্না থাহৌদবগী মনা ওইনা নিংথৌগী লুক্রেন্দা হয়িংনা চাবা ফংজবগী ৱাবী।

# মিথ

## (লাই-তীনগী ৱারী)

'মিথ' করিনো হায়বসি মালেমগী তোঙান-তোঙানবা অখঙ-অহৈশিংনা হৌখিবা চহী ২৫০০ রোমগী মমাঙদগী হৌনা থিবা হৌনরকখ্রবনি। অদুবু মখোয়গী মতশিংদি খক মান্নখিদে। পাইথাগোরাস (Pythagoras) না মিথপু পাউতাক্কী ওইবা নাকোইনবা ৱারী (didactic allegory) নি হায়বম্মী। ইউহিমেরস (Euhemerus) না মিথ হায়বসি তাইবং মীবু লাই ওলহনবগী ফলনি হায়বম্মী। ১৮ শুবা শতাব্দীগী দিইস্টশিং (deists)না মিথপু থৈদোক্লবা কল্পনাশিংগী মাঙ-তাক্লীংঙাই ওইবা অনৌবা পোথোকশিং (mischie-vous invention of corrupt imaginations) নি হায়বম্মী। মেক্সমুলর (Max Muller) না মিথপু লোনগী লায়না (disease of language) নি হায়বম্মী। লেং (Andrew Lang) না মিথপু ওইথোকপা য়ানা কান্নবা ভূতশিং (practically useful ghosts) পুথোক্লবা পাম্নে অমনি হায়রম্মী। জেন হেরিসন (Jane Ellen Harrison) না মিথপু লাইথৌশিংগী অকায়-অতোই (detritus of ritual) নি হায়বম্মী। ফ্রোয়ড (Sigmund Freud) না মিথপু মীওইবা জাতিগী মীৎ পাঙনা-পাঙনা মঙবা মঙলান (daydreaming of the human race) নি হায়রম্মী। '

অনৌবা মতমগী ফোকলোবিষ্টশিংগী মনুংদা কেন্নেথ অমদি মেরী ক্লার্ক (Kenneth and Mary Clarke) না মিথপু লাইশিং, লাইওই-মীওই তৌবশিং নৎত্রগা সংস্কৃতি-পুরুষশিংগী মরমদা লীনবা ৱারীনি হায়রম্মী।[৫৩] ব্রুনভাণ্ড (Jan H. Brunvand) না বেসকম (William R. Bascom) গী মত শৌগৎলদুনা মিথ হায়বসি মসি লীনরিবা খুন্নাই অদুগী মনুংদা য়াম্না লাপখিবা যেলহৌঙৈগী মতমদা থোকখিবশিং অদুগী অশেংবা ৱারোলশিংনি হায়না লৌনবা, ৱারেংগী ওইবা, চৎনবী ৱারীনি হায়রম্মী।[৫৪] এলন ডণ্ডিস (Alan Dundes) না মিথ হায়বসি মালেম অমদি মীওইবনা মখোয়গী ঙসিগী মওঙ

[৫৩] K.W. Clarke and M W. Clarke, *Introducing Folklore* (1961; rpt. New York: Holt, Rinehart & Winston, 1966), p. 26:

A myth is a narrative dealing with gods, demigods, or culture heroes.

[৫৪] Jan Harold Brunvand, *The Study of American Folklore : An Introduction*

অসি মতৌ কবন্না ওইবকখিবগে হায়বা শন্দোক্লা তাকপা অশেংবা (ধর্ম্মগী ওইবা) ৱাবী অদুনি হাযবম্মী।[৫৫]

মথক্কী দিফিনিসনশিংসিদগী 'মিথ' হায়বসি লাইনীং-লাইশোনগা মবী লৈনবা যেলহৌঙেগী মতমগী লাই-তীনশিং, লাইওই-মীওই তৌবশিং নৎত্রগা নাৎকী থোইদোকপা মকওইবা থৌবম পাঙথোকপা, লাইগুন্না লৌনবা, অথৌবা মীওইশিংগী ৱাবীনি হাযবা যাই।[৫৬]

মহৌশা ওইনা, মিথকী ৱাবী খুদিংমক কাঙলুপকী লাইনীং-লাইশোন (ধর্ম্ম) গা মবী লৈনৈ। মসি লাইনীং-লাইশোনগী ওইবা থাজনবীশিং অমসুং থৌবমশিংগা যাম্না চেৎনা শাগোন্নে। ৱাবী মখল অসি অযাম্বা মতমদা লাইথৌ-তীনথৌগী শক্ক অমা ওইনা লীনৈ নৎত্রগা শক্লে। ৱাবীশিং অসিগী নুংগী ৱাহল্লোক অযাম্বা মতমদা লাইনীং-লাইশোনগী ওইবা মওঙদা হন্নে। ৱাবীশিং অসি যাম্না তামখ্রবা, যাম্না ঙম্লিঙৈ মতমগী লাই-তীনশিংনা মপূং ওইবম্বা অতোপ্পা সংসাব অমদা যূম্ফম ওইবগা শাগৎলি। বিযযসু ঙসিগী সংসাব অসিগা মান্নদবা অতোপ্পা মতম অমগী পোৎলম-থৌবমশিংনা ওই। ঙসিগী পোৎলম-থৌবমশিং অসি মতৌ কবন্না ইহান-হান্না ওইবকখিবগে হাযবনা মক ওইবা বিযয ওই। মক ওইবা চরিত্রশিং তশেংবা লাই-তীনশিংনা ওই নৎত্রগা লাই-তীনগী শক্তি চেন্নবা মীওইশি অমদি শা উচেকশিংনা ওই। চরিত্রশিং অসিদা লাই ওইবগী মশাজৎ অদু ইথা থাদোক্তে। মখোযবু শক্তি চেনবা লাই তীন্নি হাযবগী ৱাখল্লোন্দা খুন্নাইচাশিংনা মখোযগী মফমদা লাইনীং লাইশোলগী ওইবা ইকাইখুম্নবা মতম পূন্নমক্তা উৎলি। ৱাবীশিং অসিবু খুন্নাইচাশিংনা ধর্ম্মগী ওইবা মীৎযেংদা অশেংবা (sacred) অমদি অচুম্বা (true) নি হাযনা লৌই, জগৎ-সংসারগী মপূং ওইবা থৌবম-থৌদোক খুদিংমক্কা নুংগী ব্যাখ্যা তৌবদা খ্বাযদগী চঙদবা যাদ্রবা অচুম্বশিংনি হাযনা লৌই। মওঙ অসিদা মিথ খুদিংমক যুগ কয়া চঙনা নীংথিনা শেম-শাববা ৱাংঙুৱোল (philosophy) শাগোন্নবা ৱাবী ওই, সিম্বোলিক (symbolic) ওই, অমদি এলেগোরিকেল (allegorical) ওই।

---

(1968, 2nd ed New York W W Norton, 1978), p 99

Myths, then, may be defined as traditional "prose narratives which in the society in which they are told, are considered to be truthful accounts of what happened in the remote past "

[৫৫] Alan Dundes ed *Sacred Narrative Readings in the Theory of Myth* (Berkely Univ of California Press, 1984), p 1

A myth is a sacred narrative explaining how the world and man came to be in their present form

[৫৬] 'মিথ' পু মণিপুরীদা 'লাই তীনগী ৱাবী' হায়না খঙনবা য়াই।

'মিথ,' 'লেজেণ্ড', অমসুং 'টেল' হায়বা বারেং ওইবা ৱারীগী মশক অহুম অসি অমগা অমগা য়াম্না নক্লে। করিগুম্বা ৱারী অমা মিথ ওইবসু য়াই, লেজেণ্ড ওইবসু য়াই, নৎত্রগা ফোকটেল ওইবসু য়াই। ৱারী লীবগী মওঙ খজিক্তং হোংদোক-হোংজিন তৌরগা মিথ অমনা ফোকটেল ওইবা য়াই নৎত্রগা লেজেণ্ডগী মশক লৌবা য়াই। অহুম অসিগী মপূং ওইবা খেন্নবা মশকশিংদিঃ মিথকী ৱারী ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ, ধর্ম্মগী ওইবা থবক-থৌরম, লাইথৌ-তীনথৌনচিংবদা মিথ শীজিন্নৈ। লেজেণ্ডগী ৱারী অয়াম্বা ধর্ম্মগা মরী লৈনদে, সাধু-সন্তগী ওইবা ৱারী খরদং ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ। ফোকটেলগী ৱারীশিংদি ধর্ম্মগা মরী লৈনদে, হায়বদি ধর্ম্মগী থবক-থৌরমদা শীজিন্নদে। ফোকটেলগী ৱারীগী মপূং ওইবা পান্দমদি নোংমগী থৌগাই মরক্তা ঙাইহাক অৱা পোৎথোক্নুনা পোথাবনি। মিথকী ৱারী মচাকশিংগী মফম ঐখোয়গী সংসার অসিদগী তোপতোপ্পা লাই-তীনগী ওইবা সংসার অমনা ওই। মতমগী মীৎযেংদসু মিথ হায়বসি তাইবং য়েলহৌঙৈগী নৎত্রগা হৌজিক্কী য়াম্না লাপথ্রবা মতম অমগী ৱারীনি। লেজেণ্ডগী মফম ঐখোয়গী ঙসিগী সংসার অসিনা ওই, মতমসু হৌখিবা মতমগী মনুংদা পংলাপ-লাপ্তবা মতাং অমনা ওই। ফোকটেলগী মফম-মতমদি ওইনীংবা মফম-মতমগী ওইবা য়াই। থাজবগী মীৎয়েংদা মিথ অমদি লেজেণ্ডগী ৱারী খুদিংমক থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবা ঙাক্তনি হায়না থাজনৈ; ফোকটেলগী ৱারীবুদি ভাবনা শাৱনি, থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবা নত্তে হায়না লৌনৈ। থাঙ্গৈশেংনা লৈরম্মী হায়না লৌনবা মীশক-মীওই অমা-অনীগী মমিং-মথা ফোকটেলগী ৱারীদা য়াওবসু ৱারী অদুগী অয়াম্বা থৌদোকশিংদা ভাবনা শাবা মানবা—নুংঙাইনবা পংলী লীশিনবা মানবা—মতৌ অমা ফোকটেলদা শাগোন্নৈ। ৱারীদা উৎলিবা মক ওইবা চরিত্রশিং (characters) মিথতা তাইবং মীনা ওইদে, অৱাংবা থাক্কী লাইশিংনা ওই নৎত্রগা লাই ওইনা লৌনরবা তাইবং মীনা ওই; লেজেণ্ডদা চুম্নগী তাইবং মীনা ওই নৎত্রগা হুম্বা থাক্কী লাই-তীন, ভূত-প্রেতনচিংবনা ওই; ফোকটেলদদি তাইবং মীনা ওইবসু য়াই, অৱাংবা হুম্বা থাক অনীমক্কী তাইবং মী নত্তবনা (লাই-তীন, হিংচাবী, হেলোয়, চীংলাই, লাইরেল, শা-ঙা, উচেক-ৱায়া, পাম্বী-শীংবী, পোৎ-চৈ, অসিনচিংবনা) ওইবসু য়াই। চরিত্রশিং অদুগী মমিং-মথা মিথ অমসুং লেজেণ্ডদা তঙাইফদনা পল্লি; ফোকটেলদদি অয়াম্বনা পল্লদে। ৱারী লীবা হৌবা অমদি লোইশিনবগী মতাংশিংদা মিথ অমদি লেজেণ্ডগী থোইদোকপা অকক্নবা মশক-মওঙ লৈতে, হৌনীংবা ৱাহৈনা হৌনীংবা মতাংদা হৌবা য়াই অমদি লোইশিন্নীংবা মওঙদা লোইশিনবা য়াই। ফোকটেলগীদি ৱারী হৌবগী ('থায়না মমাংঙৈদা' হায়বনচিংবা) অকক্নবা চৎনবী

মশক-মওঙ অমা লৈ; ৱারী লোইশিনবদসু ('নুংঙাইনা পানখিবোইরে' হায়বনচিংবা) অকক্লবা চৎনবী-মওঙ অমা লৈ।

৫ মিথকী তশেংবা মশক-মওঙ (form) দি ৱারেং ওইবা ৱারীগী মশক্তি। অদুবু ৱারেং ওইবা ৱারীগী মশক অসিনা নুংদা লৈরগা মপাঙ্গোংদা তোঙান-তোঙানবা মশক-মওঙ কয়া ওইবা য়াই। খুদম ওইনা, মিথকী ওইবা নুংগী ৱারী-মচাকপু লাইশোন ঈশৈ ওইনা শকপা য়াই, ছন্দ নাইনা থীবা য়াই, ৱারী ওইনা লীবা য়াই, লীলা ওইনা উৎপা য়াই, জগোই ওইনা শাবা য়াই, মূর্তি ওইনা শেম্বা য়াই, নৎত্রগা লাই ওইনা য়েকপা য়াই। 'মিথ' হায়রগা খঙনরিবদি মপাঙ্গোংগী মশক-মওঙ কয়া অসিগী মনুংদা শাগোম্নবিবা ৱারীগী মশক অদুনি। ৱাবীগী মশক অসি শাংবা য়াই নৎত্রগা তেনবা য়াই। অসিগুম্নবা অশাংবা-অতেনবা ৱারী অমমমগী মশক ওইবা মিথ কয়ামরুম্না পুনশিল্লগা মীওই-কাঙলুপ অমগী মিথশিংগী অপূনবা মশক 'মিথোলোজি' (mythology) ওই।

মিথশিংগী মপূং ওইবা বিষয় (content) জগৎ শেম্নকপা, জগৎকী ঙসিগী পোৎলম-থৌরম ওইরকপা, অমদি জাতি অমসুং সংস্কৃতিগী মশক পোক্লকপগী ৱাবীশিংনা ওই। ৱারীশিং অসি লাই-তীনগা মরী লৈনবা মখল-মথেল কয়াগী ওইবনসু যুগকী অহৌবদা থোকখিবা মরু ওইবা কান্নবা থৌদোক-ঙাক্তগী বিষয় ওই। অয়াম্বা শরুক্তা মিথ হায়বসি অকল-অথৌগী ৱারী অমদি নাৎকী অহানবা থৌদোক্কী ৱারী ওই। খুদম ওইনা, লৈশেম-নোংশেম্বগী ৱারী, মালেম কোয়বগী ৱাবী, নুমিৎ কাপ্পগী ৱারী, ইমোইনু অহোঙ অচাউবীগী ৱারী, খোরীফাবগী ৱারী, শৌবোন য়াইরেল চনুগী ৱারী, সলাই-তরেৎ পোকপগী ৱারী, মুক্না শাম্নবা হৌনগী ৱারী, তুবেল অহানবা তেংবগী ৱারী, শনকুপলৈগী ৱারী, কোম্বীরৈগী ৱারী, অসিনচিংবা।

পৃথিবীদা মশাগী মিথ লৈতবা লৈবাক লৈতে। খুন্নাই অমবু লৈরবদি খুন্নাইচাশিংদুনা মখোয়গী খুন্নাইদুগী অহানবা পোৎলমশিং করম্না শেম্লকই, মখোয়গী খুন্নাইগী লৈফম ওইরবা জগৎ-সংসার করম্না পোক্লকই হায়বনচিংবা ৱাফমশিংগী ৱারী কয়া তঙাইফদনা শেম্মী। অসুম্না শেমখিবা মালেমগী মশীং থীঙমদবা মিথ কয়াগী মনুংদা অখঙ-অহৈশিংনা মিথ-কাঙলুপ অহুম্ম মরু ওইনা লৌনৈঃ প্রি-হিষ্টরিক কলচরশিং অমদি অনৌবা যুগ অসিগী প্রিলিটরেট জাতিশিংগী প্রিমিটিব মিথশিং (primitive myths), ইণ্ডিয়া অমদি ফার-ইষ্ট লৈবাকশিংগী ওরিয়েন্টল মিথশিং (oriental myths), অমদি ক্লাসিকেল ৱার্ল্ড অমসুং অরিবা অৱাংথংবা য়ুরোপকী ওক্সিডেন্টল মিথশিং (occidental myths)।

খুন্নাইদা মিথশিংনা তোপতোপ্পা মথৌ কয়ামকম পাঙথোকই। মিথশিংনা সিম্বোল শীজিন্নদুনা অপূনবা খুন্নাইগী নুংগী রাংঙুবোল খঙহনবতা নত্তনা য়েলহৌঙেগী মীয়ামগী পূক্নীং-বাখলবু ৱাবীগী ওইবা মশক্তা শৌগৎপা মপান্থোংগী ৱাফোঙসু ওই। খুন্নাই মনুংদা য়েলহৌঙেদগী হৌনা মতম পুম্নমক্তা উবা ফংবা ওন্নতৈনবা শক্তম অনী (binarism) গী —অফ-ফত্ত, অৱা-নুংঙাই, অবৈ-লৈত, অকন-অশোন, অমম-অঙান, অচৌ-অপিক, অসিনচিংবগী—য়েৎশিন্নবা মতৌবু অখন্নবা পোৎলম-থৌবম কযানা মহুৎ শিলহন্দুনা য়েলহৌঙেগী খুন্নাইচাশিংনা ৱাবীনবম্মী অমদি মীবোল কয়া লান্না অপূনবা পুন্সিগী মনুং হুপ্তিনবা লেঙদ্রবা অচুম্বা ওইনা শকখঙনবম্মী। ইচম-চম্বা মহৌশাগী ওইবা অচুম্বশিংগী মশক্তা লৈবম্বা লাই-তীনগী ওইবা ৱাবীশিং অসিবু ঙসিগী খুন্নাইচাশিংনসু অচুম্বা ওইনা শৌগৎনবগীদমক, লাইনীং-লাইশোনগী ওইবা থাজনবী কযাগা শাগোন্ননা, পূক্নীংগী অপাম্বা ফংনবগীদমক অমদি পামদবা থক্তোক্লবগীদমক বাবীনবি, অকক্নবা থৌবম গৌদোক্তা, মফমদা, নৎত্রগা নুমিৎ থাবান্দা পূক্নীংগী থাজবা কযাগা লোযননা লীন্নবি তানবি। মীৎযেং অসিদা মিথ খুদিংমক্লা মীওই-কাঙলুপ অমগী মচং ওইবা বখল্লোন অমদি শাজৎলোনশিংবু মশক তাকই। খুন্নাইগী চৎনবীবু হোংনাইদ্রবা খুদম পীদুনা মপাঙ্গল কলহল্লি অমদি মবা চেংহল্লি।

মিথকী মতাং-মফম (context) খুদিংমক লাইনীং-লাইশোল অমদি লাইথৌ-তীনথৌগা মবী লৈনৈ। মসিগা চৎনবীনা যাবা শাজৎকা মরী লৈনৈঃ ধর্ম্মগী ওইবা শেংলবা লমচৎকী মশক্তা মিথ শাগৎনৈ। ধর্ম্ম-কর্ম্মগী লাইথৌনা য়েলহৌঙেগী শেমগৎ-শাগৎপগা মরী লৈনবা থৌদোক অদুবু নৌহৌননা ঙসিগী খুন্নাইগী পুন্সিদা হুপ্তিন্না পুথোক্তুনা হিংগৎহল্লি। হৌজিক্কী পুন্সিগী তশেংবা অওইববু মাঙলমচৎকী অশেম্বা অওইবা অমনা কুপশিল্লি। মমাংঙৈগী থৌদোক অদুগী মতিক-মযাইনা ঙসিগী মীওইবু লাকশিল্লি। অসিগুম্বা মমাংঙৈগী লাই-তীনগী ওইবা অখন্নবা হিক্তোকহৈদবা ফিভম অমনা মিথ খুদিংবু যোমশিন্দুনা লৈ। ফিভম অসি মশক খঙলবা মতমদা মিথকী অশেংবা মশক চোংথোক্লকই।

মিথশিংগী মখল গেলি (Charles M Gayley) না ৱাবী মচাক্কী পান্দম (intent) গী মীৎযেংদা অনীথোক্লা খায়বম্মীঃ এক্সপ্লানেটবি (explanatory) অমদি ইস্থেটিক (aesthetic) মিথ।[৫৭] এক্সপ্লানেটবি মিথ (explanatory myth) হাযবগা হৌজিক্কী

[৫৭] Charles M Gayley *Classic Myths in English Literature* (Boston Ginn 1893) pp 3-8

থৌদোক অমদি ফিভমশিংগী অচুম্বা মরম ফংনবগীদমক য়েলহৌঙেগী লাই-তীন, মীশক-মীওই, অমদি পোৎলম-থৌরমশিং শন্দোক্লা তাকপা ৱারী-মচাক্লা মপূং ওইবা ৱারী অদুবু খঙনৈ। মসিবু জগৎকী পোৎলম-থৌরমশিং অহানবা শেম-শাখিবগী ৱারীনি হায়দুনা ক্রিয়েসন মিথ (creation myth) হায়নসু খঙনৈ। মসিবু পোৎলম-থৌরমশিংগী অহানবা মওঙ-মতৌ অমদি শাজৎ-লমচৎ তাকপা ৱারীনি হায়দুনা ইটিওলোজিকেল মিথ (etiological myth) হায়নসু কৌনৈ। মিথ মখল অসিগী মনুংদা তাইবং শেম্বগী ৱারী, অতিয়াগী নুমিৎ-থৱানমিচাক্লচিংবা শেম্বগী ৱারী, লৈথক-লৈখা শেম্বগী ৱারী, লৈমায়গী থোইদোকপা মশক শেম্বগী ৱারী, মালেমগী অৱা-অনা শেম্বগী ৱারী, তাইবং মী জীব-পানবা অমদি পাম্বী-শীংবী শেম্বগী ৱাবী, তাইবং মীগী পা-পীগী মশক শেম্বগী অমদি তোঙান-তোঙানবা শাজৎ-লমচৎ ওইখিবগী ৱারী, যেক-শল্লাই শেমখিবগী বাবী, লাইনীং-লাইশোল হৌদোকখিবগী ৱা'বা, জগোই-ঈশৈ অমদি মশান্নবচিংবা পুথোকখিবগী ৱাবী, অসিনচিংবা চল্লি। খুদম ওইনা, অতিয়া গুরু শিদবনা তাইবং শেমখিবগী ৱারী।

ইস্থেটিক মিথ (aesthetic myth) হায়বগা পুক্লীং হবাও-নুংঙাইনবগীদমক শেম্বা ৱারী-মচাক্লা মপূং ওইবা মিথপু খঙনৈ। ইস্থেটিক মিথশিংগী মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াইঃ হিস্টরিক মিথ অমসুং রোমান্টিক মিথ। ইতিহাসকী মনুংচন্না থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবা থৌদোক্কী মচাক খবতা ওইরবসু শীজিন্নদুনা শেম্বা মিথপু হিস্টরিক মিথ (historic myth) হায়না খঙনৈ। হিস্টরিক মিথশিংগী মনুংদা খুন্নাইগী নাৎ শেমখিবা মীশকশিং (culture heroes) গী মিথশিং চনবা য়াই। খুদম ওইনা, য়োইমোংবা তাউথিংমাংনা তুরেল তেংবগী ৱাবী। রোমান্টিক মিথ (romantic myth) হায়বগা থোইদোক্লা মনীংতম্বা হীরো (নায়ক) গী অকি-অখঙ লৈতবা থৌনা-লিংজেল, থোইদোকপা লৌশিং, অমদি থম্মোয়গী অকনবা ঈহুল উৎপনা মপূং ওইবা মিথপু খঙনৈ। রোমান্টিক মিথশিংগী মনুংদা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বীশিংগী পুন্সিগা মরী লৈনবা মিথ, তাইবং মীগা লাই নৎত্রগা অতৈ জীব-পানবশিংগা লুহোংবগী মিথ, অশি-লৈবাক্তা চৎপা খোঙচৎকী মিথ, অমদি লৌনম-লৌথুপ তৌবা মীওই (trickster) শিংগী মিথনচিংবা চনবা য়াই। খুদম ওইনা, শৌবোন য়াইরেল চনুনা লৌতাবগী ৱারী।

মিথনা পাঙথোকপা মথৌ (function) গী মীৎয়েংদা মিথ মখল খুদিংমক্কী অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াইঃ রিচুয়েল অমসুং নন-রিচুয়েল। লাইথৌ-তীনথৌ অমা পাঙথোকপদা চঙদবা য়াদবা মচাক অমা ওইনা ৱারী, ঈশৈ, লীলা, নৎত্রগা জগোইগী

মশক্তা শীজিন্নবা মিথ অদুবু বিচুয়েল মিথ (ritual myth) হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা, চুকশা মোইথেম্বগী থৌবমদা বাবী ওইনা লীনবা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা শরুবা 'নুমিৎ কাপ্পা' গী বাবী/লাইগী থৌবমদা শীজিন্নদবা, চুন্না বাবী ওইনা লৈবা, মিথপু নন-বিচুযেল মিথ (non-ritual myth) হাযনা খঙনৈ। খুদম ওইনা, 'মহাদেবগী ত্রিশুলনা চীংনুংহুৎ হুৎপা' গী বাবী।

মালেমগী তোঙান-তোঙানবা মিথশিংদা ফংবা মোটিফশিংগী কাঙলুপ তবাহুমদোই থোক্না ষ্টিথ টামসন্না মহাক্কী ***মোটিফ ইণ্ডেক্স*** তা খাযবম্মী। মোটিফ কাঙলুপশিং অসি যেংলগা পৃথিবীগী মশীং যামখ্রবা মিথশিংগী বাবী মচাক্কী মপূং ওইবা কার্যাৎশিং চাউবাক্না মশক খঙবা ঙম্মী। মিথোলোজিকেল মোটিফশিংগী মপূং ওইবা কাঙলুপশিং অদুদিঃ

| | | |
|---|---|---|
| 1 | A0 A99 | Creator |
| 2 | A100 - A499 | Gods |
| 3 | A500 - A599 | Demigods and culture heroes |
| 4 | A600 - A899 | Cosmogony and cosmology |
| 5 | A900 - A999 | Topographical features of the earth |
| 6 | A1000 - A1099 | World calamities |
| 7 | A1100 - A1199 | Establishment of natural order |
| 8 | A1200 - A1699 | Creation and ordering of human life |
| 9 | A1700 - A2199 | Creation of animal life |
| 10 | A2200 - A2599 | Animal characteristics |
| 11 | A2600 - A2699 | Origin of trees and plants |
| 12 | A2700 - A2799 | Origin of plant characteristics |
| 13 | A2800 - A2899 | Miscellaneous explanations |

মিথোলোজিকেল মোটিফশিংগী মথক্কী চাউবাকপা কাঙলুপ (general category) ১৩ অসি অমুক *Motif-Index* তা মশীং ১০-১০ না খুজিং ওইবা অখন্নবা কাঙলুপ (specific category) কয়ামকম থোক্না খাযবম্মী। খুদম ওইনা, A1200-A1299 "Creation of man" হাযবা কাঙলুপকী অখন্নবা কাঙলুপ-মচাশিংঃ

A1210. Creation of man by creator
A1220 Creation of man through evolution
A1230. Emergence or descent of first man to earth
A1240 Man made from mineral substance
A1250 Man made from vegetable substance
A1260 Mankind made from miscellaneous materials
A1270 Primeval human pair
A1290 Creation of man–other motifs

মথক্তা A1270 অমসুং A1290 গী মরক্তা টামসন্না নম্বর মশীং ২০ চোংঙল্লিবা অসি মোটিফশিংগী অহেনবা অনৌবা কাঙলুপ-মচাশিং হাপচিল্লকপা যানবনি।

মিথকী হৌবকন্নশিংগী মরমদা মালেমগী অখণ্ড অহেশিংনা তোঙান-তোঙানবা বাখল্লোন কয়া পুথোরি। বাখল্লোনশিং অসিবু 'থিওরিজ আব মিথ ওরিজিন্স (Theories of myth origins) হায়না খঙনি। পৃথিবীগী রাবী—মিথপু ওইববসু ফোকটেলবু ওইববসু —কয়া-কয়াদা ইমান মান্নবা হীবোশিংনা অরুবা থবব কয়া পাঙথোক্লবা থোক্লকই হিংচাবা হাৎলি, মন' ওইনা নিংথৌগী মনা ফংই, নপীশি না কবিগুম্বা মতমদা ডাইবং মী নত্তবা অতে জীবশিংগা লুহোংই, জীবশিং অদু মতম খবগী মতুংদা তাইবং মী ওল্লকই, চাক-এনশাং, লন থুম, যুম-কৈনচিংবা হিংবগী তঙাইফদবা পোৎচৎ কয়া মেজিক্কী মতেংনা পুথোকই, হীবোশিংনা অবাপ অবাপ্পা লমশিংদা চৎলি, কবিগুম্বদা মশক খঙবা ঙমদবমখৈ হল্লকই, কোন্নথংদা মবাইবক্কা নুংঙাই-যাইফবা ওই, অসিনচিংবা। অসুম্না রাবী কয়াদা যাওবিবা মান্নবা মওঙ কয়া অসিগী মবম অনীখক ওইবা যাইঃ পোলিজেনেসিস (polygenesis) হায়বদি চপ মান্নবা পোৎশকশিংনা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা তোঙান-তোঙান্না পোকপা, অমসুং দিফ্যুজন (diffusion) হায়বদি পোৎশক অমখক মফম অমখক্তদা পোক্লগা অতৈ মফমশিংদা শন্দোকখিবা।

ইহান-হানবদা ১৯ শুবা শতাব্দীদা জর্মনীগী জেকব অমদি বিলহেল্ম গ্রিম (Jacob Grimm and Wilhelm Grimm) না দিফ্যুজনবু যানীংলম্মী, ঙসিফাওবসু ফোকলোরিষ্ট অয়াম্বনা দিফ্যুজন অসিবু হেন্না ওইথোকপা যাবনি হায়না লৌনবি। গ্রিম ব্রদর্স (Brothers Grimm) না থিওবী অমা—ফোকটেল (মখোয়না জর্মনীদা খোমখিবা অদুগুম্বা) হায়বসি

মিথশিংদগী তেকথ-কায়থরকপা মশকশিং (broken-down myths) নি; মিথশিং অসি প্রিহিষ্টরিক মতমগী ইণ্ডো-য়ুরোপিয়ান ত্রাইবশিংগী মরক্তা হৌরকখিবনি অমদি মখোয়গী খুম্হোক-খুন্দাশিংদা য়ুরোপ অপুম্বদা শন্দোকখিবনি হায়না—পুথোকখি থিওরী অসিবু ময়াম্না য়ানদবগী অচৌবা মরম অমদি ইণ্ডো-য়ুরোপিয়ান হায়বসিমক ৱাখলনা শাগৎপা (hypothetical ওইবা) লোন্নি অমদি সংস্কৃতিনি হায়বসিনি।

মথংদা ওক্সফোর্ড য়ুনিভর্সিটি প্রোফেসর মেক্সমুলরনা মতম অদুগী য়াম্না চাওখৎলকপা কম্পরেটিব ফিলোলোজিগী মতেং লৌদুনা ইণ্ডো-য়ুরোপিয়ান ফেমিলিগী খ্বায়দগী মপুং ওইবা সংস্কৃত লোন্দা য়াওবা অতিয়াগী পোৎলমশিংগী মমিং মযামগা তোঙান-তোঙানবা মিথোলোজিশিংদা য়াওবা লাইশিংগী মমিং ময়ামগা চাংদম্নখি। ফল ওইনা, মহাক্না মকওইবা লাইশিংগী মমিং খুদিংমক অহানবদা নুমিৎকা মৰী নৈনবা থৌদোকশিংবু খঙহনবা ঙাক্তনি হায়বা মত পুথোকখি। মহাক্কী সোলব মিথোলোজি (solar mythology) হায়না খঙনবা থিওরী অসিগী মতুংইন্না মিথ হায়বসি মপুংদা অহিং-নুংথিল অনীনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ওইবগী ৱাবোন্নি; য়ুবোপকী ফোকটেলশিং অসি মিথশিংদগী থোক্লকপা ওইবা য়াই অমদি ফোকটেলশিংসিনা মিথকীগা চপ মান্নবা সিম্বোলিজম শীজিন্নৈ। মেক্সমুলরগী তুংইনবশিংনা ইংলেণ্ড অমদি আমেবিকা অনীমক্তা মিথকী 'সোলর' (অমদি 'লুনব') ব্যাখ্যাশিংবু পৃথিবী অপুম্বগী মিথশিংদা পানশিন্দুনা য়াম্না মখা শাংথনা নৈনখি। মখোয়না মিথতা শাশিংগী সিম্বোলিজমসু য়াওই হায়বা জুলোজিকেল ইন্টবপ্রিটেসন (zoological interpretation) পুথোকখি; য়ুরোপকী ফোকটেল খুদিংমক ভারত্তগী পোকখিবা ঙাক্তনি হায়বা ইণ্ডিয়ানিষ্ট থিওবী (Indianist theory) সু পুথোকখি।

সোলর মিথোলোজিষ্টশিং অসিবু কম্পরেটিব মিথোলোজিষ্টশিংগী ইংলিস এন্থ্রোপোলোজিকেল স্কুলনা য়াম্না কন্না য়ানীংদবা ফোঙদোকখি। ডারৱিন (Charles Darwin) না মহাক্কী *The Origin of Species* (1859) দা পুথোকখিবা 'বাইওলোজিকেল ইভোলুসন' (biological evolution) গী থিওবীদা য়ুম্ফম ওইদুনা মখোয়না 'কলচরেল ইভোলুসন' (cultural evolution) গী থিওরী অমা শাগৎখি। থিওরী অসিগী মতুংইন্না সংস্কৃতি খুদিংমক পাম্বী অমদি জীবগুম্না অনেম্বা মওঙদগী অৱাংবা মওঙ য়ৌনবা থাক নাইনা মথং-মথং ওইরকই; অনৌবা সভ্যতাগী 'সেবেজ স্টেজ' (savage stage) গী 'সরবাইবেল' (survival) শিং ঙসিগী চাওখৎত্রিবা (primitive) অমদি লৌমীগী ওইবা (peasant) সংস্কৃতিশিংদা লৈহৌরি। মতৌ অসুম্না মখোয়না তোঙান-

তোঙানবা সংস্কৃতিদা লৈরিবা মান্নবা মিথশিং অসিগী ব্যাখ্যা 'পোলিজেনেসিস' (polygenesis) না তৌনবা হোৎনখি।

১৯ শুবা শতাব্দীদা জর্মন স্কোলারশিংনা মিথ হায়বসি মঙলানশিংগী ভাবনা শাবা সংসার অমদগী হৌরকপা ওইবা য়াই হায়খিবা ৱাফমশিং অদুদগী থোঁঈনশিন ফংদুনা ফ্রোয়ড (Sigmund Freud) না মিথকী সাইকোএনালিটিকেল এপ্রোচ (psychoanalytical approach) অমা পুথোকখি। মহাক্কী স্কুলনা পোলিজেনেসিসতা থাজখি। ফ্রোয়ডিয়ান ব্যাখ্যানা মিথতা য়াওরিবা ইডিপেল (Oedipal) অমদি ফেলিক (phallic) নচিংবা সিম্বোলিজমশিং অমসুং অনকসস অমদি সবকসস ওইবা পূরুষীংগী মশক-শিংবু মঙশিং, ন্যাবোসিসশিং, অমদি কমপ্লেক্সশিংগী পান্থৈনা অর্থ হন্নবা হোৎনখি।

খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ মবিশুবা শতাব্দীদগী হৌনা মিথশিং অসি ইতিহাসকী ওইবা চৎনবী ৱারোলশিংদা য়ুম্ফম ওইবনি অমদি মিথকী হীবোশিং অসি থাঙ্গেশেংনা লৈবম্বা মীওই-ঙাক্তনি হায়না লৌনবা হৌবকখি। থিওরী অসিবু সিসিলিয়ান (Sicilian) ফিলোসোফর ইউহিমেবস (Euhemerus) না হৌদোকখিবনি হায়দুনা ইউহিমেবিজম (Euhemerism) হায়না খঙনৈ। লাইগী ওইবা মশক-মওঙ, মশাজৎনচিংবা খুদিংমক তাইবং মীওইবনা মহাক মশাগী মশক-মওঙ, মশাজৎনচিংবা যেংলগা চাননবা শাগৎখিবা-ঙাক্তনি হায়বসি ইউহিমেবসকী মতনি। 'অনৌবা ইউহিমেবিজম' (New Euhemerism) গী মখল অমা চেডবিকশিং (H.M. and N.K. Chadwick) না মখোয়গী ভোল্যুম অহুমগী লাইরিক *The Growth of Literature* (1932-40) দা পুথোকখি। মখোয়গী মত্তা মিথকী হীবোশিং অসি থাঙ্গেশেংনা হিংলম্বা খুনগী নিংথৌশিংগী পুন্সিদা য়ুম্ফম ওইবা-ঙাক্তনি; মখোয়না পাঙথোকখিবা থবক-থৌরমশিংগী ইতিহাসকী ওইবা ৱাবোল-শিংনা মতমগী মতুংইন্না লেজেণ্ডশিং অমদি মিথশিং ওইরকখিবনি।

মসিগী ওন্নতৈনবদা, মিথ হায়বসি কৈদৌনুংদসু ইতিহাস নত্তে হায়বা ৱাখল্লোন অমা রেগ্লান (Lord Raglan) না মহাক্কী লাইরিক *The Hero* (1936) দা পুথোকখি। মহাক্কী মিথ-রিচুয়েল থিওরী (Myth-Ritual theory) কৌবা ৱাখল্লোন অসিগী মতুংইন্না মিথ, লেজেণ্ড নৎত্রগা ফোকটেল অমতা ইতিহাসপু হিংহনবা ঙমদে; মিথ পূন্নমক্কী হৌরকফমদি ধর্ম্মগী ওইবা লাইথৌ-তীনথৌশিংনি, অমদি অশেংবা ফোকলোর মখল পূন্নমক্তগী মিথশিংনা ইহান-হাল্লি। থিওরী অসি আমেরিকাদা য়াম্না কম্না য়ানদে, অদুবু হাইমেন (Stanley Edgar Hyman) নচিংবা আমেরিকান স্কোলার খরনদি য়াম্না কম্না শৌগৎলি।

মিথকী হৌবকফমশিংগী থিওরীশিং অসি মতম অমদা তোঙান-তোঙানবা বিদ্যাশিংগী স্কোলাব কয়ানা য়াম্না কন্না শৌগৎনবম্নবসু হৌজিক্কী অনৌবা ফোকলোবিষ্ট শিংনা থোইনা কন্না শৌগৎনদে। অদুবু মখোয়গী ঝাখল্লোনশিংদা থিওরীশিংসিগী মমি যাম্না শেংনা তানবি। থিওরীশিং অসিগী খুদিংমক্তা অচুম্বা, কান্নবা মশক খব নৎত্রগা খবদি যামদ্রবদা যাওই, মবম অসিনা থিওরীশিং অসিগী মনুংদা অমতসু মপুং ফানা লাল্লবনি, কান্নদ্রবনি হায়না কনানসু হন্দোক্কদ্রি। হৌজিক-হৌজিকমক এন্থ্রোপোলোজিকেল ফোকলোবিষ্ট কয়ামকম্না মথক্কী থিওরীশিং অসিগী অচুম্বা কান্নবা মচংশিংবু পূনশিল্লগা মিথকী মবমদা হেন্না চুম্বা অমদি মপুং ফাবা ব্যাখ্যা অমা পুথোক্কবা কন্না হোৎনবি। হীবম অসিদা হোৎনবিবা অখঙ-অহৈশিংগী মনুংদা হর্সকোবিট্‌স (M J and F S Herskovits, *Dahomean Narratives*, 1958), জেকবস (Melville Jacobs, *The Content and Style of an Oral Literature*, 1959) অমদি কেম্পবেল (Joseph Campbell, *The Mask of God*, 1959) গী মমিং থোইদোক্না পনবা যাই।

# প্রোভর্ব

## (পাউরৌ)

টেলর (A Taylor) গী মতুংইন্না, প্রোভর্ব (proverb) হায়বসি চৎনবী ওইনা লৈবিবা নৎত্রগা 'ময়ামগী লৌশিং, অমগী অহৈ-অশিং' হায়না খঙনবা পাউতাক্কী মশক ওইবা অতেনবা বাঙাঙ অমনি।[৫৮]

ব্রুনভাণ্ড (J H Brunvand) না পীবস্বা অনৌবা মিঙ্গৌবোন্দা প্রোভর্ব হায়বসি চীনবুংগী চৎনবীদা লৈবিবা নৎত্রগা লৈবস্বা, যাবিবমখৈ হোংনাইদবা মশক-মওঙদা ফোঙদোকপা, মীযাম্না তোঙ্গ শীজিন্নবা রাঙাঙ অদুনি।[৫৯]

প্রোভর্ব হায়বসি খুন্নাই কাঙলুপ অমগী মনুংদা মীযাম্না রানবা অমদি পাম্না তোয়না শীজিন্নবা তোপতোপ্পা রাঙাঙ মখল অমনি। মসি অযাম্বা মতমদা মপুং ফাবা বাহৈপবেংনা ওই (অঙাওবনা ফৌগুবা চবা নোংখয়ে)। কবিওস্বদা, চঙফম থোকপা বাহৈ অমা-অনী যাওদ্রবসু মশানা মপুং ফাবা বাহৈপেবেংগী অযাম্বা মশক মওঙ অমদি মপাঙ্গল শাগোন্নববদি অদুগুম্বা রাহায মখল অদুবুসু প্রোভর্ব হায়না খঙনৈ (লৌকম অকুৎপা বৃম্ফম অতোঙবা)। প্রোভর্ব হায়বসি যাবিবমখৈ ষ্টেগুর্ড ওইনা, হোংনাইফদবা মশক-মওঙ অমদা, শেম্লবা রাঙাঙনি। প্রোভর্বকী চৎনবী রাহৈ-রাতাশিং খুন্নাই-কাঙলুপ্না শীজিন্নবা মতমদা থোইদোকপা হোংনদে। খুদম ওইনা, 'মবিংনা শাবা শঙবাই নাম্মা হাঙবা হৌনদে' হায়বগী মহুত্তা 'মবিংগী থুমোক নাম্মা কাযবা হৌনদে' হায়বনচিংবা মওঙ শেমদোকপা চৎনদে। প্রোভর্বকী মশাদা চীনবুংগী ওইবা তোপতোপ্পা মপাঙ্গল অমা যাওই। মসিগী মপাঙ্গলগা অইবা শৈবেং, এডভর্টাইজিং, অমদি স্পোর্টস রিপোর্টিংনচিংবদা যাওবিবা মীযাম্না তোয়না শীজিন্নবা

[৫৮] Archer Taylor 'Proverb" in *Standard Dictionary of Folklore Mythology and Legend*, ed Maria Leach (New York Funk & Wagnalls, 1950), p 902

A proverb is a terse didactic statement that is current in tradition or, as an epigram says "the wisdom of many and the wit of one "

[৫৯] Jan Harold Brunvand, *The Study of American Folklore An Introduction* (1968, 2nd ed New York W W Norton, 1978), p 52

The proverb–the popular saying in a relatively fixed form which is, or has been, in oral circulation

ৱাহৈ-ৱাতাশিংগী মপাঙ্গলগা খৈন্নে, প্রোভর্বকী মপাঙ্গলদা অহেনবা মতৌং অমা শাগোন্নবি। খুদম ওইনা, 'থাযনগী লৈবাং অমনবা, মল্ল-মল্ল লৈনুংশি' হায়বা শৈবেং-ৱাহৈশিং অসিগা চাংদম্নবদা 'লৈবক অমনবদা অমাংবা ফায়জিনগনু' হায়বা প্রোভর্ব-ৱাহৈশিং অসিদা হকথেংননা থকপায়বগী অহেনবা শাফু অমা যাওরি।

প্রোভর্ব হায়বসিনা অয়াম্বা মতমদা পাউতাক্কী মশক ওইনা তাইবং মীনা তৌগদবা থবক-থৌওঙশিং তাকই নৎত্রগা কবিগুম্বা ফিভম তামগী মবমদা লৌশিংনা থল্লবা মত ফোঙদোকই। মসিনা মযামগী অচুম্বা ৱাফম (fact) অমা ফোঙদোকপা যাই (তবাগী চৈঙনা লেংথোং ফায) নৎত্রগা মসি কবিগুম্বা থৌদোক-থৌবম নৎত্রগা ফিভম অমদা পানশিনবা যাবা ফজবা চাংদম-প্রমাণ (metaphor) ওইবা যাই (থৌবান্দোং চফুবু কাযনবা যৌববা)। প্রোভর্বশিংদা পাউতাক্কী ওইবা মচাকশিং অদু মীওই কয়াগী অমদি মতম কয়াগী তুংশিল্লক্লবা এক্সপবিযেন্সকী মশা তাশিল্লবা পোথোক্নি (লৈকাই হৌববদি থাওজৌ পাযদুনা ইল্লু)। হান্না লৈবা প্রোভর্বকী মশা তাশিল্লবা মশক-মওঙ যেংলগা অনৌবা প্রোভর্ব শেম্না তাবনসু শৌই।

প্রোভর্ব খুদিংমক্কী কাযাৎ ওইবা শরক অনী লৈ (ক) বিষয (topic) অমা, অমসুং (খ) বিষযদু নৈনবগী মত (comment) অমা। বিষয অমদি মত অনাসি মান্নবা (ক=খ) মশক্তা ওইবা যাই (শামু ৱাকম নিংথৌ ৱাকম), মান্নদবা নৎত্রগা ওয়ৈনবা (ক≠খ) মশক্তা ওইবা যাই (খুং নাম্মতনা খুবাক খুবা হৌদে, চাগনবা যাঙ্গংবা শুগনবা লানবা)। বিষয অমসুং মতকী মান্নদবা মশকসিদা বিষযনা হেন্না শক্তি লৈবা (ক>খ) যাই (চাকপাউগা লানবাউগা চাকপাউনা কল্লি, মীচীন অমদি হুকপা ঙমদে খোমজান চাম্মদি ওকপা ঙম্মী) নৎত্রগা বিষযদগী মতনা হেন্না শক্তি লৈবা (ক<খ) যাই (ভুবোন্নবগা চাবোন্নবগা চাবোন্নবনা হেন্না ৱায, ঈনাক খুনবা তবানা লাযববা অমা শৌগৎপা ঙমদে)।

প্রোভর্বশিংগী বিষয যাম্না পাক-শান্ন। বিষযশিংসিনা অযাম্বা মতমদা প্রোভর্বশিংগী হৌবকফম তাকই। খুন্নাই-কাঙলুপকী থাজনবীদা যুম্ফম ওইবা প্রোভর্ব কয়ামকম লৈ (অমা চৎ অপুম্বা, অনী চৎ অশিবা, অহুম চৎ অহিংবা), ঈশিং-নুংশিৎকী খুদমদা যুম্ফম ওইবা (অযুক্তা হৌবা নোং), হিদাক্রোন্দা যুম্ফম ওইবা (ঙন্না তুম্বা ঙন্না হৌবা হকচাং ফনবা লাইৱানি), লল্লোন-ইতিক্তা যুম্ফম ওইবা (নিবদা পীবক্লে শেন্দোংনি পীবক্লে মহুৎনি), খুন্নাইগী চৎন-কাঙলোন অমদি নীতি-নিয়ম (folk law) দা যুম্ফম ওইবা (মী যাম্নগা ৱা যাম্মী; অঙাওবা ময়ুম পানবিনু অপঙবা লৌশিং তাকপিনু), ইতিহাসকী থৌদোক নৎত্রগা

স্লোগান্দা য়ুম্ফম ওইবা (পেনা শেম্মিণ্ডে শামুরৌ য়ৌই; রাজনীতি তৌবদি কৈ তোংবগা অমহানি); য়ুমগী নৎত্রগা লৌবুক্কী থবক্তা য়ুম্ফম ওইবা (পামেল করি উনা শাবা তরেঙনো শিঞ্জংদেদা শিনগাউরে; লৌবুক্তা ফৌ থাউ লাইবক্তা ফৌ থাগনু); শা-ঙাগী পাউতাক ৱারী (fable) নৎত্রগা অরিবা ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা (পেবেৎনা মচা চাউবা ঙাই); অইবা সাহিত্যদা য়ুম্ফম ওইবা (হূরানবনা হূরানববু ফারবদি কনানা বিচার তৌবিনি); অসিনচিংবা প্রোভর্বকী বিষয় মখল কয়ামরুম্নি।

প্রোভর্বশিংনা শৈরেং শেম্বদা শীজিন্নবা চৎনবী পাম্বে অয়াম্বা শীজিন্নৈ। প্রোভর্ব অয়াম্বদা ছন্দগী মশক অমা য়াওই (অনৌবা মচু তাদে, অরিবা মচু তাবনি)। প্রোভর্ব কযামরুমদা মতোন্তাবা মান্নবী 'রাইম' (rhyme) গী মশক অমা য়াওই (খূত্তা পাযবা ইতাওগী, য়াদা হুকপা ইচাগী, কুৎ লাউবা ঐগী), এলিটরেসন (alliteration) গী মশক য়াওই (অকোকপদা কোরেক মাঙই), এসোনেন্স (assonance) কী মশক য়াওই (ইচা ফত্তবা চাউবা ঙাই, ইৱা ফত্তবা শিবা ঙাই), পার্সোনিফিকেসন (personification) গী মশক য়াওই (কপ্পগা নোকপগা মচিন-মনাওনি), পেবেডোক্স (paradox) কী মশক যাওই (অপঙবা অশিংবা, অশিংবা অপঙবা), পেরেলেল্লিজম (parallelism) গী মশক য়াওই (নুপীগী য়ুম্নাক লৈত্রে ষণগী শঙ্গোন নাইদে), কন্ট্রাস্ট (contrast) কী মশক যাওই (ফৌ শঙবাই অমদি মিহৌদে, ঙা তুঙ্গোল অমদি মিহৌই), অসিনচিংবা।

অর্থ নক্লবা অমদি মশক-মওঙ মান্নবা প্রোভর্বশিং অয়াম্বা মতমদা (মশীং অনী নৎত্রগা অহুম) মথং-মথং শন্নৈ (অনম কল্লগা মাইবী চঙই, শায়বা কল্লগা ওইনম্মী, খাঙবা কল্লগা ফম্মেন ফংই)। প্রোভর্বশিং অসি মফম-মতমগী মতুংইন্না খেন্নবসু নাই, খেন্নরিবা মশক খুদিংমক চৎনবী ওইরবদি অচুম্বা ঙাক্তনি (লৈগী মনমদি লৈকায় লান্দে, মীগী মনমদি লৈবাক শীনবনি; লৈগী লৈনম্না লৈখোঙদা, মীগী মনম্না লৈরক কোনশাংদা)। চৎনবী হোংলকপগী মতুং ইন্না অনৌবা প্রোভর্বশিংদা অহোংবা লাকপসু য়াওই (শেন্দ্রাং ঙন্না তাবনা শায়রোঙ চায়; হাও অমা তাই অমা; অহনগী অমাংবনা চফু মেল্লি, নহাগী অমাংবনা রোকেট শাই)। অরিবা ওইরবসু অনৌবা ওইরবসু প্রোভর্ব খুদিংমক্কী ৱাখল্লোন্দা লেঙদবা অচুম্বগী মহাও অমা শাগোন্নৈ (চনীং য়েংলগা চখোঙ তাশিল্লু)। লেঙদ্রবা অচুম্বগী মশকশিং অসি করিগুম্বা মতমদা ওন্নথৈনবা মানবা মওঙদা তোঙান-তোঙানবা প্রোভর্বশিংদা চৎনবা উবা ফংই (অশম্বা লম্বী চৎপা গুরু শিবা নংদে; খল্ল-খল্লগা কোইজোম্বা ওক্লে)। করিগুম্বদা প্রোভর্বনা পাউজেল্লিবা অচুম্বা অসি করেম্নবা মওঙদা ফোঙদোক্লবসু য়াওই (খূৎনা ঙমদ্রগা চীম্না হোৎনৌ)।

প্রোভর্বনা খুন্নাই-কাঙলুপ মনুংদা অখন্নবা মথৌ কযামকম পাঙথোকই। প্রোভর্বনা বাফম অমবু মযেক শেংহনবা মানহল্লগা পাউতাক ওইবা যাথং পী নৎত্রগা পাউতাক ওইবা লমজিং পী। প্রোভর্বনা সমস্যা অমবু লাযথোকহল্লগা সমস্যা কোক্লবা চৎনবী ওইবা পাউখুম পী। মবম অসিনা মীওই অমগী হৈ-শিংবগী চাং মহাক্কী প্রোভর্বকী পূক্কে যেংলগা লেপ্পা যাই। মতৌ অসুম্না, খুন্নাই অমগী হৈ-শিংবগী চাংসু খুন্নাই অদুগী প্রোভর্বকী পূক্কে যেংলগা লেপ্পা যাই। প্রোভর্বনা কনাগুম্বা অমগী ৱাহায-ৱাঙাঙ ফজহনবগী মথৌসু পাঙথোকই। ৱা ঙাঙবদা চুনবা হাপ্তুনা ৱাগী মপাঙ্গল মতীং লৈনা ঙাঙ্ববু ৱাঙাঙ হৈবা শীংদা চন্নে। অঙ্গ্রেজীদা হাযনবা অমা লৈঃ A proverb is to speech what salt is to food খুন্নাই অমগী অপূনবা লৌশিংগী পোথোক ওইবা মবম্না প্রোভর্ব খুদিংমক্কা খুন্নাইগী শাজৎ অমদি বাখল্লোনগী—খুন্নাইগী নাৎকী—মশক মযেক শেংনা তাকপা ঙম্মী। মসিনা খুন্নাই অমগী মপূং ওইবা মীৎযেং-ফিবেপ, জাতিগী লমচৎ শাজৎ, ৱাযেল-শক্লোন, শিনযম, অকোযবগী ফিভম, অসিনচিংবা শক্তম কযামকম খঙহনবা ঙম্মী। খুন্নাইগী তূংশিল্লবা লৌশিং ওইবা মবম্না প্রোভর্বপু খুন্নাইচা খুদিংমক্কা যেৎনবা লৈতনা নানৈ। ৱাফম অমগী অচুম্বা মশকপু প্রোভর্বনা প্রমাণ তৌনৈ। খুন্নাইচাশিংনা, মরু ওইনা অহল ওইবা ওইবীশিংনা, ৱাফম নৎত্রগা থৌদোক অমগী অবানবা-ওন্নৈতনবা মশক উৎপদা নৎত্রগা অচুম্বা চুনবা মশক শৌগৎপদা প্রোভর্বপু খ্বাযদগী অথোইবা খূৎলাই ওইনা শীজিন্নে। উকিলশিংনা বাযেলশঙদফাওবা মখোব মখোযগী বাফম্সু অচুম্বা ওইনা উৎপদা প্রোভর্বশিংবু অচৌবা প্রমাণ ওইনা শীজিন্নে। অইবা আইন লৈতবা খুন্নাই ক ঙলুপশিংদদি বাযম খৎন যেৎনবকপা মতাংদা প্রোভর্বশিংনা খ্বাযদগী মপূং ওইবা প্রমাণ ওইনৈ। মতাং চানা শীজিন্নবা প্রোভর্ব অমনা বাযেলশঙদা কেসকী মাযওন হেংহন্নবা যাই নৎত্রগা বিচাবপতিগী বায শৌগৎপা যাই।

প্রোভর্বকী মপূং ওইবা অচৌবা মখল মঙা লৈঃ ট্রু প্রোভর্ব, প্রোভর্বিযেল ফ্রেজ, প্রোভর্বিযেল কম্পেবিজন, প্রোভর্বিযেল সেযিংস, অমসুং বৈলেবিজম। মখল মঙা অসিগী অমুক মখা তানা অপিকপা মখল মচা কযামকম থোক্লা খায়দোকপা যাই। ট্রু প্রোভর্ব (true proverb) পু 'প্রোভর্ব প্রোপর' হাযনসু কৌনৈ, মণিপুরীদা মসিবু 'পাউরৌ' হাযনা খঙনৈ। প্রোভর্বিযেল ফ্রেজ, প্রোভর্বিযেল কম্পেবিজন অমদি প্রোভর্বিযেল সেযিংসপু পুন্না কনাগুম্বনা 'প্রোভর্বিযেল ফ্রেজ' হাযনসু কৌনৈ, প্রোভর্বিযেল ফ্রেজশিং অসিবু মণিপুরীদা 'পাম্থে' হায়না খঙনৈ। প্রোভর্বকী মখল মঙা অসি চাউবাক্লা মখাগী অসুম্না মশক তাকপা যাইঃ

**ট্রু প্রোভর্ব** (true proverb) হায়বসি মতম পুম্নমক্তা মপুং ফাবা নৎত্রগা মপুং ফাবগুম্নবা ৱাহৈপরেংগী মশা তাশিনবা মশক ওই; ৱাঙাঙ ওইনা শীজিন্নবদা করিগুম্বদা খজিক্তমক হোংবা নত্তনা, অয়াম্বা মতমদা মশক-মওঙ হোংদে; অমসুং ময়ামগী ওইবা অচুম্বা ৱাফম অমা ফোঙদোকই। খুদম ওইনা, লায়রবনা ফি শূবা নোং নংই; ইরম শন চীদেনবা মীরম শন চীশাংবা। ট্রু প্রোভর্ব অসিগী মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াইঃ মেক্সিম (maxim) অমসুং এফোরিজম (aphorism)। মেক্সিমদা লৌশিং নৎত্রগা শাজৎ-কাঙলোনগী অচুম্বা মশক তাকপা অচম্বা ৱাহৈ পবেং শীজিন্নে (অপঙবগী মরল অশিংবনা চায়); এফোরিজমদা মেটাফর শীজিন্নদুনা মান্নবা মওঙদা চাংদম্নবা য়াবা মতৌ উৎলি (ৱাতোন্না ৱাংলগা ক্কাক্লা ফমদেকই)। ট্রু প্রোভর্বশিংগী মনুংদা এফোবিজম্না খ্বায়দগী মশীং য়াম্বা হেল্লি।

**প্রোভর্বিয়েল ফ্রেজ** (proverbial phrase) হায়বসি মপুং ফাবা ৱাহৈপরেংগী মশক ওইদে; ৱাঙাঙ ওইনা শীজিন্নরকপা মতমদা মশক-মওঙ হোংদোক-হোংজিন তৌই, অমদি অয়াম্বা মতমদা ময়ামগী ওইবা অচুম্বা ৱাফম নৎত্রগা লৌশিং তাক্তে। প্রোভর্বিয়েল ফ্রেজশিং অসি অয়াম্বনা চৎনবী মেটাফর (traditional metaphor) গী মশক ওই। ফ্রেজ মখল অসি ভর্বকী নৎত্রগা ভর্ব নত্তবা মওঙগী ওইবা য়াই। খুদম ওইনা, নুং অনীগী মরক্তা হা (ওইবা); খোম্নম নম্বা। প্রোভর্বিযেল ফ্রেজ ওইবা মেটাফরশিং অসি করিগুম্বদা পাউখোঙগী মশক ওইবা য়াই (ইংখোল শরেং) নৎত্রগা নিকনেম (nickname) গী মশক ওইবা য়াই (মৌ অনৌবী)।

**প্রোভর্বিয়েল কম্পেরিজন** (proverbial comparison) হায়বসি ৱাহৈপবেং নত্তবা চৎনবী ৱাহৈ খরনা 'গুম' 'গুম্বা' নচিংবা চাংদম্নবা খঙনবা ৱাতপ হাপ্লগা পুনশিনবা চৎনবী সিমিলি (traditional simile) গী মশক ওই। মসি হকথেংনবা মওঙদা অচম্বা অশেংবা ওইনা হায়বা য়াই (নুমিৎলৈগুম্বা), কা-হেঞ্জিন্না নৎত্রগা নোক্লীংবা পোকহন্না হায়বা ওইবা য়াই (কৈমুক শীনবা; লফোয় য়োৎপগুম য়োৎপা); নৎত্রগা পোৎশক অনীগী চাংদম্নবা মশক ময়েক শেংনা তাকপা ওইবা য়াই (তিকিদগী হেন্না মুবা, নংবনা নঙ্গল পায়বা), অসিনচিংবা।

**প্রোভর্বিয়েল সেয়িংস** (proverbial sayings) হায়না খঙনবা চৎনবী ৱাহায়-ৱাতাগী মখল থোইদোক্লা য়াম্মী; মশীং নাইদে হায়বফাওবা য়াই। প্রোভর্বকী অতৈ মখলশিংগা চাংদম্নবদা প্রোভর্বিয়েল সেয়িংস হায়বসিনা খুন্নাই-কাঙলুপ অমদা চৎনবী ওইবা খুবা হেল্লি,

চৎনবী ওইবা তোকপস্ু থুবা হেল্লি। মযাম্না তোগনা শাজিন্নবা অশাংবা ৱাঙাঙগী চৎনবী প্রোভর্বিয়েল সেযিংস মখল খব পল্লবদাঃ ঈকাযবা পীবা ৱাঙাঙ (insult) (হৈবাংঙিঙৈদা যুরাংবা), পাউখুম ওইবা বাঙাঙ (retort) (যুবী চাদুনা লৈগদ্রা), খূদক্কী হৈ-শিংবা ৱাঙাঙ (wise crack) (খাঙঙবু লম মাপল শাংবা মর্চীন মৈ মূবদা ঙাযবা)। চৎনবী ৱাহায-ৱাতাগী মখল অহুম অসিবু প্রোভর্বিয়েল স্মার্ট সেযিং' (proverbial smart saying) হাযনসু খঙনৈ। প্রোভর্বিযেল সেযিংসকী অতৈ মখলশিংগী মনুংদা খোযদৌ শিকপা বাহং (sarcastic interrogation) (কৈন্না মযেক মাঙব্রা), ফজহনবা ৱাতা (proverbial euphemism) (মকোক মক পান্দবা), লৈবাক জাতিগী হন্থবা উৎপা বাতা (national and ethnic slurs) (বামোন হৈতবনা পোবোক শোনবা), অসিনচিংবা খোইদোক্লা পনবা যাই।

ৱেলেবিজম (wellerism) হাযবসি কোটেসন প্রোভর্ব (quotation proverb) হাযনসু খঙনৈ। চৎনবী বাহায অসিদা মফম অমবু কনাগুম্বা মীওই অমনা হাযখিবা ওইনা অর্মদি মতং তান্দা নোক্লীংনা গোকপা থাঙ্গৈশেংবা থৌদোক খোকখিবা ওইনা ফোঙদোকই। খূদম ওইনা, " 'হুবানবা নকোক্তা নাপী পকএ' হাযবদা হুবানবনা মকোক্তা নান্দুনা যেংই হাযবদু তাবে"। বেলেবিজম হাযবসি মহৌশানা তাঙনা যংবা চৎনবী বাঙাঙ মখলনি।

# রিডল

## (পাউখোঙ)

রিডল (riddle) নৎত্রগা পাউখোঙ হায়বসি থাজদবা পাউখুমগী চৎনবী য়াহংনি। জর্জেস অমসুং ডণ্ডিসকী য়াহৈদা রিডল হায়বসি পোৎলম মশক তাকপা মচাক অমা নৎত্রগা অমদগী হেন্না যাওবা, মচাকশিং অদুগী মনুংদা অনীদি মখোয় মশেল ওন্নতৈনবা ওইবা য়াবা, অমদি মচাকশিং অদুনা খঙহন্নীংলিবা পোৎলম অদু ভাবনা লাবশিনবা তাবা মওঙদা চৎনবী ওইবা চাঁনবুংগা য়াফোঙদোক অমনি।[৬৩]

রিডল হায়বসি মঙৌশানা চাঁনবুংদা য়াহৈনা চৎনবী মওঙদা ফোঙদোক্লে। মসি অয়াম্বা মতমদা অতেনবা য়াহংগী মওঙদা ফোঙদোক্লে (ঈশিংদা তানগা শিবা মৈদা তাবগা হিংবা কবিনোং— থুম)। কবিওস্না মতমদা অফোংবা য়াহংনৱো— চুংনা হায়বা ওইনস্ ফোঙদোক্লে ভৌরগীদি, রিডলগী চুম্না হায়বা মওঙ অসিদস্ মনুংদা হ বগী মওঙ অমা মহৌশা ওইনা শাগোম্লে (মনা থাঙ্গোল, মহৈ অমৃত।—কিহোম)। কবিওন্দনা রিডল হায়বসি চাঁনবুংদা য়াহৈনা ফোঙদোকপগী মহুত্তা খৃৎকী অখন্নবা লেঙ ওৎপা ঈঙ্গিং মওঙ খবনা নৎত্রগা অখন্নবা লাইয়েক লাইখোং মওঙ খবনা ফোঙদোকপস্ যাওই। মালেমগী কবি কবিওস্না মফমদা রিডল শকপস্ যাওনৈ। রিডলগী য়াফোঙদোক্তা 'বয়য ওইগদৌবিবা মাশক পোংশক্লচিংবা পোৎলম অদুগী মশক তাকপা মচাক অমা নৎত্রগা অমদগী হেনবা কয়ামকম যাওই। খুদম ওইনা, মচাক অমা— কাচিন লাইমু', মচাক তবক —'মশা যাওই মখোঙদি পান্দে, মঙক যাওই মকোক্তি পান্দে, পাম্বোম পাক্লি খৃৎশাদি যাওদে।' রিডল মনুংগী অমদগী হেনবা মচাকশিং অসি পাউখুম ওইগদৌবিবা পোৎলম অদুগী মবমদা রিডল তাবিবা মীওইদুবু চমম্লহন্নবা অখন্নবা মওঙগী মচলশিংগী মপূম ওইবা মশক (gestalt) অমদা কাওলোন কয়া শীজিন্নদুনা হাপ্পে। কাঙলোনশিং অসিগী চাউবাক্লা মখল মবিনিঃ ওন্নতৈনহনবা, অকুপ্পা

[৬৩]Robert A Georges and Alan Dundes "Toward a Structural Definition of the Riddle," *Journal of American Folklore*, 76 (April-June) 1963 p 113
A riddle is a traditional verbal expression which contains one or more descriptive elements, a pair of which may be in opposition the referent of the elements is to be guessed

ৱাবোল শুহন্দবা, অকুপ্পা ৱাবোল কা-হেন্না যামহনবা, অমদি ৱাবোল লানহনবা। অহানবা মখলদা পোৎলমগী ৱাবোলশিং অদু অমগা-অমগা নাতে চানদবা, ওন্নতৈনবা ওইনা উহল্লি (পীজবগা কপ্পা পীজদ্রগা তোকপা।—কপত্রেং)। অনীশুবা মখলদা পাউখুম ওইগদবা পোৎলম অদুগী মশক খঙনবা অকুপ্পা ৱারোলশিং মপূং ফানা হাযদোক্কে (থৌদু নুংনা খাদা থং, লাইজ ঈশিংনা যাযদা চল, পামেল উজাউনা থক্তা থোং, শ্রীকৃষ্ণগীদি থোন্নবৈ, নিং থৌবসু ঙান্নবৈ, কবিনো?—চন্দন নুংদা যাচন্দন তকপা)। অহুমশুবা মখলদা পোৎলম মশক খঙহনবা অকুপ্পা ৱাবোলশিং, দবকাব ওইবা-ওইদবা থিদনা, যান্না থেৎচিল্লি অমদি মক ওইদবা ৱাবোল কযাগী মবক্তা মক ওইবা ৱাবোল যেপশিন্দুনা চমন্নহল্লি (মতম যান্না চঙনা শেংনা ঈবজদুনা চন্দন-চবা পুম্নং-লংনা লাকচববু মানদি "এ। এ। শোক্ল লাকউন্নু। মাগা শোক্লববদি নঙ অমুক ঈকুজথোকপা তাই" হাযদুনা মাবু থাপ্পা থাপ্পা থোদোকবা কবিনো?—লৈওক্লুবদগী কাবকপা ইবোই থেংনবা)। মরিশুবা মখলদা, পীনিবা বারোলশিং অদুদগী পোৎলম অমবু অচুম্বা পাউখুম ওইনা পীবা মতমদা পাউখুম অতোপ্পা অমসু পীবা যাবা মনম্না অথানবা তাহল্লি। অকোনবা মখল অসিগী পাউখুম অদু অযাম্বা নতেমদা অবাম্বা (obscene) অমদি ফজবা (decent) অনীগী মনুংদা অমা ওইবা যাহল্লি। মখলগী কাঙলোন মরি অসিগী মনুংদা ওন্নতৈনবা (opposition) মখলগী কাঙলোনা খ্বাযদগী মপূ ওই। বিডলগী মচাকশিং অযাম্বা জুবা জুবা ওইনা ফোংনা ওন্নতৈনবা মশক্তা লৈগল্লি ওন্নতৈনবা মশক অসি কনিংঙম্বা বিডলদা ফোংনা উবা ফংদ্রবসু নুংদা খন্থবগা লৈবম্বা উবা ফংই। মনম অসিনা বিডল খদিংমক্তা মচাকশিংগী ওন্নতৈনবা মশক ফোংনা নংত্রবা লোৎনা শোন্দনা যাওই হাযবা যাই।

বিডলদা পাউখুম ওইগদৌবিবা পোৎলম অদু বিডল তাবিবা মীশক অদুনা বাখলনা খন্থনগা ফোঙবা তাই। বিডল চল্লিবা মীশক অদুনা মতম পুন্নমক্তা পাউখুমগী পোৎলম অদু লোৎনা থম্মী। পাউখুমদু ফোঙহনবদা মহাক্না পাউখুম পীগদৌবিবা মীশক্তুগী লৌশিংগী চাং যেংই। পাউখুম ওইগদৌবিবা পোৎলমশিং অসি খুন্নাই-কাঙলুপকী নুংগতগী পুন্সিগা মরী লৈনবা তোৎন-তোয়ববা জীব, পাম্বী, পোৎশক, থৌবম, অসিনচিংবা ঙাক্তনি (ৱাইখু, লশিং, থাউমৈ, লৌ লিংবা)। ৱাখলতগী ওইবা মশক মওঙ নাইদবা (abstract) পোৎলম অমতা, খুদম ওইনা, অচুম্বা, থৌনাফবা, হাযবনচিংবনা বিডলগী পাউখুম খক ওইদে। অসুন্না, বিডল খুদিংমক খুন্নাই-কাঙলুপকী নাৎনা শকখঙলবা, মশক মওঙ নাইবা পোৎলম-ঙাক্তগী ৱাবোল ওইবা, খুন্নাইগী চৎনবী নাৎনা শাগৎপা পোথোক্লি।

স্টাইলগী মীৎযেংদা বিডল হায়বসি অযাম্বা শরুক্তা ফোক পোইত্রিগা মরী লৈনৈ। বিডলদা অযাম্বা মতমদা রিদম (rhythm) নৎত্রগা রাইম (rhyme) গী মশক শাগোন্নৈ (ইংখোল মতোল লোংনৈ কাপ্পা—যেনশিন মক্ক, পিক্রিঙৈদা অশংবা শেৎপা চাউবগা অঙাংবা শেৎপা —মোরোক)। বিডলনা এলিটরেসন, পার্সনিফিকেসন, সিম্বোল, মেটাফর-নচিংবা শৈরেংগী ওইবা নৎএগা ওইবপ তৌবা রাফোঙ-পাম্নৈ কয়ামকম শীজিন্নৈ (তাখোঙ মাখোঙ পাখোঙ কবিনো? -তাদগী মখোঙ, ইমাগী মখোঙ, পাবগী মখোঙ, হোব-ফুল হোব-ফুল কবিনো? — যেংথৌ, মমা অমখক্তা মচা অমবু পাখোন শীখ্রগা শুকহন-হল্লক্তুবা কবিনো?— শাউবোঙ মক্ক, মমা থাঙশাং মহৈ অমৃত—চ, মমা নমথীবীনা মচা বাধিকা পোকপা- চিংগোংলৈ)। মেটাফরনা অযাম্বা মতমদা বিডলগী যুম্মম ওই। বিডলনা পেরেলেলিজমসু যাম্না তোঙনা শীজিন্নৈ (কনসু কল্লি নুংলা নুং নত্তে, মকোই চোম্মি মুনিবা মুনি নত্তে, উথক্তা তোংই উ শা উচেক নত্তে, কবিনো?—যুবী)। কবিগুম্নদা অর্থ অনী লোঙবা রাহৈনা পন (pun) শীজিন্নদুনা বিডল শেম্নবসু যাওই (শিবম্নবদি শিববোইদবনি, শিবমদদনা শিবনদি - পয়া শিবা)। স্টাইলগী মীৎযেংদা বিডলগা প্রোভর্বকসু যাম্না নক্লৈ। অনীমক্তা মেটাফর যাম্না তোঙনা শীজিন্নৈ। খেন্নবা হায়বদু প্রোভর্বনা মেটাফরবু যাম্না মযেক শেংনা লাননা খঙবা যাবা মওঙদা শীজিন্নৈ, বিডলনা মেটাফরবু অর্থ রেৎশিন্নহন্দুনা চমম্নহনবা মওঙদা শীজিন্নৈ অমদি বিডল ফোঙগদৌবিবা মীশক অদুগী বুদ্ধি-লৌশিংগী চাংযেং তৌই।

বিডলগী মখলশিংগী মনুংদা ট্রু বিডল (true riddle) হায়বসিনা খ্বায়দগী মক ওই। মসিনা বিডলগী অশেংবা মশক্নি। মসিবু মণিপুরীদা 'পাউখোঙ' হায়না খঙনৈ। মসি তাকথোক্তিবা পাউখুমগী পোৎলম অদুগা তাকথোক্লবা শক্তাক-বাবোলগী পোৎলমগা চাংদম্নবা বাফোঙ মখল অমনি। চাংদম্নবা যানবগীদমক রাবোল শুগায়না তাকই হায়দুনা ট্রু বিডলবু ডিস্ক্রিপ্টিব বিডল (descriptive riddle) হায়নসু খঙনৈ। বিডল মখল অসিনা মেটাফরনচিংবা শীজিন্নদুনা পোৎলম মশক তাকই। মসিদা পোৎলম মশক তাকপা রাবোলগী শরুক অনী লৈঃ খ্বায়গী ওইবা অচম্বা রাফম অমা, অমসুং অখন্নবা থোইদোকপা ওন্নতৈনবা রাফম অমা (উকংনা/হাকথী খনবা, থবো নঙ পোকপদগী/ইমাদি থরায় মাঙজরেদো)। আর্চর টেলরনা বিডলগী অহানবা খ্বায়গী অচম্বা রাফম অসিবু ডিস্ক্রিপ্টসন (description) অমসুং অকোনবা অখন্নবা রাফম অসিবু ব্লোক (block) হায়না কৌবম্মী। মহাক্না বিডলগী মশক অনীসিগী লৈনবা মরী অমদি পাউখুম-পোৎলমগী শাজৎ য়েংলগা ট্রু রিডলগী

কাঙলুপ (category) তবামাথোই খায়বম্মী। তবামাথোই অসিগী মনুংদা তরেৎনা চাংদম্নবা (comparison) গা মবী লৈনৈ, মবিনা হন্না-হন্না মশক-মশীং পনবা (enumeration) গা মবী লৈনৈঃ১। অহিংবা জীব অমগা চাংদম্নবা (অয়ুক্তা মখোঙ মরি পানবা, নুমিৎযুংবদা মখোঙ অনীদং পানবা, নুমিদাংবাইবমদনা মখোঙ অহুম পানবা কবি জীবনো?— তাইবং মী), ২। শা অমগা চাংদম্নবা (লৈবাই হৌদোং কবিনো?—কোঞ্জেং কোকফাই), ৩। শা মযামগা চাংদম্নবা (ঐখোয় ময়াম শুকখ্রবা অশোঙবা উমংদা লৈ। ঈশিং অঙাঙবতা থক্লুনা থরায হিংই। ঐখোয়সি কনা-কনানো?—হীক), ৪। মীশক অমগা চাংদম্নবা (পুক্কংবীনা চুবা উপ্পা—কবোকঙ), ৫। মীশক মযামগা চাংদম্নবা (নিপা অনীনা কন্না চেল্লকপা, লমখাঙদা নিপা মঙানা মঙক পৎ থৎপা কবিনো?—নপ), ৬। পাম্বীগা চাংদম্নবা (হিমালয চীংজাউদা পোম্বা লৈ, মালেম তম্পাক্তা শাৎপা লৈ, নুমিৎকী তেজনা যৈবদা লৈবাং থরায মাঙবা লৈ, শিঙেল কবি লৈবা‌নো?—উন), ৭ পোৎশক্কা চাংদম্নবা (ফুম থাঙ্গোল কবিনো?— ভাবিল), ৮। চাংদম্নবদা হন্না হন্না হাযবা (জালিগুম্বদি থনোপ থনোপ, থাগুম্বদি তকোই তকোই কবিনো?—মিবাং), ৯। মওঙ-মতৌ নৎত্রগা মথৌদা হন্না হন্না হাযবা (মউ উজাউ, মনা তগুপ তবেং, মপান জযপুর, মহৈ কাঙদ্রুম কবিনো?—শৈজাক, কংলা কাবে চাযনফি, থংলেন্না নাবে হাকথংফি, শিবে শীংগুমফি কবিনো?—লুগুণ), ১০। মচুদা হন্না হন্না পনবা (অঙাং ওইবিগৈদা ফনেক অশংবা শেৎপা, চাউবগা ফনেক অঙাংবা শেৎপা - মোবোক), অমসুং ১১। থৌবমদা হন্না হন্না হাযবা (নঙ লৌগে লাকপনি, নঙ উন্নবে, নঙ হল্লো, নঙ পুবগে হাযবা কবিনো?—ঈশিং শোকপা চৎপদা নোং চুবা)। কবিগুম্বদা ট্রু বিডলদা চাংদম্নবগী মশক অদু অর্থ থোক্তবা বাহৈশিংদা বাহৈশিংগী চাউবাকপা অপুনবা মখোলদা যুম্বম ওইদুনা ফোঙদোকপসু যাওই (কোক্কাই মোইতাং অযাংঙা হিথা থাংমৈ অচোংঙা—তবেঙযোত্তা মোইথাপ নাইবা)।

অখঙ অহৈ কনাগুম্বনা ট্রু বিডলগী মনুং চলহনবা, অদুবু কনাগুম্বা অখঙ অহৈনা তোঙান্না থম্বা, বিডল মখল অনী লৈঃ নেক বিডল (neck riddle) অমসুং প্রিটেণ্ডেড ওবসিন বিডল (pretended obscene riddle)। নেক বিডল হাযবসি ফোকটৈল নৎত্রগা লেজেণ্ডদা অঙাং ওলহনবগী দণ্ডি ফংলবা বন্দী অমদা পাউখোঙ অমা মহাক্কী অবোইবা উপায ওইনা — পাউখোঙ অদু কনা অমতনা ফোঙবা ঙমদ্রগা মথরায কর্নবিবা, ফোঙবা ঙম্লগা হাৎপা হায়না — চলহনবা মতাংগী পাউখোঙ অদুবু খঙনৈ। পাউখোঙ মখল অসি দণ্ডি ফংলিবা মীশক অদুতনা মপুক্সিদা উখি-খঙখিবা, অতৈনদি উবা-খঙবা ঙম্নবোইদবা,

থৌবমগী পাউখোঙ ওইগল্লি। ***বাইবল*** দা যাওবা সেমসনগী পাউখোঙ অদু নেক বিডল অমনিঃ

Out of the eater came forth meat,

And out of the strong came forth sweetness

–Honey comb in a lion's carcass (Judges 14 14)

নেক বিডলবু কনাগুম্বা অখঙ-অহৈনা স্টোরি বিডল (story riddle) হায়নসু কৌনৈ। স্টোরি বিডলগী মনুংদা 'শৌবোল যাইবেল লৌতাবোল' গী রাবীদা য়াওবা কৌবৌহনবগা শৌবোল যাইবেল মচিন মনাওগা চন্নবা পাউখোঙনচিংবা চনবা যাই।

প্রিটেণ্ডেড ওবসিন বিডল হায়বসি ট্রু বিডলগুম চাংদম্নবা নৎত্রগা হন্না হন্না মশক মশীং পনবা মওঙগী ওইবা যাই। বিডল মখল অসিদা মশক তাক্লিবা রাবোলশিং অদুনা অকাম্বা (যিনুংগী) রাহৈ নৎত্র " থৌবমগী পাউখুম মালহল্লি অদুবু কাটি, উবৈরোম মহৈ, কোল্লু ভম্বা, যেত্তুম মনাদা লং লেংবা, ক্কা চাবা, ফি শূবা, তল তকপা অসিনচিংবা অচম্বা পোৎলম থৌবমশিংনা পাউখুম ওইহল্লি (মনীংলোমদা শাথৌবা মমাঙলোমদা শাযাবা কবিনো?—থবোই চুপ্পা)। অচম্বা পাউখুম পোৎলম মাল্লগা অকাম্বা পাউখুম পোৎলম ওইহনবা মওঙশিংসু বিডল অসিগী মনুংচল্লি (উখোঙ অমদা মন্দম অনা থুনা কবিনো?—নিপাগী ফিনু, হকচাং)।

মথক্কী ট্রু বিডল হায়না খঙনবা বাহং মশাদা পাউখুম পোৎলমগী শক্তাক বাবোল শাগোম্নজবা পাউখোঙ মখল অসি নত্তবা পাউখোঙগী অতৈ মখল কয়ামকম লৈরি। মখোয় অদুদিঃ

বিডলিং ক্বেসন (riddling question) বু 'বিজদম ক্বেসন' (wisdom question) নৎত্রগা 'ক্লেভর ক্বেসন' (clever question) হায়না খঙনৈ। বিডল মখল অসিদা ট্রু বিডলগী কাঙলোন-নাতৈ (logic) অদু যাওদে। মসিদি চুম্নগী চৎনবী ওইবা হৈ শিংবা রাহংগী মশক অমনি। মসিদা ওইনীংবা রাখল-পাম্বৈ অমনা চৎনবী রাহংগী চৎনবী পাউখুম পীনৈ (অমনা অনী থোকপা কবিনো?—হবাই মপুম্না তংখায় তাবা, পৃথিবীগী মযাযদা কবি লৈ?--গী)। কনন্দ্রম (conundrum) হায়না খঙনবা বিডল মখলদা অর্থ লোঙনা রাহৈ শীজিন্নদুনা বাহং হংনৈ (নঙগী অশিবদু খজিক্তা লৌখিগে, হযেং ঐনা শিবগা শিংগে হায়বা কবিনো?—পযা)। পজল (puzzle) নৎত্রগা প্রোব্লেম বিডল (problem riddle) হায়না খঙনবা বিডল মখলদা অঙ্কগী লৌশিং, চৎনলোনগী লৌশিং, অসিনচিংবদা

য়ুম্ফম ওইরগা পাউখুম পীবা য়াবা ৱাহং হংনৈ (পাম্বী অমা, মকা অনী, কারোঙ অনী, মশা নিপাল, মনা হুম্ফুমরি পানবা করিনো?—লুপা; নুপী অমনা মাঙ্গোন্দা ফনেক লোন্দুনা লৈরম্বা উবদা লৈকাই কোয়রকপা পাখং অমনা হায়, "হা ইবেম্মা, নঙদি ফনেক ফজনা লোনবা হৈদা। ঐখোয়গী শুমাঙদু য়াম্না শেগায়রে। অমুক্তা ফোৎপিয়ুবা।" নুপীদুনা করি হায়না খুমগদগে?—"হা তাদ, ফোৎচগে। তাদখোয়গী শুমাঙদু নচনগী মাঙ্গোল অসিদা অমুক্তা থাংবিরকউবা।" খুমগনি)। কেটচ কেসন (catch question) হায়বসি পাউখোঙ ফোঙগদৌরিবা মীশক অদুনা চেকশিনহৌদবা মতাংদা পাউখোঙ চল্লিবা মী অদুনা নোকশিন্নবা হংবা ৱাহং মখলনি (পাউখোঙ চল্লিবা মীশক্তুনা মতাং ইচা-চাদনা "নঙবু ফৃগে হায়বনি, খঙব্রা?" হংলকপদা "খঙঙে, লফৃনা" হায়না খুমহৌদদুনা য়াম্না খঙনীংনা "কনানা" হায়না হংলুবা থোক্রবদি "লফৃনা" হায়দুনা পাউখোঙ চল্লিবা মীশক্তুনা নোকশিনবী)। রিডল জোক (riddle joke) হাগবসিদা ৱাহং অদু ফাগিগী মশক ওইনা হংই (মীগী দেশতগী মথুন ফাক ফাত্তুনা লাকপা করিনো?—কা)। নন-ওরেল রিডল (non-oral riddle) হায়না খঙনবা খুৎনা ঈঙ্গিৎ (gesture) তৌদুনা হংবা নৎত্রগা লাই (droodle) অমা য়েক্লগা হংবা মখলগী চৎনবী বাহংসু লৈ। পেলিন্ড্রোম (palindrome) হায়না খঙনবা মমাঙলোমদগী পারবসু মনীংলোমদগী পাবৰসু বাহৈ চপ মান্নবা ৱাফোঙ মখল অদুবুসু রিডলগী মনুং চন্নৈ (Madam, I'm Adam)। ওল-লেটর সেন্টেন্স (all-letter sentence) হায়না খঙনবা আলফাবেটকী ময়েক পূম্নমক শুনা য়াওবা ৱাহৈপরেংশিংসু রিডলগী মনুং চন্নৈ (The quick brown fox jumps over the lazy dog)। ওভর-এণ্ড-অন্দর সেন্টেন্স (over-and-under sentence) হায়না খঙনবা অখন্নবা ৱাহৈ খরবু থক-খা নাইনা অর্থ থোকপা মওঙদা থম্বগী থোইদোকপা মওঙবুসু রিডলগী মনুং চন্নৈঃ Once 4P.M.—Once upon a time.

টং ট্যিস্টর (tongue twister) হাযনা খঙনবা মথংশিংনা লানহন্দনা থুনা হায়দোকপদা ৱাবা ৱাহৈ-চবুনশিংসু রিডলগী মনুং চন্নৈ (Peter Piper picked a peck of pick-led pepers; হংগাম মকা অপাকপা)। নেমোনিক ডিভাইস (mnemonic device) হায়না খঙনবা নীংশিংবদা ৱাবা অরুবা ৱাফম অমবু খুৎলোয়না নীংশিংনবগী পাম্বৈ ওইনা পুথোকপা শৈরেং, ৱাহায়, ৱাহৈ, নৎত্রগা ৱাহৈ চবুন্নচিংববুসু রিডলগী মখল অমা ওইনা লৌনৈ (Roy G. Biv–Red, Orange, Yellow, Green, Blue, Indigo and Violet)।

মথক্কী বিডলশিং, থোইদোক্না ট্রু বিডলশিং, অসি খুন্নাই-কাঙলুপ অমদা লাইনীং-খুদাগা মবী লৈননা অমদি লৈনদনা শীজিন্নে। কবি- কবিগুম্বা খুন্নাই-কাঙলুপশিংনা বিডল-শিংবু যাদু-মন্ত্রগী ওইবা মপাঙ্গল শাগোন্নে হায়না থাজদুনা ফিনুংগী হকচাং মতোনগী উনশা ককথৎপা, লুহোংবা, অমদি শিবগী পুন্সি-লাইথৌশিং (rites-de-passage), লৌতাবা, লৌবিংবা, লৌখাওবনচিংবা লৌউ-শীংউগী লাইথৌশিং, অমদি নোং লাউবা, শাদানব-নচিংবগী লাইথৌশিংদা তঙাইফদনা শীজিন্নে। মীতৈশিংনা অখন্নবা পাউখোঙ খব ঈশৈগী মশক ওইনা ফম্বাল কাবা, অমদি লাই হবাওবগী লাইবোই নুমিৎকী লাইগী থৌবমদা তঙাইফদনা শীজিন্নে। মালেমগী অযাম্বা খুন্নাই কাঙলুপশিংনা অযাম্বা বিডলশিংবু লাইনীং খুদাগা মবী লৈনদনা হবাও-নুংঙাইবা মতাংশিংদা শীজিন্নে। মীতৈশিংনা শিন্নাইফম কাবা, নুমিদাং লৈকাই কোযবা, য়াওশংগী ফৌ শুবা লিক্কোল শান্নব, লৈ লাংবগী লৈ থিবা চৎপা অমদি লৈ লেংবা, কুম্মৈ থৌদোক্কী অহিং যাবেকপা, নুমিদাংবাইবমগী লৈপুং ফম্বা, থবক শূবগী অরাবা পোথাবা, অসিনচিংবা খুনগী নৎত্রগা ইমুংগী মী যাম্না নৎত্রণা খব পূনবা মতমদা হবাও-নুংঙাইনা পাউখোঙ চন্নে। মযাম পুল্লগা মীচঙ খায়দোক্লদুনা পাউখোঙ চন্নবী শান্নবা নৎত্রগা শীংনবা (riddling session) থৌবমশিং অসি নুংঙাইবা শীংদা চন্নে।

বিডলনা খুন্নাইচাশিংদা হবাও-নুংঙাইহনবগী মথৌ অমা পাঙথোকই। অঙাংশিংনা চেন-চোংদুনা শান্নবদা নুংঙাইবা লৌবগুম কাবগুম্বা মফম অমদা পুন্না ফন্নগা পাউখোঙ চন্নদুনা শান্নবগী নুংঙাইবা লৌই। খব চাউবক্লবা নিপামচা-নুপীমচাশি নৎত্রগা পাখঙ লৈশাবীশিংসু অহাঙবা মতম ফংবদা নৎত্রণা হবাও-নুংঙাইবা থৌদোকশিংদা পুন্দুনা পাউখোঙ চন্নদুনা মতম লেনবগী নুংঙাইবা লৌই। অহলশিংসু মচা মশূ ওইবশিংগা পুন্না ফম্মিন্নদুনা অঙাংশিংদুদা তাকপি তম্বিবগী মওঙ ওইনা পাউখোঙ চন্নবগী নুংঙাইবা লৌই। অরাবা শিনফম পানবা নহা-অহলশিংসু থবক রানা শূববগী অরাবা পোৎথোকপা ওইনা পাউখোঙ চন্নদুনা পোথাবগী নুংঙাইবা লৌই।

বিডলনা বুদ্ধি লৌশিং ফগৎহল্লি শেম শাদুনা অচুম্বা লোৎশিল্লগা ফোঙদোবকপা লোনগী অমদি অশেংবা অচুম্বা ওইনা লৈবা পোৎলমগী মহৌশা ওইবা শাজৎকী মবক্তা লৈবা অহোংবা নৎত্রগা খেন্নবশিংবু মশক খঙবা ঙম্বগী লৌশিং-পাঙ্গল বিডলনা হাপকৎলি। মসিনা মেটাফব, সিম্বোলনচিংবগী য়ুম্ফমদা পবিং চুম্না রাখল খনবা তমহল্লি, অরানবা অমদি ওন্নতৈনবশিংগী মবক্তগী অচম্বা অমদি চনবা থিদনা পথোকপা ঙমহল্লি। মসিনা মপং

ওইবা অচুম্বা রাফম অমবু লোৎশিল্লগা শেম-শাদুনা পুথোকপসু ঙমহল্লি, মী অতোপ্পা অমনা অচুম্বা লোৎশিল্লগা ফোঙদোবকপা রাফমদা অচুম্বা ফাবা হৈহল্লি। মসিনা বুদ্ধি থৌহল্লি, নীংশিংবগী পাঙ্গল হেনগৎহল্লি।

বিডলনা অনৌবা লৌশিং কয়ামরুমসু তার্কপি-তম্বী, তাইবং মী অমদি জীবশিংগী মশক-মওঙ, শাজৎনচিংবা কযা খঙহল্লি। মসিনা মহৌশাগী পোৎলম কয়াবু শৈথাবা তম্বী, হৈ-শিংনা নীংথিজনা—শৈবেংগুম্না—ফোঙদোকপা ঙম্বগী অমদি মমল লেপ্পা ঙম্বগী মহৈ শকখঙহল্লি। মসিনা রাঙাং-রাতা হৈ শিংবা তম্বী।

বিডলনা কনাগুম্বা অমবু খুন্নাইগা চুশিন্নহনবদসু অচৌবা তেংবাং ওই। পাউখোঙ চন্নবা মতমদা মশাগী অনীংববু নীংথিনা ফোঙদোক্নুনা, মীগী অনীংববু নীংথিনা তাদুনা, পাউখোঙ চন্নবগী হৌনবী লৌশিংগী চাংযেং থেংনবদা মশানা যানা তূমিন্না ঈংনো রাখল তৌদুনা মীগী মীচঙনা খুদুম চনশিল্লকপদা মশাবু ঙাকথোকচদুনা নৎত্রগা মশানা চঙজদুনা নৎত্রগা মাগী মীচঙনা খুদুম চনশিনবদা মশাবু লাকশিন্দুনা পাউখোঙ চন্নবা যাওবিবা মীওইশিংনা খুন্নাইগা চুর্শিন্নবা হোৎনবা (socialization) গী গুণ কযা, মশা খঙনা নৎত্রগা খঙদনা, তানশিল্লি। গুর্ণশিং অসিনা খুন্নাইচাশিংগী তুংগী পুন্সিদা অচৌবা তেংবাং ওইবকই।

# ফোক স্পিচ

## (খুন্নুং ৱাঙাঙ)

ফোক স্পিচ (folk speech) হায়রগা ফোক গ্রুপ অমগী মনুংগী মীওই মশেল ঙাঙনবদা শীজিন্নরিবা লোল অদুবু খঙনৈ।[৬১]

ফোক স্পিচ অসিবু ফোকলোরিষ্টশিংনা ফোক সে (folk say) হায়নসু খঙনৈ। 'ফোক স্পিচ' নৎত্রগা 'ফোক সে' হায়রিবসি খুন্নাই-কাঙলুপ (ফোক গ্রুপ) অমগী মনুংদা শীজিন্নবা চীন্দগী থোকপা অতেনবা, ৱারী নাইদবা লোনগী মশক্নি।[৬২]

ফোকলোরিষ্টশিংনা 'ফোক স্পিচ' নৎত্রগা 'ফোক সে' হায়না খঙনরিবা লোনগী মশক অসি লিঙ্গুইষ্টশিংনা ডাইলেক্ট (dialect) কৌনৈ। ডাইলেক্ট হায়বগা অকক্নবা লমদম অমগী ফোক গ্রুপকী মনুংদা শীজিন্নবা, ফিদম ওইবা চাং যৌদ্রিবা (non-standard), ৱাঙাঙগী মশক অদুবু খঙনৈ। ডাইলেক্টনা ফিদম ওইবা লোন (standard language)দগী খেন্নরিবসি ৱাহৈ-পুক্কৈ (vocabulary) দা, লোঞ্জন (grammar) দা, নৎত্রগা খোলহায (pronunciation) দা ওইবা য়াই। ডাইলেক্টকী মখল অনী লৈ: (১) ভূগোলগী তোপতোপ্পা অখন্নবা ফিভমশিংনা খেন্নহনবদগী ওইখিবা জিওগ্রাফিকেল ডাইলেক্ট (geographical dialect) অমসুং (২) খুন্নাইগী অখন্নবা থাক্কী মীওইশিংনা থাক্কী ফিভম মতুংইন্না খেন্নহনবদগী ওইখিবা সোসিয়েল ডাইলেক্ট (social or class dialect) খুদম ওইনা, মণিপুরগী তম্পাকলমদগী থাপ্পা তোখায়না চীংদা তাদুনা লৈখিবা কাথা খুনগী লোল মীতৈলোনগী জিওগ্রাফিকেল ডাইলেক্ট অমনি, কোনুংগী লৈম নিংথৌকোনগী লোন মীতৈলোনগী সোসিয়েল ডাইলেক্ট অমনি।

ফোক স্পিচ, ফোক সে, নৎত্রগা ডাইলেক্ট হায়না খঙনরিবা লোনগী মশক অসি লোন অদুগী চৎনবা ফিদম (standard) ওইবা মশক্কী মওঙ কয়ামরুমদা খেন্নৈ: মসিনা

---

[৬১] Jan Harold Brunvand, "Regional Folk Speech and Sayings" in *Handbook of American Folklore,* ed R M Dorson (Bloomington Indiana Univ Press, 1983), p 206:

> Folk speech may be defined simply as the language used by anyone communicating within a folk group

[৬২] 'ফোক স্পিচ' পু মণিপুরীদা 'খুন্নুং ৱাঙাঙ' হায়না খঙনবা য়াই।

ফিদম ওইবা লোন্দা অবিবনি হায়না চৎনদ্রবা ৱাহৈ কয়া শীজিন্নৈ, মসিনা অইবা সাহিত্যদা শীজিন্নদ্রিবা অনৌবা ৱাহৈ কয়াসু শীজিন্নৈ, অমসুং মসিদা লম-লমগী ওইবা চৎনবীগী মতুংইন্না শেম্বা অমদি হায়বা তোপতোপ্পা মহাউ কয়া চেল্লি। মসিনা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী ঈশৈ, ৱারীনচিংবা ফোকলোর মচাকশিংদা অমদি নুংতিগী শীজিন্নবা লোন্দা অখন্নবা মহাউ চেলহল্লি। অখন্নবা লমদমগী ওইবা অখন্নবা মহাউ য়াওরবা লোনগী মশক অসি শীজিন্নবগা লমদম অদুগী খুন্নাইচাশিংনা অসুন্না, মখোয় মশেনগী মবক্তা অমতা ওইবগী ৱাখল অমা শাগোন্নবকই। ফোক স্পিচকী মশক অসি মখোয মশেল ৱাবী শানবদা মহৌশা ওইনা শীজিন্নৈ। লোনগী মশক অসিদা ৱাবী শানবদা হেন্না খূৎলোয়না ৱাখল ফাওনবগুম মখোযদা থোকই। লোনগী মশক অসি লমদম মশাগী তোপতোপ্পা ভূগোল, ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতি (নাৎ) না শেম্বনি অমদি হিংহনবনি। মবম অসিনা, ফোক স্পিচকী মশক অসিদা ফিদম ওইবা লোনগী তং তাববা লোঞ্জন (grammar) গুম মপূং ফানা মবম নাতৈ চাবা (logical) ওইগদবনি হাযবা লৈতে, ফোক স্পিচ অসিদদি পূন্নমক মহৌশা ওইবা অমদি যানবগী মখা পোল্লি। ফোক স্পিচ অসি কাঙলোন নাইনা তম্বা মহৈ তম্ফমশঙগী মহৈ মশিংদগী তোঙান্না খুন্নাই মনুংদা মরোমদোম পোকচ-চাউজবকপা লোনগী মশক্নি। লোনগী মশক অসি লাইবিক লাইশু হৈতবা নৎত্রগা কয়া হৈফাওবা মীওইশিংগী— থোইদোক্না অহলশিংগী—মনুংদা খ্বাযদগী মপূং ওইনা লৈগল্লি।

ফোক স্পিচ নৈনবগী তোপতোপ্পা কান্নবা কয়ামকম লৈ। ফোক স্পিচকী মান্নবা মশক্না লমদম অমবু অতৈ লমদমশিংদগী নৎত্রগা খুন্নাই কাঙলুপ অমবু অতৈ খুন্নাই কাঙলুপশিংদগী তোঙানহল্লিঃ ফোক স্পিচনা খুন্নাই কাঙলুপ অমগী পাক চাউবা ভমখৈ খ্বাযদগী লাযনা তাকপা ঙম্মী। ফোক স্পিচ অসিনা খুন্নাই কাঙলুপ অমগী তোপতোপ্পা চৎনবী অমদি নাৎকী মশকপুসু লাযনা তাকপা ঙম্মী। মীওই-কাঙলুপ অমগী মনুংদা খ্বাযদগী পান্না শীজিন্নবা ফোকলোব মচাক্কী মশকসু ফোক স্পিচ অসিনা খঙহনবা ঙম্মী। ফোক স্পিচনা মীওই কাঙলুপ অমদা কন্নাগুম্বা মীওই অমবু মশক তাক্লবগী অমদি খ্বাযদগী খূৎলোয়না অফবা মবী (rapport) থম্বা ঙম্নবগী খ্বাযদগী অখোইবা পাম্বৈসু ওই। অকক্লবা লোন অমগী হৌবক-চাউখৎলকপগী ইতিহাস নৈনবা মতাংদসু ফোক স্পিচনা অচৌবা তেংবাং ওই।

ফোক স্পিচপু ফোকলোবিষ্টশিংনা ৱাবী, ঈশৈ, লীলানচিংবা তোঙান তোঙানবা ফোকলোব মচাকশিংগী মনুং চন্না অখন্নবা মতাং-মফম (context) শিংদা যাওবকপা ওইনা

নৈনৈ। ফোক স্পিচকী খ্বায়দগী মরু ওইবা মশক অনীদি পাউরৌ (proverb) অমসুং পাউখোঙ (riddle) নি। ফোক স্পিচকী মনুং চনবা য়াবা লোনগী অতৈ মশকশিং চাউরাক্লা মখাগীশিং অসিনিঃ

Special vocabulary (অখন্নবা ৱাহৈ-পুক্কৈ) হায়বসি তোঙান-তোঙানবা লমদমশিং, কাঙলুপশিং, নৎত্রগা শিনফমশিংদা লৈবা মীওইশিংনা শীজিন্নৈ। খূদম ওইনা, ককচিং, কাথা, লৈত্রাম, লম্লোনবা, ডাক্টর, উকিল, ওঝা, সিফাই, ঙা ফাবা, উ য়ানবা, ফুরিৎখাউ চপ্পা, চাক্লিবা, হূরানবা, অসিনচিংবা মীওইশিংগী মাগী-মাগী ওইবা কাঙলুপ নৎত্রগা শিনফমগী তোপতোপ্পা অখন্নবা ৱাহৈ-পুক্কৈ লৈনৈ। মখল অসিগী ৱাহৈশিংবু argot, cant, jargon, lingo, অসিনচিংবা হায়নসু খঙনৈ। অখন্নবা লমদম, অখন্নবা থাক্কী মীওই-কাঙলুপ, নৎত্রগা অখন্নবা শিনফমগী মীওইশিংনা শীজিন্নবা অখন্নবা ৱাহৈ-ৱাতা অমবু ফিদম-লোন (standard language) মান্নবা অতোপ্পা লমদম, কাঙলুপ, নৎত্রগা শিনফমগী মীওই অমনা খঙন্দে। অর্থ খঙন্দবগী মরম অতোপ্পা মীওইনা খঙদনবা থৌওইনা অর্থ লোৎনবা হোৎনবা, চখোক-চৎশিন ৱাৎপা, নৎত্রগা শিনফমগী অৰুবা 'টেকনিকেল' ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা য়াওবা, অসিনচিংবনা ওইবা য়াই। খূদম ওইনা, ককচিংগী 'কোরোন', ফিয়োনবীগী 'কুন হানবী', ঙায়োনবীগী 'শেনগোম্নবী'। Smart saying (ৱাতা ফজবা) হায়বসি অয়াম্বা মতমদা খুন্নুং ফাগি-জুগাই (folk humor) গী মনুংচন্না শীজিন্নৈ। মসিনা ৱা ঙাঙলিবা মীশক অদুগী লৌশিং অমদি ৱাঙাঙ-ৱাতাদা হৈথোই-শিংথোইবা খঙহল্লি। অৱায়-অখুমগী মতাংদদি মসিনা ৱা তারিবা মীশক অদুগী মপুক্লীং নুংঙাইহন্দবা ফাওবা য়াওই। Smart reply (পাউখুম ফজবা) হায়বসিসু ফোক স্পিচকী মনুং চন্নৈ। ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা মখলশিং অসি নহারোলশিংনা থোইদোক্লা পান্নৈ। চীন-কাঙজৈদা এপিগ্রাম (epigram) হায়বদি শৈরেং, অতৈ সাহিত্য মচল, অমদি ভাষণনচিংবদগী লৌথোকপা অতেনবা ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নবসু ফোক-স্পিচকী মনুং চন্নৈ। এপিগ্রামগী খূদমঃ "লায়রববী ইরোলনি/খঙদবনা হায়বনি/মৈতৈ কবি লাকখিনি"। Picturesque speech (শকপান্নবা ৱাঙাঙ) হায়বসিগী মনুংদা চৎনবী ওইবা মতীং লৈবা চাংদম-প্রমাণ (metaphor), য়ান্না চুনবা চাংদম-ৱাঙাঙ (simile), মচেক কয়ানা পালহনবা ৱাঙাঙ (synecdoche), কা হেঞ্জিন্না হায়বদা ফজবা ৱাঙাঙ (hyperbole), খূদম-চাংদম (symbol) ওইনা শীজিন্নবা ৱাহৈ, মশান্নশিং (games and sports) দগী পূবা চৎনবী ৱাহৈ-চকুন (phrase), থাজদবা ওন্ন-তৈনবা ৱাহায় (contrast), য়ান্না ৱাখল পোক্লীংঙাই ওইবা ৱাতা, অসিনচিংবা চনবা

য়াই। মসিগা চাউরাক্না মৰী নৈনবা tall talk (মশা থাগৎপা ৱাঙাঙ) হায়বা মখল অসিসু ফোক স্পিচকী মনুং চনবা যাই, মবমদি ৱা ঙাঙলিবা মীওইশিংনা মশা-মশাবু থাগৎচবদা তোয়না শীজিন্নবা, কা হেন্না হাযজিনবা, অমদি লৈথেৎ-লৈতেং তৌবা মওওশিংগী ফোর্মুলা ওইবা চৎনবী ৱাহৈ-ৱাতা লৈগল্লি ('ময়াদগী খোন্নম কোক্লিবা শক্তাসিনবু')। Honorific শিংদা বা ঙাঙলিবা মীশক অদুনা মশাবু তোঙ্কনা অমদি বা তাবিবা মীশক অদুবু বাংনা থাঙ্গৎনা ঈকাযখুম্ননা হায়বা চৎনবী ৱাহৈশিং শীজিন্নৈ ('ওঝা, ঐ যাওজগে' হাযবগী অর্থদা 'ওঝা ইবুংঙো, ননাই থৌগঞ্জগে')। Euphemism দা অশেংবা ফিবমগী তাবা নুঙাইতবা ৱাহৈগী মহুত্তা তাবা খব নুংঙাইবা ৱাহৈনা মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নৈ ('শিবা' হাযবগী মহুত্তা 'নোঙ্গাবা')। Expletive তা অর্থ থোইনা হেনগৎহন্দ্রবসু ৱা ঙাঙবদা মবক মেনবা ওইনা তোযনা যাওবা ৱাহৈ চবুনশিং, ৱাহৈশিং নৎত্রগা ৱাহৈ মচেৎশিং শীজিন্নৈ ('হিংচাবীসিদি')। মসিদা অর্থ থোইনা লৈতবা ৱাশকপা খঙনবা চৎনবী ওইনা মবক মেনবা বাহৈশিংসু শীজিন্নৈ ('সৈতনা সাখী')। Salutation দা খুন্নাইচা মশেল খুকম্নবা, খুবম্বা ওকপা, তবাম্না কৌশিনবা, অসিনচিংবদা চৎনবী বাহৈ কয়া শীজিন্নৈ ('হবে কৃষ্ণ, 'কদোমদা লেঙভুবিবনো')। Intensifier দা বাহৈগী অর্থ কনশিলহন্নবা চৎনবী বাহৈ কয়া শীজিন্নৈ ('ভাবীদা')। Sign language দা মখোল থোক্তবা চৎনবী ঈঙ্গিংকী মশক্তা খুৎ, মীৎ, কোরুচিংবনা অনা বা লোনগী অর্থ ফোঙদোকই। কবিগুম্সদ' য়েন-থীম্ন খোংনবা যন্ত্রশিংনা অখন্নবা অথদা মখোল থোকহল্লি অমদি মঙাল, মৈখু, লাইযেক-লাইখোৎনচিংবনা অখন্নবা চৎনবী অর্থদা উহল্লি। হৰ্যবিবা খুন্নুং লোন্দা (folk language) গী মশকশিং অসি খুন্নাই কাঙলুপকী মীওই মযাম্না মহৌশা ওইনা পূন্না যানদুনা শেম্বা মর্শন্রি। Sign language অসি মনা পঙবা মবোল থোক্তবশিংগীদমক 'অখন্ননা' পুথোকপা লোনগী মশক অদু ওম্বা নত্তে। খুদম ওইনা, খুদোনবী শাংবা, লানবুং মখোল, অসিনচিংবসি 'সাইন লেংগ্বেজ' হায়না খঙনৈ। Folk naming দা ভাইব' মী, শা-ঙা-উচেক্নচিংবা জীব, লম, পোং চৈ, অসিনচিংবগী থোনবা মমিং খঙনবা চৎনবী বাহৈশি, শীজিন্নৈ, খুদমঃ মিনু, কোম্বা। Folk etimology দা শকখঙদবা ৱাহৈ অমবু হান্না তোৎন-তোযববা শকখঙবা ৱাহৈ অমনা মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নৈ, খুদমঃ গোলমবিচকী মহুত্তা গুনমোবোকশি। Folk rhyme দা মতোন্তাবা খোম্লোক মন্নবা ৱাহৈশিংবু অতেনবা (করিগুম্বদা ফোর্মুলা মানবা শৈবেংগী মশক্তা নীথিজনা লেংশিল্লি, খুদমঃ মৈতানচাবী আওবে/কানহাই ধোবোবে। Asyntactic compound দা অর্থ লৈবা-লৈতবা ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ-মচেৎশিং চৎনবী মওঙদা পুনশিল্লি, খুদমঃ শুমাঙ থেল্লোং,

চে-নুং। Secret language দা চৎনবী বাহৈশিংবু অতোপ্পা কাঙলুপ্পা খঙদনবগীদমক বাহৈ-মচেৎ কয়ামকম অকক্লবা অবোনবা ফোর্মুলা অমদা হাপচিন্দুনা শীজিন্নৈ, খুদমঃ 'খুবাযলোন'। Slang হায়না খঙনবা অনৌ-অনৌবা শেম্বা অমদি য়াম্না তোয়না হোংগনবা বাহৈশিংসু ফোক স্পিচকী মনুং চন্না শীজিন্নৈ, খুদমঃ যাম্না তৌবা ঙম্বা মীওইগী অর্থদা 'অফাওবা'।

ফোক স্পিচকী অতৈ মশকশিংগী মনুংদা পোৎ-চৈ, শা-উচেক্কী মখোল মতৌ তম্বগী অমদি শা উচেক কৌবগী খোম্থোক-বাহৈ (onomatopoeia), মযাম পুন্না চাবম-থক্লমদাইদা হাযনবা বাহৈ (toast), নুংশি-চান্নবা খঙনবা বাহৈ-বাতা (endearment word), বাশকপদা শীজিন্নবা বাহৈ (swearing), বব পীবগী বাহৈ (blessing), শাপ পীবগী বাহৈ (curse), থাগৎ-বাহৈ (compliment), অথীবা মীচৈ (abuse), অকাম্বা বাহৈ (foul word), পলহৈ-বা নামুং বাহৈ (forbidden word), লান্না ওন্নাখবা বাহৈ (spoonerism), অবাবা-খুদোংথীবা কোক্লবা বাহৈ (magic word), যুম্বী অমদি ফক্লাংনচিংবদা ইবা বাহৈ (graffito), লোল খবগী যার্নশিল্লবা মশক (language mixture), অসিনচিংবা চনবা যাই।

মথক্কী ফোক স্পিচকী তোঙান-তোঙানবা মশকশিং অসি বাহৈ পুক্কৈ (vocabulary) গী থাক্তা খেন্নবতা নত্তনা লোঞ্জন (grammar) অমসুং খোলহায (pronunciation) গী থাক্তসু খেন্নবা নাই। লোঞ্জনগী থাক্তা খেন্নবা হাযবগী বাহৈগী মশক মওঙ (morphology), বাহৈগী মথং মনাও (syntax), অমদি চৎনবা লোন্দা-পুদা প্রমান-পাম্থে (idiom)দা চৎনবোল ফিদম (standard) গা খেন্নবা মশকশিংবু খঙনৈ। খুদম ওইনা, হৌজিক্কী মীতৈলোনগী স্টেণ্ডর্ড ওইবা বাহৈ 'খূর্বা' হাযবগী মহুত্তা কম্পাউণ্ড বার্ড অসিগী অহানবা সিলেবলদা ভোইস কোম্পোনেন্ট 'ত' হাপচিন্দুনা অমদি অনীশুবা সিলেবলবুসু ভোইস ওইহন্দুনা 'খূৎপী' হাযবা, স্টেণ্ডর্ড ওইবা বাহৈপবেং হৌগত্তুনা থোকউবা মতমদা ইতাওসি ফমদুনা লৈবম্মে' হাযবগী মহুত্তা 'হৌগত্ত থোক্কানসিদকো ইতাওসি ফম লৈবম্মে' হাযবা, 'শোযরে-শোযরে' হাযবগী মহুত্তা 'হঙ-হঙ' হাযবা, অসিনচিংবা।

খোলহাযগী থাক্তা স্টেণ্ডর্ড ওইবা মীতৈলোনগী সিঙ্গল সিলেবল বাহৈ 'কে'ম' লেভেল (ময়ায ওইবা) টোন (tone) বু চকপা মীওই-কাঙলুপ্পা বাইজিং (অযাংবা) টোন ওইহন্দুনা 'কে'ম' হাযবা খোলহায শীজিন্নবা, কম্পাউণ্ড বার্ড 'মাঙ্গোন' গী স্টেণ্ডর্ড ওইবা মওঙদা কম্পাউণ্ড ওইদ্রিঙৈগী অহানবা সিলেবলগী ফোল্লিং (অকম্বা) টোন্না কম্পাউণ্ড ওইরবা

মতুংদা লেভেল টোন ওইবা মওঙ (ম'াঙ+কে ান=ম'াঙ্গে'ান) অদুগী মহুত্তা কম্পাউণ্ড ওইদ্রিঙৈগী অহানবা ফোল্লিং টোন সিলেবলনা কম্পাউণ্ড ওইরবা মতুংদা রাইজিং টোন সিলেবল ওইখিবগী খোলহায় (ম'াঙ+কে'ান=ম'াঙ্গে'ান) ককচিং ফোক গ্রুপ্পা শীজিন্নবা, অসিনচিংবা।

ফোক স্পিচকী মথক্কী থাক অহুম— রাহৈ-পুকৈ, লোঞ্জন অমসুং খোলহায়— অসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা স্পিচ অসিগী শোয়দ্রবা অশেংবা মশক খঙদোক্লবা মতুংদা স্পিচ মশকশিং অদুনা ফোকলোব মচাকশিংদা কবম্বা মওঙদা যাওবগে, মখোয়গী ভেবিয়েসন (খেন্নবা) মওঙশিং কবিনো, মখোয়না অখন্নবা ফোকলোর মচাক অদুদা করি মথৌ পাঙথোকপগে, মখোযনা খুন্নাইগী করম্বা রাখল্লোন অমদি নাৎকী শক্তম তাকপগে, হাযবনচিংবা রাফম-শিংদা ফোকলোরিষ্টশিংনা পুক্নীং থিংজিল্লি।

# ফোক নেমিং

## (খুন্নুং মিঙ্গৌ)

ফোক নেমিং (folk naming) হায়বগা খুন্নাই-কাঙলুপ অমগী মনুংদা চৎনবী ওইনা কৌনবা মিংশিং অমদি মিংথোলশিংবু খঙনৈ।[৬৩]

'ফোক নেমিং' হায়বসি ফোক স্পিচকী মনুং চনবা অচৌবা মশা (branch) অমনি। মসিগী মনুংদা খুন্নাই-কাঙলুপ (folk group) অমনা মমিং থোনবা য়াবা থরায় পানবা-পান্দবা খুদিংমক্কী মিং (name) অমদি মিংথোল (nickname) পুন্নমক চনবা য়াই। অদুবু 'ফোক নেমিং' হায়বগা মপুং ওইনা তাইবং মী, শা-উচেক, পোৎ চৈ, পাম্বী, লৈ, লম, চীং, পাৎ, তুরেল, শাগৈ, অমদি কাঙলুপকী মমিং অমসুং মিংথোলবু খঙনৈ।[৬৪]

তাইবং মীগী মমিং (personal proper name) গী মখল কয়ামকুম লৈঃ অঙাং ওইবিরৈঙেগী মিং (milk name), মী খঙহন্দবা মিং (secret name), লাইনিং লৌবনচিংবা লাইথৌদা থোনবা মিং (ritual name), মহৈ তম্ফমশঙগী থোনবা মিং (school name), য়ুমগী পংথোন -থোনবা মিং (household pet name), লুহোঙবা মতুংগী মিং (marriage name), লাইরিক্কী থোনবা মিং (pen name), ফমথোল কাবনচিংবা থবক্তা থোনবা মিং (achieved name), ফম্বাল কাবদা থোনবা মিং (coronation name), শাফা মতুংগী থোনবা মিং (hunting name), লানফা মতুংগী মিং (war name), কালেন্থাগী মমিং (summer name), নিংথমথাগী মমিং (winter name), অসিনচিংবা, খুদম ওইনা, চাউবা, কুলজিৎ, চাংশাংলাকপা। য়ুমদা য়োকপা লুনা তৌবা হুই, হৌদোং, শল, শগোল, তেনবা, মযনানচিংবা শা-উচেকশিং অমদি ফাবদা নাম্থোক্কনবা ঙানচিংবা জীবশিংগী তোপতোপ্পা মমিংশিং (animal name) সু চৎনবী ওইনা থোনবা চৎনৈ, খুদম ওইনা, অঙৌবী, তোম্বী। থরায তানা লুনা তৌবা

[৬৩] Jan Harold Brunvand, *The Study of American Folklore An Introduction* (1968 2nd ed New York W W Norton, 1978), p 45

traditional names or nicknames for almost anything that can be given a name, ranging from family members and domestic animals to vacation cottages, apartment houses, family cars, and hot rods, rifles, and elusive game fish

[৬৪] 'ফোঙ নেমিং' বু মণিপুরীদা 'খুন্নুং মিঙ্গৌ' নৎত্রগা 'খুন্নুং মিংথোল' হায়না খঙনবা য়াই।

য়ুম-কৈ, ছুটিদা লৈনবা শাবা য়ুম, গাড়ী-কার, নোংমৈ-থাঙ, খোংউপ-খোংগ্রাও, পামজবা য়েনশাং মথেন, অসিনচিংবগী পোৎলম-মমিং (object name) কয়ামরুম চৎনবী ওইনা থোনবা চৎনৈ; খুদম ওইনা, শান্তি-ভবন, মোনালিশা, বোইং, চীদেকপী। মীতৈশিংগী অরুবা নুংশিংগী মিংথোল-ৱারী— 'নুংলোন' — পোৎলম-মমিংশিংগী মনুংদা শীংথানিংঙাই অমনি। লাইগী ওইবা, মশক ফজবা, থবক কান্নবা, অসিনচিংবদা অখন্নবা নাপী-শীংবী, উ-ৱা, লৈ-শুনচিংবা পাম্বী কয়াগী মমিং (plant name) কয়াসু চৎনবী ওইনা ৱারীগা লোয়ননা থোন্নে; খুদম ওইনা, বৃন্দাবন নাপী। মীতৈ ফোক-গ্রূপকী ওইনা লৈশিংগী ৱারী— 'লৈরোল'— থোইদোক্লা শীংথানবা য়াই। তোঙান-তোঙানবা মরু ওইবা খুন, লমহাঙ, শাবল, লৈরক, চীং, পাৎ, তুরেল, অসিনচিংবগী লম-মমিং (place name) কয়াসু চৎনবী ৱারী কয়াগা লোয়ননা থোন্নে। লমশিং অমসুং চীংশিংগী মরমদা 'লম্মিৎলোন' অমদি 'চীঙ্গোইরোল' হায়না খঙনবা মীতৈগী শীংথানবা য়ানা অখন্নরবা মিংথোল-ৱারীশিং লৈ। তোঙান-তোঙানবা য়েক-শলাই, য়ুম্নাক্লচিংবা শাগৈ খঙনবা মিং (family name) কয়ামরুমসু ৱারী-ৱাখোঙগা কোন্ননা থোন্নে; খুদমঃ মীতৈগী শলাইরোন অমদি য়ুম্নাক-শাগৈরোন। তোঙান-তোঙানবা মীওই-কাঙলুপশিংগী মমিং (group name) সু অখন্নবা ৱারীশিংগা লোয়ননা থোন্নে; খুদম ওইনা, চকপরোন।

মিঙ্গৌ-ৱারোল (name lore) শিংগী মনুংদা পৃথিবীগী ওইনা খ্বায়দগী য়াম্না নৈনবদি লম-মমিং (place name) হায়বসিনি। খুন্নকী অমদি লৈমায়গী ওইবা অখন্নবা মশক অমসুং মথৌদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা লম্মিৎলোন (place name lore) অসিদা য়াওরিবা লেজেণ্ডশিং, কল্পনাশিং অমদি ফোক ইটিমোলোজিশিংবু খুন্নাই-কাঙলুপকী নাৎকী শকখঙ-মচাক ওইনা ফোকলোরিষ্টশিংনা য়াম্না থৱায় য়াওনা থিজিল্লি। লম-মিংথোলগী তোঙান-তোঙানবা য়ুম্ফমশিং—খুদম ওইনা, মহৌশাগী মশক, থোইদোকপা মীশক, থোইদোকপা য়ুম্নাক, ইউফেমিজম, ফোক ইটিমোলোজি, নেম ট্রান্সফর, অসিনচিংবদসু ফোকলোরিষ্ট-শিংনা পুক্নীং থিংজিল্লি।

লম্মিৎলোন (toponym হায়নসু খঙনবা) অসিনা মীওই-কাঙলুপ অমগী সমাজ-সংস্কৃতিগী, ইতিহাসকী, ভূগোলগী, অমদি লোনগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং থিজিনবদা অচৌবা মতেং ওই। অকক্লবা মফম অমদা অখন্নবা মতম অমদা লৈরম্বা ধর্ম্মগী ঈহৌ, লাইনীং-খুদাগী থাজনবী, লাইনীং-লাইশোলগী মশক, মহৌশা-লাৎপগী মওঙ, য়েক-শল্লাই খায়রম্বা মতৌ, শিনফম অমদি ললোন-ঈতিক্কী ফিভম, লৌউ-শীংউগী মশক,

চাকচা-য়িথক, হৱাও-কুম্মৈ, ফিজেৎ-লৈতেং, খূৎশূ-খূৎলাই, পুন্সি-মরেল, অসিনচিংবা কয়া লম্মিৎলোন নৈনরগা থাজবা য়ানা খঙবা ঙম্মী (খূদম ওইনা, উরিপোক, খোইজুমান, শেরৌ, নোংশাখাম, মোইরাং, থোপমরৌ, নাহাবুং, কাক্চা, হৈরোক, কাকৈথেল, লাংমৈথেৎ, কককচিং, তোরবুং)। ইতিহাসকী অঙনবা তাঙ্কক্তা, ইতিহাস-মমাঙগী মতম ফাওবদা, থোকখিবা লমদম অমগী থৌদোকশিং অমদি মীশক-পোৎশকশিং—খূদম ওইনা, খুম্হোক-খুন্দা, খুন্দারম্বা মীওই-কাঙলুপ, কাঙলুপকী লুচিংবা-লুচিংবী, কাঙলুপকী লমখৈ, নিংথৌ, অঙম্বা, শাফম, লানফম, লানফা, কোনুং, ফৌগৈ, লাইশঙ, অসিনচিংবা—কয়ামরুম লম্মিৎলোন্না মরী লৈনবা ইতিহাসকী পোৎলমশিং অদুনা লৈখিদ্রবা মতুং কাইনথং ফাওবা য়ারোল ওইনা হিংহন্দুনা থম্মী (পুখাও, হাওগৈ, লিক্লি, ৱাংঙু, ঙারিয়ান, মোইরাংখোম, লফুপাৎ, হৈরেম মরকশি, ঙাংলৌ, ময়াংইম্ফাল, লুৱাংশংবম, মোংশাংগৈ, বিষ্ণুপুর, অসিনচিংবা)। তঙাইফদ্রবদি লম্মিৎলোনগী মতেংনা লমদম অমগী অরিবা ইতিহাস নৌহৌননা শেমদোক-ইথোকপা য়াই। লম্মিৎলোন খুদিংমক চীনবুংদা লৈবা ইতিহাসনি হায়বা য়াই। ভূগোলগী ওইবা চীং, পুং, লমপাক, উমং, তুরেল, খোং, পাৎ, শোয়, উ, ৱা, লম্বী, থোং, শা, উচেক, ঈকং, ঈচাউ, অসিনচিংবা মতম অমদা লৈরম্বা মশকশিংসু লম্মিৎলোন্না নীংশিংহল্লি (মকোকচীং, চাইরেন থৈচংপুং, তাখোক, মোংবহনবা, নম্বুল, খোংমন, ঈকোপ, লমফেল কুমদমশোয়, চীংঙাংলেন, ৱাখা, অয়াংপল্লি, হৈরাঙ্গোইথোং, চোংজিং, ইথাই পুনমচীং, নোংয়াই লৈকোয়পুং, কংলা, অসিনচিংবা)। লম্মিৎলোন্না লোনগী খোঙহৌ-খোঙচৎ, শকওঙ-শক্তম্লচিংবা শাগৎপদসু য়াম্না তেংবাংই। লমদম অমদা চৎনরম্বা লোনগী ফোনোলোজি, মোর্ফোলোজি, সিমান্টিক্স, ডাইলেক্টোলোজি, অসিনচিংবগী লেঙদ্রবা নৎত্রগা অহোংবা মশকশিং লম্মিৎলোনবু কুপ্পা নৈনরগা খঙবা ঙম্মী (শামুরৌ, খ্বাইরম্বন, শওম্বুং, লাংজিং, অসিনচিংবা)। ময়াম্না শুকখঙ খঙনদবা নৎত্রগা থোইনা খঙনদবা অনৌবা লোনগী মশক-মওঙ ফাওবা লম্মিৎলোন নৈনবদগী খঙবা ঙম্নবা য়াওই। লোনগী মীৎয়েংদা লম্মিৎলোন নৈনবনা ইতিহাসকী ওইবা খুম্হোক-খুন্দা, চারৌ-মৌরৌ, শাথেং-লাম্থেং, ললোন-ঈতিক্লচিংবা মমল য়াম্লবা থৌদোক কয়াগী লংলা-লংজিন ওই। লম্মিৎলোনগী ৱারীশিং অসিগা লাই-তীনগী ৱারী (myth), থাজ-ৱারী (legend), অসিনচিংবগসু থোইদোক্না নরুম্বা— তৎন-থান য়াদবা— মরী লৈনৈ।

'ফোক নেমিং' গী মনুংদা 'সরনেম' (surname) অমসুং 'নিকনেম' (nickname) শিংসু চনগনি। 'সরনেম' বু মীতৈশিংনা 'য়ুম্নাক' হায়না খঙনৈ। সরনেমশিং অসি লমগী

মমিং, মপা-মপুগী মমিং, শিনফমগী মমিং, অমদি করেম্নবা মমিংনচিংবদা য়ুম্ফম-মপুং ওইদুনা থোক্লি; খুদম ওইনা, কোন্থৌজম, মোইরাংনিংথৌময়ুম, অহৈবম, থোঙ্গ্রাতাবম। 'নিকনেম' হায়না খঙনবা মিংগী মথক্তা অহেনবা ওইনা থোনবা মিংথোল (title) শিং অসি মীশক, পোৎশক, নৎত্রগা লমদম অমগী মশাগী অশেংবা মিংদগী পিকশিন-তেনশিনবা মওঙ ওইবা য়াই, করেম্নবা মওঙগী ওইবা য়াই, ফাগি-জুগাই ওইবা মওঙগী ওইবা য়াই, নুংশিবা মওঙগী ওইবা য়াই, নৎত্রগা থাগৎপা মওঙগী ওইবা য়াই; খুদম ওইনা, 'থোই,' 'খোঙতেকচা,' 'কিহোম-মমীৎ,' 'রাজর্ষি,' 'পাখংবা'। মিংথোলশিং অসি অয়াম্বা মতমদা মীশক, পোৎশক, নৎত্রগা লমদম অমগী মশক-মওঙ, শাজৎ-লমচৎ, অমদি ৱারী-ৱাখোঙ (background) য়েংলগা থোন্নে।

তাইবং মীগী মমিং (personal name) থোনবা মতাংদদি মালেমগী মফম খুদিংমক্তা য়াম্না চেকশিন্নে। ঙল্লিঙৈগী ৱাখল্লোন্দা মিং হায়বসি চুম্নগী মীশক পোৎশক অমবু মশক তাকপা ৱাহৈ অমা ওইবতা নত্তে, মমিং থোক্লিবা মীশক-পোৎশক অদবু খুদম চয়বা পান্থৈ ওইবা য়াবা পোৎলম অমসুনি। মবম অসিনা, ঙল্লিঙৈগী মীওই-কাঙলুপশিংদা মী অমগী অশেংবা মমিং (real name) দি যেক্রুবনা যাদু মন্ত্রগী পান্থৈ ওইনা শীজিন্নবা ঙমদনবা লোৎনা থম্নবম্মী। লাইনীং খুদা (ধর্ম্ম) খবদদি লাইযিংথৌ-লাইবেম্বীগী মমিং ফাওবা অতোপ্পনা শুম্বা ঙমখিদনবা অবোনবা ওইনা থম্নে। মিংগা থোক্লিবা মীশক অদুগা মশা অমতনি হায়বা যাদু-মন্ত্রগী ৱাখল্লোন (magical thinking) অসিদা ঙসিসু অঙাং মমিং থোনবা মতমদা মিংগী মগুণ পুম্নমক মীশক অদুদা চঙলক্রুবা অথোইবা লাইগী মমিং, অফাওবা মীগী মমিং, মশক্লাইবা থৌদোক-পোথোক্কী মমিং, পাম্নবা গুণগী মমিং. অসিনচিংবা থোন্নবি। করিগুম্বা খুন্নাই-কাঙলুপ খবদদি কাঙলুপ মনুংগী অকাযবা লৈত্রবা চৎনবী মিং পবেং অমা থম্নগা কাঙলুপকী মীওই খুদিংমক মিংশিং অদুগী মনুংদগী অমা খল্লগা থোন্নে।

ফোক নেমিংগী চৎনবী শাজৎ ময়াম অসিনা ফোকলোরিষ্ট অমগী মফমদা পাক-শন্না মচাক খোম্নবগী অমসুং অর্থ হন্নবগী খুদোংচাবশিং য়াম্না মরাং কায়না পী। মিংশিং অমসুং মিংথোলশিং অসিনা ফোকলোব মচাকশিংগী মনুংদসু চৎনবী ওইবা থৌদাং কযামকম লৌই; খুদম ওইনা, পান্থৈ-পাউরৌদা (ভীম্না চারগা শৌকুনিনা ফায়বা, বামোন্না লৌ উবা মীতৈনা লাই লাৎপা; হাওবম্না য়াইবোঙ থুংলগা ঙাংবম্না মি কাবা, কাবোংগা ঈথমগা যেনশাং লান্নবা), ঈশৈদা (লাংজীং, চাইশ্রা, তুকাউবা), বেলেডতা (খম্বা, থোইবী), মিথতা

(সনামহী, লৈথীঙ্গায়), লেজেগুদা (কদেং, তোনু), ফুঙ্গাৱারীদা (চন্দ্রকংনাল, লাইখুশাং বী), অসিনচিংবা। ফোক নেমিং অসি নুংতিগী শীজিন্নবা ৱাঙাঙ-শাঙাঙদসু শরুক অম ওইনা য়াওই ('হোঙবা-চাউবা' কনাদনো অমদা)। শাগৈ খঙনবা নৎত্রগা মফম খঙনব মিঙ্গৌশিংনা করিগুম্বা মতমদা মমল হন্থহনবা বিশেষণ (slurring adjective) ওইনা শীজিন্নে ('খুরায়' বৈষ্ণব, 'লাইশ্রম মচা' ভুবোনী)।

খুন্নাই-কাঙলুপশিংগী চৎনবী মিঙ্গৌ-ৱাহৈশিং অসি খোমজিনবা অমদি নৈনবদা য়াম্ন নুংঙাইবা বিষয় অমনি। খুদম ওইনা, ককচিং খুন্নাই-কাঙলুপকী চৎনবী মিঙ্গৌশি য়েংবা য়াই। খুন্নাই-কাঙলুপ অসিনা, খুদম ওইনা, কোঙ্গ্রেংবু চাগোত্তাং, কোঙ্গোলবু কোইবোল খরমিবু খরুংবি, খাগীলৈহাউবু থাঙ্গলৈহাউ, ঙানমবু ঙাতোম্প, ঙাহৌবু ঙায়াংচাক, চীংং উবু চিংজবু, চুমথাঙবু লাইরেন মনিংশা, চোংঙা অরাংবীবু সনুংএন, নুমিৎযুংবী চুমবু হঙো শোঙা, পোলাংখোকপু শেঙ্গম, বোগ্রাবু গোজার, মুকথুবীবু পুকশি, মোবু ফিহিক মোম্পাকফিদকপু মাযধফি, অমদি লুকোকপু কোমলোম হাযনা মমিং থোন্নি।

মতৌ অসুম্না ফোক নেমিংগী ৱাহৈশিং অমদি ৱারী-ৱাখোঙশিং খোমজিনবা অমসু নৈনবনা তোঙান-তোঙানবা খুন্নাই-কাঙলুপশিংগী ইতিহাস, ভূগোল, সংস্কৃতিনচিংব থিজিনবা, অখন্নবা মীওইশিংগী পুন্সি-শক্তম শাগৎপা, অখন্নবা ৱাহৈগী হৌরকফম থিবা অসিনচিংবদা অচৌবা তেংবাং ওই।

# বিব্লিওগ্রাফি

ক) অন্তেজী


Aarne, Antti and Stith Thompson *The Types of the Folktale A Classification and Bibliography* 1928, 2nd rev ed Folklore Fellows Communications 184, Helsinki, 1961

Bascom, William R *Contributions to Folkloristics* Meerut Folklore Institute, 1981

Beck, Brenda E F and Peter J Claus, J Handoo and P Goswamy *Folktales of India* Chicago University of Chicago Press, 1987

Ben Amos, Dan *Folklore in Context Essays* New Delhi South Asian Publishers 1982

Ben Amos, Dan and Kenneth Goldstein *Folklore Performance and Communication* The Hague Mouton 1975

Blackburn Stuart H Peter J Claus Joyce Fleuckiger and Susan S Wadley *Oral Epics in India* Berkeley University of California Press, 1989

Bowra C M *Heroic Poetry* London Macmillan 1952

Bowra C M *From Virgil to Milton* 1945 rpt London Macmillan 1967

Brunvand Jan H *Folklore A Study and Research Guide* New York St Martins Press 1976

Brunvand Jan H *The Study of American Folklore An Introduction* 1968 2nd ed New York W W Norton 1978

Burne, Charlotte S *The Handbook of Folklore* London Sidgwick and Jackson 1914

Chadwick, Hector M and Nora K Chadwick *The Growth of Literature* 3 vols Cambridge Cambridge University Press 1932 40

Clarke Kenneth W and Mary W Clarke *Introducing Folklore* 1961 rpt New York Holt Rinehart and Winston, 1966

Claus Peter J and D P Pattanayak, eds *Indian Folklore I* Mysore Central Institute of Indian Languages, 1981

Claus Peter J , J Handoo and d P Pattanayak, eds *Indian Folklore II* Mysore Central Institute of Indian Languages, 1987

Claus, Peter J and Frank J Korom *Folkloristics and Indian Folklore* Udupi Regional Resources Centre for Folk Performing Arts, 1991

Cocchiara, Giuseppe *The History of Folklore in Europe* Philadelphia Institute for the Study of Human Issues 1971

Coffin, Tristram P , ed *Our Living Traditions An Introduction to American Folklore* New York Basic Books, 1968

Davidson, Levette J. *A Guide to American Folklore.* 1951; rpt. New York: Greenwood Press, 1969.

Dorson, Richard M., ed. *Folklore and Folklife: An Introduction.* Chicago: University of Chicago Press, 1972.

Dorson, Richard M., ed., *Handbook of American Folklore.* Bloomington: Indiana University Press, 1983.

Dundes, Alan. *The Morphology of North American Indian Folktales.* Folklore Fellows Communications 195, Helsinki: Academia Scientiarum Fennica, 1964.

Dundes, Alan, ed. *The Study of Folklore.* Englewood Cliffs, New Jersey: Prentice Hall, 1965.

Dundes, Alan. *Analytic Essays in Folklore.* The Hague: Mouton, 1975.

Dundes, Alan. *Essays in Folkloristics.* Meerut: Folklore Institute, 1978.

Dundes, Alan, ed., *Sacred Narratives: Readings in the Theory of Myth.* Berkeley: University of California Press, 1984.

Finnegan, Ruth. *Oral Poetry: Its Nature, Significance, and Social Context.* Cambridge: Cambridge University Press, 1977.

Gayley, Charles M. *Classic Myths in English Literature* Boston: Ginn, 1893.

Georges, Robert A. and Alan Dundes. "Toward a Structural Definition of the Riddle," *Journal of American Folklore.* 76 (April-June 1963): 111-18.

Glassie, Henry H., Edward D. Ives and John F. Szwed. *Folksongs and Their Makers.* Bowling Green, Ohio: Bowling Green University Popular Press 1970.

Gomme, George L. *The Handbook of Folklore.* London: David Nutt, 1890.

Greenway, John. *Literature among the Primitives.* Hatboro, Pennsylvania: Folklore Associates, 1964.

Hand, Wayland D., ed., *American Folk Legend: A Symposium.* Berkeley: University of California Press, 1971.

Handoo, Jawaharlal. *Current Trends in Folklore.* Mysore: Institute of Kannada Studies, Mysore University, 1978.

Handoo, Jawaharlal. *Folklore: An Introduction.* Mysore: Central Institute of Indian Languages, 1989.

Hart, Donn V. *Riddles in Filipino Folklore: An Anthropological Analysis.* Syracuse: Syracuse University Press, 1964.

Hodgart, M.J.C. *The Ballads.* London: Hutchinson House, 1950.

Islam, Mazharul. *Folklore: The Pulse of the People–In the Context of Indic Folklore.* New Delhi: Concept, 1985.

Jacobs, Melville. *The Content and Style of an Oral Literuture.* New York: Wenner-Gren Foundation for Anthropological Research, 1959.

Karpeles, Maud. *An Introduction to English Folk Song.* London: Oxford University Press, 1973.

Krappe, Alexander H. *The Science of Folk-lore* 1930; rpt. London: Methuen, 1962.

Laws, G. Malcolm, Jr. *American Balladry from British Broadsides.* Philadelphia: American Folklore Society, 1957.

Laws, G. Malcolm, Jr. *Native American Balladry.* 1950; rpt. Philadelphia: American Folklore Society, 1964.

Leach, MacEdward and Tristram P. Coffin, eds. *The Critics and the Ballad.* Carbondale: Southem Illinois University Press, 1961.

Leach, Maria and Jerome fried, eds. *Standard Dictonary of Folklore, Mythology and Legend,* 2 vols. New York: Funk and Wagnalls, 1949-50.

Lomax, Alan. *Folk Song Style and Culture.* Washington, D.C.: American Association for the Advancement of Science, 1968.

Lord, Albert B. *The Singer of Tales.* Cambridge, Massachusetts: Harvard University Press, 1960

Maranda, Elli K and Pierre Maranda. *Structural Models in Folklore and Transformational Essays.* The Hague: Mouton, 1971.

Meider, Wolfgang and Alan Dundes. *The Wisdom of Many: Essays on the Proverb.* New York: Garland Publishing, 1981.

Oinas, Felix, ed. *Heroic Epic and Saga: An Introduction to the World's Great Folk Epics.* Bloomington: Indiana University Press, 1978.

Oring. Elliott, ed. *Folk Groups and Folklore Genres: An Introduction.* Logan, Utah: Utah State University Press, 1986.

Paredes, Americo and Richard Bauman, eds. *Toward New Perspectives in Folklore.* Austin: University of Texas Press. 1972.

Propp, Vladimir J. *The Morphology of the Folktale,* trans. L. Scott. 1958; 2nd ed. Austin: University of Texas Press, 1968.

Propp, Vladimir J. *Theory and History of Folklore,* trans. A.Y. Martin and R.P. Martin. Minneapolis: University of Minnesota Press, 1984.

Renwick, Roger de V. *English Folk Poetry: Structure and Meaning.* London: Batsford Academic and Educational, 1980.

Sokolov, Y.M. *Russian Folklore,* trans. C. Smith. New York: Macmillan, 1950.

Taylor, Archer. *English Riddles from Oral Tradition.* Berkeley: Univesity of California Press, 1951.

Taylor, Archer. *The Proverb and an Index to the Proverb.* 1931; rpt. Hatboro. Pennsylvania: Folklore Associates, 1962.

Thompson, Stith. *Motif-Index of Folk-Literature: A Classification o Narrative Elements in Folktales, Ballads, Myths, Fables, Mediaeva Romances, Exempla, Fablaux, Jest-books, and Local Legends,* 6 vols. 1932-36; rev. and enl. ed. Bloomington: Indiana Universit Press, 1955-58.

Thompson, Stith. *The Folktale.* 1946; rpt. New York: Dryden Press, 1951

Thompson, Stith, ed. *Four Symposia on Folklore.* Bloomington: Indian University Press, 1953.

Thompson, Stith and Jonas Balys. *The Oral Tales of India.* Bloomington Indiana University Press, 1958.

Thompson, Stith and Warren E. Roberts. *Types of Indic Oral Tales: India, Pakistan and Ceylon.* Folklore Fellows Communications 180. Helsinki, 1960

Toelkein, Barre. *The Dynamics of Folklore* Boston: Houghton Mifflin, 1979.

Vatuk, Ved. *Studies in Indian Folk Traditions* Delhi. Manohar, 1979

Winner, T G. *The Oral Art and Literature of the Kazakhs of Russian Central Asia.* Durham, N.C.: Duke University Press, 1958

**খ) মণিপুরী**

অম্বুবা সিংহ, শানৌজম। *অহল-লমন পাওরৌ, প্রমান-পাষ্টে,* শরুক ১-৩ । ইম্ফালঃ বীনোদিনী দেবী, ১৯৮৫-৮৭।

ইবোতোন সিংহ, অকোইজম। *খুড়ামচাগী চাকওাই বারী।* ইম্ফালঃ অইবা, ১৯৬৫।

কালাচান্দ সিংহ, লোইতোংবম। *মৈতৈ ইনাংকী ঈশৈ।* ইম্ফালঃ অরিবম হরিদাস শর্ম্মা,১৯৬৯।

গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, হঞ্জবম। *মৈতৈ খুল্লক ঈশৈ।* ইম্ফালঃ ভাঙোম ইবোবী সিংহ. চহী পন্দে।

চন্দ্রশেখর সিংহ, খুংখাম অমসুং রাজকুমার গোপাল সিংহ। *পাষ্টে-পাউরৌ।* ইম্ফালঃ দ্বিজমণি সিংহ ১৯৬১।

তম্ফাসনা দেবী, রাজকুমারী শ্রীমতী। *মণিপুরী লোক সাহিত্য।* ইম্ফালঃ অইবী, ১৯৭৪।

তোমচৌ সিংহ, বাংখৈময়ুম। *ইবেনবোক্কী বারী।* ইম্ফালঃ অইবা, ১৯৫৯।

নিপামচা সিংহ, অরাম্বম। *পাউরৌ পাউতাক অখোম্বা।* ইম্ফালঃ অইবা ১৯৬৯।

বরমণি সিংহ, সরাংথেম। *মণি পরেং।* ইম্ফালঃ বি, কে, স্টোর, ১৯৬৪।

বরমণি সিংহ, সরাংথেম। *মোইরাং শাইওন,* শরুক ১-৩। ইম্ফালঃ অইবা, ১৯৭৮-৮৫।

বরমণি সিংহ, সরাংথেম। *চীং-তমগী ফুঙ্গা বারী।* ২ বা খুৎনম, ইম্ফালঃ অইবা, ১৯৮৬-৮৭।

বাপু সিংহ, হৈখাম অমসুং মঙ্গী সিংহ। *খোংজোম পর্ব্ব (কথকতাদা খোংজোমগী লান ইবা)।* ইম্ফালঃ হৈখাম বাপু সিংহ, ১৯৬১।

বাবু সিংহ, আই, আর। *মণিপুরী ফুঙ্গা বারী।* নতুন দিল্লিঃ সাহিত্য অকাদেমি, ১৯৮৯।

ভোগেশ্বর, ওইনাম। *মণিপুরী লোক সাহিত্য (মৈতৈ খুমাইবোল ফুঙ্গা বারী),* অহানবা শরুক। ইম্ফালঃ মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী, ১৯৮৫।

মাঙ্গোলজাউ সিংহ, হৈস্নাম। *খম্বা থোইবী পুন্সি বারী,* শরুক ১-২। ইম্ফালঃ অইবা, ১৯৭৯-৮১।

রজনীকান্ত সিংহ, এলাংবম। *থাইনগী মণি-মুক্তা (মণিপুরী ফুঙ্গা-বারী)।* ইম্ফালঃ টিএইচ, গুনিন্দ্র সিংহ, [illegible]।

# ইণ্ডেক্স

## স

